# নিংথেমনুবী
# কোনুং মীহাৎ

বী. এম. মাইস্নাম্বা




উমা পব্লিকেসন্স

ৱাংখৈ য়োংলান লৈরক
ইম্ফাল, নোংপোক

NINGTHEM NUBEE : KONUNG MEEHAT
a manipuri novel (washem waree)
by : B.M.Maisnamba




অহানবা ফোঙবা : দিসেম্বর ২০০৬

ফোঙজবী : উমা পব্লিকেসন্সগীদমক শ্রীমতী থৌনাওনা ফোঙবা।

মখুম : আরকেসিএস পেন্টিং দগী মচা ইবুংঙো বুদ্ধিমন্ত কর্তানা য়াবীদুনা শেমদোকচবা

ফংফম থোকপা : মইবা মশামক

ফংফম : মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ (বুক ষ্টোল)
পাউনা কৈথেল, ইম্ফাল.

সুচেতা বুক স্টোর এন্দ পব্লিশিং হাউস
পোলোগ্রাউণ্ড মনাক

রাজেস বুক ষ্টোর,
গোভর্ণর রোদ, ইম্ফাল,

মমল : লুপা ১২০/-

নম্ফম : সুচেতা প্রিন্টিং বার্ক্স, পোলোগ্রাউণ্ড মনাক

লৈনুং নিংথেমনুবী পুয়ানু
অমসুং
মিংনাইদবী শকনাইদবী
নিংথেমনুবী শিংদা !
নশূনা কৎচরী :
**নিংথেমনুবী ঃ কোনুং মীহাৎ !**

# নিংথেমনুবী শক্তমলোন

## (নিংথৌ পুরেলগী নুঙ্গিৎ)

**শক্তম অনী ঃ** পুয়াগী শরূ হৃমদাংদা, অনৌবা তোংশাগী শক্তম অমা শাগৎপদি লুনা থোক্তে। ফল অদুম চোংথোরকই। মিংনাইদবী, শকনাইদবী নিংথেমনুবী কয়া থেংনখিবা লৈ। ব্রবী কয়াসু তাপ্ত্রবনি। মীংতা উরকই—ফজরবী শক্তম অমা! মরেপ ব্রাংঙি, মমীৎ ফজে, ঙবোই শাবাননৈ, সুমহৎপা খিবীক্লা তিল্লি। শোয়দনসু, পুয়া অসি মশক য়াম্না ফজরম্বা তাই। 'খুয়া ফমজাও মখাদা লোংখিবী নিংথেমনুবী'—পুয়া ওইরম্সসু কনানা খঙবা? ফুঙ্গা ব্রবীদসু ইতিহাসকী মচাক যাওই। মদুমক্না, অনৌবা ব্রবীগী য়ুম্ফম অমা ওইরকই।

অদুবু, ইবেম্থৌ মাইস্না পোংলেম্বীগী শক্তম শাগৎপদি অরাইবা নত্তে। মাইস্নাম চনু কয়াগী মওং-মতৌ, শক-চু, ব্রাঙাং-শঙাং কুপ্না নৈনখি। অসুম্না ওইরম্বা য়াই হায়বদু শাগৎচে। মাগী মবমদা পুয়া শূবা মায়চৌ কয়ানা, তোঙান তোঙানবা শকলোন উৎলম্মী। মাগী তৌবা ঙম্বা পাঙ্গল থৌনা(শক্তি), হৈশিংবা, নিংমীৎ উবা অমদি তোখায় ব্রায়েল হৈবগী মরমদা, ঐখোয়গী শাগৈগী ইপা ইপুনা লীরম্বা, ইরম্বা অরিবা লাতম কয়াসু থেংনরুই। মহাকসু তাংবল ব্রাথোকপুবীনি! অদুম ওইনমক, লৌ হৈবীনি। লৈঙাক কাঙলোন য়াম্না খঙবীনি, ঈচং থৌবীনি। মাবু 'অশিনবা হৈ' নত্তগা 'অখাবা এসাং' গা চাংদম্নদুনা ইরম্বসু থেংনৈ। থম্মোয নৌবী মমা অমনি, মপুরোইবা নীংবদা লময়ৌবী অমসুনি। মসিনা মাগী তোঙানবা শক্তমনি। 'ঙামৈ লানঙম্বী', 'খোম্মরেংবা ফাবী', 'চাশাৎ ঙম্বী' অসিনচিংবা মিংবৈসু ফংখিবীনি। মীরেন নিংথেমনুবী অসিগী শক্তম শাগৎপদা, লমচৎ য়েকপদা, শোয়খিবা, হেল্লিনখিবা য়াওরবসু.. ইবেম্থৌ মাইস্না পোংলেম্বীনা মশূবু ঙাকপীগনি নীংজে!

**অঙকপা থাজবা ঃ** নিংথৌ পুরেলগী খূৎপুনসু নিংথেমনুবী ইথোকপগী অয়াবা পীবিরে হায়দুনা খঙখি। নিংথৌ পুরেল কনা কনানো? শম্পৎনা খরদং পনবসু চুম্না নীংজে। মাইস্নাম শাগৈচাশিংনা মৈদিংঙু চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা (মহারাজ গম্ভীরসিংহ), লৈমরেন পোংলেনখোম্বী (মহারাণী মাইস্না কুমুদিনী), মজাইবুংঙো নিংথেম পিশক (মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি), লুব্রাংনিংথৌ মাইস্না গৌরশ্যাম অমসুং মাগী অপোকপী মমা ইবেম্মা—মঙা অসিবু 'নিংথৌ পুরেল' হায়রগা খঙনৈ। চহী খুদিংগী পোইনু থাসি নুমিৎতা মঙা অসিবু নীংশিংবা ওইনা, অপুনবা উসব অমা—মাইস্নাম শাগৈচাশিংনা মফম হোং-হোংদুনা কৎলি। তৌবীমল খঙবসু উৎচে। মখোয়না শাগৈ অসিবু 'সিজপাম' ওইহন্দুনা পূখৎলম্মী। কুমুদিনী মহারাণীনা ইবুধৌ লুব্রাংপোকপদা কৎলম্বা লৌফমদগী কারকপা ফৌনৌ অদুনা থৌরম অদু শিল-লাংঙি। থৌরম অদুবু 'নিংথৌ পুরেল দিবস' হায়রগা খঙনৈ। লূক মঙা,

লাইদা কৎলি, হরি সংকীত্তনগা লোয়নননা। অদুগুম্বা থৌরম অমদা মশূ ঐনা লূকলেনশিং অদুদা নিংথৌ পুরেলগী থব্রায় মিরেলশিংবু পূক্লিংদা চিংশিগদুনা খুরুমজরুই, থৌনীজখি। 'নিংথেমনুবী' পরিং ব্বারীগী লোইশিনফম তাকপীয়ু; অশোয়-অঙাম য়াওম্ববসু ঙাকপীয়ু হায়জখি! উসব লোইরগা হল্লকপা লম্বীদসু নিংথেমনুবীগী ব্বাখল খন্না খন্না লাকখি। মফম খঙহৌদনা পূক্লিংদা ফুং লাওবা মঙাল অমা ফাওহনবীখি! অঙকপা থাজবা, অমনি! লোইশিনফম অদু খঙহৌদনা তাকপীরকই। পূক্লিংদা ফাওরকখি। নুঙ্গিৎ পীরকখি। নুমিৎ অদুগী অহিং মমৈদা, অরোইবা চৈখৈ চিংশিনবা ঙমজখি। চহীগীসু অরোইবা নুমিৎনি, দিসেম্বর ৩১, ২০০৫ ইং। পরিং ব্বারী অসি মমৈ মকোক ওঙ্খোকচখি। হৌজিক্তি, মাঙগ্রবা লংজিল কয়াসু ফংলে। অনৌবা তোংশাগী শক্তম কয়াসু মথন্তা চোংথোকচরকই। নিংথেমনুবী কয়াসু মথং মথং। নৌহৌনা অমুক শাগৎচখি। নৌহৌনা অমুক লেংথোকচৈ। লোয়নননা লাইরিক অসিদা য়ারিমখৈ লোনয়ান য়াওদনবা হোৎনজৈ। লাংথবাল কোনুংগী লৈয়াৎ অমসুং লম্মীৎলোন কুপ্পা নৈনজখি। নুমিৎ কয়ানি চীংখোঙ-চীংয়াদা ফমলুই, কুপ্পা য়েংজখি। অতৈসু কয়ানি।

**ইরোটিক ভেঞ্চর ঃ** নিংথৌ অমদি লৈমশিংগী মমিং অযাম্বসু ফম্বাল মিংথোল ওইনা শিজিন্নৈ। করিগুম্বদা তেনশিঞ্জৈ। মসিগী ফজবসু লৈ। হঙ্ৎনা লীবা ব্বারীনি। অদুনা, মিংলেনশিং অদো শিজিন্নবদা কায়দব্রা খঞ্জৈ। থৌদোক ব্বাথোক, মফম মতম খরসু হোংদোক হোংজিন তৌজৈ। লৈথোক লৈশিন শান্নজৈ। লাইরিক অসি ঐতিহাসিক ব্বাশেম ব্বারীনি। কার্বোন কোপী নত্তে। অদুম ওইনমক, উচন কায়দনবা হোৎনজৈ। তঙাইফদনা, 'ইরোটিক ভেঞ্চর' খরদি য়াওবা তাবনি। তৌবসু, আমেরিকান স্কোলর Adolf loos না হায়রি—"All art is erotic." অমরোমদা, নুপী হায়বা অসি লানগী অঙকপা খূৎলায় অমনি! নুপীদা অব্রাংবা থাক্কী রাজনীতি (পোলিটিক্স ইন ব্বুমেন) শান্নবা য়াই। হর্কচিনবা থৌদোক্কী (সিন) ব্বাহৈ ব্বাতা, মফম মতমগী অর্মাদি ফিভমগী মতুং ইনবা হায়বদুনি। লান অমসুং লাং থাদোক্লবা য়াদে!

মীরেন নিংথেমনুবী অমসুং লৈনুং নিংথেমনুবী অনীগী লান—অচৌবা শীংনবনি। অমগীনা তাংবল লান! অমগীনা নুংশি লান! লান অনীগী পঙ্গুংফম—নিংথেম কনাগীদমক? অমবু ওইববসু, লৈবাক মীয়ামগী মফমদা লাম্ভোকচবি—নিংথেমনুবী ঃ কোনুং মীহাৎ!

---

নিংথেমনুবী

# কোনুং মীহাং

*Ladies in the palace*
*A Woman in the Historical Court !*

উরা ফেং ফেং ! উরা ফেং ফেং !

উরা তেতু ! উরা তেতু !

উরা তংতা ! উরা তংতা !

উরা কেকু ! উরা কেকু !



ব্রাথোক অমসু !

মসিনা কাইনথংদনি।

নিংথেমনুবী অমসুং লোইনুবীশিংগী ব্রাথোক—ঙাইহাক লৈতনা থোকখি। লোইখোমশঙদগী 'নুয়াম শাফবী' পুথোরকলে। করম্বা নুয়াম শাফবী ? মহাকপু হৌজিক ফাওবা হিংলিবা ! কমদৌনা মোংফমদগী হিঙ্গৎলকলিবা ! চৈরাওবগী অহিং মমৈদা, মাগী তাংজ লুরেল ককপ্রে হায়বদাই ! কনানা ? মদুনা করম্বা নুয়াম শাফবী ? অমবু ওইরবসু, ঙসি মাগী ব্রায়েল নুমিৎনি। অহানবা ব্রায়েল নুমিৎ ! অরোইবা চৈরাকসু ফংলবা য়াই ! মাগী মরালদি করি, করিনো ? মহাক্কা কনাদা কৈদৌরুই ? কনাগী ফিজি ফিনা নেৎলুই ?

মহাক ফিমু শেৎলি। ফিমু ইল্লি। য়াম্না মোৎতাই সুতাইনৈ। মায়থোংগী ফজবদি লম-ঙাল্লি। শঙলিংবা মরিনা ঙাক শেল্লকই। য়োৎহ্লিং ফলাং চনদে। মহাক চৎলি ; য়াম্না ঈচং থৌনা। নিংথেম কনাগী মায়য়োক্তা, কোনুং ব্রাফোংবা (ব্রাকৎপা) চৎলিবা !

লানফানুবী 'লৈত্রা কোনু'গী শরূ হুমদাং ! নৌনা অমুক কৌখৎলিব্রা...?

নত্তে ; শরূ হুমদাং নত্তে !

শাফবীনি ; তোঙানবা নুয়াম শাফবী ! মীহুৎশিনবী শাফবী !

মীহুৎশিনবী ! কনাগী মীহুৎশিনবী ?

লোইনুবী পালহৈবীনা পুমনৌ হেক নৌরবী নুয়াম শাফবী শারিব্রা ?

লুই, য়াম্না লুবা উরা কেকুনি !

চৎলসি ঐখোয়সু ...

লৈমরেন পোংলেনখোম্বীগী ব্রায়েলশঙদা। হঙ্গৎনা তারক্সি... নুংশি লানগী বারী ! তাংবল লানগী বারী ! নুয়াম শাফবীগী ব্রাখোক ! পুয়ানুগী ব্রায়েল ! পালহৈবীগী লিখুন, শরু হুমদাংগী ব্রাকৎ !

লাপ্তক্রা মাঙদা উরে—পাচা লোয়শঙ !



ব্রাখোক পরিং কয়ানি !

লৈমরেন পোংলেনখোম্বীনা মাগী মীৎয়েংখাদা মনাই-মশল, মচা-মমৌ, য়োইবু-য়োইহৈ নিংথেমনুবীশিংবু অসুক্কী মতিক চেকশিন্না থমজে। অদুবু, শেন্নহৌদ্রবা মিকুপ খরদা খৌদোক কয়া থোকখি ; কোনুং মনুংদা। থোকহনীংদবা ব্রাখোক । থাজরুদবা খৌদোক কয়া...!

অতৈ নত্তে, নুয়াম শাফবী ব্রাখোকনি ! পালহৈবীগী কিশিরোন !

পাচা লোয়শঙ য়ৌদ্রিঙৈ, লম্বী মরক অসিদা হঙ্গৎনা য়েংলসি—খৌদোক কয়া, ব্রাখোক কয়া । মীহুৎশিনবী শাফবীসু নীংশিংলি, মমীৎতা শংশং উরি, খৌদোক খরা...!

অহানবা ব্রাখোক—লৈমকোন মনুংদা লোইশিনবা য়াবনি। খঙহৌদনা খংলু হেক লুশিন্নকই। লুরিবদি, ফাবসু ঙমহৌদবনি। মশক লোৎলি ; ফিমু শেৎলি, মকোক খুশ্মী, খদাং ফাওবা মায়খুম চিংথৈ। মখুৎতা হৈজ্রাং পায়... কমদৌনসু তান্নদুনা ফারুগনি ?

অহিংনি !

অঙোম চনু লোকেশ্বরীগী অপান্বী শঙলেন্দনি। অঙোম চনুনা মীৎকপ থোরকপদা উরকপনি। মহাক চরৈ ফিজেৎ কোমগোমনৈ । মফি শেৎচিনবা নংবা নত্তে ; লাউ খোংবসু তৌখিদে। অকি তুংজুংনখি। অফিং-অফাই ওইনা, অঙোম চনু লোংনা হৌগৎলি। মশা কুপলিবা ফৈজুপ মচীন অদো থবাক য়ৌফাৎতনা চিংখৎলি... মশা হুমাং অনম্নী কারকই, মশা নীকই, মখোলসু নীকই।

"নঙ... নঙ ...কনানো ?"

"পুয়ানু ! ঐ পুয়ানুনি !"

অঙোম চনুগী ফম্মাংদা লেপলিবী অদুনা হৈজ্রাং উৎলগা হায়রকই—"পাইসোলাগী মচানুপী পুয়ানু...!"

"পুয়ানুদি শিখিবা কুইরে !"

"ঐ মাকী থব্রায়নি ! লানঙমদ্রবা থব্রায় ! পালহৈবীদা তোংবনি !"

"থ-থ- থব্রায় !" অঙোম চনুনা পাখৎনা হংজে ।

"মুনকে লাকপা নত্তে, পাখৎকনু।"

"অদুদি ...?"

"হায়ংপা ! মংসং তানবা।"

"কনাবু...?"

"নব্রা নিংথেম !"

"করিগী ?"

"মরম লৈ...।"

"নিংথেমদি সনা খোঙলেঙগ্রে।"

"কনাগী সঙ্গাইদা অমুক ?"

"খঙদে।"

"ফরে, ঐ থিরুগে। অদুগা পেদংনবী! মসিমসু খঙউ। নহাক খম্বল চাউবীনি। নিংথেমবু করিগী অপাম্বী শঙলেন্দা কৌবনো ? নিংথেমসে নঙতগী নত্তে ; লৈমা অতৈগীসু য়াওরি... মখোয়বুসু নিংথৌকোন, লৈমকোন চংনবীগী মতুং ইন্না নুমিৎ খায়দোকউ, সঙ্গাই য়ুমজাওদা নুংশি থৌগল চাং নাইনা ফংহল্লু, মদু নত্রবদি লৈমা অতে অসে কোনুং লুথুম্বী ওইরকপা য়াই।"

কোনুং মনুংগী নুংশি থৌগল্লোন তোঙান্না লৈ। শম-শা য়াদে। লৈমরেম্বীগী (মহারাণী) অমদি অপাম্বী অহল (অনীসুবা রাণী ) অনী অসিগী কাদদি নিংথৌনা চঙবা য়াই। ফমজাউ কাংথোন থাই। অতে লৈমগী সঙ্গাইদদি নিংথৌ চংপা য়াদে। ফমজাউ কাংথোন থাবা য়াদে। লৈমশিংসু কৌরক্ত্রিমখৈ থৌগল চঙবা য়াদে। মসি কোনুং মনুংতগী ওইবা নুংশি থৌগল পথাপনি। মসি কায়বসু য়াদে। কায়রবদি চৈরাক ! অদু ওইদুনসু, অঙোম চনুনা নিংথেমবু মাগী সঙ্গাইদা লোন্না লোন্না কৌজবা ঙম্মী। মহাক্তগী ওইজনিংঙি।

"ঐ লাঙ্গরে ; হয়েংদগী শীঙ্গগে।"

"লৈনুংশঙগী পুয়ানু হিংলি হায়বসে হেক হায়দোকপদা... নঙগী ঈ চুপকনি !"

"কনাদসু য়ারী তৌজরোই। অঙোম চনুনা খুম্মী ।"

"ফরে, ঐ চংলে...মতুংদা অমুক লাকলরোই। অপঙবী ! নব্রা নিংথেমনা খোঙ হাংদোকলগা খোকখিবসু তাদবী ! মীতোপ চঙলকলবদি নহাকসু পাচা লোয়শঙ কাবা শোয়দে। খোঙ চেংনা লোনশিলহৌরো... লমচং ফজবী ওইয়ুকো ! মসিনা ঐগী অরোইবা পাওমেননি !"

ফিমু শেংগী কোকখুম্বী নুগী অদু চেপ্পোকখি। অঙোম চনু হৌগংলকই, ফিথক অদুনা মশা য়োমশিল্লগা মপান খোরকই। খোঙজিন্দা লেপ্পী। মমাঙ পাংনা য়েংলকই। কদায়, কনাসু উখিদ্রে। ফিমু শেংগী শ্বাই মাঙগ্রে...! অপাম্বী শঙলেনগী মচি মরুম অমদা লৈশিনখ্রে। অঙোম চনুনা মনাইনুবীশিং কোইকৌ কৌরকই—

"লৈরাংতোন ! লৈহাওবী ! শাফবী...!"

অতোপ্পা কাদগী লৈরাংতোন অমসুং লৈহাওবী চেম্বোরক্তুনা মবেম্মগী মনাক্তা অফিং অফাই ওইনা লেপলে। শাফবীদি চণ্ডলক্তে।

লৈরাংতোন্না গুকলপ্না হঙ্গৎচৈ—"ইচেমসিজ ! কৈদৌরবগে ? কনাবু য়েংবনো ? ইচে শাফবী লাক্লব্রা ?"

অঙোম চনুনা হংঙি—"শাফবীদি ? নুয়াম শাফবীদি !"

"আজ্ঞা ইবেম্মা ! ইচে শাফবীদি লাকখিদবা কুইরেদা !" লৈহাওবীনা খুমজে।

লৈহাওবী হায়রিবী লৈমনাই অসি নুয়াম শাফবীগা য়াম্না লোনদিন্নে। মখানীদি অরোন অথুপক্কী পাউ কয়া ফাওনৈ। শাফবীগী থৌরাং, মাগী খূৎ য়াওই। কোনুং হায়বা অসিদি অমনা অমবু খক থাজনিংঙাই লৈতে।

"ও ! ঐদি ইকাউবু কাউরুই।"

অঙোম চনুনা অসুম্না হায়রগা তুশ্মিন্না লৈখি। মহাক চিংনরপ তৌই। মপূক্লিংদা খল্লি—"ফিমু শেৎপী কোকখুম্বী ! পুয়ানুনিসু হায়রম্মী, পালহৈবীদা তোংবনিসু হায়রম্মী, হায়দোক্কনুসু হায়রম্মী। নুয়াম শাফাবী মানব্রেদা !"

"ইচেমসিজ ! কৈদৌরবগে ?" লৈরাংতোন্না য়াম্না চিংনজনা অমুকসু হঙ্গৎচৈ—"ইশা ফৈদা কৌসিরা ?"

"কৌরুনু, কৌরুনু।" অঙোম চনুনা হায়রকই অমসুং হংলকই—"নঙ্গে, নচে শাফবীসিবু মহৌশাসু অহিং অহিং...?"

মহাক্কা হংনিংবা ৱাহং—মখাতাবা ঙমখিদ্রে। নীংজিং-মাংজিংনৈ। অমুকসু পাখৎলকই। সঙ্গাই য়ূমজাওদা চণ্ডলমগদ্রা হায়বগী চিংনরকলে। কিনিংঙাইদি ওইদে। সঙ্গাই শেনবা, নিংথৌ শেনবা লৈ। ফৈদাশিংসু ঙাইহাক লৈতনা চৎলি।

লৈরাংতোন্না নোংশিল্লকই—"ইচে শাফবীদি মহৌশাসু অহিং অহিং হেক্তা চৎখি।"

লৈহাওবীনা ঙাইহাক লকক তৌরগা অমুক খুম্মী—"আজ্ঞা ইবেম্মা ! ইচে শাফবীনদি হায়দোক্কনু হায়খি।"

অঙোম চনুনা চিংনরপ তৌনা অমদি খঙনিংনা হায়রকই—"করি হায়রিবা ? শেংনা শেংনা হায়য়ুনে, লৈহাওবী !"

"অদুবুরো, ইচেমসিজ !" লৈরাংতোন্না তাপ ওক্তুনা খুম্মী—"ইচে শাফবীগী নুপা ৭ সুই। নুমিৎ খুদিংগী অমমম উন্নৈসু হায়খি।"

"ঙসি অহিং মমৈদা...।" লৈহাওবীনা নোংশিল্লকই।

অঙোম চনুনা পাখৎতুনা হংঙি—"কৈদৌবা ? ঙসি, অহিং মমৈদা, কৈদৌবা ?"

লৈহাওবীনা লৈতোন চিক্রপ তৌনা খুম্মী—"ঙশায় ঙল্লিঙৈদা ইচে শাফবী খেংনখি। ঙসি অহিং মমৈদা, সঙ্গাই য়ূমজাওগী নুমিৎ থোকইসু হায়কৈৎ শোম্বাংনা পল্লম্মী।"

অঙোম চনুনা মমীৎ লংখৎতুনা হায়রকই—"হা ! করি হায়বা ? লোইনুবী ! মীনাইনুবী মাগুম্বনসু... মদুমক হেক হায়বকো !"

"লৈরাংতোনসু তাহৌবনি।" লৈহাওবীনা খুম্মী।

"ফৈ খঙগনি!" অঙোম চনুনা অসি হায়রগা নুংদা শোইজে—"পুয়ানু শাবী ! পালহৈবী শাবী ! মতিক থোকপা লাক্লগে... ঐগী নিংথেমবু পাউথোকপা শাই। নত্তেনে, পুয়ানু হায়বীদো নুয়াম শাফবী অসিদুম ওইরম্দনা ... হৌজিক্লা অমুক পালহৈবী ! লংদাইবীদি খঙফম থোকই, মাগীদা শাফবী কুইনা লৈরম্বনি ; য়াম্লসু চাম্নজবনি... ইরাং থাংবী লোংজম চনুগী শূংনেক্তুম ওইরমদনকো...!"

অঙোম চনুগী পুক্নিং—মিকুপ খুদিং চিংনবনা লৈফম খঙদ্রে। থোকখিবা থৌদোক অদুমক মনাইনুবী অনীদা শেংনা তমথোক্নীংদ্রে। হঙ্গোইরপ তৌরে। মাগী মতৌ অদু মনাইনুবী অনীমক্লা চিংনজে। করিগুম্বা থৌদোক অমা থোকপ্রে হায়বা খঙজে। মখাতানা হঙ্গংপদি ঙমখিদ্রে । লৈরাংতোনদি অঙোম চনুগী 'পোংলোয়' (অউন-নাই) নি। ময়ূমদগী লোয়নজরকপনি। অদুনা, ইচেমসি অদুম কৌজে। হৌজিক্লা ইচেমসিজ ! কোইনদে। হেন্নসু থাজরবীনি, মবেম্মা নীংজবীনি।

মহাক পাখংচৈ। অদুনা অমুকসু হঙ্গংচৈ—" ইচেমসি ! হুরানবকা চঙলম্লা?"

অঙোম চনুনা ঙাইহাক খল্লগা শমথরকই—"অঙাওবী ! কোনুংদবু হুরানবা চঙবা হৌনব্রনে? সনথোঙ খুদিং, মফম খুদিং ঙাকমী (সন্ত্রি) অসুক য়াম্না লৈরিসিদি।"

"ইচেমসি ! হুরানবদি খূরক্কী ঈতনা তৌবনিনে ... ঙাকমীনা খঙপোং নত্তে। মখোয়দি মপান্তুনি য়েংবা, মনুংদি উপোং নত্তেদা।" লৈরাংতোন্না খুমজে।

"চুম্মিনে, লৈরাংতোন!" অঙোম চনুনা হায়রকই—"নবানী কিবরা... চৈশু পাযবকউ, সঙ্গাই যুমজাওদা চংসি লাও।"

লৈরাংতোন্না খুম্মী—"ফগনি, ইচেমসি! ননাইনা মাঙ থানা শিরসু শিজগে।"

অঙোম চনুনা হায়রকই—"অপঙবী ! নঙবু শিয়ু হায়বা নত্তেনে। চংসি লাও!"

"ফিজোলদুদি... ?" লৈরাংতোন্না লৈতোন চিকলপনা হঙ্গংচৈ।

"হোয়নহৈ, ফি হোংখিগে।"

অঙোম চনু ইমুং চংল্লে। কুইদে, ফনেক হোংদোকই, খ্বাংচেৎ লাকশিল্লি, ফি অমা মকোক খুমলগা মপান থোরকই। মনাইনুপী অনীনা থৌগল তৌই। সঙ্গাই য়ূমজাও পাংলকই । পম্বুবা তৌদনা চংশিল্লকই । সঙ্গাই য়ুমজাও য়ৌশিল্লকই ।



"অঙোম চনু !"

অহিংগী মীংশেং খাঙদুনা থৌদাং পুরিবা 'ফৈদা' মৈরিংবীনা ইঙক ঙক্তুনা, অমদি পাখংলপ তৌনা অঙোম চনুবু কৌরগা মখা শমথদুনা হঙ্গংচৈ—"সনা থৌগল চঙবা নুংঙাইখিরোইদ্রা খঞ্জেদো, ননাইনা....!"

অঙোম চনুনা খুম্মী—"ইপা, মৈরিংবী ! ঐ থৌগল চঙবা লাকপা নত্তে, হয়ানবী ফাবা লাকপনি, ফিমু শেংপী, অহিং কোকখুম্বী !"

ফৈদাশিংদা লৈমা নিংথেমনুবীশিংনা 'ইপা' হায়দুনা মিংগৌনৈ। 'মৈরিংবী' কৌবা ফৈদা অসি নুপানি। অদু ওইরবসু, মশাদা যুম্বান্নবগী ইয়াং লৈত্রবা মীনি। মহাক নুপী তংখায় ওইবা নুপানি। অদুনা 'মৈরিংবা' কৌরম্বদগী 'মৈরিংবী' কৌনখি। অসিগুম্বা মীওইতনা লৈমশিংগী অমদি নিংথৌগী অহিং সঙ্গাইদা মথৌ তৌই। অতে শঙদা নিংথৌ শেনবা, সঙ্গাই শেনবসু লৈ। শাবাও লানবাও লাকপা ওইরবদি ফৈদানা চৎতুনা ঙাকমী (সন্ত্রি) শঙদা পাউ পীরুগনি। অহিংগী মতমদদি 'সঙ্গাই শেনবা', 'শেনাক খনবা' ঙাকলোয়শিং লাপ্তকা লৈ। তৌবতবু, হো-হা হায়রকপদা তাগদবা মফমদা লৈতবা য়াদে। অমা অনীদি মীংশেং খাঙদুনা লৈতবসু য়াদে।

ফৈদা মৈরিংবী ইপা পাখৎলি, কিতক তৌনা হায়রকই—"ননাইদি ফিমু শেংপী, অহিং কোকখুম্বী কনাসু চঙখিবা উজহৌদে।"

অঙোম চনুনা চিংনরপ তৌনা মখা শমথদুনা হংলকই—"শোয়দ্রবরা, ইপা মৈরিংবী? লৈমা অতে কনাসু চঙখিদেকো ?"

"চঙখিদেনে, অঙোম চনু!" মৈরিংবীনা খুম্মী ।

" ইপানা ! হৌজিক্তা থৌগল চঙবা নুংঙাইখিরোই হায়বীখিদো...।" অঙোম চনুনা সং নোংশিল্লকই—"মনুংদা লৈমা কনাদি চঙখি ? শেংনা খুম্বীয়ু, লোই থাজনিকো ।"

মৈরিংবীনা হায়রকই—"শ্রীযুৎনা কনাসু চঙহল্লকনু তাকপীরম্মী। ঙসিদি ইংনা চেপনীংঙি হায়নসু নীংশিংলম্মী।"

"ফরে, ফরে, ইপা! ঐ লাকই হায়দুনা অমুক্তংদি পাউ পীয়ু।" অঙোম চনুনা তকশিন্দুনা হায়রকই—"পূক্রিংসে ইচিং চিংনৈ... অমুক্তংদি য়েংজগে ।"

"ফগনি, হঙ্গৎতুনা অমুক্তং য়েংজরুগে।"

মৈরিংবী ফৈদানা মখুৎতা পায়বা চৈশু অদু লৈমায়দা চিংল -চিংলগা চৎখ্রে। মখোল থোকই, চৈশু চিংবগী। কোক কোক কোক অহুমলক থিল্লি।

অঙোম চনু, তরাই তরাইবী নুপী নত্তে। লৈমা তরেৎকী তান্নোয় হঙবীনি। অয়ুক নুংথিলদদি অদুক হাক্লা ঈচং থৌদে। অহিংদদি মহাক্লা অসুম্বীনি, পুমসুপ সুম্বী! নিংথেমবু মহাক্লা ঙমলপ তৌই। ঙমকমসু থোকই। মহাক মশক ফজে, চিংলেম্মী। কুচু পাল্লি। মমীংনা নোকই। সুমহৎপা হৈবীনি। নিংথেমনসু য়াম্না লুনা তৌজে। মাগী শরে অমসুং ওইনবদা খাংবা ঙমপোৎ নত্তে। বাঙাং-শঙাং, থৌগল্লোন থুগাইদুনা চৈ-থাংবা ঙম্মী। কয়িনা, অহিংদদি নিংথৌসু মীনি, তাইবং মী ! অয়ুক নুংথিলদদি লাইনি। অদুনা 'লাইনিংথৌ' নত্রগা 'লাইয়িংথৌ' কৌরিবনি। মিংগৌ অসি নুংহল্লোক লৈ। 'নোংদা লাইরেন পাখংবসু লাইমা-পান্নদুনা অহিংদা মী ওই। নুংথিল লাই ওইদুনা লৈয়ে।' মৈদিংঙুশিংনা অয়ুক নুংথিল—লৈবাক রায়েল তৌবা মতমদা লাইগুম্না অচান-মীয়াই নাইদনা রায়েন্দুনা

পুন্নমকপু পেলহনবা ওস্মী হায়দুনা 'লাইনিংথৌ' কৌবনি। অহিংদদি মাগী মাগী তাল্লোয় লুমলেম্বীশিংনা নিংথৌবু ওস্মী, নিংথেমবু থেম্বা ওস্মী—নুপা নুপী (মতে-মনাও) ওইনা লৈমিন্নবা তাই। 'নিংথেম্বু থেম্বা ওস্মী লৈমশিংবু নিংথেমনুবী কৌপনে'। মসিসু নিংথেমনুবী য়াহহোক অমনি।

অঙোম চনু ওাইঙমদে। প্রপ প্রপ চংশিল্লকই। সঙ্গাই থোঙজাওদা 'দং দং দং' হেক্তা থীনখি। ফৈদা মৈরিংবী পাখৎচৈ। চৈশু লৈবাক্তা থীল্লি। মসি, খঙনবা খুদমনি।

"শ্রীযুৎ ! ননাই অঙোম চনু লাকচরি।"

অঙোম চনুনা য়াম্না ঈচং থৌনা অমুক হন্নৎচৈ—"শ্রীযুৎ ! সঙ্গাই থোঙজাওগী নাতৈ অমুক্তং কাওবীয়ু, ননাইগী সনা পোজে...!"

মনুংদগী করিসু খুমলক্তে । মৈরিংবী ফৈদানা অমুকসু হন্নৎলি—"শ্রীযুৎ ! ননাই অপাম্বী অহলনা সনা থৌগল লাকচরিয়ে ।"

মনুংদগী পোৎ-পেক লাউরক্তে । অঙোম চনুগী থবাক মিহুন থক থক চোংঙি। নিংশা চাউনা চাউনা হোল্লি। চিংনরকই, অসুম চিংনরকই। খাংঙমখিদে, ওাইঙমখিদে। মনাকোংনা থোঙবাদা নপশিন্দুনা তাই। নুংশি চিবোন য়ারী, নুংশি মীনোক ! করিসু তাদে, নুংঙাইনা য়াতারিবা নিংথেমগী নাখোকপা মখোল তাই।

মহাক নে তারে। মপূক্লিংদা পোঙে—"ঐসে ওহোক্লা খম্বল চাউব্রেদা ! কৈসু হেক নত্তবদা পংচিং হেক চিংনরকই। নুংঙাইনা য়াতারিবা শ্রীযুৎপু হৌদোকখিব্রনে ? অদুমকপু, য়েংদদি য়েংথোকলগে... কনা কৈদৌজরনি ! ইনিংনি, ঐনা তাল্লোয় হঞবীনি, থোঙসে হেক্তা দং দং দং দং হৌনা থীল্লগে।"

মপূক্লিংদা অসুম্না খল্লগা অঙোম চনুনা হায়রকই—"ইপা মৈরিংবী ! ওাইহাক্তং লেঙথোকপীয়ুদো। নচানা থোকপা হৌদোকচরগে, ঐগী কানি।"

"ফগনি।" ফৈদা মৈরিংবীনা খুস্মী। চৈশু অদু কোক কোক সুরগা চৎখ্রে।

"লৈরাংতোন, লৈহাওবী ! নবানীসু হনখ্রো। ইপা ফৈদাদা থিনবীয়ু হায়য়ু।" অঙোম চনুনা মনাইনুবী অনীদা মখা তানা হায়রকই—"নীংথিনা থোঙ লোনশিন্দুনা লৈরুচোল্ল চুমথ্রিং চৎখ্রো।"

"ফগনি, ইচেমসিজ !" লৈরাংতোন্না খুস্মী।

লৈহাওবীনা মপূক্লিংদা খুমজে—

("ওই ! ঐখোয়সু নহানে, লৈশাবী লোইনুবী ! মীনাইনুবী ঐখোয়দি অসুম য়ুমনাইদবী ওইবা তারিব্রা ? ঐসুনে মীনাইনুপা অমতংদি ফাসিন্না খল্লিজাৎনি। নখোয় লৈমত্তনা থম্মোয় পানব্রো ? নখোয়তনা অপাম নুংশি খঙব্রো ... অন চরদিনে.. নঙগী নৌপ্পা অমদি ফাবা শোয়রোইকো। ফরে, লৈহৌয়ো ... পোন্নাইদবী ! খম্বল চাউবী !")

লৈরাংতোন অমসুং লৈহাওবী চৎখ্রে ।

অঙোম চনুনা মশাবী নিংথেমবু হৌনা অমুক, নাসোন তগ্গা অমুক, কৌ কৌদুনা হৌদোকচে। তাবা কৌবা লৈত্রে। অঙোম চনু শাউনিংলকই। পাখংলকই। মিকুপ খুদিং চিংনবসু হেক্কংলকই। ঈকায়-ঈকি লৈরক্তে। ঈকায়নিংঙাইসু ওইদে। মপুরোইবা নিংথৌগী থৌগল লাকচবনি। মনাক অদুৱাইদা কনাসু লৈত্রে ।



"শোয়দ্রে, মনুংদা অমদি লৈরে!"

অঙোম চনুনা মপুক্কিংদা অসুম্না মওল মওল খন্দুনা মথন্তা শোঞ্জে—"চোংথা অহল চগন্নবীদুম ওইরমগনি । মতা চারদি পোংহাপনুবীসু লৈরমগনি। মচীন মনাওদি পুন্না পুন্না থৌগল চঙমিননৈসু হায়... লংদাইবীনা। পুম্নমকসে লোংজম চনুগী খুজিল থৌরাং ঙাক্তনি, মখোয় লুহোংফাল পুনবী অহুম অসিননে মমৈদদি 'কু-অহুম' গী মহুৎ শিনখিদনকো। ঐনে, ঐনে, তাল্লোয় হঞ্জবী ওইরসু, লৈমরেম্বী ফমথোন কাদব্রসু খঙদে। শোয়দে, হৈশিংবী লোংজম চনুনা চোংথা মচীন মনাও নমহৎলগা কাখিদনকো ! হুম ! মতম চানা শীংচেপ থাহৌদবা য়াদে। হয়েংদি অবোকহনবী তান্নদবা য়াদ্রে।"

মসি হৌনশানি! তুরোন্নবীশিংনা কৈদৌঙৈদসু অফবা ৱাখল খন্নদে। চোংথা মচীন মনাও অনী পুখম পুন্না চাক চামিন্নরকই। ফমুং অমতদা হীপমিন্নরকই। মদুনা, ময়ূমদা লৈশাবী ওইরিঙৈগী ৱানি। হৌজিক্তি মপুরোইবা পুল্লে। অদুবু খল্পলনৈ। নিংথেম শিশক্তী লৈমা মরি অসি কন্না হিদান্নরিবীনি। হাওবম চনু, ওইনাম চনু, কোংখাম চনু লৈমা অহুম অসিদি নিংথৌগী লৈমনি হায়দুনা পংলৈ লৈজে। মনাই থারকপা নুমিৎতা চঙলগা লোইরে খঞ্জে। অদুক হাক্লা নুংশি ইখৌ লাংজবী অমদি ইরাং থাংবী ওইদে।

"শির-জাংলা !" অঙোম চনু নুংশা থীরকই। মচীন্দা অসুম শোল্লগা খোল হৌরগ্গা কৌরকই—"শ্রীযুৎ ! ননাই অঙোম চনুনে... ফিমু শেংপী, অহিং কোকখুম্বী, হৈজ্রাং পায়বী অমা লাকত্র । সঙ্গাই যুমজাওদা চেনশিনগ্লবনি ... থোঙ অমুক্তং...!"

মনুংদগী অফিং-অফাই ওইনা হায়রকই—"কনানো, অঙোম চনুরা, করি তৌরে অমুক লাকলিবদি ?"

"আজ্ঞা ! ননাই লুমলেন হঞ্জবীনি ।"

"কনা করি তৌবা য়াওরে ?"

"হৈজ্রাং পায়বী মীহাৎপী অমা ... ননাইগী সঙ্গাইদা লাক্লুনা তম্নরৈ, কিহল্লে।"

"কনানিনা ?" মনুংদগী হংলকই।

"ফিমু শেংলি, মকোক খুম্মী, মশক খঙজহৌদ্রে। শ্রীযুৎকী য়াইবী লৌনিসু হায়রম্মী।" অঙোম চনুনা হঙ্গংলি ।

"সঙ্গাই শেনবা কনাসু লৈতবরা ?"

"লৈ, আজ্ঞা ! অদুবু ননাইনুবীনা চিংনজবা অমা লৈছে,... থোঙগী নাহ্রৈ অমুক্তং কাঙবীয়ু।" অঙোম চনুনা হঙ্গৎচৈ ।

মিকুপ খরা চোম্বরগা থোঙ হাংদোরকলে। অঙোম চনু সৎ চঙশিনম্লে। মনুংদগী থোঙজাও পৌরোন থাজিনম্লে। মহাক্না কোইচঙ চঙদুনা, কোইয়েং য়েংঙি, কোয়চং চংঙি। লময়াইদা চপ অমুক লেপ্পী।

নিংথেম পিশক্লা ঙকচাদুনা হংলকই—"কৈদৌরগেনে, লৈষ্মা ? নঙ্গবু নুংঙাইনা ভূমহৌবদাই ... নমঙ-নহাদা করি উরুরে? ঐনা থোঙ লোনশিল্লু লাউরম্বদাই, কনা চঙলমলে, নঙগী সঙ্গাইদা ?"

অঙোম চনুনা হায়রকই—"খঙদে ! খঙদে! থবায়নি হায়রম্মী .... লানঙমদ্রবা থবায় ! ফিমু শেৎলি, মকোক খুম্মী, হৈজ্রাংসু পায়!"

নিংথেম্মা ঙক্নুনা হংলকই—" থবায় ! লানঙমদ্রবা থবায় ! কনাগী থবায় ?"

অঙোম চনুনা খুম্মী—"পালহৈবীদা তোংবনি, পুয়ানু কৌই হায়রম্মী।"

নিংথেম পিশক্লা খোইরুম মোমোন্না শোঙ্গে—"ও ! চাশাৎ চীংগী পুয়ানু ! পালহৈবীদা তোংবা তম্নলাই ! মহাকপু হৌজিক ফাওবা হিংলিবা !"

"হিংবা হিংদবা, ননাই খঙজদে।" অঙোম চনুনা পৌরপ্না খুম্মী অমসুং হায়রকই—"শ্রীযুৎকী য়াইবী লৌনি হায়রম্মী। সোৰদা চেনখিবনি।"

নিংথেম পিশক্লা হায়রকই—"ঐগী য়াইবী লৌবা ! নিংথেম পিশক, চন্দ্রকীর্ত্তিগী য়াইবী লৌবা ! মদুসু তম্নলাই থবায়না! অঙোম চনু, শেরান্নবা বাখল খনগনু।"

অঙোম চনু পেনদ্রি। সঙ্গাই য়ুমজাও কা অদুগী কাচিন কোয়া চঙ-চঙদুনা কোইথি থিরে। উপু অয়ুংবী হাংদোকই, ফি চিংথোকই। কনাসু থেংনদ্রে।

"নোংমাইনু !" নিংথেম পিশক্লা নোকমি নোকমি তৌরগা য়াম্না নুংশিনা অঙোম চনুবু কৌরগা হায়রকই—"নঙসে ওম্বোক্লা খম্বল চাউদ্রেদকো ! লাকওনে, পেন্নাইদবী! অহিং মমৈ অসিসু নঙতগী ওইজরো।"

নিংথেম্মা অঙোম চনুবু মনাক নক্লা চিংশিনম্লে। মায়থোং অনী মায়য়োকনৈ, চীনবাল অনী নকশিন্নে । অসুম নকশিন্নে অসুম নকশিন্নে...! ফমুং ফমজাও মথক্তা নিংথেম অমসুং নোংমাইনু লোংনা, উপনা য়াতাম্লে। হাকচাং তংখায় অনীনা অমতবু ওইম্লে ! মিকুপ খরগী মতুংদা, হকচাং তংখায় অনীদো অমুক তোথায়ম্লে। অঙোম চনু অফিং অফাই ওইনা ফুক হৌগৎখি। কম্মাংদা কুমথখি।

"কৈদৌরে, নোংমাইনু ?"

"কৈসু তৌদেদা, শ্রীযুৎ !"

লৈমায় থেংলপ তৌনা, জোন জোন খল্লিবা নিংথৌ কাংখল ময়েক থোকপা অদু, অঙোম চনুনা মথক লোমদা খংচিং চিংখৎলি। খঙহৌদনা লুকথখি, চেপথরগা কোইয়েং য়েংজে। কদায়, খুয়া ফমজাও মখাদা কনাসু লৈরমদ্রে !

অঙোম চনু ঈকাইরকলে। মথন্তা ঈকাইজরকলে। হঙোইজরকই। মকোক নোঙ্গে। মচীন্দা অসুম্না শোল্লি—"ইস ! হয়ি ! হয়ি ! পাংলবী নশূবু ঙাকপীয়ু !"

লৈরে কাঙখদা, কৈনো অমা ! লীন অচৌব্রা ?

অঙোম চনুনা খুরুমলগা ফমুং মথক্তা কাখৎলকলে... মশাবী নিংথৌদা চেৎজেৎ কোনশিন্দুনা লৈম্লে। মশা খৈনা নীকই। নিংথেম পিশক্লা মশানৌ নোংমাইনুবু চেজেৎ কোনশিনবীম্লে, হায়রকই—"পেন্নাইদবী, খম্বল চাউবী ! আঃ য়ৌম্লে ... ভূমলসি।"

অহিং য়ুথক পুংজা কাংশি য়েরকই।

"শ্রীয়ুৎ ! আ ঃ য়ৌম্লে হায়বদি ...?" অঙোম চনুনা চিংনরগ হঙ্গৎচৈ।

"তাও ! পুংশিং কাংসি অসে, নোংঙানদৌরে। পুং আঃ য়ৌম্লেদা।"

"ও ! ননাই খম্বল চাউবীবু ঙাকপীয়ু !" অঙোম চনুনা হঙ্গৎচৈ—"হয়েংখৈদি ইনাও নুপী লৈমশিংগীসু মাগী মাগী নুমিৎ খায়দোক্লগা শ্রীয়ুৎকী নুংশি থৌগল ফংনবা শীঙ্গরগে । নুমিৎ ৭নি, লৈমা ৭ ! মখাদি শাংথবীরনুকো, ঙসি ঐবু মীৎ পাঙহনবীরমলে।"

নিংথেম পিশক্লা অঙোম চনুগী অকোনবা ৱাহে—খোইনা খজিল্লুদে। নোকফেৎ তৌনা হায়রকই—"পোখানবা নুমিৎতি কদায় ?"

অঙোম চনুনা ফাগী ওইনা হায়রকই – "অদু ওইরগনা... লৈমা অনী অমা, অচানবা ননাইশিংদা খুদোল কৎপীগ্রোদনা।"

"মদুসু, ইবুধৌ মোরাঙ্গগী মতমদগী অদুম চৎনরকই।" নিংথেম পিশক্লা লক্লবা ওইনা হায়রকই—"নোংমাইনুগা, লংদাইবীগা কৎথোকহনবদি কমদৌবা ?"

"ঐ অমা য়ারোইকো ... কংলা ফম্বাল তোংখিনি।"

"শোয়দনমক !" নিংথেম পিশক্লা খুম্মী।

"ঐসু অদুম্না থাজে...! ঙসিদি থৌগল মপূং কাহঙ্গগে।" অঙোম চনু হরাওজে, মোমোননৈ। মশাবী নিংথৌবু চেজেৎ কোনশিনম্লে, হান্নদগী হেন্না চেৎনা...! নিংথেম পিশক পংথরে। অঙৌবী, অথোংপী, অনৌবী অঙোম চনুনা ফজনা থেমম্লে। ঙমম্লেদকো, হে নুপী !

নুংশি পুংবা (অনী) নোংঙানবা ঙাইমিন্নৈ।



মসিনা চয়োল অমগী মতুংদনি।

অহিং কোকখুব্রী, ফিমু শেংপী নুপী অমা—লাংথবাল কোনুংগী চীংথোঙ চীংয়াদা চৎভুনা লৈরে হায়বা অসি নিংফুং নিংফুং ঙাংনবা হৌরকলে। নৌহৌনা অমুক মচি মচি তোঙান-তোঙানবা ৱারী কয়া শেমগৎলকই।

অহানবা ৱারীঃ লাইমু

মতম কুইরবগী ৱানি। ঙসি, ঙরাংগী ৱাকম নত্তে। মফম অসি এলহৌঙেগী 'লাই-খুনদিন্নফম'নি। লমতা থা অমদি শজিবু থাগী শূক্লা মম্বা অহিংশিংদা মায়কৈ কয়াদগী লাকপা লাইশিংনা 'শীংতেক শীংথাবা, অমসুং শীংশংপা' হায়রিবা থৌরম অসি পাঙথোকই। মতম অদুগী লাই-তীন, ভম্নলাই অমদি লানঙমদ্রবা থবায়গী শায়োন, লাংওন্দা চেংনা থাজবা মীওই কম্বানা ইরেংপু ৱারী অসি নৌহৌনা লীনরকই। লাই লাংথাকুনা কাবদা নাম্বোকখিবা 'লাইমু' অমা লৈখিবনি । ওইনিংবা ওনবা ঙম্মী। য়াম্না চুংশিন্নে। লাংথাকফম চুখেক ! নুগী অঙাংশিংনা মহৌশাদগী কিনরকই। অহিং অথেঙবদা মপান থোক্লদে, চংনদে।

অনীসুবা ৱারী ঃ লাইম্না শায়োন

লাই-খুনদিনফমগী ৱারীনা য়ুমফম ওইরগা, অনৌবা, পুমনৌ হেক নৌবা ৱারী অমা শেমগংপা হায়বা অসিসু চুংশিন্নে। ইরাং-থৌনি তৌদুনা লাইকৌবা, শরেন চনবা, খয়োম লাকপা, চবান থাবা অসিনচিংবা লাইগী থৌরমশিং মৈতৈ লৈবাক অসিগী থাদোক্লবা য়াদবা অমা ওইরি। অদুনা, লাই-লাংথাকফম চিথেক্তা, লাংকাইফমদা অমদি নুংজেং পাখংবগী চীংথক্তা, চীংনুংহংতা ফিমু শেংগী, অহিং কোকখুম্বী থোকই—মসিদা থাজরোইদবা মী কনা লৈ ? মী অয়াম্বানা থাজনরম্মী। উগী উরাদৌনা, মশক উদনা লৈনুংদা চংপসু ঙম্মী ... লীন অমুবী ওনবসু ঙম্মী... অসিনচিংবা ৱারী কয়াসু শন্দোক্লখি। লীন অঙৌবী ওনবা ঙম্মী হায়নখি। নুংজেং পাখংবগী অনৌবা শায়োনফম (মশাইকোন) অসিদা মশানৌ লাইম্না মথি ফোঙই ! মসি, লৈমরেন পোংলেনখোম্বীসু মহৌশাদগী চেংনা থাজজে। মহাক্তি থাজফমসু থোকই। নুংজেং পাখংবনা মাগী মশাবী নিংথৌ খনখি (চিকপা) হায়বা অসিদা মহাক্বীসু অচেংপা থাজবা লৈজে। অহিং কোকখুম্বী অদু 'মবেম্ব্রৌ লাইম্না'গী অনৌবা লাংওন ওইগনি খঙ্গে। মপুরোইবা নিংথৌগী মতমদা, খুৎ-থীখিবা লৈবনা, মজাইবুংঙোগী হাক্তক্তা থোকহননিংদে। অসি য়ৌনা মঙোন্দা থাজবা লৈম্রবনি। কোনুং হোঙ্গংলগে খল্লকলে। অদুনা, মচা মনাই মশলদি করিগী থাজরোইদগে ? অসুম অসুম থাজবা হেঙ্গংলকখি।

অহুমশুবা ৱারী ঃ শরূচাবী

থাজে। মসিসু থাজনৈ। লোইখোমশঙ হঞ্জবীবু ম্বাইনা চিংনবা লৈ। মহাক্তি 'হিংচাবী' চঙবী নুগীনি। লাইৱা-তীনবা হৈবনি, মহৌশাদগী 'উরা কেকু' নত্রগা 'শরূচাবী' কৌবা হেল্লোয় অমা শান্নে হায়দুনা ৱারী তৌনৈ। লাই-খুনদিনফম চুথেক্তা লাই মচীঞ্জাক থাবা থোকই, মথক্তা জগোয় শাদুনা লৈরম্মী। অসিনচিংবা ৱারী কয়াসু লৈম্রবনি। মসি, নুবেশঙলাকপী খঙই। চুমনিংঙাইসু ওই। মী ম্বাইনা কিনরবা লাইখুনদিনফমদা য়ুমদোমপোক মচা অমা (লোইখোমশঙ শাম্রিঙৈদা) লৈরম্মী। মদুদা মহাক মথক্তা লৈরকই। মঙোন্দা অকি-অখং লৈতে। মসিনা ওইবা অই ; মহাকপু মী খুদিংনা কিনৈ ।

লৈকোইরেনগী ইনৌ নৌবা ঈ-পাউ অসি অহানবদা, 'লোই পুম্রি' মপান্দগী খঙহৌদনা শন্দোরকই। লোইনুবী 'লফোইনু' কৌবী অমগী মচীন্দগী থোরকই।

ঈরুজফমগী ৱাচোই, ৱারী—খৃৎথাঙ লমজেনগী মতৌগুম্না, মথংগী নুবে পুন্ত্রি (ইরাং পুন্ত্রি) মপান্দা থুংখি ! কমদৌনা...?

কালেন থানি।

নুংশা খরদি নেমথরে। অইংবা নুংশিৎ লাক্লি। য়াম্না ওল্লাং ওনশাউনরি। নুবে পুন্ত্রি মপানগী হৈনৌ মখোঙদা, নুবেশঙলাকপী ফমদুনা হকচিক লাংঙি। মনাক্তা নিংথেমনুবী অরিবী কয়াসু ফম্মী। খরা নহা ওইরিবী মঙা তরুক্তা পুন্ত্রি নৈখাইদুনা ঈরোইরি, 'ঈশিং অমাংগোই' তান্নরি।

নুবেশঙলাকপীনা ইখঙ খঙহৌদনা লাউরকই—"কাখৎলকওদা, ইশূসা নখোয়বো, হয়েংগী খরা খাকসিদা।"

নিংথেমনুবী পুংবা হাংলবীশিং থওইনা তাদে। কোইরাং লাংলি।

নুবেশঙলাকপীনা অমুক লাউরকই—"নখোয়নে.... চঙজখিনিকো !

নিংথেমনুবী য়াইফবীনা খুম্মী—"চঙবু চঙথ্রবদি ফরবনি অবোকহনবী।"

নিংথেমনুবী মোলহাইবীনা পাংশিল্লকই—" ঐদি অমা হেক্তা চঙহননীংঙি।"

নিংথেমনুবী চীন্দুম্বীনা হায়রকই—"হোযদহৈ, অসুক কুইনা হাঙদুনা লৈদৌ শরুক ... চঙথ্রসনুদা !"

নিংথেমনুবী সুসিলাবতীনা হায়রকই—"হিংচাবীশা! ঙম্মরোইদা, ইশাসে তু চুংঙি ! সৌবিং সৌবিং লাউই।"

মখোয় ময়াম ৱাম্থ-ৱাম্থ নোকখৎলকই।

"ঐদিনে তিম্ফাসু, লীল্লবোপসু কিদে !" নিংথেমনুবী কেসবতীনা হায়রকই।

নিংথেমনুবী যমুনাবতীনা পাংশিল্লকই—"ঐদিনে লৈনুং লোঙ্গা পাখংবা... !"

ময়ামদো ৱাচোই অসিদা নুংঙাইজে। করিদি তৌনি ? নুপা নহা লৈবা মফমসু নত্তে। য়া য়া... পুমলাং লাংঙি। অফা-অপুন, অথিংবা লৈতে। মনীং তম্মী। নুপী ঙাক্তা লৈরবদি অসিদগী হেনবসু ঙাংনৈ। ঈকাইনদে। পুন্সিরোলনি খন্নে। সুসিলাবতীদি কিরকই, মফি শেৎপোই শেৎতবোই চেনখৎপ্রে।

"হৈ, খৎনুবীসা !" নুবেশঙলাকপীনা অমুকসু চৈরপ তৌনা হায়রকই—"নখোয় ময়ামগী নৱা 'নিংথেম চেনখিব'দো লাকলনি হায়দুনা নিংফুৎ নিংফুৎ তারি। 'সঙ্গাই ফম্মাং'গী লাতমদা নমিং চনখৎত্রিবী নখোয় ৭ তিনে মতুং ইনব্রোকো, নখোয় লোয়না, নহাসু ওইরি। ঐহাক ৱারে, নখোয় লাক্লুবা। অশোমগী অনৌবীশিংদি খরা মফরি।"

"পাউ অদুবু শোয়দ্রব্রনে, অবোকহনবী ?" য়াইফবীনা পুন্ত্রি ময়াইদগী লাউখৎলকই ।

পুন্ত্রিদগী নিংথেমনুবী মৌ নহাশিং মথক্তা কাখৎলকলে। নুবেশঙলাকপীগী মনাক্তা খঙনিংনা পাউ মখা তাগদবগী ঙাইজে।

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"শোয়রবসু, নখোয় মাপলদি থাজিনবীরগনি। কু-অহুমগী মীকমদা মারেপ লৌরে।"

"ঐখোয় মাপল হায়বসিবু কনা, কনানো, অবোকহনবী ?" য়াইফবীনা খঙনিংনা হংলকই—" নিংথেমনুবী নীংখোম্বী য়াওব্রা ?"

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"মাদি হৌজিক অমুক কৈসুম মীফা ওইরি। লৈমাবীগী থৌজাল মঙাইরে, মমিং পানবদি মাসু য়াওই।"

সুসিলাবতীনা খঙনিংনা হংলকই—"নত্তে, মাপল অদুবো কনা কনানো ? ঐসু য়াওব্রা, অবোকহনবী ?"

নুবেশঙলাকপীনা অমুক হায়রকই—"নক্ষি অচোৎপশিংদো হোংদোকউখো। য়েংনিংদেনে, ফিথক্তা মপান থোরকএ !"

যাইফবীনা তকশিল্লকই—"মমিংশিং অদুতদি হায়বীয়ু, অবোকহনবী !"

"য়েংঙোয়, মনাও ইবুংঙোগী তাল্লোয় লুমলেম্বী অসে পুল্লপ্না ৯৬নি ! মশীং অসিদি চৈথারোল কুম্বাবদা লাচনম্রবনি। সঙ্গাই ফম্মাংদদি ৮৭ তনি হায়রি, হায়নে। মমিং চনখৎত্রিবী অনীদি লমলক্তা লৈস্ত্রে। অমনা থাংজম চনু মীকলাই, অমদুনা চোংথাম চনু কুঞ্জবতী। মবানীগী মচানুপা অনীসু খুল্লক্তা লৈখিবনি। যমুনাবতী নঙগা সুসিলাবতী নবানীগী নমিংদি লাচনস্ত্রে হায়, মাইচৌশিংনা। নবানী অমা য়াওরে।"

"অবোকহনবী ! "

সুসিলাবতীনা হরাওমনখিদুনা নুবেশঙলাকপীবু কোনশিনগে তৌই।

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"হাই ! হাই ! মখে লাংখিনু। লেমহৌরিবী ৭ অমদি মফম অসিদগীনি ... অমনবীশিংদি থাররোই। খ্বাইদা অসুম লৈহৌরসনু।"

য়াইফবীনা নুংশিনা হায়রকই—"অবোকহনবী ! ঐখোয় মনীংখোম্বী খরদি সঙ্গাই ফম্মাংদা মিং চনখৎপীররোই হায়না ?"

চীন্দুম্বীনা হংলকই—"করিগী ? ঐখোয়দি মনাও ইবুংঙোগী লৈমা নত্ত্রো ?"

নুবেশঙলাকপী খুমদে।

মোলহাইবীনা হায়রকই—"মিং চনখৎপীগে, চনখৎপীরোই তোকউ, ঐখোয়বু থাদোকপীরো, অবোকহনবী ! থোকউ, থোকউবা হিংজরুগে। হান্নদি কোনুংদা লৈবী নিংথেমনুবী হায়বদো য়াম্না ওইনিংলুই। হৌজিক্তি খারে, হ অমুক খারে !"

নুবেশঙলাকপীনা মোমোন তৌনা হায়রকই—"অচুম্বনি, মোলহাইবী ! ঐখোয়সে পোনগী উচেকনি ! চুম্মীদা, পুয়ানুগী ঈশৈদো !"

"অবোকহনবী ! অতৈ লাইরি।" য়াইফবীনা মখা তানা হংলকই—"পুয়ানু হায়বীদুবু কনানো ? ঐখোয়দি লমলক্তা লৈরিঙৈদা, মশকসু উহৌদে।"

"অদুবুরো ... ঐসু খঙদে, মমিংদি তাই।"

অসি হায়রগা লোংজম চনু লাংদাইনুবী মুৎ কাওজিল্লকই। অবোকহনবী খুরুম্মী। লোইনুবী লফোইনুসু য়াওই। মতুং ইল্লকই।

য়াইফবীনা হায়রকই—"মসিদি, হৈস্রেপোৎনি। অৱায় অখুম।"

লোংজম চনুনা ময়ামবু সুপচিন্না অমুক মখুৎ ফন্দোক্লগা খুরুম্মী—"ইনেমসি, ইন্দোনসি ময়ামবু লংদাইবীনা খুরুমজরি।"

"য়ারে, য়ারে, হৈনুবী !" চীন্দুবীনা নোকুনা খুম্মী।

লোংজম চনুনা খুরম্বা লোইরগা নুবেশঙলাকপীগী মনাক্তা ফমখস্রে।

লফোইনুনা নুবেশঙলাকপী খুরুম খুরুম্না মখা হায়রকই—"অবোকহনবী ! নপুবুসু থাবীয়ু, মনাও ইবুংঙোগী মনাক্তা। ঐহাক খাইদা লৈবা কিজরে। অহিং, অহিংদা ফিমু শেংপী, অহিং কোকখুম্বী লাইনুবী অমা কোয়চং চংতুনা লৈরে।"

"হা !" নুবেশঙলাকপীনা অঙকপা পোকুনা হংলকই—"অদুঙেগী অহিং কোকখুম্বী, ফিমু শেংপী ! নৌহৈনা অমুক মথি ফোঙলবা !"

"অহোয় অবোকহনবী ! ঐহাক ওক্লুরে লাংকাইফমদা।" লফোইনুনা শমথদুনা হায়রকই—"খাই হেক্তা মাঙখি। য়ৌরকপা য়াইকো লাংথাকপুংদসু।"

নুবেশঙলাকপী তুম্মিন্না লৈ। মপুক্লিংদা খল্লি—"কৈ ! হন্দক্তি খঙনি !"

চৈরক অদুদা য়াইফবীনা হায়রকই—"অতে লাইরিনে, লফোইনু ! নঙনা মনাও ইবুংঙোগী মনাক্তা থাবীয়ু হায়রিসিবু ... করি খোক্লবগে ?"

"ঙাইখো, ঙাইখো, য়াইফবী !" নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"ঐ খঙই। লফোইনুগী শরুকসু য়াওরি। মহাকসু মমিং চনখৎত্রিবীনি। নবোকরেম্বীসু খঙবনি। লোইনুবীসু নিংথেমনুবী ওইবা য়াই। তৌবতবু, অয়াম্বনা মিংনাইদবী ওইনা লৈনে। মাসু চৎসনু, নহা য়াম্না ওইরি, মাঙহনবা পাম্মুই !"

চীন্দুবীনা অমুক হঙ্গৎচে—"ফরে, অবোকহনবী! ঐখোয় নিংথেমনুবী মাপলগী মমিংদো অমুক্তং তাকপীয়ুবা।"

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"যমুনাবতী, সুসিলাবতী নখোয় অনী অমা হান্নসু পনস্রেদনা, মথংদা, য়াইফবী, চীন্দুবী, মোলহাইবী, লফোইনু, কুন্দালৈ, কেসবতী।"

"নিপালদং ঙাইরিদা, অবোকহনবী !" য়াইফবীনা অমুক হংলকই—"অতোপ্পা নিংথেমনুবী অমদি কনানো ?"

"ওইরবা য়াই... !" লোংজম চনুনা মোকফেৎ তৌরগা মখা তাখিদে।

মোলহাইবীনা খঙনিংনা তকশিল্লকই—"কনানো, কনানো, লোংজম চনু ? নন্দোনসি নীংখোম্বীরা ?"

"ঐসু খঙদে, কু-অহমগী য়ারেপ।"

লোংজম চনুনা হয়াওবা উংতুনা মখা তানা হায়রকই—"ইন্দোনসিজনিং ! নখোয়

ননীং তমজপ্রো। ম্বাইদা লাই থোকএ, কোনুং হোন্দংলনিসু হায়নরে।"

নুবেশঙলাকপীনা হংলকই—"মনাও ইবুংঙোগী তাংবল লাম্দা, মৈ থাদোক্লম্বা কোনুংলেনগী সঙ্গাইশিং অদো শাবা লোইরে হায়রা, হা ! লোংজম চনু?"

"অহোয়, অবোকহনবী !" লোংজম চনুনা খুম্মী—"স্নাম্বামাসিনা মাইচৌশিংদা নুমিৎ অফবা য়েংঙু হায়রৌই। নিংথেমগী ফম্বালসু আদা তোংনিদ্না।"

"নঙসিদি কোইথুং হেক থুংঙিদা।" য়াইফবীনা হায়রকই—"ঙাইথোনে, লোংজাম্বী ! লফোইনুগী পাউ অসিবু...?"

"ঐদি কিজবনা নুমিৎ হেক তাবগা থোঙ চেংনা চেংনা লোল্লগা লৈজরবনি।" লোংজম চনুনা মখা তাদুনা হায়রকই—" ইন্দোনসিখোয়সু পুল্লি মপানগী থাবলদা, নুংশিবা লৈনম নমদুনা ফমজরুনুকো...!"

"কিজরেদা !" মোলহাইবীনা হায়জে।

নুবেশঙলাকপী চুবা মেৎলগা তুম্মিল্লা লৈ।

য়াইফবীনা অমুক হংলকই—"কৈদৌরে অবোকহনবী ? তম্লাই হায়বসিবু তশেং তশেংনা লৈব্রনে ?"

"তম্লাই নত্রবসু লমলৈমা হায়বসি মহৌশাদগী লৈরকই।" নুবেশঙলাকপীনা মখা শমথরকই—"লৈকোইরেন শেম্বা মফমদা লাইফম, লাইবুং, লমলাই লৈবা হৌনে। কোনুংলেন মনুংদসু লাইফম ১০৮ লৈ হায়নে। করিগুম্বা অল্লা-অনা, শা-লান থোকলমদাইদা, মথি ফোঙই। মফম অসিদসু, ফিমু শেংগী, অহিং কোকথুম্বী, লৈগনি শোয়দনা, লীন অমোম শাথিবীদো ওইরম্বসু য়াই। হৌজিক মথি ফোঙবা হৌরকলে, পুন্দুনা থম্বীদো থাদোক্লবদি, করিগুম্বা অমা শোয়দনা থোকলরগনি, ফবু ফরেদা!"

"ফরেদা হায়বদি, করিগীনো, অবোকহনবী।" কুন্দালৈনা হংঙি ।

নুবেশঙলাকপীনা খুম্মী—"নখোয় ইরাং থাংবী ময়াম থাবল চাবা থোক্লেন্দনা, চেকশিন্নৌকো... চরম মেৎলগা ঈ চুপচখিনি! পালহৈবী ওইগনি, লাই নত্তে ।"

"য়েংঙোবা, অবোকহনবী !" লফোইনুনা মমীৎ মনা লাওথোক্লুনা পাউ তম্মী—"হৌরবনিনে, হৌরবা ... মমাঙগী চয়োলদা অঙোম চনুগী সঙ্গাইদা অহিং চঙলম্মী, হায়নে, লৈরাংতোম্না।"

"হা ! করি হায়বা ! অঙোম চনুগী অপাম্বী সঙ্গাইদা ?" নুবেশঙলাকপীনা অঙকপা পোক্লুনা হায়রকই—" অদুগা, ঐঙোন্দা করিগী পাউ তমহ্রিবা ! নঙদি তাল্লা, লোংজম চনু ?"

লোংজম চনুনা হায়রকই—"তাজদে, অবোকহনবী ! ইচেমসিজ অহলনসু তমলত্তেনা। ঙকএদা ! লোই পুল্লি মপানগী অঙকপা পাউ অসি ফাগীনি থল্লুই। অদুনা, অবোকহনবীদা হংগে লাকচবনি।"

"হৈদকো, খুরাইজম চনু কুরেম্বী !" নুবেশঙলাকপীনা মপূক্লিংদা খঙে, মচীন খোক্তে। তৃশ্মিন্না অদুম লৈ।

"হৌরেনদৈ অহিং মোংবা য়াদ্রে, ঐখোয়।" সুসিলাবতীনা অসুম হায়রগা নুবেশঙ মনুংদা চেনশিনখ্রে।

"শরুচাবী হায়বদু ওইরিনি ।" য়াইফবীনা শোঙে ।

"চংঙোনে, নখোয়বো, নফি অচোৎপা হোংদোকউরো... অমুক খোরকউ।"

নুবেশঙলাকপীনা ঈশিং ফিজোন্নরবী নিংথেমনুবীশিং তানশিনখ্রে। মনাক্তা ফমলম্বী অতৈসু মরী মরী চঙনখ্রে।

মশূ মবেন অমসুং লফোইনু—মখোয় অহুমদং ঙাইহৌরে ।



"লফোইনু!" নুবেশঙলাকপীনা কৌরকই ।

"তাকপীসি, অবোকহনবী!" লফোইনুনা খুম্মী।

"নবোকরেম্বীনদি করি করি হায় ?" নুবেশঙলাকপীনা লফোইনুদা মখা তানা নোংশিল্লকই—"করিসু হায়দ্রা ?"

লফোইনুনা খুম্মী—" লাই ঙাওরে, শা-লান থোক্লগনি, মহাক্লা খাম্বা ঙমদ্রে, লাংওন-লংদাই শিল্লগনি, মীশি মীনা থোকপা য়াই ... অতৈসু য়াম্মা হায়।"

"অতৈদি করি করি হায় ?" নুবেশঙলাকপীনা য়াম্মা কৃপশিন্না হংলকই ।

"ফম্বাল লনকাসু পল্লি... কাউবু কাউরে অতৈদি।" লফোইনুনা খুম্মী ।

"অবোকরেম্বীসি হেল্লোয় শান্নে হায়নৈ।" লোংজম চনুনা চিংনরপ তৌনা হঙ্গৎচৈ—"চুম্বনে, অবোকহনবী ?"

নুবেশঙলাকপীনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"শান্নবনি, শান্নবনি! থাংজগী অহিং নোংয়াই খুদিংগী য়েনবী অমুবী মঙক কক্লগা... কৎপনি। মহা হিংচাবীনি ! ঐসু কাইনথংদা খঙলকপনি।"

লোংজম চনুনা খঙনিংনা হংলকই—"অদো, অবোকহনবী ! অহিং খুদিংগী কু-অহুমনা লাউবরিবা লাইরোন অদুনা করিনো, কনাবুনো কৌরিবদো ?"

"উরা কেকু !" অবোকহনবীনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"মসিগী নুংলোন কয়া লৈ। অফবসু, ফত্তবসু । তশেংনমকসু নখোয় খাইবু, কোনুংবু, অহিংদা ঙাকথোক্লবা শান্নবা লাইরোন অমসুনি। ঐখোয় অহুম তুমদ্রি হায়বা খঙহল্লবদি য়েক্লবা, হুরান-লাননাবশিংনা পাক চঙলকপা ঙমদ্রেদনা... তৌবসু লাইরোন-তীনলোন অসে, নবোকরেম্বীনা হৌদোরকপনি, তম্বীবনি... হৈদ্রপোৎনি, মাদি।"

লোংজম চনুনা হায়রকই—"চুম্মী, অবোকহনবী ! কু -অহৎমগী চেকশিন খোল্লাউ অসে য়াম্না কান্নবা লৈ। নুপা নুপী পুন্নমক লোঞ্জা লোনথুপ তৌবসু কিনে ।"

অবোকহনবীনা হায়রকই—"মদুনি কান্নবা ! ঐখোয় কু-অহুম ঙাইহাক লৈতনা হৌগৎলগা মুথক খুদিংগী লাউবা খোকপদা কোইয়েং য়েংঙি। লোইনা উবা জাৎনি ।"

"কৈ য়াম্না কৈ!" লোংজম চনুনা মঙক নোম্না নোম্না হায়রকই—"লাই অহুম্না শান্নরম্বা চেকশিন লাইবা অদু নশূ ঐখোয়না অমুক লাউজহৌগে।"

অবোকহনবীনা হয়াওজনা হায়রকই—"নখোয়গীদমকনিনে। নচেমসিজশিং অসিদি তরং চুবী ঙাকনি, নঙদি মুম্না খঙজিলহৌ। অদুগনে, লোংজাম্বী ! নবোকরেম্বীগী 'উরা কেকু' অদুদিনে লৌহৌরক্নুকো।"

লোংজম চনু হৈশিংবীনা খৌদোক্নুনা হংলকই—"নত্তেনে, অবোকহনবী ! লৈরবনে... লাই অদুবু তশেংনা ?"

"লৈ, নবোকরেম্বীগী নুংদা শকথূপ্না লৈ... মদু তোংবা অদুনা মাগী হান্নগী মেঙন্থবা খোঞ্জেল, নুপা মখোল ওনখিবনি। হনুরবী মহাক্না অসুক্কী মতিক খৌনা লৈরিবা, মীকি-লাই কিদ্রিবনি। মাদিনে 'ঈনৌ' শিনবনি।" অবোকহনবীনা মখা তানা হায়রকই—"এ ঃ কিদুম কিঞ্জেদা ! তু খ্যাও চুংঙি !"

লোংজম চনুনা খঙনিংনা হংলকই—"ঈনৌ শিনবা হায়বদি ? করি করম্বা থৌরমনো, অবোকহনবী ?"

লফোইনুনা য়াম্না কিতক তৌনা হায়রকই—"অবোকহনবী ! ঐ কিজরেদা, লোইখোমশঙদা লৈবা।"

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—" ঙসিদগী, নুবেশঙদা লৈরো। নঙসু শকলোংপী নিংথেমনুবীনি, ঐনা নঙবু ফোঙবীরেদনা। ইমুংদা চংঙো, চংঙো। নচেমসিজশিংগা নীংথিনা লৈমিন্নৌ।"

"অদো, অবোকরেম্বীনা ফাবা লাকঅদি।" লফোইনুনা কিতকনা হায়জে।

"লফোইনু ! ঐসু কুহনবীনি, লৌখাম চনু কুমুদিনী !"

লফোইনু য়াম্না হয়াওনা নুবেশঙ মনুংদা চেনশিনখ্রে। মহাক অসি মনাও ইবুংঙো 'নিংথেম চেনখিবগী ১৫ সুবী নিংথেমনুবীনি! মহাকপু নুবেশঙলাকপীনা শকখঙবীখ্রে। মসিদা, মতু মমান খিংজে, মমীৎ ঈরা চেঞ্জে। পোকপগী মহৈ য়াল্লে খঞ্জে।

"অবোকহনবী !" লোংজম চনুনা মমীৎ ইরা চেল্লপ তৌনা হায়রকই—"ঙসিদি য়াম্না মমল য়ামলবা থবক অমা পাঙথোকপীরে। নহালখৈ, ইতোনসিগী তাল্লোয় লুমলেম্বীনি খঙদবদগী লফোইনুবু হৈ হা হায়দুনা চৈবীরই। চোংথা অহলনসু ফুবীখি।"

"লোংজাম্বী ! ঐনা হিংলিঙেদা মিংনাইদবী, শকলোংপী নিংথেমনুবী কয়াবু মশক খঙবীরমগনি। মমিংসু চনখৎপীরমগনি... সজ্জাই ফম্মাংদা ।"

লোংজম চনুনা য়াম্না মরৌ লৈনা হংলকই—"অবোকহনবী ! কনা, কনাদি চিংথহৌরি ? অতে লৈত্রব্রা ?"

নুবেশঙলাকপীনা খুম্মী—"লৈরি, অমখক লৈরি !"

"কনানিনা, অবোকহনবী ?" লোংজম চনুনা হংঙি ।

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"নুয়াম শাকবী! মনাও ইবুংঙোগী নুয়াম শাকবী!"

লোংজম চনুনা খৌদোকুনা অমুক হংলকই—"মনাও ইবুংঙো হায়বসিবু, কয়া সুরগে, অবোকহনবী ?"

"অনী সুই ।" নুবেশঙলাকপীনা শমথদুনা হায়রকই—"অনীমক তাংবল লালহৌবনি। ননেমসিজগী য়েক্লবা ভাক্তনি। অমদি হাৎখ্রেসু হায় অমদি লোংলিদো ।"

"বারীসু য়াম্না নুংঙাইহরি, অবোকহনবী ! নুমিৎসু তাশিল্লকও।" লোংজম চনুনা হায়রকই—"নশূ য়ৌজব্রগে।"

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"নখত্তা চংকদ্রনে, খৌগল মচা কনাসু য়াওদনা ? শরুচাবী থেংননিকো ।"

লোংজম চনু হৌগৎখ্রে। চংনা চংনা হায়রকই—"কনা খঙনোদা, অবোকহনবী ! অহিং কোকখুবী, ফিমু শেংপী, শরুচাবী হায়বীদো...।"

নুবেশঙলাকপীনা খঙহৌদনা নোংশিল্লকই—"কৈদৌবা ? হা ! কৈদৌবা, লংদাইনু ? শরুচাবী কৈদৌবা ?"

লোংজম চনু চৎত্রে। অমুক ফমথরে।

"সুম চিংনজবৈ বানিমা।"

"কনাবু ?" নুবেশঙলাকপীনা হংঙি ।

লোংজম চনুনা ঙাইহাক খল্লগা নোকফেং তৌনা হায়রকই—"পুয়ানু কৌবী নুপী অমা লৈনুংশঙদা ফুমখিমাল্লে, মাগী লানঙমদ্রবা থব্রায়না ওনবা তম্লাই ওইরমগদ্রা খঞ্জে নশূনা... ওইরমদবসু য়াইকো।"

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"হে ! লংদাইনুবী ! নঙদি পুয়ানুগী বারী কনাদৈ তারুই ? শিখিবা কুইরেদা পাইসোলাগী মচানুপী !"

"নোংমা, য়াম্মামাসিনা ঐঙোন্দা বারী লীবিখি, অতে কনাসু তাখিদে।" লোংজম চনুনা হৈশিংবীনা অসি হায়রগা মখা তানা হংলকই—"অবোকহনবী ! মশকসু য়াম্না ফজে হায়নে, চুব্রা ? ইচে শাকবী মাল্লিসু হায়না ? "

"ওইরম্বা য়াই ।" নুবেশঙলাকপীনা, লোংজমচনুনা হংলিবা বাহংগী ভায়োম্রা খুম্মী—"কানবা তৌসি পালহৈবী, ঐ লাং থাকে... লাংলম খঙই ।"

"অবোকহনবীসু তম্লাই ফাবগী লাইবা হৈব্রা ?"

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"ঐসু কুহ্নবীনি, কুহ্নবী! য়েংঙোয়, লংদাইনু! ঐ ব্রা অমা হায়গে, নাকোং অতে লানখিবা য়াদেকো ।"

"তাকপীয়ু, অবোকহ্নবী!"

"নঙ, হিংচাবী চঙবা হায়বা অসি থাজব্রা ?"

লোংজম চনুনা খুম্মী—"খঙদেবো, অবোকহ্নবী ! মাইবী চংবা, মাইবী লাই তোংবা হায়বদি উজরে।"

"মদুগা চপ মান্নেনে।" নুবেশঙলাকপীনা শন্দোক্লা হায়রকই—"মাইবীদা চঙলিবসিনা লাই অকবা, উঙমদা থবায় অহিংবা অমা মনুংদা চঙদুনা লৈবনি, মদুগী পাউতাক-পাউমেন অদো মাইবীনা চোইঙাং ওইনা মচীন্দা ঙাংখোরকপনি। 'মাইবীদা লাই তোংবা' হায়বা অসিগী লুপ্রবা 'ফিনুংলোন' লৈ। মতৌ অসুম্না নবোকরেম্বীদা 'লাই কত্তবা' অমা চঙখিবা জাংনি...।"

লোংজম চনুনা কোথদুনা হংলকই—"কমদৌনা, কদায়দা, চীংনুং সনালোক্তা ?"

"হোয়নে, হোয়নে মদুদসু চঙবা য়াই ! " নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"মসি থাজদবা তৌগনু... লমহাং-তুহাংদা কি থোংদনা খোঙ হামগনু হায়নরিবসি মরম লৈনে। নবোকরেম্বীদি খৌশাদে, মফিসু কোমগল্লি। মদুদা হেক মোঙদুনা লৈবা লানঙমদ্রবা থবায়না পাইশিনখিবা জাংনি। অসিগুম্বা থবায়না অমুক হন্না মীওইনা পোকচনিংঙি। করিগুম্বা খুদোংচাবা ফংদ্রগনা নুপীদা চংশিন্দুনা লৈ, পোত্থাজবা ফংঙি। নবোকরেম্বীদা তোংলিবসি লাইনুপা ফত্তবনি। নুপীগী মনুংদা লৈগ্রবনিনা 'হিংচাবী' ওল্লেদনা। মসিনি হিংচাবী চঙবা ! হিংচাবী অদুনা, চানিং-থকনিংবসু, মপু ওইরিবা অদুনা চারগা থকলগা পেঞ্জে। মদু তোংবী নুপীদো অফ-ফত্তবা খঙদে।

নবোকরেম্বীনা চীংচেপ চুথেক্তা য়েন অমুবী হাংলিবদো... অতে ওইরমদ্রে। মহাক্লা ঈ চুম্মী চুরুপ চুরুপ, ঈনৌ শিল্লি, শরু-শয়াং শায়বা জাংনি। ইস ! তুদুম চুংঙি। নোংমা ঐনা লোন্না উরুই। অদুদে ঐ চেল্লকপনি... মমাসিজগী মনাক্তা। মহাক্তি নুপানি, নুপী ওইরবসু। মাগী নুংদা তোংলিবা অদুগী অনিং-অনিংবা মহাক্লা পাঙথোকই। 'পুংবালোয়' খিরকই । মাগী লাইসি 'উরা কেকু' কৌই। মসিগী নুংলোন লাইবাশিং অসি নবোকরেম্বীনা মাইচৌ পুরেল 'উরালোই'গী মায়নৌশিংদগী তমহৌবনি হায়...হৌজিক্তি য়াম্না কান্নরে ।"

"অদুদি... পুয়ানুসু, পালহেম্বীসু ঈ চুপশ্রবা ?"

"তুম্মিয়া লৈয়ুনে।" নুবেশঙলাকপীনা নশোল তপ্না হায়রকই—"অরুবা লারে লৈনে। কোন্না হায়গে। নবোকরেম্বীনা নুংশিবা মীদি মাগী উরা কেকুনা কৈসু তৌরোই। কিরুনু ! নখুউ হেক্তা পায়য়ু। 'উরা তেতু' হায়য়ু, মসিনা লাইফারোননি।"

লোংজম চনুনা হায়রকই—"ও ! ঐ খঙঙে খঙঙে। য়াম্বামাসিনা অবোকরেম্বীগা মায়য়োক্লদুনা য়ারী শাবা মতমদা, মখুৎ নাম্না মখুউদা হেক হেক থম্মীদো...।"

"হোয়নে, হোয়নে।" নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"মাগী উরা কেকু হায়বদু ননেমসিজদদি চঙবা য়াপোৎ নত্তে। মীচম নত্তে, মাইস্না কুমুদিনীসু! 'নিংথেললেমা' হায়রিবী লাইরেম্বী অদুমক্কী শায়োন-লাংওননি হায়নরিবী নুপীনি। অদুনবু, মাগী মঙালদা, কনাসু চঙশিল্লকপা ঙমদ্রিবনি। লুই, মাগী মহৎ-মরেং কনানবু শিল্লগবা...?"

লোংজম চনু কোকশিংবীনা য়াম্না মরৌলৈনা হায়রকই—"অবোকহনবী! ব্রারোইশিনদো কোৎচি থাংঙিদা।"

"কোচি নত্তে, লোংজাম্বী!" নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"ঐসু অচৌবা কুমুদিনী অমনি! লাইনক লৈখিদবগী ব্রানি। হৌজিক্তি কু-অহমগী অচৌবা লাঙ্গাও অমা থোকলবা য়াই। ঐদি অঙোম চনুবু লৈমরেম্বী হাপনিংদে।"

"লুমনম্রেদা ব্রাদু।" লোংজম চনুনা হায়জে।

"লাংদাইনুবী! নঙদি ফম্বাল তোংবগী লান য়াওনিংব্রা?"

"কৈনো, ফম্বল তৌংবৈ লান হায়বদি?"

"হে! নঙবু কনা শিংবদাইনে?" নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"ঐনা ঙশাইদগী ইয়া কোংগোন কাবমখৈ ঙাংলিবসে ইরাং পুস্রি মপানগী ব্রাচোই নত্তেনে, লৈঙাক কাঙলোনগী পোরম পোমিৎনি।"

"খঙজে, নিংথেমনা ফম্বাল তোংবদা লৈমরেন অমা য়াওগনি।"

"অদুদি হায়য়ু তাসি, কনাগা, কনাগা? লৈমদি ৭নি।"

"অবোকরেম্বীনসু অঙোম চনু য়াদে। ইচে চোংথা অহলবুদি য়াই।" লোংজম চনুনা খুম্মী অমসুং হংলকই—"অবোকহনবীদি..?"

নুবেশঙলাকপীনা লুনা খুম্মী—"অনীমক মচানুপাসু অমমম পোকলে। অঙোম চনুগী মচানুপা সনাহল সুরচন্দ্র, ব্রাঙ্গোল নিংথৌ হাপস্রে। চোংথা অহলগী মচনুপা কুলচন্দ্র চহী য়াম্না হন্নদে। খম্বল চাবোকনি। মাসু ব্রাঙ্গোল নিংথৌ ওইবা য়াইনা।"

লোংজম চনুনা খুম্মী—"ওইবা য়াই। তুলসী পৃয়া শিস্রবা মতুংদা, ইনেমসিজ মাইস্না কুমুদিনীসু, লৈমরেম্বী ওইখি।"

নুবেশঙলাকপীনা পেঙ্গবগী মতৌ উৎতুনা শমজিল্লকই—"অদুনা, অঙোম চনু শিস্রবদি চোংথা অহলনা লৈমরেম্বী ওইবা তাই।"

"অদুদি, ফম্বাল তোংবা তাই, চোংথা অহল!"

"অং, অং! নঙগী নকোক অচঙবনি।"

"অদুদি, অবোকহনবী! অঙোম চনুদা তম্মরিবা, কিহল্লিবা অসি কনা ওইবা তাই? হাৎনবা শারৌ ওইরোইদ্রা?"

"অহিং কোকথুম্বী, ফিমু শেৎপী ফিরুচো। ওইবা য়াই, চোংথা অহলগী নৎত্রগা মচীন মনাওগী খুৎনেক! নঙদি কাংলম চেন্দুনা লৈহৌরোকো।"

লোংজম চনুনা মতীং লৈনা খুম্মী—"ঐ লংদাইনুবীনি। মীহুৎশিনবী অমা ওইরবসু হিঙ্গৎহনবা তাই , পাইসোলাগী মচানুপী ! উন্না কেকু কোঙবা তাই ।"

লোংজম চনু চৎখ্রে। নুবেশঙলাকপীনা লাউখি—"লোংজান্বী ! লোই পুম্বি মপানগী পাউ, নুবে পুম্বি মপান য়ৌরে। কুঞ্জ পুম্বি মপান ফাওরগা, অপান্বী পুম্বি মপান, য়ৌশিল্লম্মুকো!"

"খঙজরে, অবোকহনবী!" লোংজম চনুনা খুম্মী ।

"কুম্মৈ নুংঙাইহল্লুকো, লংদাইনুবী!"

নুবেশঙলাকপীনা মশূ ইবেম্মা লোংজম চনুবু নুংশিনা য়েংদুনা লৈহৌই । মপূক্রিংদা খল্লে—"নিংথেম পিশক্লা লৈমা নিংথেমনুবী কনাগা কংলা কম্বাল তোংলগবা!"

ঐখোয়সু য়েংবা তাই, অচৌবা কুমুদিনী অহমগী লান ! মাইস্না কুমুদিনীনা অঙোম চনু পাম্মী, খুরাইজম কুমুদিনীনা চোংথা অহল ওইহননিংঙি... অদুবু, খ্বাইদগী মতীংলেবী, মতীক চাবীদি ... পাইসোলাগী মচানুপী লৈনুং নিংথেমনুবী ! মসিনা, লৌখাম চনু কুমুদিনীগী অপান্বনি। খঙদে, কনাগী লাইবক্তা ! লুরিবদি, পাইসোলাগী মচানুপী হিংলিব্রা ? মীহুৎশিনবী নুয়াম শাফবী অসিবু অশেংনা পুয়ানুরা নত্রগা পালহৈবীরা ?



লাংথবাল কোনুং চীংগী থা মচেৎ শাবা ময়াইচবুক্বী মশাইগোন্দা, মমিং চৎলবা 'রাস মন্দল' লৈরি। মনাক্তা কুঞ্জ পুম্বি। মথংদনা 'লাইদিংকোই পূং'। মফম অসিদি ব্রাচোই ঙাংফম নত্তে। ঈশ্বক ইরাংগী শনম-মীনমসু য়ৌশিনদে। ইংনা চীক্লা ফজবা মফমনি। অতে পুম্বি মপানগী ব্রারেম-ব্রাচোই, মদুগী মহোকত্রবা পাউ মচং—মফম অসিদা য়ৌরকই। মদুগীদমক 'অরোন-নাই' কয়া, খুরক হাঙদনা লৈখ্রবনি। সঙ্গাই য়ুমজাও (কোনুং)দা নিংথৌ লৈ। লাইদিংকোই লৈপূং মথক্কী অনৌবা শঙলেন্দা, ব্রায়েল চূপলি পায়বী নত্রগা মায়চুম্বী লৈ। থওইনা, পূং মথক্তা মমাসিজ পোংলেনখোম্বীনা সঙ্গাই অসি শারিবনি। মহাক লাইনীংবা হৌরকএ। ইংনা চীক্লা লৈজনিংলে। মতিক চারবা মজাইবুংঙো লৈরে। অদুগা মথৌনা লৈরবা মজাইবুংঙো লানচিং পুরেল ধর্ম্মসেতুসু ফংজরে । শগোল চূপলি খজিক খজিক থাদোকপা হৌরকলে, পুমথা হেক থাদোকপদি নত্তে। তংদু লৈতারে হায়দুনা লৈখোকপা য়াদ্রি। লৈঙাক ব্রায়েল চূপলি, চিংখোক চিংশিন থাদোক থাজিন শান্নরি। অশেংনমক, মহাক মায়চুম্বীনি!

লাইদিংকোই পূং মথক্কী সঙ্গাই, লৈকোইরেন অসিগী 'কোকলেন সঙ্গাই' হায়রগা খঙনে। ব্রাংলপ তৌবা পূংনি। মতোন্দগী অকোয়বদা য়েংথরকপা মীৎয়েং—মীৎ নাবা, মীৎ নুংঙাইবা, থৌদোক-ব্রাথোক খরদি ফজনা উবা ঙম্মী। শঙলেন অসিদা মী য়াম্না লৈতে। মমাসিজ অমদি মনাইনুবী খরদংগা লৈ। মজাইবেম্মা অনীসু লৈ। অমনা থাগোইসনা, অমদুনা থরাকসনা। অনী অসে, হান্নদি নুবেশঙদা লৈরম্মী। মমীৎ মনা

খয়া ঙাওই, নৈশাথী অনী ! নুবেশঙলাকপীনা কুনৈমগী সজাইদা 'মীংয়েং মীকা' (নজর বন্দিনী) ওইনা নৈয়নবা থাজিল্লকপনি। হৌজিক্তি মবানীসু পোনগী উচেকনি!

লাইদিংকোই পুং অসিবু নৈমরেম্বী পুং হায়রগসু খঙনৈ। পুম্ব্রি পরিংগী নমদম অসিদা 'নৈমরেন পুং' কৌবা মকম অমসু লৈ। লোই পুম্ব্রি মনাক্তনি। মদুদা, ইমা নৈমরেন শিদবীগী খুভম লৈ। লাইদিংকোই পুং অসিবু লোংজম চনুনা 'লাইগী পুং' থোক্লি। নৈমরেন পোংলেনখোম্বী লাই মপীনি হায়বমক য়াই। সন্নাই অসিবু 'পাউলেন শঙ' হায়নসু খঙনৈ।

অচঙবা মীগী য়া ঙাংনগনু হায়বা অদু হেক চুম্মীদা। য়ৌবু য়ৌশিল্লকলে—লোংজম চনু হরিমতি (হরিমঞ্জরীসু কৌই) । মখক্তনি, থৌগলনাই কনাসু লোয়নদে। মহাক্তি পোন অচৌবা মনুংদা লৈবী উচেকনি, খ্বাইগা মান্নদে। মনীং মখা, খরমখৈ তমজে। চংনিংবা য়ৌনিংবা মকমদা চুমব্রিং, পনদে। তৌবতবু মনাইনুবী লোয়নৈ। ঙসিদি মাগী অচানবী মনাইনুবী লফোইনু লৈহৌরে। মহাক তশেংনা নুংঙাইজে। মসিগী পাউ মচং অমতংদি পাউলেন শঙদা পীরম্বা চুম্মী খঙ্জে। লাইদিংকোই লৈপুং মখোঙদা কোইথোক্লা লাকলিবনি।

কুঞ্জ পুম্ব্রি মপানগী বকুন পাম্বী মখোঙদা মহাক চপ লেপ্লী। মমাঙদা মনেমসিজ!

"শ্রাম্বামাসি! ননাই লোংজাম্বীনা অমুকসু হন্না খুরুমজরি।" মনেমগী মখোঙ শোকফাংতনা খুরুম্মী, তিংখৎতুনা লেপ্লী।

ফাগী পুবী মমৌনুপীগী মতৌদা মনেমসিজ পোংলেম্বীনা নোকফেৎ তৌরগা হংলকই—"হন্দক্লা অমুক করিগী...?"

লোংজম চনু ঙশায়সু মনেমসিজগা উন্নরমলবনি।

"পাউ মচং অমতং লৈজে।" লোংজম চনুনা তুবৎ খুমজে।

"নঙবু লাইবার চংপীরো ?"

"তঙাইফদনা !" লোংজম চনুনা তুবৎ খুমজে।

"হায়মা, লফোইনুদি ?" মনেমসিজ পোংলেম্বীনা হংঙি।

"ফাহৌরে! নিং-ফাবীনা !"

"ও ! খঙজে, খঙজে ।"

নুবেশঙলাকপীবু লোংজাম্বীনা 'নিং-ফাবী' (নিংথেমনুবী ফাবী) থোক্লে। মনেমনসু মরক মরক্তা, ফাগী তৌদুনা নুবেশঙলাকপীদা কৌই।

"কবোদা থানি হায়ব্রা...কৈনো খঙ্গৎহৌরে।" লোংজম চনুনা খুম্মী ।

মমৌনুপী অচানবীনা ঙাংবা, য়াঙাং ফাম্বী ওইরবসু থৌগল্লোন কাইরপ তৌই হায়বা অসি মনেমসিজ খঙই। শাউদে। নোকফেৎনৈ।

"হৈ, অঙাওবী ! অদুম হায়বা হৌনদে।"

"ঙাকপীগনি !" লোংজম চনু মকোক নোঞ্জে।

"ফরেদা, লফোইনুবু নুবেশঙলাকপীনা নিংথেমনুবী ওইনা শকখঙবীবা !" মনেমসিজনা হায়রকই অমসুং হংলকই—"লোইরব্রা, নঙগী পাউ ?"

"পাউ অমতংগা লৈজরি।"

"হায়য়ু তাসি ।"

"ইচেমসিজ অহলগী সঙ্গাইদা অহিং কোকখুম্বী, ফিমু শেংপী নুপী অমা চঙলম্মী হায়না তাজে।" লোংজম চনুনা হঙ্গৎচে—"পাউ অসিমতংসু।"

"নঙগী পাউদো চজীক ওইরে।"

"এ ঃ য়াংগ্রেদা, থুগ্রেদা।"

"লংদাইবী ! মতম খোঙলৈগী খোঙচৎনি। নঙ ঐনা তম্বা ঙম্বা নত্তে। ইবেম্বৌ লাইন্না মখি কোঙলে...!" লৈমরেম্বীনা মখা তানা হায়রকই—"শরূচাবীসু ঙাওরে। করিগুম্বা খরা থোকলবা য়াই!"

"ইবেম্বৌ লাইন্নাগী শায়োন নত্তেদা, মাম্বামাসি!"

"ঐদি থাজে। লমলৈমা অমদি লৈবনিকো। মহৌশাদগী ইরাৎ থৌনিজে।"

"মাম্বামাসি! লাই নত্তেদা, মীনি । পালহৈবীনিসু হায়নৈ ।"

"ওইরম্বসু য়াই, হৈজ্রাংসু পায় হায়বদাই ? মদুনা অমনি।"

"অহোয়, ফম্বাল তেংগদবী লৈমরেন মুম্নবগী শরৌসু মাম্নি।"

"থাজবা লৈ। চৎলু, নচেমসিজগী মনাক্তা। মরী মখোঙ থিয়ু।"

"ফগনি, ননাই চৎচরুগে।"

মনেমসিজনা অমুক হায়রকই—"তেনশূবসু ঙাকশেন্দুনা লৈনবা হায়ম্রবনি। নঙসু থিয়ু, ফিমু শেংপী, অহিং কোকখুম্বী ! ওইরম্বা য়াই লীন অমুবী পালহৈবী !"

"অহিংদা ফিমু শেংপী নুপী মরি সুইহায়নৈ !" লোংজম চনুনা শমতক খুম্মী।

"কনা, কনানো ?" মনেমসিজনা হংঙি।

"অকুপ্পা পাউ লৌজরুখিগে।"

"হৈদকো, নঙসে।"

"অদুবুদি, লংদাইবীনি।"

"চৎলো, থেংলে ।" মনেমসিজনা মনাক্তা লেপলিবী ঙানবীদা থৌদারগা হায়রকই—"ঙানবী! লোংজম চনুবু মাগী সঙ্গাই য়ৌনবা থিনবীরুচো।"

"ফগনি, মাম্বা ইবেম্মা!" ঙানবী মকোক নোঞ্জে।

"চৎচরে, মাম্বামাসি!" লোংজম চনুনা মনেমবু খুরুম্নগা হায়রকই—"অরোইবা ওইনা অমুকসু...!"

“হয়েংগীসু য়াওরব্রা ?” মনেমসিজ মচীন মেন্দুনা নোকহৌই।

ঙানবীনা থৌগল তৌদুনা লোংজম চনু খোঙশানখ্রে। মাগী সজাই চঙদে। অঙোম চনুগী সজাইদা চুমথ্রিং অমুক হায়জিনখ্রে। অপাম্বী পুম্রি মপান্দগী মাগী (লোংজমচনু) সজাইসু ইনক নকলে। সজাই য়ুমজাওগী মনীং পাংলপ চুথেক্তা লৈ। কোনুংলোনগী চৎনবী মতুংইন্না ইবেম্মাশিংগী সজাই তোঙান-তোঙাননৈ। মনাও ইবেম্মা লৈমা অতৈগীসু লৈ। ঙানবী থাদোকখ্রে।



নুংথিলগী অঙানবা—য়াচঙবগী অমম্বনা খজিক খজিক কূপশিনবা হৌরকলে। মমশিল্লকই ; অসুম মমশিল্লকই। লমহেন্নবী নোংজাবী মপে অমা অমম্ববু শীংনদুনা লৈরি ! লাম্হেংনগে খল্লিব্রা ? নত্তে ; অবা পোৎলুম্মরবী, নুপী অমবু য়েংথরি। মঙাল খজিক্তং পীবিরি। ফজে মচু অসে ! নুমিৎ তারে খঙদে, অঙোম চনু! অপাম্বী পুম্রি মপানগী মালিকা (লৈ) মখোঙদা ফমলি, চুবা মেৎলি। উংজানৈ। মনাক্তা লৈহাওবী অমসুং লৈরাংতোন, য়াথং ঙাইরি। থৌগল তৌজরি।

অঙোম চনু, লোকেশ্বরী—চাফম খঙদে, তূমফম খঙদে। মহাক নুংঙাইতে। চয়োল অসিমা, কনাসু উনদে। তকসি শোন্দুনতা লৈ। থোকখিবা থৌদোক—মহাক্না কনাদসু ঙরী শাদোক্তে। চেক-মোক লাউদনা লৈরকই। মহাক লমন খুমনিংঙি। কনাদা ? মহাক্না চিংনরিবা মীশক শোয়দ্রব্রা ? মদুসু হায়দোকপা কিজে। মরমদি ? নুয়াম শাফবীগী মরুমদা, শরুচাবী লৈ! মসি মহাক খঙই। মথঙায় প্রোক প্রোক চাকই। মহাক্না পাউ অসি কনাসু তমথোক্ত্রি। তমথোক্কনু হায়দুনা কিহল্লম্মী। মহাক তশেংনা কিরব্রা ? অঙোমচনু ! অদুক কিরবদি কমদৌনা লৈবাক অমগী লৈমরেম্বী ওইবদা মতিক চারিবা !

থোকখিবা থৌদোক অদুনা লংলা-লংজিল ওইরগা, পাচা লোয়শঙদা নত্রবসু কু-অহমগী ঙায়েলশঙদা পুখৎলুবা য়াবসু নত্তে। ফাহৌদে, খুদমসু ফংদে। মীৎনা উহৌবসু মথন্তনি। কনানা থাজবীগনি ? মাগী মমঙ-মহানি হায়দুনা য়াবিরকওই। পূন্নমক অসি মহাক খঙই। মহাক লৈতাফম খঙদ্রে। অমুকসু মহাক্না পুয়ানুবু ওইরে, নুয়াম শাফবীবু ওইরে, অহিং কোকখুম্বী, ফিমু শেৎপী অদুবু থাগৎচরি। মহাক্কী খম্বল চাউবী শীচৎপু মতম চানা চুমথোক্লবা হোৎনরম্বনি, মাবু হাৎকে তৌবদি নত্তে হায়দুনা খন্দোকচৈ। মসিদা, পেস্থোকচৈ। ফিমু শেৎপীগী পাউতাক মহাক ইঙ্গরে। মনাও ইবেম্মশিংগী নুংশি থৌগল নুমিৎ য়েস্থোকখ্রে। হয়েংদি অমুক, নিংথেমগী নুংশি থৌগল নুমিৎ—মাগী নুমিৎ তাই, লংমাইচিংনি (নোংমাইজিং) ! মহাক্না চিংনবা খরদংদি লৈরি... নিংথেমগী খুয়া ফমজাউ মখাদা, লাংলিবা ‘লাইরুবাক’ অচৌবা মদুমতংদি হাংদোক্তুনা য়েংনিংঙি। অতৈদি করিসু চিংননিংঙাই লৈতে। মহাক্না চিংনবা অমতংগা লৈরি—পালহৈবী নত্রগা নুয়াম শাফবীনা পুয়ানুগী মমিং ঙাইরিবা করিগী ? মসিমদি মহাক্কী ঙাখলনা লাম্বা ফংদে। মহাক মকোক পুবা ঙমলক্তে ।

"ইচেমসিজ, খুরুমজরি!" লোংজম চনু য়ৌশিল্লকই। মচেমসিজবু খুরুমজে। মনাক্তা ঙেক ফমথৱে—"নুমিৎ পুমভা তাগ্রেনে।"

অঙোম চনু খংগ্রেকনে। মী লাকই উরুদে। মমীৎ কুপ্পী। লৌশিং লাকই।

"লংদাইবী! কদোমদগী?"

"লোই পুম্রি মপান্দগী নুবে পুম্রিদা ঙাইহাক শল্লুরগা, কুপ্প পুম্রি মপান ফাওরগা অপাম্বী পুম্রি মপান্দা, চুমদ্রিং য়ৌজরকপনি।"

"নঙ হেক লাকলগা খরা অৱা পোথাই।" অঙোম চনু নোকফেৎ তৌনা হায়রকই।

"অদো নঙদি কৈদৌবা কোইরিবা, লৈমা নিংথেমনুবীনবু?"

"ঐদি পোনজাওগী খোইনিং অমোমনি।"

"হৈগ্রেপোৎনি, য়াহে লৈচন লৈথেৎ।" অঙোম চনুনা মখা তানা হংলকই— "নত্তে, কৈদৌবা কোইরিবনো?"

"পাউ লৌথোক-লৌশিন।"

"এঃ নঙবু পাউলেন শঙগী পাউখোম্বী হাপলৱা?"

"মরক মরম্তা...!" লোংজম চনু লংদাইবীনা ঙাইহাক মুন্না খল্লগা হায়রকই—"ইচেমসিজ! মসি কোনুংনি। কোনুং হায়বা মফম অসি, অরোন-অথুপ, শরৌ-লাংথাক, লৈঙাক- কাঙলোন, তাংবল লালহৌ, তোইশ্রপোৎনি—খুউ শেনবা তাই, চেকশিন-খৌরাং তৌবা তাবনি।"

"এ ঃ নঙবু তুংগী মায়চুম্বী ওইগে খল্লিৱা?"

"ঐগী নত্তে, নিংথৌ খুভম চেৎনবা হোৎনবা তাই, ঐখোয় লৈমা নিংথেমনুবীনা।"

"চুম্মী চুম্মী। ইচেমদি অদুক হাক্লা কুপশিল্লুদে।"

"পাউ অমা তায়না?"

"নঙগীরো, ঐগীরো?" অঙোম চনুনা নোৎশিল্লকই।

"স্নাম্বামাসিদি তাহৌরেনা।"

"কমদৌনা?" অঙোচনু ঙকচানৈ।

লৈরাংতোননা মরক থৎতুনা হঙ্গৎচৈ—"ইচেমসি! ননাইনা পাউ পীজরুবনি? ফক্ত-নুংদা থোক্কদ্রা চিংনজে।"

"নঙবু কনানা স্নাম্বামাসিদা পাউ পীবিয়ু হায়, হা?" অঙোম চনুনা মখা তানা লৈরাংতোনবু চৈবিগদবগী তৌই।

"ইচেমসিজ!" লোংজম চনুনা মচেমগী মতৌ অদুদা লৈরাংতোন কনখৎপা ওইনা হায়রকই—"মনাইনা মপু কনবা তাই, মপুনসু মনাইবু কনবা তাই। মতম চানা পাউ পীরুবা, ফরবনি। কোনুংসু হোঙ্গৎতৌরে। নিংথেমসু কংলাদা ফম্বাল তোংলবা য়াই।"

"লৈমরেন ফমদি...?" অঙোম চনুনা চিংনরপ হংঙি।

"ওইরবা য়াই ...!" লোংজম চনুনা য়াম্না হৈশিংনা খুম্মী—"ওইফম থোকপী লোকেশ্বরী অমনা ! কোনুং কাবা হানবীনা ওইগদবনি হায়বদি লৈতে হায়নে। করিগুম্বা...।"

( অঙোম চনুসু লোকেশ্বারী কৌই, চোংথা অহলসু লোকেশ্বরী কৌই )

অঙোম চনুনা চিংনরপ তৌনা হংলকই—"করিগুম্বা, কৈদৌবা ? সনায়াইমা মমানা মুনদৌরিজাংলা ?"

সনায়াইমা মমা হায়বী অসি মজাইবুংঙো 'কুলচন্দ্র' পোকপী চোংথাম চনু অহল লোকেশ্বরীবুনি! মহাকসু মতিক মগাল নাইবীনি।

হৈ-শিংলবী লোংজম চনুনা হায়রকই—"কনানা খঙনোদা... অঙোম চনু লোকেশ্বরী অমসুং চোংথা অহল লোকেশ্বরী অনীগী মরক্তা...।"

"মরক্তা কনা... ?" অঙোম চনুনা পাখৎতুনা হংঙি।

লোংজম চনুনা মরৌ লৈনা খুম্মী—"ইচেমসিজ ! চেকশিনবা তাইকো। লৈমা অমা মফম খঙহৌদনা শিপ্পবদি...?"

লোংজম চনুনা হায়গে তৌবদি মসি নত্তে। 'চোংথা অহল লোকেশ্বরী অমসুং অঙোম চনু লোকেশ্বরী অনীগী মরক্তা, ইতোপ তোপ্পী লৈমা অমা খঙহৌদনা ফাওজিল্লকপা য়াই, মুনখিবা য়াই', হায়গে তৌবনি অদুবু, মচীন ফাজিনপ্রে।

"অঙোম চনুনা মপূক্লিং নুংশিনা হায়রকই—"হোয়নে হোয়নে, ঐনা করিগুম্বা শিপ্পবদি, নঙসু ওইবা য়াই। নঙবুদি খ্বাইনা চাপ্পি। কু-অহুমনসু য়াইদনা ?"

"ঐদি নিংথেমনুবী মরিসুবীনি, কদায়দে ব্রানো, ইচেমসিজ!" লোংজম চনুনা মখা শমথদুনা হায়রকই—"অদুবু, ননাওনা লাকচবগী লংজিল ফংজরে।"

অঙোম চনুনা হায়রকই—"লংদাইবী ! ঐ য়াম্না খোইদৌ খিংলিকো ! ব্রা লুনা লুনা ঙাংগনু, কোইথোক্লনু। তুবৎ ঙাংঙুবা।"

লোংজম চনুনা হায়রকই—"মতাং মতাংগী, লৈঙাকলোন শরৌ হায়বা অসিদি মপা মচা হাৎনৈ। ফম্বাল তোংবী লৈমরেন ফম মুন্নবগীসু তুরোল্লবী লৈমশিং হাৎনবা য়াদব্রা ? হৈক্লাং পায়বী অদো, চোংথা মচীন মনাওগী খূৎনেক ওইরম্বা য়াইকো ।"

"মদুমা নত্তে, লাংদাইবী !" অঙোম চনুনা মপূক্লিংদা লোৎলিবা ব্রাফম ওরো ওরো হায়দোরকলে—"নিংথেমবু হাৎকনি হায়, হায়দোক্লনু, ঈ চুপকনি হায়রম্মী। ঐবুদি হাৎকনি হায়রমদে। খম্বল চাউবী ওইনুসু হায়রম্মী ।"

লোংজম চনুনা হায়রকই—"তো, তো! চিংথোকলেদনা লংলা লংজিল ! অদুক লুবা ব্রাবু ইচেমসিজনা করিগী লোৎতুনা চয়োল অমা লীরিবনো ? লৈরাংতোন্না হেন্না ইচেমসিজদগী লৈঙাক কাঙলোন খঙই। ঙাকপীগনি, ননাওবু ! চাংদমনবা নচ্চদে। মপু নীংবিসে থাদোক্লনু।"

"ঐ ইশাতগী খন্নুরে, লংদাইবী!" অঙোম চনুনা মশাগী মরাল য়াজরদুনা হায়রকই—"ঐ লানথ্রে। নঙ লাক্লগা লৌশিং থোকই। অদো, হৌজিক কৈদৌসিগে ?"

"ফিমু শেৎপী, অহিং কোকখুম্বী নুপী অদো...!" লোংজম চনুনা ঙাইহাক খল্লগা হংলকই—"ইচেমসিজনা কনাবু চিংনৈ?"

"খঙদেদা !" অঙোম চনুনা তুবৎ খুম্মী।

লোংজাম চনুনা অমুক হায়রকই—"লৈকোইরেন অসিদা অহিং কোইবী ফিমু শেৎপী নুপী মরি লৈ।"

অঙোম চনুনা হায়রকই—"ঐদি ঙসিদবু তারি, ঙকচরেদা! কনা কনানিনা ?"

"অবোকরেম্বীসু শেৎলি।" লোংজম চনুনা খুম্মী।

"মহাক নত্তেদা, মাদি মরোল খোইদে।"

"হান্না খোইরম্মী হায়নৈ।" লোংজম চনুনা য়াম্না হৈশিংনা হায়রকই—"হান্নগী খোলৈ খোন্দা ওনবা য়াইনা।"

"চুম্মী ! অদুবু মাদি মীওই-মীতৌ ফুল্লেনৈ, মশা নোয়।"

লোংজম চনুনা হায়রকই—"অমনা, ইন্দোনসি মাখোং হঙবী! মহাকসু ফিমু শেৎলগা অহিংদা কোইথোকই হায়নৈ।"

"নত্তে , ইন্দোনসি নতে, মাদিময়াং কংঙি, কাহেন্না মশা পাই, লেপ-বাংনৈ।"

"মরোন খোইবী, তোংগানবী ! ওইরম্বা য়াই, পালহৈবী !" লোংজম চনুনা মথন্তা শোঙ্গে—"শোয়দনা ওইগনিদা...!"

"অং ! অং ! তোংগানৈ !" অঙোম চনুনা মরক খংথৎ থৎতুনা খুম্মী।

"ইচেমসিজ !" লোংজম চনুনা য়াম্না পেন্না মচেমসিজবু কৌজরগা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই – "অতে লাইরি, ইচে শাফবী কদায় চৎথ্রে ? হৌজিক্লা কদায়দা লৈথ্রে ? শাউনখিবা লৈব্রা ? মাগী করি শাউ তাই ?"

"লাকখিদবা কুইরে।" লৈহাওবীনা মরক থৎতুনা খুম্মী—"মশা ঙমদে হায়দুনা অবোকরেম্বীনা লায়েংলি হায়নৈ। মাদি নোংমতসু অপাম্বী শঙলেন্দা অহিং লেকখিদে। নোংমা অহিং চৎখিবদগী হল্লকখিদ্রে । অদুগা মহাক লাপ্না চৎথ্রনিসু হায়।"

লোংজম চনুনা নোংশিল্লকই—"মাদি কদায় চৎতোইবা, লৈহাওবী ? কনাগা কদায়দা চেন্দৌরিবা?"

লৈহাওবীনা মখা তানা খুম্মী—"থোইদোকপা খঙজদে। শাফোঙলনিসু হায়।"

অঙোম চনুনা ঙক্লুনা হংঙি—"শাফোঙবা ! শাফোঙবা হায়বদি ?"

লৈহাওবী খুম্না নংখিদ্রে।

লোংজম চনুনা খুদক্তা খুম্মী—"অহিং কোকখুম্বী, ফিমু শেৎপী ! ঐদি কুইরে খঙবা। ইচে শাফবীসু শেৎলি। অমদি পালহৈবীনি হায়নৈ । পালহৈবী কনানো হায়বদি

খণ্ডগ্রি। কনাগী মীহৎশিনবীনো হায়বসু খণ্ডগ্রি। থিখিবা তাই। ফরে, ইচেমসিজ! ঐহাক লংদাইরুগে, চোংথা মচীন মনাওসু উন্নরগে, মোঙ্গ্রং চুবী লৈমা ইনাও অহুমসু উন্নরগে। ফরে, ননাও চৎচরগে।"

"নথন্তা অমম্বা অসিদা ?" অঙোম চনুনা হংঙি।

লোংজম চনুনা নোকফেৎ তৌনা খুম্মী—"চিংনবীরুনু। মাঙদা উরে, সঙ্গাই য়ুমজাও! ঙসিদি ঐগী নুমিৎ থোকপা, থোক্তবা, ঙন্তানা হায়জিনগ্রগে।"

অঙোম চনুনা পাউমৈগ্রে—"নঙদুম পাচা লোয়শঙ কাজনিকো। ঙাইঙমদবা তৌরুনু, লংদাইবী।"

লোংজম চনুনা খুম্মী—"চিংনদে... ঐনা থোকপা ঙাংনগে। উশিন তৌনবা য়াই, লৈমা মশেন য়ান্নরবদি। ঙসিদি ওইনাম চনুগী ওইরিনি। ঐ হেক্তা মুন্নুরগে।"

"অদুদি, লোংজাম্বী!" অঙোম চনুনা মনাইনুবী অনী অদো লাপ্পা চৎথোকখো হায়দুনা ইঙ্গিৎ তৌরকই।

লৈরাংতোন, লৈহাওবী লাপথোকখ্রে।

"তাকপীয়ু, ইচেমসিজ!"

অঙোম চনুনা নাসোন তপ্পা হায়রকই—"নিংথেমগী খুয়া ফমজাও মথাদা, য়াম্না চাউবা, ব্রাংলপ তৌবা তাবু অমা লৈবা অদু খঙইদনা...?"

"খঙই, খঙই। ঐদি থৌগল চঙবদা খুরুমজে।" লোংজম চনুনা খুম্মী।

"অদুবুদি ঐসু খুরুম্মীনে, নহালদি কাউরুরে। শ্বাই লাউই!"

"অদো কৈদৌরগে ?" লোংজম চনুনা হংঙি।

"খৎচিং চিংনবা লৈ! নিংথেম চেপগ্রগা অমুক্তং য়েংঙুবা।"

লোংজম চনুনা নোকফেৎ তৌরগা হায়রকই—"চিংনরুনু ইচেমসিজ! মদু হাংদোকপসু য়াবা নত্তে... হায়, স্নাম্বামাসিনা।"

অঙোম চনুনা হংলকই—"শজিবু চৈরাওবগী অহিংদদি হাংঙি হায়বদাই ?"

"হোয়, ইরাৎ থৌনিজে। অদুসু কনা য়াওহনদে, নিংথেম, মাইবা মাইবী।" লোংজম চনুনা শম্পৎনা খুম্মী।

"ঐদি য়েংনিংবনা লোইরে। মনুংদা য়াওরিদুবু করিনো, করি লাইনো ?"

লোংজম চনুনা মচেমসিজ খম্বল চাউবী অসিনা খুয়া ফমজাও মথাগী তাবু অদু হাংলুরবদি অকায়বা লৈগনি হায়দুনা খঙ্গে, খুদক্তা খুম্মী—"ঐদি খঙই, ইচেমসিজ!"

"করিনো অমুক্তং হায়য়ু ?" অঙোম চনুনা হংলকই।

লোংজম চনুনা নাসোন তপ্পা হায়রকই—"অদুবুরো... শরূ হুমদাং! থায়নগী অমনবা শরূ হুমদাং! স্নাম্বামাসিনা হায়বনিকো।"

অঙোম চনুনা ঙকুনা অমদি পাখংনা হংলকই—"শরূ হূমদাং হায়বা ! কনাগী শরূ হূমদাং ?"

লোংজম চনু হৈশিংবীনা মচেমসিজগী মতৌ য়েংগে ৰুদুনা খুম্মী—"পাইসোলাগী মচানুপীগীনি হায়গুম তৌই !"

"পাইসোলাগী মচানুপী হায়বদি ?"

লোংজম চনু হৌগংখ্রে। চংনা চংনা হায়রকই—"পুয়ানু ! পুয়াম চনু পুয়ানু !"

অঙোম চনুনা মমীৎ লংখংলগা হংলকই—"পু...পু...পুয়ানু ! অদুদি, নুয়াম শাফবী অসিনা পুয়ানুগী কনানো ? পালহৈবী হায়বীদুনা কনাগী মীহৎশিনবীনো ?"

লোংজম চনুনা খুম্মী—"ওইরম্বা য়াই পুয়ানুগী লানঙম্রবা থবায় ! অবোকরেম্বীদা 'উরা কেকু' হিংচাবী চঙখিবগুম... নুয়াম শাফবীগী নত্রগা পালহৈবীগী য়াইবীকোনদা লানঙমদ্রবা পুয়ানুগী থবায় চঙখিবনি হায়নৈ ! পুয়ানুদি তশেংনা শিগ্রে হায়নৈ ।"

"হা ! নুয়াম শাফবীদা, পুয়ানুগী থবায় তম্লাই ! শোয়দ্রব্রা, লংদাইবী ?"

"অবোকরেম্বীদা হংবীয়ু। ননাও খঙজদে ।"

অঙোম চনুনা মথন্তা শোঙৈ—"ঐ শিরমগনিদা ! ঐগী সঙ্গাইদগী নুয়াম শাফবী চংখিবা ফরেদা !"

লোংজম চনু লাপথোকখ্রে। মাগী লাইবার খোঙচৎ মায় পাকলে ! সঙ্গাই য়ুমজাও তম্মা চঙশিনখ্রে। অঙোম চনুনা মোমোন তৌনা মনাওনুবী হৈশিংবীবু য়েংজহৌই। য়াচংবগী অমম্বনা লোংজম চনু খঞ্জিনখ্রে।



পাউ অমসু...!

মসিনা অনীসুবা ৱাথোক অমসুনি ।

চিবোন চিবোন, মুসুক মুসুক শন্দোরকলে। মসিনা অমুক মথংগী চয়োলদনি। লোই পুম্রি মপান্দগী খঙহৌদনা হৌরকই। মফম অসি, পাউ শন্দোকফমনি। লোইনুবীশিংগী চোইঙাং—খৌগাক নায়দে, মচীন মখা য়াংঙি। ঙাংনিং-শকনিংবা, ফৈ...ফত্তে খঙনদে। মদুদা, মখোয় নুংঙাইজে। মখোয়সু ইখৌ লাংজবীনি। নুংশি ইখৌ লাংজবী !

নুবে পুম্রি মপান্দসু পাউ য়াম্না মরাং কায়না লৈ। মসিদনা, কায়না মৈশা লাংবগী, মীনোক মীশা তাবগী অমদি মীৎলু পিরাংগী ! পাউ অয়াম্বা ফাদোক্রুদে। নুবেশঙলাকপীগী নাচে কারন লৈ। চেকশিন্নে। লোইনুবী অমসুং নিংথেমনুবী—অনীমক নুপীনি ! তৌবত্তবু খেন্নবা খরদি লৈ !

অঙোম চনুগী মনাইনুবী লৈরাংতোন—অঙকপা পাউ অমা পুখ্রে, চুমথ্রিং চেন্নকই। মহাক্তি, নুবে পুম্রি হায়জিনদে। মবেম্মনা লোইখোমশঙদা 'শংনু-তুংনু' কৌরুসো থাবনি।

পম্বুয়মদে। মবেম্মগী মমাঙদা নিংসা থবেংনদুনা লেপলে।

"ইচে... ইচেমসি ! য়েংঙোবা... অঙকপা পাউ অমা তারকই।"

"নঙবু পাউ খোম্বা চংলু হায়ব্রা ?"

"খোমদবা য়াদবনি।"

"করিগী ?"

"হন্দক মরকসি কোনুং মনুংসে কৈনো অমা তৌরেদা।"

"কৈদৌরগে ?"

"খঙদে খঙদে...।"

"ভম্মুনে, করি পাউ লৈরে ?"

"শংনু-তংনুসু লৈহৌদে।"

"অদুরা, নঙগী পাউ ?"

"নত্তেদা... চীনসিনা হঙ্কংপদা...।"

"মরীক চুম্না তম্মুনে।"

"কনানো, লৈমা নিংথেমনুবী অমনা..।"

"প্রপ প্রপ হায়য়ুনে।"

"নিংথেমগী অহিং থৌগলবু উশিন তৌরে হায়নহৌই।"

"হা ! উশিন তৌবা হায়বদি ?"

"মহুৎ শিল্লগা থাজিল্লে হায়নৈ !"

"কৈদৌঙে ?"

"হৌখিবা নিংথৌকাবনিসু হায়... ইমশকৈশনিসু হায়নৈ।" লৈরাংতোল্লা খুম্মী।

"নঙগী পাউসিবু করিনোনে ?" অঙোম চনুনা ঙাইহাক খল্লগা মথন্তা হায়জে—"নিংথৌকাবদি চোংথা অহলগীনি ; ইমশকৈশনা লোংজম চনুগী।"

"হোয়নে, হোয়নে, মবানীগী নুমিৎ থোকপদা ওইনিনে।"

"মীহুৎশিনবীদি কনানি হায় ?"

"কনা ওইনি.... ফজবী, নীংথিবী !"

"মমিংদো হায়য়ু, হায়বনি।"

"নুয়াম শাফবী !"

"ইস ! ঐনা চিংনবা অদুমক !"

"শোয়দনা চুমগনি, লোনুবীশিংনা য়া-য়া ঙাংনহৌই।"

"ঙকল্লেদা, অবোকয়েম্বী ...!" অঙোম চনুনা শোৱে ।

লোইখোমশঙ হঞবী, অবোকরেম্বীসু নুপীনি। নুপীগী পুন্সিবু মশক মুন্না খঙবীনি। থাজ-য়োঞবা মতম হেন্নবী নুপীশিংগীদমক মহাক ৱাজে। মরুওইনা, মাগী লোয়শঙদা লৈরিবী লোইনুবীশিং অসিগী তুংগী পুন্সি মহাক্না মফম চানা চানা শেম্বীনিংঙি। মমাঙউদা, নিংথৌশিংনা লোইনুবীবু করিসু মমল লৈতনা লৌবীখি। লম্বীদা, লৈকোলদা শাংলম্বা লৈ অমা মনম অমুক্তং নমলগা হন্দোকপিরম্বা অদু য়ানিংখিদে। খাঙবদি তাখি। মহাক্না লোইনুবীশিংবু নিংথেমনুবী ওহোক্লবা হোৎনগনি হায়বগী শীংখিবা লৈ। অদুনা, নিংথেম পুরেলগী মনাক্তনি খঙদে, নিংথেম শিশক্কী মনাক্তনি খঙদে, নিংথেমতোনগী মনাক্তনি খঙদে, মাইপাক্সনাগী মনাক্তনি খঙদে, লোইনুবীশিংবু লোন্না লোন্না থাজিন্নবা হোৎনরিব্রা? চিংনদবা ঙমদে। মাগী থৌরাং অমদি লৈবা তাই। মসি অঙোম চনুনা চিংনজে।

মিংনাইদবী, শকলোকপী লোইনুবীশিংবু 'নিংথেমনুবী' ওইনা শকখঙবীরগা লৌশিনবা অসিনা, নুবেশঙলাকপী, অবোকহনবগী মথৌরা ? ওইবা তাই। মসিদসু নত্তে। মপাং কায়নরবী, কায়না মৈশা লাংলবী নিংথেমনুবী কয়াগীদমক ৱাজে। খুন্দা-লৈতানবা খঙ্গে। মহাক ৱাজে, মাগী মশূনুপীশিংগীদমক। কুহনবী অমসুং কুরেম্বী অনীগী থৌরাং অঙকপনি !

অদুগা, মমাসিজ কুলৈমদি ?

লৈঙাকপী অমসুং চৈরাক পীবি !

(কু-অহুমগী তোঙান তোঙানবা শকলোন লৈ । মান্নবা মতাংসু লৈ )

অঙোম চনু শাউনিংলম্বদগী মোমোন তৌজে। লৈরাংতোনদি মতৌ অদু ঙকচানৈ। মমীৎ কুপ্তুনা মবেম্মবু য়েংজে। অমুকসু করিনুংগী পাউ পুরকপনো খঙ্গে।

"ইচেমসি ! কৈদৌরে নোকলিবদি ?"

"নঙগী পাউসি শোয়দ্রেকো ?"

"শোয়দ্রে, শোয়দ্রে, ইচেমসি !"

"যৈ খঙগনি !" অঙোম চনুনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"অবোকহনবীদো ঙাইহাক্তং লেঙবীরকউ হায়রু।"

"ফগনি, হৌজিমক চৎচগে।"

লৈরাংতোন চৎখিগে তৌই।

অঙোম চনুনা হায়রকই—"অদুগা, লৈরাংতোন ! ইন্দোনসি মাখোং হঞবীসু !"

অঙোম চনু নিংথৌগী তাল্লোয় হঞবীনি। হৌজিক হৌজিকমক ফম্বাল তোংদুনা লৈমরেম্বী ফম থিন্দোক্লবসু, মতিক থৌনা য়ামা লৈ। মহাক্না মথক থোংবী ফমনাইবীশিং কৌবা য়াই। লাক্তবসু য়ারোই। মহাক্না মতুংদা লৌথোকপসু ঙমলক্কনি। লৈঙাকলোনদদি লমন খুম্বা, লমন শিংবা হায়বা অসি থাদোক্লবা য়াদ্রবা খল অমনি। মনেমসিজ মাইম্নাদি মহাক্না কৌবা ঙমজদে।

"ইচেমসি, করি মভাংগীনি হায়জৌগে।"

"লাকপীবুদা হায়রুচো।" অঙোম চনু লোকেশ্বরীনা হায়দগী হেন্না মায়খোং মকম লান্না হায়রকই—"য়েংঙোয়, লৈরাংতোন! ঐগীসু মতম লাকলেদনা, খুদোংচাবা কংলে। পাচা লোয়শঙদা পুখোক্লগা খোঙ্গোইহনগেদো! কোনুংদগী অহোকখিগে!"

"কনাবু?"

"নুয়াম শাফবী!"

"মাবু উপিন তৌবী অদুদি?"

"পাচা লোয়শঙগী কমনাইবীশিংনা খিগৎচনি, য়েজনি।" অঙোম চনুনা মখা তানা হায়রকই—"ইন্দোনসি মাখোং হঞ্জবীনা খোংলবা নিংথেমনুবী কোম্বীরেগী নীংজাওদা শীংগায়বাক য়েখিবদু নঙসু উহৌইদ্রা?"

"উজহৌই।" লৈরাংতোন্না খুম্মী।

"য়েংসি, নুয়াম শাফবী! খিসি পালহৈবী!" অঙোম চনুনা য়াম্না কন্নক পেন্না হায়জে—"নিংথেম শিশক্কী তান্নোয় হঞ্জবী নোংমাইনু ঐগী ইতিক খঙহনগেদো।"

লৈরাংতোন্না হায়রকই—"হোয়নে, মাগুম্বী লোইনুবীনসু মশক খরা ফজরে হায়দুনা, নুপাখোয় লোইনা ঙাওহল্লে, সুমহৎলে।"

অঙোম চনুনা ওক্কুনা খুম্মী—"অদুনি, লৈরাংতোন! নুংশিনম্রবা নিংথেম মচীন মনাও, মরূপ মপাং, খাঙ শৎনম্রিঙৈদা, মহাকপু মতম চানা চৈরাক পীহৌদবা য়াদ্রবনি। খেঙবু খেঙমল্লবনি। চৎলো, পম্বুরনু।"

"ফগনি।" লৈরাংতোন চৎখ্রে।

অঙোম চনু ঈশে গুংজহৌই।



কোনুং মনুংগী ঈ-পাউ, শন্দোকপা য়াম্না থুই। য়াম্নাসু মখোঙ য়াংই। অচুম্বসু, তোকঙাসু—মখোঙ পান্দুনা কোয়চেন চেল্লি। লানগী পাউনা অমুক হেন্না য়াংঙি। মসিমদি লানথুংনসু পাউ তাকই। পোৎ লোইশিন্নবা নংনদে। অঙাং-নুবী হন্দোকলম্বা খঙনদে। মশা হ্রশাভগী খম্রে। অসুম্না, লান কয়া থোকখি। নিংথৌশিংদি চেনখি। কনা লৈহৌই? নিংথেমনুবী! মখোয়তনা হ্রাহৌই। য়েক্লবা কিজবীশিং কদায়দা লোৎহৌই? খুয়া কমজাও কাঙখদা! শিখিবসু য়াওই। খরনা ফাদুনা পুবীখি। মখোয়গী মৈচাক-মৈশা, হ্রাথোক, লাম্বোক; লোয়নাইদ্রবা হ্রারীনি। নিংথেমনুবীদগী, লমলক লৃথুম্বী! নিংথেমনুবী মশীং অসুম অসুম হেক্সৎহৌই! হ্রাথোক কয়াসু, মখল মখেল!

অদুগা, নুয়াম শাফবীদি?

অহিং কোকখুম্বী, ফিমু শেৎপী, শাফবীনি! নুয়াম শাফবীনি হায়নরকলে। পুম্রি

মপান খুদিংমক্তা, মচি মচিদা ৱারী শান্নকম ওইরকলে । মাবু শৌগংপা কাওবু, মাবু য়াদবা কাওবু, খুৎ থানদে হায়রবত্তনি। কাচিন-কোয়া খুদিং পাউ য়ৌগ্রবনি। কাওবু অমনা পালহৈবীনা নুয়াম শাকৰী শাবনি, শাকবীদি শিগ্রে হায়নরি, অদুগা পালহৈবীদি...?

অঙোম চনুগী ৱাকং—নুবেশঙলাকপী অমদি মাখোং হঞ্জবী য়ৌগ্রে। শেম শাবা লোইগ্রে। মাখোং হঞ্জবীদি সৌবিং সৌবিং লাওজে। মাদি খঙবা কুইরে। নহাসমখে ভূমিয়া লৈজে। কনাদসু ৱারী শাদোক্তে। মাসু অহিং কোইবীনি। কমনাইবী অমসুনি। কিজবা লৈ। তঙাইফদনা অঙোম চনু লোকেশ্বরীগী তেংমায় লেপ্তুনা পাচা ৱায়েল শঙ কাবা তাখি। ৱায়েনবী অমা ওইনা ।

অয়ুক নুংথিলদা, নুয়াম শাকবী উখিগ্রে। অহিংদদি লোয়া মপান থোরকই। মহাক অহিং কোইবীনি। অহিং 'শাখোকপী' কৌবা য়াই। মহাক্তি অচিকপা পামজে। মঙোন্দা করিসু, অকি-অখং লৈতে। হৈক্লাং অথৌবা অমদি মশা ঙাকথোক্নবা পুজে। নুংজেং পাখংবগী চীংথক, লোই পুম্নি মপান, লাংকাইফমগী নারক, শীংলক—মাগী পোথাফমনি। করিগুম্বদা, মহাক কন্নী, মপি শিগ্নে। কনানসু মাবু মনুং হুজিয়া খঙনগ্রি। লংদাইবী লোংজম চনুদি শাকবী খঙই। য়ামা মুয়া খঙই । উরা কেকু শায়বদি য়াওজদে। পালহৈবী অমসুং নুয়াম শাকবী—চম্মনবা ৱাকম অমদি লৈরি । অমবু ওইরবসু, নুয়াম শাকবীগী অঙক, অঙকপা, থৌরাং—থাগৎনিংঙাইহনি! মহাক অমোংপা পামদে। মহাক্না চৎত্রিঙৈদা শেংদোকলমগে খজে। মহাক শোয়দনা চৎলগনি হায়বা খঙজে। মাবু লোইথোমশঙ হঞ্জবীনা থাম্বা ঙমগ্রে, তাইনবা ঙমদ্রে। লাইবক য়েংগু হায়দুনা থাদোকলে। মহাক কনাগীসু খুৎনেক চৎতে। লৌশিং লৈবীনি। মহাক থৌনা লৈরবী লাম্মী অমনি। মতোমতা ঙায়রবী লাম্মী! হৌজিক মাগী কনাসু লৈজদ্রে—মমা, মপা, মচীন মনাও!

লফোইনুগী খুৎথাঙদা মহাক্না শন্দোকহনবা পাউ—মহে য়াম্লে খজে। অঙোম চনু চুমথোকলে। মথন্তগী ৱাখলনি। মীনা ইনশিনবা য়াবী নুপী নত্তে। নুবে পুম্নি মপানগী অহিং—মখে লাংখিদ্রে। শরুচাবীসু কিনৈ, মাবুসু হেয়া হেয়া কিনরকলে। মহাক নুংঙাইজে।

নুয়াম শাকবী ৱাথোক নমশিন্দুনা থম্বা য়ারোইদৌরে। 'কু-পুংবা' (কুহনবী অমসুং কুরেম্বী) নাকপাক্লরে। নুবেশঙলাকপীনা (কুহনবী) অঙোম চনুগী ৱাকং অমসুং শারৈ খাঙবা ঙমদ্রে। মাখোং হঞ্জবীসু অদু মঙাইরে হায়দুনা পাংশিল্লকলে। কোকলেন সঙ্গাইদা লৈরিবী মমাসিজগী (কুতোম্বী) মফমদা মরিক চুম্না পাউ য়ৌগ্রে। মাখোং হঞ্জবীনা পাচা মীফম কৌনবা তকশিনগ্রে। কুতোম্বীনা মনেমবোক কু-পুংবাবু তোঙান তোঙান উম্নগ্রে। অমগা খন্নবা, অমদা খঙহনখিদ্রে। নুমিৎ খরনি খনখিগে হায়দুনা লৈগ্রে। চৈরক অদুদা, লোংজম চনুনা লান পাংশিল্লকই। মাদি থিবা হন্বা হৈবীনি । কিশিরোন খরসু খঙই । পাউ মরুমদা লৈজে । মানি হায়বদি খঙহনদে। হৈগ্রবী নুপীনি। 'শংনুং-তংনু' মচীন মনাও শীজিন্নে। পাউ অমসু শন্দোকহল্লি—লোইপুম্নি মপান্দা।

অঙকপা পাউনি, য়ায়া অত্তাকপা! অরুবা কিশিরোন খরসু লোংতুনা য়াওরি । পাউ অসি লৈকোইরেনগী পুম্নি মথং মথং লানখি । পাউলেন শঙ য়ৌখি । ঙানবীনা পাউ মচং

খরা পুশিল্লকই । মবেম্মা লৈকোইরেন লৈমাবীগী মমাগুদা নোল্লুক্না লেপ্পুনা পাউ তমলে—"ম্নাম্না ইবেম্মা ! ননাইনা অগুকপা পাউ অমা তাজরকই ।"

লৈমাবীনা হংলকই—"করি পাউনো ? তম্মু তাসি ।"

ণ্ডানবীনা হায়রকই—"ম্নাম্না ইবেম্মা ! পুয়ানুগী থবায় তম্লাই থোকএ হায়নহৌই । লৈত্রা কোনুনা পুয়ানু হাংলগা ঈ চুপখিবনি, পালহৈবীদা পুয়ানুগী থবায় তম্লাই তোংঙ্গে হায়নৈ । অহিং কোকখুম্বী ফিমু শেংপী অদুসু পালহৈবীনি, থেংনবা য়াওরে হায়নৈ । পালহৈবীনা নুয়াম শাফবী শাবনি, নুয়াম শাফবীদি শিঙ্গে, চৈরাওবগী অহিংদা মাগী তাংজ লুরেল ককত্রবনি হায়দুনসু মচি মচিদা ণ্ডাংনহৌই । অহিংদা শরূ হুমদাং থোকএ। তম্লাই অদু, শাফবীনি ! পালহৈবীনি ! পুয়ানুনি ! হায়দুনা য়া য়া লাউনহৌরে, মসিবু চুমগদ্রনে ?"

লৈকোইরেন লৈমাবী য়াম্না মুন্না তাই । মহাক ণ্ডকই, মপূক্লিংদা খঞ্জে—"কনানবু শেমলিবা পাখোং লৈচলনো ? হৈদকো, মরুমদা লোংপী !" মহাক চম্মনৈ । মপূকিংগী য়াফম হায়দোক্তে । অচুম অরান খণ্ডলক্রে । মমীৎ উইশিল্লগা হুন্না হুন্না খল্লি । লৌশিং লৈবীনি । কিশিরোন পাখোং ফোণ্ডবসু হৈবীনি । মোমোননৈ, মণ্ডক নোমলপ তৌনা মমীৎ পাংথোক্লগা মচিন থোক্না হায়জে—"ওহ্রোকইদকো, অপণ্ডবী ! শরূ হুমদাং অনীদি কদায়দা ? খণ্ডনিদনা, অবোকরেম্বী মরু কোক্কেদো !"

মমাণ্ডদা লেপলিবী ণ্ডানবীনা হঙ্গৎচৈ—"ম্নাম্না ইবেম্মা ! পাউসিবু করি পাখোংনো ?"

লৈমাবীনা হায়রকই—"ণ্ডানবী ! মাখোং হঞ্জবীদা হয়েংদি পাচা মীফম ফমসি, ফমনাইবীশিংসু পাউ চেন্নু, হায়রুচো চংলু । অদুগা, ণ্ডানবী ! নুয়াম শাফবী খণ্ডদে, পালহৈবী খণ্ডদে, পুয়ানু খণ্ডদে, অহিং কোকখুম্বী ফিমু শেংপী নুপী অদো পুথোরকউ হায়রু, অবোকরেম্বীদা !"

"ফগনি, ম্নম্না ইবেম্মা !" ণ্ডানবীনা অসি হায়রগা মপান থোকখ্রে ।

মতৌ অসুম্না, মমিং মুৎত্রবী পুয়ানু—পাইসোলাগী মমোমলোই, মীহুৎশিনবী নুয়াম শাফবী, মফম ইখণ্ড হেক খণ্ডহৌদনা হিক্তংলকলে ! মোংফমদগী অমুক নৌহৌনা হিক্তংলকলে... পালহৈবীনা নুয়াম শাফবী পুয়ানু শারিত্রা !

নুয়াম শাফবী য়াথোক—কাইনথংদা পাচা লোয়শণ্ড য়ৌরকখি। মরম অসিনা, মাবু ণ্ডসি পুথোরক্লে । শাফবী চংশিল্লকই ; অসুম চংশিল্লকই, পাচা লোইশণ্ড তমনা।

[redacted]

'উরা কোং কোং...!'

লৈমরেন পোংলেনখোম্বী, মকোক শাই ! অসুম থোকনি হায়বা মহাক থাজরুদে। মতম অদো, পাচা লোয়শণ্ডগী পাচাহনবা (পাজহনবা) ইবুংসি উপেন্দ্র, নোজাখিবা মতাংনি। তাংকল লালহৌ ময়ামগী ময়াং ময়াংনখি। খজিতং ইংখে হায়দুনা লৈয়িঙেনি। পচাহনবা

মহৎ অমা হাপত্রি। অদুনা, লৈমরেন্বী মশামকনা পাচাহনবগী থৌদাংসু লৌশিনবা তাখি, মতম খয়া। মহাক্না কম অসি পায়শিনবা য়াই। অভৈদা পীবা য়াম্রি ।

পাচা লোয়শঙ (নুপী বাথোক্পী বায়েল শঙ) হায়বা অসি লৈমরেন লাইন্না মতমদগী লৈরকই। লৈমরেন্বীভনা লাওজে ফস্বী ওইরকই। নিংথেম পামহৈবগী মতমদা 'পাচাহনবা' হায়বা কম অসি তোঙান্না হাপখি। মহাকসু নুপী ফমনাইবীশিংনা বায়েনখিবা লৈ। নুংখিল চাইবী মহাকথং, মনমদা অচাকপা মৈহৌ অহমলক কম্বুদুনা পাচা বায়েনবীশিংনা চৈরাক পীখিবা লৈ । পাচা লোয়শঙনা লৈমশিংগী মফমদা নুংশি থৌগল কায়না চংলুবা নিংথেমশিংবু কৌখৎলগা বায়েনবা ওন্মী। চৈরাক পীবা ওন্মী। মরু ওইনা, মপোৎ মরল মৎতুনা চায়। নিংথেমনুবীশিংনা কায়ন তারুরগনা হেন্না শাথিবা চৈরাক পীবসি থায়নঙৈদগী চংনরকই। করি হায়নি, নুপীবু তোঙ্না থমলকই, অপাম নুংশিদা মনীং তমজবা ওমহনদে। নুপানা নুংশি ফিরোল নাইবদি য়াই। লোয়শঙ অসিনা লোইনুবী অমদি লৈমনাইশিংবুসু চৈরাক পীবা ওন্মী, বায়েল তৌই, মীচমনুবীসু। পাচা লোয়শঙ ফম্বগী ফমনাইবা, ফমনাইবী মশীং অসি মতম মতমগী থেন্নবা লৈ। 'পাচাহনবা' থারগা মীওই ১০/১১ অসুম্না শাই। করিগুম্বা মতমদনা মশীং অসি ১১/১২ সুবসু য়াওখি। ৬/৭না শাবা মতমসু লৈখি। পাচাহনবা হায়রিবা কম অসি, নিংথেম ভালোক (ফালোক) বাইরোং পামহৈবনা (মহারাজ চৌরজিৎ) অমুক মুৎথৎখি। করিনা, মহাকসু তান্নোয় লুমলেন্বী ৫০ নুংপান্নখি! বায়েল বাথোক কয়া মায়য়োক্নখি। পাচাহনবসু করি, করিগুম্বা মতমদা, অশোয়বা য়াওই। মীচং-মীথাই নাইরকই। ফমনাইবীশিংসু কৌমায় চাবী ওইখিবা লৈ—মীশক মীমায় য়েংঙি।

মসি, লৈমরেন পোংলেনখোম্বীনা য়াম্না মুন্না খঙই। থোইদোক্না শাফবী বাথোক, শরু হুমদাংগী লিখুন—পাচা লোয়শঙগী ফমনাইবীশিংদা, মরুওইনা, মাখোং হঙ্গবীদা পুমইন হেক ইম্থোকপসু য়াদে। লৈমরেন্বী মশামক্না, বায়েল বারেপ অমা লৌজনিংঙি। মাগীসু অশোয়বা অমা লৈখি ! অদুম ওইনমক, মহাক মতোমতা মরম্নাই তৌবসু পামখিদে। পাচা লোয়শঙগী অমদি লৈমকোনগী ফমনাইবীশিং, মথৌ ইবেন্মশিং, লোইনুবীশিং অমদি লৈমনাইশিং বায়েল তান্নবা কৌখৎম্রে। তুংগী পারা অমা তম্বীরমগে খল্লি ! নিংথেমনুবী অমসুং লোইনুবী অনীগী লান ! য়েংবা তাই, তাবা তাই।

ঐখোয়সু মনুংদা চংলসি—পাচা লোয়শঙ মনুংদা !

নুয়াম শাফবীসু থোঙজিন্দা লেপলরে। শঙলিংবা অমনা মনুংদা পাউ পীবা চংম্রে।

"ঙানবী !"

মাখোং হঙ্গবীনা মনুংদগী লাউরকই—"শরু হুমদাং পুশিল্লকউ !"

নুবেশঙলাকপীনা ওক্তুনা হংলকই—"কদায়দৈ, শরু হুমদাং ! ঙসিবু কনাগী বায়েলনো, হা ! হঙ্গবী ?"

"অহৃম !" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা থৌদেম্মী।

"ঙাকপীগনি ! অবোকরেম্বী।" মাখোং হঞ্জবীনা হায়রকই—"ফিমু শেংপী, অহিং কোকখুম্বী অদু হাল্লা পুশিল্লকউ, লুবাংবী !"

"ও ! লাংথাকফমদগী কাই হায়বদো ?" নুবেশঙলাকপীনা হংলকই।

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা হায়রকই—"ঈসু চুম্নীনি, শরূসু চাবীনি !"

ময়াম পাখৎনৈ। মঙক থাজং থাজংতুনা য়েংনৈ।

নুয়াম শাফবী পুশিল্লকলে।

শঙলিংবশিং মপান্দা লৈহৌরে। লৈমনাই লুবাংবী অমসুং ঙনবী অনীনা, থোঙজিন্দা ওকই। নাক য়েংতা চপ্তুনা পুশিল্লকই। অসুম পুশিল্লকই... অসুম পুশিল্লকই।

নুয়াম শাফবী চপ লেল্লী। মকোক নোন্দুনা খুরুমজে।

নুংথিলগী মীফমনি।

লৈকোইরেনগী (কোনুংগী) পাচা লোয়শঙ* ফমলি। ফমনাইবী ১১ সুনা তিল্লে। য়োইবু য়োইহে নিংথেমনুবী—অনৌবী তরেৎ নীংথিজনা কিজেৎ লৈতেংঙি। মকোক খুম্মী। নুবেশঙলাকপীগী মনাক্তা ফম্মী। লৈমনাইশিংসু মাগী, মাগী মবেম্মশিংগী তুং ওইনা ফমজে। মীয়াই চল্লবী নিংথেমনুবী কয়াসু য়াওরি। মথং মনাও কায়দনা ফম্মী। ময়াম অদো, খা-ব্রাং কোইরপ তৌনা, থা-মচেৎ শান্না কোয়শিল্লপ তৌই। অব্রাং মায়কৈগী থাজিন মতোন্দা, নুবেশঙলাকপীনা পন ঙাকই। মখারোম থংবা থাজিনগী মতোন্দা, লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা পন ঙাকই। মাগী মনাক্তা 'লোইনুবী' অমদি 'লানফানুবী' কয়াসু ফম্মী।

অতৈ ফমনাইবীশিংনা থায়াইদা ফমগ্রে।

'যুম্বী অনী' (নুবেশঙলাকপী অমসুং লোইখোমশঙ হঞ্জবী) মহৌশাগী ফমফমগা মান্নদ্রে। ময়েকীদি থয়াইদা ফমগদবনি। ঙসিদি, তোঙান-তোঙান ফমফম শিনদ্রে। মায়ল্লোকনৈ। মশম কোইনরকদ্রা কিবগী ওইরম্বা য়াই। অনীমক মহা-লাইহোরিনি !

নুবেশঙলাকপীনা, মথম্তা মুরুম মুরুম শোনবা ওইনা হায়জে—"ইস ! ফজগ্রেদা ! লৈশাবী শরীগী শাইনোল শল্লাং খোমগৎলমলে। অসিবু... অসিবু... নুয়াম শাফবীরা ? পালহৈবীরা ? পুয়ানুরা ? হা ! লোংজম চনু ?"

"অসিবুরো, অবোকহনবী !" লোংজম চনু হরিমতিনা নুয়াম শাফবীবু মুন্না য়েংলুরগা মতৌ য়েংগে খন্দুনা নাসোন তপ্না খুম্মী—"পুয়ানুনি-দা, পুয়ানু ! পালহৈবীদা তোংবা পুয়ানু।"

মশূ মবেন নাসোন তপ্না ঙাংনবা ব্রাকম—লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা হায়কেৎ তারে। খুদক্তা, লোংজম চনু চৈবা ওইনা হংলকই—"হাই, চীম্বিবী ! ঙরাংদং লাকপী নিংথেমনুবী নঙনা, নিংথেমনুবী পুয়ানু মশক উহৌরনে ?"

লোংজম চনুনা হৈশিংনা খুম্মী—"সুম মানবদো অদুদা, নশূনা চিংনজবনি।"

* ইংরাজী ১৮৯১ দগীনি পাচা লোয়শঙ লিংথিল্লে।

কোংখাম চনু চন্দ্রাবলীনা নাসোন তপ্না লোংজম চনুদা হংখৈ—"ইচে, লোংজাম্বী ! পুয়ানুদি লৈনুংশঙদা থৌরী য়াম্দুনা শিগ্রে হায়দাইনে ?"

চোংথা অহল লোকেশ্বরী চিংনরপ তৌনা মথন্তা শোঙ্গে—"অদুদি... নুয়াম শাকবী হায়বী অসিনা কনানো ? মীশক অনী সুত্রনে ?"

চোংথা নহা কৌশেশ্বরীনা নোকফেং তৌনা খুম্মী—"অদুবুরো, ইচে ! শরূ হুমদাং...! মীহুৎশিনবীগী শরূ হুমদাং !"

চোংথা নহা অসি চোংথা অহলগা হেক পোকমিন্নবী মনাও নুপীনি। তুবং তুবং বা ভাংভি, তাবসু নুংঙাই। মচেনা খরা কন্থানে। চোংথা নহা অসি মচেগী মতুং ইন্দুনা নত্রগা 'পোংহাপনুবী' ওইনা কোনুং য়ৌরকই। তুরোন্নবী ওইমিন্নে। থায়নঙ্গেদগী, মতৈ ইবুংঙোদা মনাওনুপী ওংশিনবসি অদুম চংনরকই। নিংথৌ বারীদা মশীং খঙদনা থেংনৈ। মীচমগী পুন্সিদসু চংথনৈ। মসিগী ফজবা মরমসু লৈ। অযোংপা মরমসু লৈ।

চোংথা মচীন মনাও অনী অসি লোংজম চনুগা লোয়ননা নোংমতদা, মখোয় অহম লুহোংকাল কম্মিন্নে। চহীগী মতুংইন্না মিংগৌনে। অহম অসি য়াম্নসু লোনদিন্নে। খোইদোক্লা, লোংজম চনুদি ফাগী পুবীনি। লোইনমক্কা তিন্নবা য়াই। লৈমা তরেংকী লংদাইবীনি। মাবু 'লংদাইনুবী নত্রগা লংদাইবী' কৌনে। কৌবসু য়াই। মাগী তুরোন মশীং নিংথেমনুবী মরিসুবীনি। তরেংকী ময়াইনি । মীগী মমিং খোনবসু য়াম্না হৈ। মহাক্লা, চোংথা নহাবু 'পোংহাপনুবী' খোনজে। মচে চোংথা অহলবু 'খোপচনবী' খোনজে। অঙোম চনুবুনা 'পেদংনুবী', অতৈসু কয়ানি। মহাক্লা মমিং খোনবদা কনাসু শাউদে। অমগা অমগা, মুখা মুখি তৌনবসি, মহাক্তনা লংদাইনে। মঙোন্দা, ময়ামগী বাচং-বানোমফমসু ওই। নিংথেমনসু চান্নি। কৃ-অহমনসু লুনা তৌজে।

"ইস ! কিজরেদা ।" ওইনাম চনু ভীমেশ্বরীনা শরূ হুমদাংগী বা তাবদা য়াম্না কিতক্লা শোঙ্গে—"কমদৌনা, কনাগী শরূ হুমদাং ! করম্বা লারে-লাথুপনো ?"

হাওবম চনু রূপবতীনা শোঙ্গে—"ইস ! তৌঙম্মীদা ! মাগুম্বী লোইনুবীনসু... !"

অঙোম চনু লোকেশ্বরীনা, মনাও নুপী (তুরোন্নবী লৈমশিং) ময়াম্বু চৈহুংপা ওইনা হায়রকই—" তুম্মিন লৈয়ুনে, নখোয়বু... বায়েল তাখিসি।"

লৈমশিং তুম্মিন তুম্মিন লৈগ্রে।

[illegible]

"লৈকোইরেন, লৈমাবী !"

অসুম্না বাহৌরগা, পাচা লোয়শঙগী মরুওইবী ফমনাইবী অমা ওইরিবী, মাখোং হঞ্জবীনা মকোক নোল্লগা লেপখংতুনা হায়রকই—"বায়েল চংথবীরসি।"

মাখোং হঞ্জবী ফমথগ্রে।

মহাকসু অরিবী নিংথেমনুবীনি। মমিংনা, কুলবতী। নিংথেম নুংলেনথোরবগী অঙোম ওইরম্মী। পোংলেন্বীনা মীচং খোমজিনবা ওইনা মাখোং হঞবী হায়নি। 'নাখোং হঞবী' হায়রগসু খঙই। মহাক্না কোনুং মনুংগী কি, থাও, খি অসিনচিংবা অচা অথক পাঙ্গবীসু ওই। মশক মঙাল নাইবীনি।

"পালহৈবী পুয়ানু...!" লৈমাবীনা মতৌ য়েংগে খন্দুনা কৌরকই।

"তো! তো! ঐনা পুয়ানুনি হায়ব্রো।"

লোংজম চনু, লংদাইনুবীনা নাসোন তপ্না হায়জে—"ম্নাম্বামাসিনা কৌরিসি তাউনে নখোয়সু। পুয়ানুনি, পুয়ানু! পালহৈবীদা তোংবী পুয়ানু!"

"পুয়ানু নত্তেনে, মমাসিজ!"

লোইখোমশঙ হঞবীনা অসুম্না হায়রগা ফুক হৌগৎলি, ইফিং ফিংনা মখা শমথদুনা হায়রকই—"ননাই নুয়াম শাফবীনি! শাফবী! কোকলেন সঙ্গাইদা লৈরম্বীদো!"

লৈমাবীনা শাফবীবু চেপথরপ তৌনা য়েংলগা হায়রকই—"অবোকরেম্বী! অসিবু নুয়াম শাফবী! মান্দেদা, মাদি শাই ককপদাইনে? ফরে, ফরে নুয়াম শাফবী পালহৈবীগী মায়েল হান্না তৌরসি। শরূ হুমদাং অনীদো কোন্না থিসি!"

"ফগনি, মমাসিজ!" লোইখোমশঙ হঞবীনা অসুম্না খুমলগা, মখা শমথদুনা হায়রকই—"তৌবদিনে, লংদাইনুবী লোংজম চনু য়েথরগা ফগদবনি।"

লাংদাইনুবী লোংজম চনুনা ওক্নুনা খুম্মী—"ঐবুদি কৈদৌবে.. ঙকচরেদা!"

লোইখোমশঙ হঞবীনা হায়রকই—"মাথোকশিং অসি নঙগী খুৎ য়াওই।"

নুবেশঙলাকপীনা শোইজে—"নুয়াম শাফবী পালহৈবী কৌবী অমসু লৈবোইরে!"

চৈরক অদুদা অঙোম চনুনা ফুক হৌগৎলগা য়াম্না মতীং শোক্না হঙৎচে—"ম্নাম্বামাসি! মীনাইনুবী শকতোংবী অসে মরু কোকলগা লোই থাবীখো। মহাক্না নুপামখে ঙাওহল্লে। সঙ্গাই য়ুমজাও য়োরক্তৌরে। কোনুংদগী তাম্থোকপীখো। অহিংদা লোম্না লাক্লগা ঐবুসু কিহন্দুনা তম্লরে... মথুৎতা থৌরবা হৈজ্রাং অমসু পায়রকই, ঐবু ঈ চুপকে হায়রম্মী।"

লৈমরেম্বীনা মোমোন তৌনা হায়রকই—"মমৈ মকোক শম্নহল্লু, অঙোম চনু! খরা লোৎলি... য়াম্না লোৎলি। মীশক শোয়দ্রেকো?"

অঙোম চনুনা শাংলবা থৌদোক্কী বারী খরা লোৎলি। মসি, পোংলেম্বী খঙই! মাসু চকপুবীনি। মীভেক মীয়ৌ খঙলবীনি।

ময়াম পূম্নমক ঙকনৈ।

"মরমদি করি বাহৌনো, অঙোম চনু?" মাখোং হঞবীনা নোংভুনা হংখি।

অঙোম চনু পাউশুম পীবা নংখিদে।

"তুম্মিন লৈয়ুনে, অঙোম চনু!" নুবেশঙলাকপীনা মশূনুপী খেমজিনবা ওইনা হায়রকই—"তপথৌ, ইংথৌনে, নঙবো, নঙসু মরাল লৈনে। নঙনা নৌপ্বাসু থাজিনবদাই?

"হা ! ঐগী ইপ্পা !" অঙোম চনু মমায় ঙাংলপ তৌই।

"কম্মু, কম্মু।" নুবেশঙলাকপীনা অঙোম চনুগী মখুৎ পায়দুনা চিংথখি।

অঙোম চনু মরু নুক্লা কমথখি।

পাচা লোয়শঙ মনুং অদু, ঙাইহাক্তি চেক যোক লাউখিদে। পুমচিক চিকই। থা মচেৎ মতোনগী পনঙাকপী ওইনা কমলিবী কমনাইবী অনী (নুবেশঙলাকপী অমসুং লোইখোমশঙ হঞ্জবী) মমীৎ খানা খানা য়েংনৈ। মবানী অসি অমুকসু য়ৌনা নুংশিনৈ, কোনশিন্নদুনা হেক্তা কপমিন্নৈ। অমুক হেক্তা থাঙ শৎনৈ। নঙনা কৈদা, ঐনা কৈদা হায়দুনা শীংনৈ। মাগী মাগী লোয়শঙগী হাকনবদা উংখৎন্দুনা মশম কোইনৈ। অমুক হেক্তা শৌগৎনৈ। নুশিন্নকপা মতাংদদি মকোক হেক্তা চুংশিন্নৈ। লৈমাবীবু মতেং পাংঙি। নুবেশঙলাকপীনা নিংথেমনুবী অরিবী অমসুং অনৌবীশিংবু পান্নৈ। মাগী মীৎয়েংখাদা য়ারিমখৈ শোয়খিদনবা হোৎনজৈ। লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা লৈমনাইশিং অমদি লোইন্নুবীশিং পান্নৈ। অদুনা, মাগী মাগী লোয়শঙগী মীচং চঙবা তাবনি। তেন কাপনৈ, তেন হঞ্জিনৈ।

ঙসিগী য়ায়েল অসি নিংথেমনুবী অমসুং লোইন্নুবী—নাকপাক, নাকপাকনি হায়বা য়াই। অরুবা য়াহংনি ! পাউখুমদি কনানা পীদৌরি ? নুয়াম শাকবীগী য়াখোক্তা, নিংথেমনুবী অমা চেন্নরি। মদুনি থিগদৌরিবা ! য়েৎথগদৌরিবা ! 'নিংথেমনুবী নীংখোম্বীগী' য়াখোক্তসু লোইন্নুবী (পাউপুবী) অমা চেন্নখি। লোইন্নুবী হায়রগা অয়াম্বনা লৈমনাইশিংবুসু খঙনৈ। মদু নত্তবা লোইন্নুবীসু লৈ। মখোয় অদুবুনা 'লানফানু' নত্রগা 'লানফানুবী' কৌনবসু য়াওই।

নুবেশঙলাকপী অমসুং লোইখোমশঙ হঞ্জবী অনীগী মওং মতৌ—লৈমাবীনা উই। মহাক য়াদি ঙাংদে। নোকফেৎনৈ। মাখোং হঞ্জবীদা মঙক ইন্দুনা খুদোম্বী ঈঙ্গিৎ তৌরকই।

মাখোং হঞ্জবীনা নোম্নুক্লা হায়রকই—"অবোকহনবী অদুগা অবোকয়েন্বী ! য়ায়েল হৌরসি... সোমদা মীৎয়েং চংবীরকউ। নচা নমৌ, নশূশিং, মাগী মাগী মরালগী মতিক থোকপা চৈরাক ফংজসনু। কু-পুংবা শীংনবীগনুদা।"

অবোকহনবীনা মপূক্লিংদা খঞ্জে—" য়েংসিদা অদুবুদি, কুহনবী ঐবু শীংনবা !

অবোকয়েন্বীনা মপূক্লিংদা খুম্মী—"কৈ, খঙনি ! ঐসু কুয়েন্বীনি, কুয়েন্বী !"

কুহনবী অমসুং কুয়েন্বী—মীশক তোঙাল্লবসু, থবায়দি অমতনি হায়বসু য়াই ! হকচাংসু অমতনি হায়বা য়াই ! মরম লৈ। মনুংদা পাউ ফাওনৈ।

কু-অনী মমায় লৈশিন্নকলে।

[redacted]

"ঙকইদা, কু-অনী ! ঙকইদা কু-পুংবা !" নুয়াম শাকবীনা মপূক্লিংদা খঞ্জে ।

নুয়াম শাকবীনা পল্লিবা কু-অনী (কুমুদিনী অনী) হায়বা অসি য়াম্না মনুং হঞ্জিনবা য়াহৎহোক পুবা য়াই। মাগী পুন্সিদা কু-অনীগী অচৌবা শাফু অমা লৈয়ে হায়বা অসিমদি

শোয়গ্রে। লুরিবদি, করম্না কু-অনী ? কু-গী শকলোন অহুম সুবনিনা, তরাইনা খুম্না য়াদে। কুহনবীগা কুয়েম্বীগা, কু-অনী ওইবসু য়াই। কুতোম্বীগা কুহনবীগা, পুন্নবসু কু-অনী ওইবা য়াই। কুয়েম্বীগা কুতোম্বীগা পুন্নবসু, কু-অনী অদুম ওইবা য়াই।

নুয়াম শাকবীগী পুন্সিদা চৈথেং শীরিবা কু-অনী—মশক তাকপা লুদৌরি। অদুবু, য়াইনা 'কু-পুংবা' হায়রগা খঙনরিবদি তুয়োন্নবী কুমুদিনী অনী অসিবুনি। থোইদোক্না কুহনবী অমসুং কুয়েম্বী অনী অসি খরসু মনুং হুজিন্না খঙদবা য়াগ্রি। কু-পুংবাগী অঙকপা পুন্সিয়োল—শাকবী খঙই। লোংজম চনুসু খঙই। মহাক্না কু-পুংবা অসিবু 'নুপী-পুংবা' হায়দুনা অনৌনা মমিং অমসু খোনজে। কু-পুংবা শাউদে। নোকুনা তাজে। মাবু হেন্না লুনা তৌই। মহাক্না হায়রিখে য়াই।

নুবেশঙলাকপী (কুহনবী) খরসু ইরাং থাংখি। লোংজম চনুসু। অদুনা, মাগনা হেন্না চান্নজে। চিবোন চিবোন ফাগীসু য়ান্না তৌনৈ।

নোংমসু,

লোংজম চনু হুরিমতি কুহনবীগী মনাক্তা লাকই। নাসোন তপ্না হংবা ওইনা তকখৎলে। "অবোকহনবী ! নুপীগা নুপীগসিবু... ?"

নুবেশঙলাকপীনা নাসোন তপ্না খুম্মী—"নুপীগা নুপীগা চুম্না নুংশিনবা য়াই। মসি নত্তনদি করি পাদ্বৈ লৈ! ঐখোয়দি নহানি... মতম অদুদা ইনিংথৌদি মীয়াই হেনগ্রবনি। ঐনা 'নিংথেমনুবী ৭০' সুবীনি, নবোকয়েম্বীনা 'নিংথেমনুবী ৯০' সুবীনি। অদুনা, ইনিংথৌগী নুংশি থৌজাল, করম্নসু ফংনিংবা মতমদা ফংলুবা ওমগনি ? চুম্নতগী লাইমিং লৌবীরম্বতনি। নিংথৌদি অয়াম্বা মতমদা য়োইবু (লৈময়েম্বী, অপাম্বী অহল, অপাম্বী নহা, লৈমখুবী, লৈমখুবী নহা) মঙাসিতগীনি হায়বসু য়াই। অবাবনি, য়োইহে নিংথেমনুবীশিংগী পুক্নি! অতৈদি নবাচানি হায়দুনা কৈসু থৌশাবীদে। হন্না ফাওবা য়েংবীখিদবা য়াওরিপোৎনি। অপাম নুংশিবগী মৈ অসিনা মৈহৌরকপদদি মফম মরাং খঙপোৎ নত্তেদে। অদুনা, লৈমাকোন্দা লোঙ্গা লোনখুপ হায়বসি থায়নদগী অদুম লৈরকলবনি। ঐখোয়দি নুপা অতৈগী মতেংসু লৌজনীংখিদে। খঙজবা তাখি, অপাম নুংশিগী মৈচাক মৈশা। খঙহৌদনা কু-অনী পূনশিন্নখি। কু-পুংবা ওইখি, মফম খঙহৌদে।"

"কমদৌনা, অবোকহনবী ?" লোংজম চনুনা খঙনিংনা হংলকই।

অবোকহনবীনা তুং-মাঙ কোইরুপ কোইরুপ য়েংলুরগা য়াম্না নাসোন তপ্না হায়রকই— "সুমদৌবনি... নোংমা, ইবানী হীপমিন্নে, মায়-মায় ওনশিন্নে, নুংশি-নুংঙনগী বারী শাই, ইরাং হৌরকই। অদৈদি চেজেং কোনশিন্নখি...!"

লোংজম চনুনা নোকুনা হায়রকই—"তৌবসু অবোক কু-পুংবাদি শেংগ্রবীনি হায়নৈ, কনা-কনানি ভাংজবা তাদে।"

"হৌজিক্তি খাইনয়ে, কু-পুংবা!" নুবেশঙলাকপীনা খুম্মী।

"করিগী ?" লোংজম চনুনা কোথজে।

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—“লোয়শঙ তোঙানবদগী। তৌবসু নবোকরেদ্বীদি নুপা অহুম চঙবীনি, মঙোন্দা উগুমত্রবা উয়া কেকুগী শক্তি অমসু লৈবনি।”

“অদুদি, কুরেদ্বীসি কুহনবীগী...?”

“লোংজাদ্বী! নঙনে, ঙসি কাগী হৌজনুকো।”

লোংজম চনুনা নোংশিন্দুনা হায়রকই—“অবোকহনবীগী নুবেশঙদা অদুক য়াম্না লৈরিদুদি... অনৌবী পুংবা অমা হেক শেম্মুদনা।”

নুবেশঙলাকপীনা মখা তানা হায়রকই—“হোয়নহে, লোংজাদ্বী! লাইব্রা অসিদুম পুংবা হাংলবীশিংসে তদ্বীরবদি...?”

“অদু ওইরদি... কনাগীসু বাখোক লৈররোই। পাম্বে অমসু ওইগনি।”

“চুম্মীনে! নঙসে নকোক লৈনে।”

নুবেশঙলাকপীনা মখাতানা হায়রকই—“অতৈ লাইরি, নঙগীদুম অমা লোম্না থমজৌনে। তুয়াম খিবা নিংথৌগী নিংথেমনুবী ওইবা অসিদিনে... ফংদবনিকো, ফংনিংবা মতমদা। য়েংঙুদো, নখোয় নিংথেমনুবী তরেংকী নিংথেম অসে অয়াম্বা মতমদা অঙোম চনুত্না মাগী ওইনবা হোংনৈ, নখোয়গী করিসু খনবীদে। পেদংনবীসে, য়াম্না খম্বল চাউই, চাউদ্রনে?”

“অদুবুদি... ঐহাক হেল্লোয় থাজিনগে।”

“কদায়দে হেল্লোয়?” নুবেশঙলাকপীনা থেমজিনবা ওইনা হায়রকই—“তৌরুনু তৌরুনু, বাখোক্কনি। কম্বাল তোংগদৌরিবীনি ... ঙাওখি লাকখিনি।”

“অতৈ লাইরি, অবোকহনবী!” লোংজম চনুনা হংলকই—“কম্বাল তোংবসিবু নিংথৌগা লৈমা তরেংকা লোয়ননা পূন্না তোংবদি য়াদবরা?”

“অদুদিনে... ননেমসিজদা হেক হংঙুরো।”

“ঐদি য়াম্না তোংনিংঙিবো।”

“লংদাইনুবী নঙগীদিনে ...।”

“কৈদৌবা, অবোকহনবী?”

“পুংবা হেক তোংঙু, তস!”

“ঐগীসু লৈয়ে, লৈয়ে।” লোংজম চনুনা হায়জিল্লি।

“হা! নঙগীসু ... কনানিনা?”

“মশক মমিং তাকপা য়াদে।” লোংজম চনু চেন্না চেন্না চংখি।

“খিদা, অঙাওবীসিদি!” নুবেশঙলাকপীনা মখত্তা খীক খীক নোকুনা লৈহৌই।

কনানা খঙবা, লৈনুংশঙগী নুয়াম শাফবীসু শিখিরস্বা য়াই! নুপা শহুম চঙবী কুরেদ্বীগী লোয়শঙদা লৈখিবনি। পালহেম্বীবু শাফবী শারগা পুখোরকলিব্রা? চিংননিংঙাই ওইরি।

কু-পুংবাগী মীৎয়েং লৈমাবীদা য়েংলকই । মমীৎ খৎলৈ অহম্মক!

মনি মমৌ 'কু-অহম' য়াম্না নুংশিনজে। চান্নজে। মচা-মমৌ অমদি লৈমনাই খুদিংমক কিলৈ, নোম্লুকলৈ। অদু ওইদুনসু, ইমুং মনুংগী ব্বানা অমনি। লৈঙাকলোনগী ব্বানা অমনি ।

মাইস্না কুমুদিনী, লৈমরেন অথোইবীনি। হৌজিকসু মঙাল নাইরি। নিংথৌপোকপীনি। অদুনা, পুয়ানু, পালহৈবী নৎত্রগা নুয়াম শাফবীগী ব্বাথোক্তা চেন্নবশিং—অহকপা চৈরাক পীবগী মতিক থৌনা (শক্তি) মঙোন্দা লৈরি। পীবসু পীগদৌরি।

মহাক মীহুৎ থাঙ পায়বীনি, মীহাৎপা ঙম্মী! মহাক ব্বায়েল চূপালি পায়বীনি। মী কনবসু ঙম্মী। মাগী ব্বারেপতি অরেপ্পনি। হোংদোক-হোংজিন য়াদে। মদুনি, ফমনাইবীশিংনা ঙাইরিবা! মদুনি, নিংথেমনুবীশিংনা ঙাইরিবা ।

পুয়ানু নত্রগা নুয়াম শাফবী কৌবী নুপী অমগী অঙক অঙকপা কুম্মে মরক্তা 'পালহৈবী'—'কু-অনী'না ফজনা শান্নরে হায়বা অসি পাচা লোয়শঙদা তিল্লিবা অয়াম্বনা চিংনবা পোকলে। অদুবু করম্বা কু-খুৎপু? মচীন কাঙথোক্রবদি ঙম্মদ্রি। লুরিবদি, পুয়ানু অমসুং নুয়াম শাফবী তোঙান-তোঙানবা নুপীরা নত্রগা মীশক অমতগী মমিং অনী সুরবা হায়বা অসিসু ময়ামদা চম্মনরি।

অনৌবা নুয়াম শাফবী অসিবু পালহৈবীরা ? পুয়ানুরা ? লোইখোমশঙ হঙ্গবীনা হেন্ন, হেন্না চমম্নবা পোকহন্নবা হোৎনরি । মনুংদা ফোঙদোকপা য়াদবা, অরোনবা মীহাৎকী পাখোং অমা লৈরিব্রা ?

ওইনিংবা ওইসনু, কুলৈমনা মনেমবোক কু-পুংবাবু মরু কোকথোক্লগা লোই থাখিবসু কনানা খঙবা ! মাইস্না কুমুদিনীগী তোঙানবা অমা লৈ, খ্বাইনা খঙদবা। মী খুদিংমক থৌ থৌদুনা লংলা লংজিন চিংথোরকখিনি... মথং মথং। হৌজিক্তি মহাক তাবতা ওইরি ।

মমৈদা, মাগী অরোইবা ব্বায়েল ব্বারেপ... করি লৌরক্কবা !

মদুনি, নুয়াম শাফবীনা ঙাইরিবা ! মদুনি, মীহুৎশিনবীনা ঙাইরিবা !

মহাক ব্বাথোকচাউবী অমা ওইজনিংঙি ! অহকপা চৈরাক অমসু ফংজনীংই । অঙকপনি মাগী থৌরাং ! মাগী থৌদোক-ব্বাথোক পুম্নমক, মহাক মশানা পীঙ্গবা পোরমনি! মহাক পীংনরি । মীহুৎশিনবী মাবু মশক খঙঙু হায়দুনা থৌদোক কয়া থোকহনখি ।



"শাফবী ! নুয়াম শাফবী !"

("ম্নাখ্বা ইবেম্মা !")

নুয়াম শাফবী মচীন লেঙদে। নুংদা খুম্মী।

নুয়াম শাফবীগী ব্বায়েল হৌরে।

লৈমরেন পোৎলেনখোম্বীনা লাঙজে (ময়াই তাংবল) ফমলি। মহাক্না নুয়াম শাফবীবু

অমুকসু কৌরগা হংলকই—"নুয়াম শাফবী ! নঙ করি করি হায়নিংবা লৈরি ? থৌদোক অদু, নিংথেমনুবী কনা, কনানা শিনখিবনো ? শেংনা খুম্মু।"

নুয়াম শাফবী খুমদে। নুংদা ঙকচানৈ—

("ঙকচরেদা ! করম্বা থৌদোক্কী থানোনে ? থৌদোক থাথোক কয়া থোকপ্রে, শাফবীগী পুন্সিদা। মশক মমিংদো পল্লুদনা... হে ! অঙাওবী ! লৈমরেন অঙাওবী !")

মাখোং হঞ্জবীনা লৈমরেম্বীবু পাংশিনবা ওইনা নোংশিন্দুনা হংলকই—"শেংনা শেংনা খুম্মুনেহে, মোম্বক্রবী ! নিংথেম পুরেলগী সঙ্গাইদা, 'অহিং কোকখুম্বী' ওইনা নঙদি কৈদৌবা চৎলুই ? কনানা নঙবু থায় ? নিংথেম পুরেলনা নঙবু অহিংদা লোন্না কৌবরা ? অদুক কুইনা সঙ্গাই মনুংদা কৈদৌরুই ?"

শাফবীনা নুংদা চৈরকই—

("হৈ হনুবী অখৎপী ! নঙদি ঐবু কদায়দা উহৌরিবা ? ঐনি হায়বা করম খঙই ? ওইরমদ্রদি ? নঙদি কৈদৌবে, অহিং অহিং কোইরিবা ? নঙসু 'নিংথেম চেনখিবা', মনাও ইবুংঙোনা লংশেকপীরম্বীনি, নিংথেমনুবী অরিবীনি ! নখোয় ফমনাইবীনা তৌবনা হেক ময়াবা, পুন্সিরোলনি হেক মহায়বা ! নঙসু, হিদং থোইবগী লুমলেম্বী ওইবদো, হায়দোকউরা? খঙনি ; নঙদুম নরু কোকহনগেদো ! মমাসিজসু খঙবনিকো !")

"ঙাইখো, ঙাইখো, মাখোং হঞ্জবী !" মমাসিজ লৈমরেম্বীনা মরক খংথৎ থৎতুনা হায়রকই—"নিংথেম পুরেলগী থা পুশিল্লকখিনু ; মরী লৈনদে। ঙসিগী থায়েলসি তোঙানবা থৌদোক্কী থাফমনি। অঙোম চনুগী থাকৎনি।"

মাখোং হঞ্জবীনা খুম্মী—"ফগনি, লৈমাবী ! অথায় অখুম চৎথবীয়ু।"

হিরুশঙ হঞ্জবী ফমনাইবীনা ঙকচান্দুনা হঙ্গৎচৈ—"অদুদি... মমাসিজ ! করি করম্বা থৌদোক্কী পাচা মীফম কৌবনো ?"

"ভগথবীখো, হঞ্জবী !" লৈমরেম্বীনা খুম্মী।

ফিরুকহনবীনা ফরক ফুদুনা শোঙ্গে—"নোংমসু, লুথাংতোনগা লোই পুন্সি মপান্দা শাফবীগা উরম্মী। মোন্না শেঙ্গাও লাকপী অসিনা মীৎচি খৎ খৎ খৎহৌইদো, ঐহাক উশিন্নরমদে।"

নুয়াম শাফবীনা নুংদা করেমন্দুনা খুমজে—

("অং ! অং ! নঙসুনে, গোবিন্দ মন্দিরগী শরিক মখোঙদা... দুহোন য়াইমগা লোন্না লোন্না য়েংনবদো... হায়দোকউরো। মমাসিজসু খঙবনিকো ! নঙসুনে পুংবা হাংবী নিংথেমনুবী অরিবীনি, অরিবী ! হোয়, ইবুং লুথাংতোনসু ঐঙোন্দা ঙাওজবনি, ঐ খঙই। অদো, কৈদৌরগে... ঐদিনে লৈশাবীনি, থিবা তাবনি, মতিক চাবা নুংশি পুংবা !")

কৌরুংহনবী ফমনাইবীনা ফিরুকহনবীবু পাংশিনবা ওইনা শাফবীগী মথক্তা মরাল শিরদুনা হায়রকই—"হোয়নে, হোয়নে, ইচেতোন ! নোংমসু নুমিদাংথাইরম... য়াম্বা

মাইপাকসনাগা চিবোন চিবোন ... নুবে পুস্ত্রি মপানগী শম্বন্নে মরুমদা নোকমিন্নহৌই, অদুগনে, নিংথেমনুবী ইরাং থাংবী খরসু মখে লাংহৌইদো।"

লৈমরেম্বী ঙকুনা শোম্লি—'নুবে পুস্ত্রি মপান্দা নুপা চঙসবা !"



নুবে পুস্ত্রি !

চংলসি ঐখোয়সু, ঙাইহাক্তং কোইথোকলুসি... নুবে পুস্ত্রি মপান্দা !

নুবে পুস্ত্রি হায়বা অসি 'লাংথাকপুং' মখোঙদা লৈ। মসিবু ইরাং পুস্ত্রিসু কৌনে। লোংজম চনুনা থোঙবা অনৌবা মমিংনি। মখোয় নিংথেমনুবী অনৌবী তরেৎসু নোং-ফাদোক কোয়থোকপা, পোথাবা অমদি লাঙবা চৎলি। মনাইনুবীশিংসু থৌগল ইজে। মরক মরক্তা মজাইবেম্মা (নিংথেম চনু) খরসু য়ৌশিন্নকই। থ্বাই ময়ামগী লাঙফমনি। নুংঙাইত্রবা মফমনি। অদুনা, ইরাং পুস্ত্রি কৌবা য়াই। থ্বাচোই ঙাংফমনি।

ফরাইকোনগী (চেকপলগী) থ্বাংমদা মনীংতম্না কোইথোক্লুনা লাঙবা ফংজদ্রবী নিংথেমনুবীশিংনা, ঙাইহাক নোক-খেদুনা লাঙজববু কৈদৌই হায়বগে ? মসি নত্তনদি, করি তৌদুনা মতম লেনগনি ? ফমনাইবীশিংনা কৈদৌ কল্লকপীরিবা ! থ্বাত্রপোৎনি, কোনুংদা লৈবী নিংথেমনুবী ! মীৎয়েং... খোঙথাং খিৎতং হেক শোয়বদা ... পাচা লোয়শঙ অমসুং চৈরাক ! তম্পাক ময়ূম য়ৌবা নত্রগা লোইথাবা !

নুবে পুস্ত্রি অসি, মরুওইনা, পুংবা হাংহৌরবী নিংথেমনুবী অরিবী ময়ামগী ঈরুজফমনি। মমা মমাগী মনাক্তা লৈবী নিংথেম চনু (লৈশাবী) কয়াগীসু। অদুনা, মফম অসিথ্বাইদা, অঙম অথৌ 'শঙজবা' (মশাবী) খরদি মোংবা তাবনি। তৌবসু পুংবা হাংহৌরবী নিংথেমনুবী অরিবী ময়ামগী মরক্তসু, নহা ওইরিবী কয়া য়াওরি। লংশেক্লুনা থম্বীরমলে মশীং য়ামথ্রপোৎনি। মমিং পনবা য়াই, 'নীংখোম্বী', 'মোলহাইবী', 'যমুনাবতী', 'সুসিলাবতী', 'চীন্দুম্বী', 'য়াইফবী' অসিনচিংবা। মখোয়গী মরক্তা খরদি 'লুমজবী' ওইবা য়াওরি । নহা ওইরিবী অয়াম্বদি নিংথেম চেনখিবগী ঙাক্তনি। ঙকথ্রবা নিংথেমনি ! থা অহুমদং পানবা মতমদবু (হান্নগী মশিং ৬ থারগা) 'নিংথেমনুবী ৯৬ পান্নবা! লান চেনবদা অমতা হেক পুবীখিদে। লৌরখিনিদি হায়রম্মী হায়। মহাক লাকখিবা য়াই হায়দুনা ঙাইনরি। ঙাইঙমদবী খরদি মশানা 'লুমজবী' ওইখিবা তাবনি। মরালদি কনাগী ? নুপীদা হেক্তা থঙজিনবদি চুম্বরা ? নুংশি ইথৌলাংবা হায়বা অসি অঙকপা লায়না অমনি ! মাগী লুমলেম্বীশিং, ইরাং থাংবী য়াম্না য়াওরি। অতৈদি মায়খুবীনা অয়াম্বনি। মপুরোইথ্বা নিংথৌ নোঙ্গাপ্রবা কয়াগী নিংথেমনুবীসু য়াওরি। ময়াম অসি পুল্লপ্না নুবেশঙদা থম্মী। মমা মমাগী মনাক্তা লৈজবী নিংথেম নিঙোল খরসু য়াওরি। য়াম্না চেকশিন্না থমথ্রপোৎনি। কৈসুমশঙ মখল অমনি! নুবেশঙ হায়বা অসিনা লাংথাকপুং মথক্তা লৈ। মসিদা নুবেশঙলাকপী (কুহনবী) লৈ। মাগী অয়াবা য়াওরবসু, য়াওদ্রবসু নুবে পুস্ত্রি মপান্দা খঙদে, নুবেশঙ

মনাক্তা খঙদে, নুপা নহা অমতা চঙনুবা য়াদে। করিগুম্বা চঙনুবা নুপা অদু থেংনরবদি, চৈরাক পী য়াকোংহল্লি। লোই থাবসু য়াই। অদুনা, কনাসু যোঙনা চঙনদে, কিনে।

নুবেশঙলাকপীগী অয়াবা য়াওদনা নিংথেমনুবীশিংসু লাপ্পা কোইথোকপা য়াদে। নুবে পুম্রিদা, ঙাচক মহা থাবদৌনা, অয়ুক নুংথিল... নিংথেমনুবী (পুংবা হাংবীশিং) ময়ামদো ঈরোইদুনা শান্নজে। নুমিদাংবাই, পুম্রি মপানগী শম্বল্লে মরম ময়া নক্লা নক্লা ঙাইহাক হুকচিক লাংদুনা ফমজে। মদু পূম্নমক নুবেশঙলাকপীনা কুপশেন শেম্নে। মাগী মমীংতা উং চাইরুবা ঙম্বা নত্তে। মহাক লৈতবা অপ্পা য়েংলগা কনাগুম্বা লুমজবনা নত্রগা শঙজবনা (মজা ইবেম্মাশিংগী মশাবী) শম্বল্লে মরক্তা, মঙক থিংজিন্নগা লোন্না ঈরুজবা য়েংলম্বা য়াই, মদুনা তোঙানবনি। খুদম উৎতুনা মশানৌ নিংথেম চনু কৌথোকলম্বা য়াই। মদু পূম্নমক নুবেশঙলাকপীনা নুমিৎ চুপ্পা শঙদুনা লৈবদি ঙমপোৎ নত্তে। তৌবসু, মহাক্তি নিংথেমনুবী অনৌবীশিংগী মনাক্তসু ঙাইহাক লৈতনা চৎলি। মফম মদুনা নুবেশঙদগী খরা লাপ্পী।

নুবেশঙ হায়বা অসি তুয়াম থিবা নিংথৌরেন অনীগী মতমদা মমিংতা ওইনা লৈরম্মী। নিংথৌরেন অমনা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা! মাগী 'নিংথেমনুবী ১৪'! নিংথৌরেন অমদুনা মৈদিংঙু নুংলেনখোম্বা (নিংথেম চেনখিবা)। মাগী নিংথেমনুবী ১৬! অতৈগীসু য়াম্মী। থাক অসিদি য়ৌনদে। লৈমা মশীং য়াম্মনখিবনা, তোঙান তোঙানবা সঙ্গাই পীবা ঙমখিদে। অদুনা 'নুবেশঙ' হায়বা অসিদা পুন্না লৈহনখি। কোনুংলেনদসু নুবেশঙ লৈরি ।

নুপী ময়াম শৈদুনা লৈবা শঙ (য়ুম) অদুবু 'নুবেশঙ' হায়রগা খঙনরকই। 'নুবে' হায়বসি 'নুপী' নত্রগা 'নুবী' হায়বা অসিদগী থোরকপা লোইম্নেনি। কাইনথংদা, লৈমরেন পোংলেনখোম্বীনা লাংথাকপুং মথক্তা অচৌবা 'নুবেশঙ' অমা নৌনা শাখি। মাগী অনৌবা নুবেশঙ অসিদি খুন্দা লৈতাফমনি হায়বা য়াই। মচি মচিদা কোইচাইদুনা লৈব্রবী নিংথেমনুবী ময়ামবু খোমজিন্দুনা নুবেশঙ অসিদা লৈহল্লি। মাগী মাগী শিম্বু পী। নুবেশঙলাকপী হায়রিবা ফম অসিসু মাগী মতমদা নৌনা থিন্দোকপনি। অবোকহনবী (কুহনবী) অসি হান্নদি লোইখোমশঙদা অবোকরেম্বীগা (কুরেম্বী) পুন্না লৈমিন্নরম্মী। ফমসু পায়রমদে। পায়য়ু হায়বসু য়াখিদে।

'কুহনবী' অমসুং 'কুরেম্বী' অনী অসি পুন্না লৈহনবা য়াদবগী মরমসু লৈ। কুহনবী (নুবেশঙলাকপী)না অসুক চেকশিন্না পান্নরিবা 'নুবে পুম্রি' মপান্দা, ম্নাখ্বা মাইপাকসনা অমসুং শাফবী... কৈদৌবৈ উন্নরিবা ? অরুবা য়াহংনি। পাউখুম অমুক তারসি, শাফবীদগী।

নুয়াম শাফবী মোমোননৈ।

কৌরুংহনবী ফমনাইবীবু করেম্নদুনা নুংদা অদুম খুমজে—

("হে, অখুংবী! চাবোক্তবী! নঙদি কল্লকইনি! ঐদি য়ৌনিংবা, চৎনিংবা মফমদা কনানসু অথিংবা থমদে। হৌজিক্তবু য়াদবৈ য়ানি। মরক, মরক্তা, পাউ পুবীসু ওইয়ে! মজাইবেম্মা খঙইদনা... খ্বাইদগী ফজবীদো ? মাবু লোন্না কৌথোকপা চৎলুবনি।

ম্নাখ্বা মাইপাকসনাগা কনাগা নুংশিনৈ খঙব্রো ...? মন্ত্রিময়ুম সনাগা নরসিং সনাগদি লৌনবা, লৈমিন্নবা য়াই হায়নে... য়াদ্রবসু নুপীগী শাগৈদি য়েক অমা হেক্তা ওম্বোক্লগা

লুহোংবসু য়াই হায়নে... মায়চৌশিংনা। মসিবু তশেংনা য়াব্রনে ? ম্নাম্বা মাইপাক সনাগা নুংশিনরিবী মজাইবেম্মদো... খুমুকচম চনু ওন্নিসু হায়বনি। মশক মমিংদি হায়দোকওই...। শগোল তোংলগা লাপ্না চেনখিনিসু হায়বনিকে। চেকশিনজো, লৈমাবী! নঙসু চেপচনিকো।

লোইনুবী ঐখোয়সু উরি ওইনা য়েংশিনবা তাবনি, অনকপা উপালদা ! ম্নাম্বা মাইপাকসনাসুনে, ঐঙোন্দা ঙাওবা য়াওই। য়ারদি ঐবুসু মজাইবেম্মগী 'পোৎলোয়' ওইনা নংত্রবসু 'লুমলেম্বী' ওইনা চংশ্রসি থেম্মীদো। ঐসু লাইবক য়েংশি হায়দোকপ্রে, তস !")

নুবে পুন্ত্রি মপান্দা, নুয়াম শাফবীগা মাইপাকসনাগা চিবোম্নবগী বাফম—লৈমরেম্বীনা মুন্না তাশিল্লি। ঙাইহাক লৈরগা মঙক নোম্না নোম্না হায়রকই—"নুবে পুন্ত্রি মপান্দা মাইপাক্কা শাফবীগা কৈদৌরিবা, হঞ্জবী ? কনা কনাদি মীৎনা উহৌই ? অবোকহনবীদি কৈদৌ লৈহৌই ? মাইপাকসনাদো ফারগা মরু শিং-নান্না কোকপদি কৈদৌই ?"

"কৈদৌঙে বানোনে, ঙকচরেদা!" অবোকহনবীনা ফৌরুংহনবীদা ওনশিন্দুনা হায়রকই—"শেংনা শেংনা খুম্বীয়ুদো, হঞ্জবী! ঐদিনে, ফৌমায় চাজদে।"

ফৌরুংহনবী খুম্বা নংখিদে। ঈকায়রপ তৌখি ।

ঙারুংহনবীনা মহৎশিন্দুনা তাপ ওকলগা হায়রকই—"মাইসি, মীচং খোম্মী জাৎনি। নোংমসু তেনশূবগা 'অপাম্বী পুন্ত্রি' মপান্দা, চিবোন চিবোন লৈরম্মী হায়নে, অঙোম চনুদগী তাবা পাউনি।"

লৈমরেম্বীনা মঙক নোম্না নোম্না হায়রকই—"অঙোম চনুদগী তাবা ! মাখোং হঞ্জবী, মুন্না অশিল্লু। হন্দক্কী বায়েলসি য়াম্না নুংঙাইদৌরি। নুপাখৈসু মতিক থোকপা লাক্লগে। নিংথেম পুরেলগী সঙ্গাইদা অহিং কোকখুম্বী, মাইপাকসনাগা শাফবীগা নুবে পুন্ত্রি মপান্দা, লুবাংতোনগা শাফবীগা লোই পুন্ত্রি মপান্দা, মুন্না খঙজিল্লু, হৌরেন কাউখিনিকো।"

"কাউজরোই লৈমাবী ! অমা চীংথরে, তেনশূবগা শাফবীগা অপাম্বী পুন্ত্রি মপান্দা !" মাখোং হঞ্জবীনা হায়রকই অমসুং হঙ্গৎচৈ—"নুপাশিংসু কৌখৎলসিরা...?"

"ঙাইখো, ঙাইখো মতম বাৎলি।" লৈকোইরেন লৈমাবীনা খুম্মী। অদুগা নুংদা মথন্তা শোঙ্গে— "নুংশিবনিদা, ঐগী পুন্ত্রিদো !"



মাইন্নাগী অপাম্বী পুন্ত্রি !

'অপাম্বী পুন্ত্রি' হায়বা অসি মাইন্না কুমুদিনীনা অপাম্বী অহল (অনিসুবা রাণী) ওইরিঙৈদা তৌখিবনি। মাবু নুংশিবগীদমক, মশাবী নিংথৌ চিংলেন নোংম্রেনখোম্বনা (গম্ভীরসিংহ) মাগী মমিংদা খুদোল তমদুনা মমিং থোল্লগা হোংখিবা পুন্ত্রিনি। পুন্ত্রি মপান অসিদা অপাম্বী সঙ্গাইসু লৈ, মাগী লৈকমসু ওইরম্মী। হাইনা হয়া মনীংতম্না, নীংখিজয়বা পুন্ত্রি মপান অসিদা মাগী পোথাকমসু ওইরম্মী। মশাবী নিংথৌগীসু।

মতম খরদং লৈমরেন ওইরম্বী 'তুলসী পৃয়া' পোংলেম্বী অমসুং শামুফাবগী পুলিবু

কল্লকচখি। করিনা, তুলসী পৃয়াদি মমানা খিজবা মমৌনি। মাইস্না কুমুদিনী অমদি শামুকাবা (গম্ভীরসিংহ) অনীদি লময়োনা নুংশিনরগা থুংনখিবা পুংবানি। মখোয় অনীগী নুংশি ব্রারী-অচৌবা পন্দুপ অমনি। মসিসু, ইতিহাসকী ৱানি। তুলসী পৃয়া শিদ্রবা মতুংদা, মাইস্না কুমুদিনীনা লৈমরেম্বী ওইখি। মহাক্কী মতিক মঙালনা চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বগী অহানবা লৈমরেম্বী তুলসী পৃয়ানা ওইরম্মী হায়বা অয়াম্বনা খঙনখিদে। কাউনখি।

অপাম্বী শঙলেন্দা 'মাইবম চনু থাবা মচীন মনাও অনী' (তুরোল্লবী) লৈরম্মী। কুইদে, তম্পাক ময়ুম য়ৌখি। মাইস্নানা লৈমরেন সঙ্গাইদা হোংজিনখি। হৌজিক্তা মহাক 'লাইদিংকোই পুং' মথক্কী চমলবা সঙ্গাই অমদা লৈরে। মহাক্তা লৈরম্বা 'লৈমরেন সঙ্গাই' শো লোন্দুনা থম্মী। মসিগী শো নুবেশঙলাকপীদা পায়হল্লি। অঙোম চনুনা সঙ্গাই অসিদা লৈফম থোকলবনি। অদুবু পীদ্রি, অঙোম চনু ফম্বাল তোংদ্রি। নিংথেম পিশক্কী তাল্লোয় হঙবী ওইনা লৈরি । অপাম্বী অহল হায়বসু য়াই । নিংথেমনুবী কনাবু মজাইবুংঙোগী লৈমরেম্বী হাপকে খল্লিবা ! মদুদি, পোংলেম্বীতগী নুংৱাখলনি। কনাসু খঙলু-উরুবা ঙমদ্রি। মাগী য়াকা ঙাইনরি। লৈমরেন (মহারাণী) ফম লুম্নরি।

পোংলেম্বীনা লৈরম্বা অপাম্বী সঙ্গাই অসিদা, হৌজিক হৌজিক অপাম্বী অহল অঙোম চনু লৈরি। অপাম্বী পুত্রি অসিদা মাগী ঈরুজফম অমদি পোখাজফম লৈকোল ওইরি। তেঙানবা চাইথ শঙসু ইমুংদা লৈ। পুত্রিদা পঙনা কুমদে । কোনুংগী লৈমশিংগী চাইথরোন লৈ। মপান থোকপা পংয়া য়াদে। অদুবু মনাওনুপী অতৈনা মরক মরক্তা পুত্রি অসি নৈখাইবা লাকই। লাইনুবী ৭কী মতৌগুম্না, কালেনগী মতমদা ঈরোইদুনা শান্নফম ওইরি। নোং-ফাদোক অঙোম চনু য়াওই । করিগুম্বদা, লোল্লবী ঙাকনিনা ঈকায়নদে। ৱাচোইসু ঙাংনৈ। চরৈ ফিজেৎ কোমগোম্লবগী ঈকায়নদে। য়াম্নদি চেকশিনবা মফমনি। অকোইবদা মনা পুংলবা, মরক হাঙদ্রবা শম্বম্লে অমদি জবাকুসুম পাম্বী কয়ানা ইকোয় কোয়না শম্বল ওই। ওখাক চাউবা পুত্রিনি। মফম অসিদসু নুপা নহা চঙবা য়াদে। কনাগুম্বনা, শম্বল মরক্তা মকোক থিংজিল্লগা লোন্না য়েংলম্বদি কনানা খঙবা ! অদুম্না তৌরমগনি হায়বা লৈমশিংনা খন্নদে। মফম অসি কোনুংগী লমকোয়নি !

অপাম্বী শঙলেন অমদি অপাম্বী পুত্রি হায়রিবা মফম অসি সঙ্গাই য়ুমজাওগী অৱাং ফেল্লেনা লৈ। অচৌবা হৈনৌ পাম্বী কয়াসু হৌরি। তেনশূবদি, মতাং মতাংগী চঙবা য়াই, অপাম্বী পুত্রি মপান্দা। অঙোম চনু অসি মাগী শাগেগী মচেমসু থোকই ।

লৈমরেম্বীনা খঙনিংনা ঙারুংহনবীদা নোংশিন্দুনা হংলকই—"ইনেতোন ! অপাম্বী পুত্রি মপান্দা তেনশূবগা শাফবীগা উন্নরম্বা য়াই, থাজবা লৈ। অদুবু, ঐগী থাজরবা তেনশূববু পকশিনবীগনুদা। শেংনা, শেংনা হায়বিয়ু... নুয়াম শাফবীনা কনাগী, করিগী মীচং থোম্বনো ?"

"করি ওইনি... তাংখল লানগী মীচং !"

য়েদ্রেহনবী ফমনাইবীনা ওকুনা পাংশিল্লকই—"নুয়াম শাফবীদি নিংথেমতোনগী অরোনবা লুমজবীনিসু হায়নৈ ! অদুঙৈ, কুইরবগী মমাঙদা লোই পুত্রি মপান্দসু মবানী তোয়না তোয়না উন্নখিবনি ।"

"নুবে পুম্রি, অপাম্বী পুম্রি, লোই পুম্রি!" লৈমরেম্বীনা অসুম্না মচীন্দা শোল্প-শোল্পগা হায়রকই—"পুম্রিশিং অসে লোইনা ফুজিল্লসিদো, ফমনাইবীশিং!"

"মদুমক হেক য়াররবনিদা।" মাখোং হল্লবীনা মখা শমথদুনা হায়রকই—"খরা লৈরদি গোবিন্দ সেবাশী ভক্ত তরু থমলিবা নিংথেম পুম্রি মপান্দসু য়ৌরকপা য়াইক্নো"

'লোই পুম্রি' হায়বা অসিনা লোইনুবীশিংগী ঈরুজফমনি। নিংথেম পুম্রি হায়বা অসি হাওমচা পুম্রিসু কৌই। মসিনা সজাই য়ুমজাওগী চিংখৈ পাংলপ লৈ। চাউম্রবা, ফজম্রবা পুম্রিনি। চীংথংখোম্বনা তৌরম্বনি। মমিং চৎপা পুম্রি অমসু লৈরি—কুঞ্জ পুম্রি। লৈকোইয়েন অসিগী মমিং লৈরবা পুম্রি খরদি মনুংদা ঈরুপলগা কাওনৈ হায়দুনা থাজনৈ। লৈনুং লোঞ্জা পাখংবগী লম্বীনি হায়নৈ। নুংশি-বাথোক ওইখিবা পুম্রি ভাকনি। অয়োন-অথুপ, অফোঙবা অফোঙবী কয়াগী উমফম ওইরম্মী। লোয়া ঈরুজবা য়েংলম্বা নুপা নহা খরসু ফারগা মরু কোকখিবা লৈ। লাপ্লা লোই থাখিবসু য়াওই।

নিংথেমতোনসু ঈরুজবা য়েংগনবশিংগী মনুংদা অমা ওইরম্মী। মাবুদি ফাবা ঙমখিদে। নিংথেমতোনগা নুয়াম শাফবীগা তাংবল লানগী থৌরাং... মমাঙঙৈগী বানি। নুয়াম শাফবীগী মথক্তা, মরাল অমা হেক্তা শীজিনবা য়াবগী মরম ওইরকলে।

নুয়াম শাফবী বারৌদে। মহাকপু নমদুনা মরাল শীরগা তাম্বোক্লবা হোৎনরে হায়বা মহাক খঙজরে। মসিনি মহাক্না পামলিবা। অদুবু মপৃক্লিং নুংশিরকই। মপি থাম্নবা হোৎনৈ। মরীল খাবীনি। পি শিল্পদে। মখয়াং চিকই। নোকই, কংনোকনি। মচীনবালদি কাথোক্তে। নুংদা শীংদুনা খুমনিংঙি—

("ফমনাইবীশিং! লোয়রবা... ঐগী ইরাল থিবা? ফৈ ফৈ, য়েংসিদা কনানা ঙম্বগে হায়বা! হায়রকখো, য়াম্না বাৎলি। লোইনুবীশিংবু নখোয়না মীওইনা খল্লবা! ঐখোয়সিবু মমল য়াওদবীরা? ঐখোয়বু থম্মোয় পান্দবীরা? অবা নুংঙাই, অপাম নুংশি খঙদবীরা? মীনাই ওইনবা পোকপীরা? ঐখোয়বু লুকমায়গী লাইফদিবী! ফিনা শাবা লাইফদিবী! থবায় পান্নবী লাইফদিবী। লাইফদিবীনা বা ঙাংবা হৌনবরা...? অদু ওইদুনসু, ঐদি ফিনা শাবা লাইফদিবীদি নত্তে। মীংনা উখিবা কয়া, নাকোংনা তাখিবা কয়া, থোকখিবা থৌদোক পরিং—নুংগী বাকৎ, কনানদি তবীগনি? কনানা থাজবীগনি? লৌরো, নখোয়গী বারেপ! মসিমদি কাউগনু, ঐসু লৈমরেম্বী ওইবা য়াই! ঐগীদি ফম্বাল মিংলেন অমসু থোনখিবদাই! হৌজিকপু অমুক, নিংথেম পিশক্লা 'ফম্বাল লান' চৎখিদ্রা? অনৌবা ফম্বাল মিংথোল ফংবা ঙাইখিগদ্রা? )

নিংথৌ অমনা ফম্বাল তোংলমদাইদা, মহাক মশামক চীংবুরোই তম্বুরোইগী অসুপ্পা নিংথৌরেন অমনি হায়বা অসি উৎতবা য়াদে। য়ানিংদবা কয়াগা লাম্বেংনৈ। য়েক্লবা পুম্বা লোই চনবা তাই। মদুবু 'ফম্বাল লান' কৌই। লান অদুদা মায়থীবা শীখিবা য়েক্লবগী মমিং নত্রগা ফারকপা শা-উচেকনচিংবগী মমিং লৌদুনা ফম্বাল মিংখৈ থোম্নে। মৈদিংঙু কোম্বৌববু উরেংকোম্বৌ ফায় হায়দুনা 'মৈদিংঙু উরা কোম্বৌবা' থোনখি। লৈমরেম্বী ওইদৌরিবী অদুগীসু মপুরোইবা নিংথৌনা লানঙম ফিরাল থেৎখিবা লানফমদগী লৌদুনা

মিংথোগ্রে নত্রগা মতিক মথৌনা লৈবী লৈমগী তোঙানবা ফম্বাল মিংলেন থোনবসু চংনৈ।

থুমজাউরংবীনা নোংশিন্দুনা হায়রকই—“মীংপুদি নারবনি, নারবা অংগোতোনসু শুরু শুরু নৈশিন্দুনা লৈবা উখিদো... নুয়াম শাফবী লৈফমদা।”

নুয়াম শাফবীনা থুমজাউরংবীগী অশাউবী পন্দুনা মথন্তা নুংদা চৈরকই—

(“ লকু মকক মানবী ! খঙনিদো নঙসু, নীংপান্তো শীংগায়বাক কহ্নহনগে ।”)

অঙোম চনু অপাম্বী অহল—অংগোতোনগী মমিং পল্লকপদা শ্বাই লাওই। করিনুংগী ব্রাকংলুবনো খল্লকই। তুম্মিন্না তাশিন্দুনা মরু লুকথৈ। মিহুন সুদে। হ্মাং অন্নম্বী কারকই।

কৈক্রেনহনবী ফমনাইবীনা অংগোতোনগী মীচং চঙবা ওইনা হায়রকই—“ ইচেমহল ! অংগোতোনদি চুমচংনি,মাবু পকশিনবীরুন্দা।”

অঙোম চনু নে তারে। নিংসা হোন্দোকচৈ। মপুক্লিংদা খল্লি—“হোয়নে, ঐখোয়গী অংগোদি চুমঙাওনি।”

নুয়াম শাফবী য়ানিংদে। নুংদা ওইনজে—

(“কনখৎলু ! কনখৎলু ! নখোয় ময়াম্না মশেন ইবুংঙো, অংগোতোন ! মরুদি মানিনে, পাউ তমথোক তমশিন, চীরোন খারোন, হৈবদো নে, নে, দে, দে, ঈকায়বনা খঙদ্রিবা ! নোংবান শাগৈনিদনা, নোংবান ! অঙোম নোংবান ! য়েংভুদো, হিকথহনগে।”)

মীতেক-মীরৌ খঙলবী মাইম্না পোংলেম্বীনা ঙাংনরিবা পুম্বা মুন্না তাশিল্লি। মমীৎনা কোইরুপ কোইরুপ য়েংঙি। শ্বাই পুন্নমক্তগী মতিক মথৌনা (শক্তি) লৈরবী ‘কু-পুংবা’, তুম্মিন তুম্মিন্ লৈবা উই। যোমোন তৌজে। ব্রা ঙাংহননিংই, ব্রায়েল নুংঙাইহননিংই।

“অবোকরেম্বীদি করি করি হায়বীনিংঙি ?” লৈমরেম্বীনা নোংতুনা হংঙি—“ করিসু হায়নিংঙাই লৈতবরা ? ব্রা খরদি ঙাংভুদনা ।”

“থোইদোকপা লৈজদে, লৈমাবী !” অবোকরেম্বীনা নোল্লুক্লা খুম্মী।

“অতৈ লাইরিদা, কুমু !” নুবেশঙলাকপীনা মরৌ লৈনা হংলকই—“নুয়াম শাফবী হায়বসিবু কনানো ... কয়া সুবগে ? কুরেম্বীনা শান্নবা লোইনুবী পালহৈবীগী হেল্লোয়নিসু হায়নৈ, মসিবু...!”

“অহম !” কুরেম্বী খৌদেম্মী। খুমদে ।

“অবোকহনবী !” লৈমাবীনা নোকফেৎ তৌনা খুম্মী—“মদুদি লোইখোমশঙ হঙবী, অবোকরেম্বীতনা খঙগদবা ব্রানি, নমৌদি খঙজদে।”

“ইচেমহনবী !” অবোকরেম্বীনা হৈশিংনা খুদক্তা ওক্নুনা খুম্মী—“মাঙদা লেপলিবী ইবেম্মা ফজবী অসে, কনাগী শকফম মানবগে হায়বদো ... অমুক্তং মুন্না মীৎয়েং তৰীবুদো। মীৎনহা খরা মমি শাম্বদুদা মশেন মরান উবা ওইরিনিদা... ননাওনা পুথোরকইবা লোইনুবী অসি নুয়াম শাফবীনি ! নুয়াম শাফবী ... মনাও ইবুংঙোগী নুয়াম শাফবী ! থাজবীদ্রগা নশূ ইবেম্মা লৈমা নিংথেমনুবীশিংদসু অমুক্তং হংবিসিদো।”

লোইখোমশঙ হঞবীগী মরৌ লৈরবা অদুমদি ওইরগা হৈশিংলবা পাউখুমদা তিল্লিবা ময়ামদো ইঙক ওকনৈ। মহৈ মহৈ নুয়াম শাফবী ত্মা য়েংশিন্নে। মুরুম মুরুম চিবোননৈ। লাওখৎলকই, পুমনিল নিল্লি।

"চুম্মী! চুম্মী! শাফবীনি!" মচীন খরা য়াংবী লোংজম চনুনা হরিমতি ঈচং থৌনা খুম্মী—"অদুঙে, কুইরবগী মমাঙদা, ঐখোয় খাইগী জগোয় মকোক চিংখিবী নুয়াম শাফবী অদুনি, অদুনি, পালহৈবী নত্তেদা, মাম্বামাসি! পালহৈবীদি উজঞ্রি, মশকসু খঙজদে।"

"হৈ লাংদাইনুবী!" নুবেশঙলাকপীনা ময়ামদি তাহন্দনা হংঙি—"নঙবু ঙশায়দি পুয়ানুনি হায়খিদাই ... নঙ শেন চারুব্রা, হা?"

"সুম নীংশিংলকপনি, অবোকহনবী!" লোংজম চনু লংদাইনুবীনা নাসোন তপ্না শমখরকই—"পুয়ানুদি থৌরী য়াম্দুনা শিঞে হায়বদাই, লৈনুংশঙদা কুমঞেসু হায়নৈ। শোয়দনা চুমগনি নীংজে। খাফোংনুবী অসিদি মীহৎশিনবীনি, মীহৎশিনবীনিদা!"

লোংজম চনুগী নাসোন খাহৈ—কোনুং খাফোংবা কারকলিবী নুয়াম শাফবী তাই। মপুক্লিংদা নোকচৈ। অবোকরেম্বী অমদি লংদাইনুবী অনীমকপু থাগৎচৈ।

অতৈ নিংখেমনুবী অনৌবীশিংসু 'নুয়াম শাফবীনি', 'নুয়াম শাফবীনি' হায়নরকই। অঙোম চনুদি য়ানিংদ্রি, থাজদ্রি। অদুবু তুম্মিন্না মথন্তা খঞে—"পুয়ানু হায়বীদুদি কদায়দা? কমদৌনা লোৎত্রবা! পালহৈবী হায়বা অসিনা কনানো?"

লৈমরেম্বীনা হৌরপ লাউরকই—"লৈমশিং তুম্মিন লৈয়ু! মফম অসি পাচা [illegible]শঙনি... ইরাং পুত্রি মপান নত্তে। নখোয় ময়ামগী খনবদা, ঐ কোক ঙাওরবনি, [illegible]। মুন্না তাও, চিবোম্নগনু।"

[illegible] য়ৌ তৌরম্বা পুম্নমক, চেক-মোক লাউখিদ্রে। ঙাইহাক্তি পুমচিক চিকদ্রে।

নুয়াম শাফবী পেঞে। মাগী মীচং লৈরি খঞে।



"ওহ্‌হোকইদা! মীশক ওন্নরবা!"

লৈকোইরেন লৈমাবীনা মথন্তা শোঞে। ঙাইহাক লৈরগা অচিকপা থুগাইদুনা হায়রকই—"অবোকরেম্বী! ঐসুনে চহী মঙা মমাঙগী তনৌরবী শকফম অদু নীংশিংবা ঙমজদ্রে। অসিবু, অসিবু ... পালহৈবী অদুরনে? অসুক ফজরনে?"

"শোয়দ্রবনি!" অবোকরেম্বীনা য়াম্না হৈশিংনা অমদি থয়াইননা খুম্মী—"নুয়াম শাফবীনি! নুয়াম শাফবী! মনাও ইবুংঙোগী নুয়াম শাফবী!"

কুহনবী অমসুং কুরেম্বী অনীসু হেক্তিন্নবা য়ানদে। অমুক হেক্তা মুকথাইনৈ। অমুক হেক্তা শৌগৎনৈ, পুনশিন্নে।

"নীংশিংঙে, নীংশিংঙে।" নুবেশঙলাকপীনা ওক্নুনা অমুক পাংশিল্লকই—"জগোয়

মকোক চিংখিবীদো... থাগোইসনানা মথং খনবী ওইখিবা কুমদো... অদুদি কুইরেদা। কনানা 'চৈথাবা' কুমনোনে অদুবো... মায়চৌ অমতং কৌসিদো, লৈমাবী !"

"চৈথাবা মায়চৌ কৌব্রবসু য়াইদ্রা, অবোকহনবী !" লৈমরেম্বী মঙক নোমলপ তৌনা খুম্মী—"মনমদা চৈথারগা খঙগনি। শরদ্র হুমদাং পুরকগনি। "

মসিগী খুদোংচাবা লৌরগা লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা হায়রকই—"ইচেমহনবীগী বাকমসে খ্বাই পুন্নমক তাবীরেদনা! শকফম ওনবা হায়বা অসি য়াম্না থুই, শক মায়বসু লৈ। 'শংনু-তংনু' অনী ইনাক্তা ফমলিবসে, য়েংবীয়ুদো। মচীন মনাও অনীসে কাইবোকসু নত্তে। শংনুবু তংনুনি হেক্তা হায়নৈ। মত্তৌ অসুম্না, নুয়াম শাফবীসু পুয়ানু মানবা য়াইনা। পালহৈবী মানবসু য়াই । করি হায়গে মাখোং হঞ্জবী ? মহৌশাসু হায়জম্ব্রে... নুয়াম শাফবী ইশূনুপীনি।"

"হায়খি হায়খি, জগোয় মকোকচিংবী ওইবা মতমদা।" নুবেশঙলাকপীনা পাংশিল্লকই—"মমাসিজনসু খনবীখি। মদুগী জগোয়দো... শাফবীনা সুমহৎখি। মী পূন্না ময়া কাদুনা য়েংনখি; মৈরানম্বী পাইশিনবা খঙনখিদে।"

"হোয়নে, হোয়নে নুয়াম শাফবীগী জগোয় হায়নখি হায়য়ে । নশূ ঐমক্তি য়েংজহৌদে।" মাখোং হঞ্জবীনা অসি হায়রগা মথন্তা শোঔক্লে—" অদুদা ...!"

মাখোং হঞ্জবী হায়রিবী অসি পাচা লোয়শঙগী খ্বাইদগী মরুওইবী ফমনাইবীনি। মথংদা লৈখোমশঙ হঞ্জবী নত্রগা লোইখোমশঙ হঞ্জবী। অতে মতমদদি মাখোং হঞ্জবীনা লাঙজে ফম্বা য়াই। মাগী বায়েলনা অরোইবা বারেপ লৌবসু ঙম্মী। মহাকপু পেলহনবা তাই, মহাকপু থাজহনবা চঙই।

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা নুবেশঙলাকপী শৌগৎপা ওইনা অমুকসু হায়রকই— "ইচেমহনবীনসু তাকপীরি। মসিদা করি চিংননিংঙাই লৈরিবগে, হঞ্জবী ?"

"চুম্মী, চুম্মী! অবোকরেম্বী"। মাখোং হঞ্জবীনা ইংনা তপ্না হায়রকই—"মতম কুইনা শক উন্নদ্রবদি কাউবসু লৈ। নীংশিংবা ঙমদবসু য়াওই। শকফম ওনখিবসু য়াই, লৈফম চাকমগী মতুং ইন্না। ফরে, লৈনুংশঙগী পুয়ানুদি অবোকরেম্বীনা কনাগী মতুং ইন্দুনা থাদোকম্ব্রে ? মহাক হিংলিব্রা ? শিশ্রব্রা ? অদুগা, পালহৈবীদি...?

নুবেশঙলাকপীনা অমুক মাখোং হঞ্জবীগী মীচং চঙবা ওইনা নোংশিল্লকই—"খুম্মু, খুম্মু, কুরেম্বী! পুয়ানুগী শরদ্র হুমদাং পুথোরকউ, পুথোরকউ। কদায়দা ফুমম্ব্রে ?"

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা হৈশিংনা খুম্মী—"শরদ্র চাবীনা চাম্ব্রে হায়রবদি...!"

"হৈদকো, কুরেম্বী !" নুবেশঙকলাকপীনা মথন্তা শোম্বাংননা শোঔক্লে—"নঙনা ঐঙোন্দগী হেনবা মতাংসু লৈরিবোই ! ময়ামসে নঙনা হেক ঙাওহল্লিদা !"

মাগী বাহৈশিং—ময়ামদি তাখিদে। মনাক্তা ফমলিবী, মনা শিংবী, লোংজম চনুদি তাই। মতাং চাদে হায়দুনা মচীন মথক মখা কাজিঙ্কে। য়েংবদা নুংঙাইবা মওংনি। বা ঙাংনীংবনা মচীনদো মরেঙ মরেঙ চংলি। নোকনিংলকই। মচীন কাথোরকই, য়াম্না

শোত্থাংল্লা, নুবেশগুলাকপীগী মনাকোং ময়াদা তারসনু মতাওগুম্না শোৎলে—“তাকপ্রপোৎনি, য়েঁবী পুংবা! অমুক্লা তোখায়, অমুক্লা অমতা!”

নুবেশগুলাকপীনা লোংজম চনু হরিমতিগী মফেগন্দা খুজিল্লনা শিকই। লংদাইনুবী মচীন খুম্মী, তুম্মীন্না লৈরে। অতৈ লৈমশিংদি মোত্রংনি। অঙোম চনুসু অবোকরেম্বীগী খা তাবদা চঙক্লরে। চহী মঙা মমাঙগী পুয়ানু—মহাকসু মশক উহৌদে। জগোয় মকোক চিংবী নুয়াম শাফবীদি মুন্না খঙই। জগোয় য়াওমিন্নখি। মনাও ইবেম্মা অতৈসু পুয়ানুগী মশক উহৌবা কনা অমতা য়াওদে। মহে মহে পংচিংদা চিংনৈ। পাচা লোয়নশঙদা পুখোকখিবা খাথোকসু নত্তে। লৈমরেন সঙ্গাইদা ফমখিবা মীকম, তাখিবা খায়েলনি। লৈমশিংনা, পুয়ানু লৈনুংশঙদা শিখিবা কুইরে হায়বদু থাজরকই। মনেমসিজ হৈশিংবীগী কুম্মৈতবু য়েংজনিংদুনা তুম্মিন তুম্মিন্না লৈরে। কনাসু মমীৎ কুপ্নখিদ্রে।

“নুয়াম শাফবী!”

মাখোং হঞবীনা ইংনা তপ্না খাকোংনুবী অদুবু য়েংনা য়েংনা হায়রকই—“লৈনুংশঙগী পুয়ানু নৎত্রগা পালহৈবী হাৎলগা কদায়দা ফুমখি ... কনানা হাৎলি? অদুগা, অঙোম চনুগী সঙ্গাইদা লৈমনাই ওইদুনা লৈরম্বী নঙনা অহিংদা ফিমু কোকখুম্বী তম্লাই শাদুনা নশক লোৎলগা নবেম্মবু- কিহল্লিবা করিগীনো, কনাগী খৎনেকনো অঙোম চনুবু হাৎনবা হোৎনবদি করিগীনো? শেংনা শেংনা, খুম্মুনে, শরুচাবী হিংচাবী!”

নুয়াম শাফবী খুমদে। নুংদদি পাউখুম পীজে—

(“হে হনুবী তৌঙম্বী! নঙসু অহিংদা ফিমু শেৎলগা কোইবদাই? ঐ ওইরমদ্রদি, নঙদুম ওইরিনি। ঐনি হায়বা কমদৌনা খঙই? অহিংদা ফিমু শেৎপী নুপী অতৈসু লৈকোইরেন অসিদা লৈবনিনে .. মশক মমিংদি তাকওইয়ে, লোইনা খঙইকো!”)

“খুম্মু, খুম্মু, নুয়াম শাফবী!” অবোকরেম্বীনা পাংশিনবা ওইনা তকশিন্দুনা হায়রকই—“চিংনবা লৈতনা খারী পীয়ু... ঐ লৈরি নঙগীদমক।”

“এ ঃ অবোকরেম্বীবু নুয়াম শাফবীগী খায়েৎপীরো?” লৈমরেম্বীনা মোমোন তৌনা হায়রকই—“ফরে ফরে, কোনুংলোমগীনা মাখোং হঞবীনা ওইরসনু, ওইফমসু থোকপনি। অবোকহনবী নেকউরদি... নশম নশম ফোয়নরক্কনি।”

“লাইবক য়েংজগে, লৈমাবী!” অবোকরেম্বীনা অসি হায়রগা নুয়াম শাফবীদা তকশিল্লকই—“কৈদৌরে, শাফবী! অচুম অচুম্বদো হায়দোকউ।”

অবোকহনবীনা অমুক থৌজিল্লকই—“করিসু কিরুনু, ইবেনগী নুয়াম শাফবী! অচুম্বগীদিনে, ঐসু লৈকো। শেংনা খুম্মুনে, পালহৈবী কনাগা চেনখ্রে অদুগা লৈত্রা কোনুদি কমদৌনা...?”

নুয়াম শাফবী মচীন লেঙদে।

(“ঙকত্রেদা, ‘কু-পুংবা’! মতম খাৎলি, ঐ খুমখিরোইরে। পালহৈবীসু ঐনি হায়রবদি? লৈত্রা কোনদি মীহুৎশিনবী ওইনা লৈনংদা ফমখবদাউ! ঐ খঙইকো!”)

মহাক তুম্মিন্না অদুম লৈ । অদু ওইদুনসু, মহাক্না কু-পুংবাবু থাগৎচৈ। অপেনবা লৈজে। কু-পুংবাগী নুংশি ৱাহৈ অমদি থৌজালগী মীৎয়েং—মাগী পুক্নিদা শিদ-হিদাক্কী মশক ওইরকখি!



"ৱায়েলসি লুদৌরিদা!"

লৌশিং লৈরবী য়েক্লেহনবী ফনাইবীনা অসুম্না ৱাহৌরগা ময়াম তানবা মঙৎদা খোল হৌরগা হায়রকই—"ৱাখোক থুপচানে। লৈমকোন মনুংদা কনখৎনবীগনু। শেংনা শেংনা হায়দোকপীয়ু। পুয়ানু, পালহৈবী অমসুং শাফবী... কোক ঙাওহনবীগনু।"

ফমনাইবীশিংনা ঙাংনখিবা ৱা পুম্নমক লৈমরেম্বীনা মুন্না তাশিল্লি। মোমোনতং তৌই। শাফবীবু অদুম য়েংদুনা লৈজে। ঙাইহাক লৈরগা ইংনা তপ্না নুয়াম শাফবীবু পাখৎহনবা তৌদনা কৌরগা হায়রকই—"শাফবী! নুয়াম শাফবী! নশা ঙাকখোকচনবা করি করিনো খরা ফমনাইবীশিংদা শেংদোকউদনা। কৈদৌরগে নঙবো? নচীনদো ফাজিনগনু। নঙগীদমক কু-অনীসু লৈরিনা, চিংনবা লৈতনা খুম্মু। নঙবু পালহৈবীরনে? ঐসু কোক ঙাওরেকো।"

"ঐ অমা পকশিনবীগনুকো, লৈমাবী!" নুবেশঙলাকপীনা ৱামাঙ য়ানবা ওইনা হঙৎচৈ—"নুবেশঙ পান্নবী ঐদি লোইনুবীগী ৱাফমদা করি অমতা হেক খঙজদে।"

"এঃঅদুদি, ইচেমহনবী!" লোইখোমশঙ হঙবীনা মখারোমদগী চীনগী তেন অমুক কাপশিল্লকই—"পুম্নমক কুরেম্বী ঐগী কুম্মে তারেনে!"

"তুম্মিন্না অমুক্তা লৈবিয়ু, অবোক অনীমক!" লৈমরেম্বীনা অসি হায়রগা নুয়াম শাফবীদা ওনশিন্দুনা থেম্মী—"শাফবী! নঙনা হায়নিংবদো হায়য়ুনে, ঐ লৈনে নঙগীদমক্তা।"

ৱায়েল হেক হৌরকপদগী ৱা মচেৎ অমতা ঙাংবা তৌদনা নুয়াম শাফবী লেপ্পুনা লৈরকলি। মহাক কনাবুসু কিদে। উচুক য়ুংবদৌনা অদুম লেপলি। লময়ৌনা অখাঙ কনবীনি। অৱা-অনা, চৈনা-চৈথেং কয়া খাঙদুনা লাকলবীনি। লেপ্পুনা লৈবগী চোকথবা লৈত্রি।

লৈমরেন পোংলেনখোম্বীবু মহাক্না মশক মুন্না খঙই। মাগীদমক লেপলিব্রা নত্রগা হায়শিন্নরিব্রা হায়বসি চিংনজে । অদু ওইদুনসু, লৈথক লৈখারোম মিংখৈ তাকলগে খল্লে । মাগী থম্মোয়নুংদা চহী কয়া ওমশিন্দুনা থমলিবা মৈগী চীং—মদুগী প্রোক প্রোক চাকলিবা মৈচাক, খাঙবা ঙমলক্লে। মতম কুইনা মচীন ফাজিন্দুনা থম্বা ৱারকলে। লুকথরম্বা মায়খোং তপ্না তপ্না হাইগৎলকই। মাগী অবোকরেম্বদগী হৌরগা মথং মথং য়েংলকলে। মাগী ৱাহং অমসুং পাউখুম অনীমক্না পীক থন্নবা মীৎয়েং—নুবেশঙলাকপীদা লোইশিল্লি। মহাক মোমোননে। মীৎয়েং অদো অমুক ময়াইদা ফমলিবী লৈমরেম্বী তম্না য়েংদুনা লৈপ্রে। মফম ইখঙ খঙহৌদনা মৈগী চীং পোকথায়রকলে ।

নুয়াম শাফবীনা খোঞ্জেল তৌনা, য়ামা তৌনা লৈজবী থাদনা লাউরকই—"ঐহাক

নুয়াম শাকবী ওইনা হিংজনিংদে ! ঐ পুয়ানুনি ! পুয়ানু ! পুয়াম চনু পুয়ানু ! পাইসোলাগী মচানুগী পুয়ানু ! চাশাং চীংগী পুয়ানু !"

পুয়ানুগী মমীংতা থিংগৎতুনা থমখিবা পি শিন্থুরকই ! শিন্থুরকই ... মথয়াং ক্রক ক্রক চিকশিনখি। মহাক কপ্পে। বান্থবসু তৌদে। হান্নগুম খোঙকম অমতা কায়দনা লেন্নী। মাগী মায়থোং মকা লান্না হাইগৎলকলে । পিরোইনা নোকফেংনৈ ।

"ঙসিসু মীনম্বা ঙাংলি , নত্তে, নহাক পাইসোলাগী মচানুগী !" লৈমরেন্বীনা নোকফেং তৌনা হায়রকই—"পুয়ানু ! অমুক্তদি হায়য়ু, নঙগী অশোকপী কনানো ? মমিং করি কৌই ?"

পুয়ানু খুমদে । তৃশ্মিন্না অমুক লৈথ্রে ।

পাচা লোয়শঙদা তিল্লিবা পুম্নমক খংপ্রেক খংনৈ। বা মচেং অমতা ঙাংনখিদে। পুয়ানু তম্না য়েংশিন্নরকই। মমীং কুপ্নখিদে, 'ঙকথ্রেদা ..! অসি ওইরেকো... অসি ওইরেকো, পালহৈবীসু, পুয়ানুসু' হায়নৈ। মখাদি তাখিদে।

লোইখোমশঙ হঞ্জবীদি মরু থোক লূকথখি। মপূক্লিংদা খল্লি—"তস ! কমদৌই কুরেম্বীগী থৌরাং ! খঙনা খঙনা মীনজখি। খঙনা, খঙনা মমাসিজনা য়াবীখি । খিরোদনা হৌজিক্তি পালহৈবীবু !"

নুবেশঙলাকপীসু মায়থোং মকা লাম্না নোকফেং তৌই । মপূক্লিংদা কুরেম্বীগী পাউখুম পীজে—"করেদনা শরূচাবী ! অহিং কোকখুম্বী, ফিমু শেংপী ! খঙনা খঙনা মীনম্বী !"

পুয়ানুগী হৌরবা খোঞ্জেলগী খোম্মাং নেমথখি, নেমথখি অসুম নেমথখি। লোয়শঙ মনুং অদো, পুমচিক চিকখ্রে। কনাসু করি অমতা হায়নখিদ্রে ।

"নুয়াম শাকবী কৌবী নুপী অমাখক, তশেং তশেংনা লৈরম্মী ।" লৈমরেন শোংলেনখোম্বীনা ইংনা তপ্না মখা শমথদুনা হায়রকই—" নময়ৌনা মশক ফজে। মহাকসু লৈখিবনি, লৈনুংশঙদা ! হৌজিক্তি শরূ হুমদাংগী লিখুন খিরসি... পুয়ানুগী বায়েল হৌরসি। পালহৈবী অমুক খিরসি । ওইরম্বা য়াই শকমান্নবী !"

লোইখোমশঙ হঞ্জবী নোকফেং তৌই। মমায় অমুক হাইগৎলকই। মপূক্লিংদা হৈশিংবী মমৌ লৈমাবীবু থাগৎচে—"লৈখোক-লৈশিন, হৈথ্রেদকো, কুলৈমা নঙসে! মরুদি নঙনিকো ! নঙগী কুম্মেনি । পুয়ানুবু নঙনা নুয়াম শাকবী ওইনা শকখঙবীখি । জগোয় মকোক চিংহনখি । কুম্মে অতৈসু কয়ানি ।"

কুরেম্বীগী অঙকপা থৌরাং কুলৈমনা কনখৎপীগ্রে। মসিগী মরম লৈ।

নুবেশঙলাকপীনা পুয়ানুবু শৌগৎতুনা অমুক হায়রকই—"পুয়ানুদি পুয়ানু ওইনা হিংবা য়াদে। নুয়াম শাকবী ওইনা হিংহনবা তাখি। পালহৈবীদি ঐ খঙদেকো !"

মাখোং হঞ্জবীনা হায়রকই—"মরমদি করিগীনো, অবোকহনবী ?"

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা ওক্লুনা খুম্মী—"পুয়ানুগী অচৌবা মরাল অমা লৈ।"

মাখোং হঞ্জবীনা অমুক নোংশিন্দুনা হংলকই—"নমৌ ঐখোয়দি খঙজহৌদে, মরাল

হায়বদি করিনো ? কু-পুংবানা খঙনা খঙনা লোংপীবদি করিগীনো ? ”

“মদুগা য়েংশিল্লগুমসি, হঞ্জবী !” লৈমরেম্বীনা নমহৎতুনা হায়রকই—“অঙোম চনুগী বাকৎ-বায়েল হান্না লোইশিনবনা ফরোইগ্র ?”

“ফগনি, চৎথবীয়ু লৈমাবী !” মাখোং হঞ্জবীনা খুম্মী।

“পুয়া ! পুয়ানু !”

লাওজে ফমলিবী লৈমাবীনা খোল হৌরগ কৌরগা হংলকই—“নহাক নুয়াম শাফবী ওইনা হিংনিংগ্রে, নংত্রা ?”

পুয়ানু খুমদে। তৃপ্মিন্না অদুম লৈগ্রে।

(“ম্রাম্বা ইবেম্মা !”)

পুয়ানু খংগ্রেক খংই। মমীৎ মনা তথক তথকই।

নুংদদি থৌগল্লোন কায়জদনা খুমজে। হাইগংলম্বা মাগী মায়খোং লুরুক্লা অমুক লূকথগ্রে। মহাক লেপলি, মচি লেঙদে। থবায় পান্দ্রবা, নীংথিজরবা নুপীগী মপুং মরৈ ফারবী পাফল (মুর্ত্তি) অমা খিন্দুনা থম্বগা চপ মান্নে। মাগী মখোঙ অনী—মালেম লৈমনা শম্না মফৈ অমা লেঙবা য়াদে হায়বগী মতাগুম, ফাজিনবীগ্রবা !

ফজে, মাগী থৌগল্লোন। হান্নগুম মকোক লূরুকনে। ঈকাই-নুংশি য়ান্নজে। ভৌরোক হেক ভৌনা ফজরবী মায়খোং—হায়ফেৎ ঙাওশিল্লি ; অসুম ঙাওশিল্লকই। কোইরাওনরবী মীৎম্রা অনী, কয়াদি ফজগ্রবা ! অদুবু, হঙ্গৎনা য়েংখৎলক্তে। মহাক মিহুন চেজুম চেজানৈ ; নিংমাংনৈ (মীপাইজে); নিংসা ফাজিন্দুনা হোৎ্ঙে। চহী মঙাগী মতুংদা অচৌবা চীংজাও অমগা থেংনগদৌরি। মতিক মঙাল নাইরবী, মাইম্না কুমুদিনী, লৈমরেন পোংলেন খোম্বীগা, পুয়ানুগা লাম্বা তৌগদৌরিবরা লান—অরাইবা নত্তে ! পুয়ানু কিথি কিরুম তৌবদি নত্তে। মহাক য়াম্না মতীং লৈবী নুপীনি। কৈ ফাবীনি। মীকি-লাইকিদবীনি, মনুং খরদি কল্লি। নুংদা বা ঙাংবীনি। মসিগী মরমসু লৈ। অদু ওইদুনসু, চহী মঙা মমাঙগী পুয়ানু—চহী মঙা মতুংগী পুয়ানু ; খেন্নবা লৈ। য়াম্না খেন্নবা লৈ । পোংলেনখোম্বীসু ঙাম্মে লানঙম্বীনি। খোম্মরেংবা ফাবীনি, চাপাংঙম্বীনি। য়েংবা তাই, তাবা তাই, চীনগী লান !

“নুয়াম শাফাবী !”

লৈমরেম্বীনা পুয়ানুবু লক্লবগী মওংদা ‘শাফাবী’ (শাফবীগী মহৎতা) হায়দুনা মিংশৌরগা অমুকসু নোংতুনা হংলকই—“নহাকপু হৌজিকসু শেংলিবীরা ? নচীন চুম্মনে।”

[illegible]ম শাফবী হায়বনা ‘লাইবক ফবী’ হায়বনি। ‘নুয়াম শাফাবী’ হায়বনা তোঙানবা [illegible] লৈবা মিংশৌনি। মসি পুয়ানুসু খঙই। মহাক নোকফেৎতং তৌই। লৈমরেন [illegible] খুম্বী লাকপীপোৎ নত্তে। কৈসু থৌশাদে । খোইগ্রবী নুপীনি। নোংপোক চীংমায় ঙানবীনি ! চীংদা শাংপী পুয়ানু !

চৈরক অদুদা...

লোংজম চনুনা লৈমশিং মরক্তগী য়ৌ য়ৌ তৌদুনা ঙাংজে—"তো ! তো ! শাফাবীনি; পুয়ানু নত্তে। ম্নাম্নামাসিনা মিংশৌরিসে ভাউনে, ভাউনে...।"

লোংজম চনুগী চোইঙাং মনেমসিজনা ভায়ে, খোল কল্লপনা হায়রকই—"লোংজম চনু, তুম্মিন লৈয়ু! নঙদুম চকশীকারোং য়ৌব্রা খঙদে, মুম্না বায়েল ভাখো। 'শমফবী' নঙগী ফজরবা নশমদো চেকশিনজৌকো!"

লোংজম চনুগী মশম য়াম্না কৈ। খ্বাইগী শম্বান্দোং ককফমনি। ককখিবগা চোংখৎপগা জিরি, জিরি...! মুসুক মুরদনা ফজব্রবা শল্লাংনি। কল্লকনে। মহাকপু 'শমফবী' হায়রগসু খঙনৈ। মাগী শম্বান্দোং মমল য়ামব্রপোৎনি !

লোংজম চনুনা নুংদা মুরুম মুরুম শোৎজে—

("ঐবুদি কৈদৌবৈ লু-কোকশীদোইবা, ঙকচরেদা ! হোয়, ইচে শাফবী মতম খরা ঐগী সঙ্গইদা লৈরম্মী। নুংশিনসু লোয়নজে অদেদি, ইচেমসিজ অশাম্বী অহলনা মাগী সঙ্গাইদা লৈহনখি, লৈমনাই ওইনা। মৌপ্পা অংগোতোনগী লুমলেম্বী ওইনবা শীনখিবনি। মখাদি ঐ খঙজদে, ঐদি হেল্লোয় শাদুনা তমনৌ, কিহল্লুকাদি হায়জখিদেকো, সরি সো ! ইচে চোংথা অহলনা নেকপদুম ওইরিনি। মাদি নুংশি থৌগল কুম কাংবা কুইরবনি। ঐবুদি হৈশিংবনিনা চাং নাইনা নাইনা নিংথেমগী নুংশি থৌগল ফংজে। তস !")

লোংজম চনু মরু লূকথখি। মাগী ফরক ফুবা কুম্মৈ লোইরে খজে ।

"হৈ, তৌওম্বী !" মাখোং হঞ্জবীনা লৈমরেম্বীবু শৌগৎপা ওইনা পুয়ানুবু চৈরপ তৌনা হায়রকই—"নুফাবী (নুপা ফাবী) নঙবুনিনে, নচীনদো কৈদৌনা পাল্লিনো... খুম্মুনে, নতীং য়াম্না লৈবদাই ? নঙদি লমন খুম্নবা, নশক নমিং ওল্লিবোই ! কমদৌনা ময়াম অসিবু অসুক কুইনা উৎ চাইগ্রিবা ? মসি পূম্নমক অবোক...!"

মাখোং হঞ্জবীনা খা-ব্রাং ফমলিবী কু-পুংবা য়েংজে। মখাদি তাখিদ্রে।

নুয়াম শাফবী পুয়ানু খুমদে।

মঙোন্দা শীরিবা মরাল য়াম্না য়াম্মী। লৈমরেম্বীনা অরোন-নাই কয়াদগী পাউ কয়া খোমজিল্লি। হৌজিক্তি মহাক লোইনা খঙলবনি। কনাদসু মচীন কাঙথোক্তে। কাঙথোকপা য়াদবা মরমসু লৈ। মাগীসু অশোয়বা লৈখি । অতে নত্তে ; মীনুংশি ! মহাক্না পুয়ানুবু হিংহননিংখি । হৌজিক্তি, তোঙান তোঙানবা ৱাকং কয়াসু ফংলে। তঙাইফদনা ৱায়েল ৱারেপ অমা লৌদবা য়াদ্রে।

ঙসিদি পুয়ানুগী লাইবক লেপ্লবা য়াই। মতম কুইনা, শক লোংলুরে। লৈনুংশঙদসু অৱাবা কয়া খাংখ্রে । মরক্তা, অমুক ফোংনা থাদোকই—'নুয়াম শাফবী' ওইনা । মসিগী শাংলবা ৱারী লৈশ্রে। কু-অহমতনা খঙই। পুয়ানু শিগ্রে হায়বা অসিদা খ্বাই পুগ্না থাজনখি। লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা চিংনবা মীওই কয়াগী মচীনসু চুম নমখি । মতুংদা অমুক শাফাবী ফাজিনখি। মরম লৈ। লৈমরেম্বীনা পুয়ানুবু নুয়াম শাফবী ওইনা হিংজৌ হায়দুনা অয়াবা

পীখিবনি। পুয়ানুনা 'নুয়াম শাফবী' ওইনা হিংজনিংদে। 'লৈমরেন কৈক্ষাবী পুয়ানু' ওইনা হিংজনিংঙি। মথক্তা কেকু ফোংজে। মথক্তা লাংদা থুজরে। লৈকোইরেন লৈমাবীনা পুয়ানুগী মমিং মুখৎকে হায়দুনা খল্লকলে।



"পুয়া ! পুয়ানু"

লৈমরেম্বীনা মাবু নুংশিনা কৌরগা অমুকসু হংলকই—"নুয়াম শাফবী পুয়ানু ! লৈমা নিংথেমনুবী কনানা, নঙবু মহৎশিন্দুনা উশিন থাই ? অচৌবা নরালদি মসিনি। হৌজিক্তি নঙবু কনবা য়ায়রোই। করি খল্লি ?"

মাহং অসি হেক তাবদা, নিংথেম পিশক্কী লৈমা নিংথেমনুবী তরেৎ—মহে মহে য়েংনৈ। মা ঙাংনদে। তুম্মিন তুম্মিন উটি মথুন...! কনানো, কনানো মমীৎ খৎনৈ।

পুয়ানুনা লৈমশিংবু মথং মথং য়েংলকই। মায়থোং মকা লমদনা, নোকফেৎতং তৌই। লোংজম চনুনা নারোম্দা মমীৎ কুপলকই। চোংথা অহলনা মচীনবান্দা খুদোম্বী থম্মী। চোংথা নহানা খুৎশা তরেৎ উৎলগা থেকথদুনা উৎলি। খুদমশিং অদু কনাসু উখিদে। মথা মায়কৈ ঙাকলিবী লোইথোমশঙ হঞ্জবীনা উই। নোকফেৎনৈ, মা ঙাংখিদে।

ওইনাম চনু ভীমেশ্বরীনা শোম্থাংননা হায়জে—"তৌঙমল্লেদা, লোইনুবীশিংসে! খরা লৈরদি ঐথোয়সে লৈফম লৈরোইকো।"

"হোয়নে, ইচেমসিজ!" কোংখাম চনু চন্দ্রাবলীনা পাংশিল্লকই— "মাগী লফোইনু হায়বী অদুসু ইতোনসি 'নিংথেম চেনখিবগী' অরোনবা নিংথেমনুবী ওইরম্মে হায়নে।"

হাওবম চনু রূপবতীনা ওকশিল্লকই—"মশক ফজবী লৈমনাই কোনুংদা থমদবসু ফরবনি। অতৈসু লৈরম্বা য়াইকো।"

"হোয়নে, হোয়নে... অহুম অমসু কোনুংদা পুখৎলনি হায়দুনা নিংফুং নিংফুং তাইদা।" লোংজম চনু হরিমতিনা মরক থৎতুনা ফেঞ্জিল্লকই—"মমিংসু খঙইদো, ঐদি।"

অঙোম চনু লোকেশ্বরীনা পাখৎনা হংলকই—"লোংজাম্বী ! নঙগী পাউ অদুবু শোয়দব্রা ? কনাদৈ তাই ?"

চোংথা নহানা খুম্মী—"ঐসু হায়ফেৎ তাই। ঐথোয় তরেৎকী নিংথেম অসে খুল্লক্তা অহুমথকসু কোইহরি হায়নে।"

চোংথা অহলনা হায়রকই—"ফৈ, ফৈ লাক্ত লাকসনু ! মঙক লাকলগা ইনগে, নীংজোম্দা শীংগায়বাক য়ৈগে।"

লোংজম চনুনা অমুক হায়রকই—"মমিংসু ফজত্রপোৎনি। হায়দোকপদি য়াদ্রি। অদুগা খুৎতা পুবা মশীং অমসু লৈদো...।"

অঙোম চনুনা য়াম্না চিংনরপ তৌনা সং হেক্তা হংলকই—"খুৎতা পুবা মশীং হায়বদি, মীনাইনুবী অসে ?"

লোংজম চনুনা ফাগী ওইনা খুমলকই—"মসিনা মহুৎশিনবী ! কনাগীনো হায়বদি হৌজিক কাওবা খণ্ডখি। ঙাইহাক্তা ঙাইরে খঙগদবা !"

"অসুক পেন্নাইদ্রিবসিবু করিগীনো ?" অঙোম চনুনা মখোয়দৌ খীংলপ তৌনা হায়জে—"ঐখোয়সিবু করি ব্রাৎপগে ?"

"মদুদি, ননাওসু খঙদেবো, ইচেমসিজ !" লোংজম চনু হুরিমতিনা মরৌ লৈনা হায়রকই—"ঐখোয়সু নুপা ৭/৭ লোনসিরদো।"

"অদুদি, নঙ হেক তৌরো, লংদাইবী !" অঙোম চনুনা হায়রকই—"ঐদিনে সতীনি, মহাসতী ! হস্বোইবীগুম্না থৌগলসু তৌজে।"

তশেংনমক অঙোম চনুগী নুংশি থৌগল—মহাসতীগী থাক্তা থম্বা য়াই। সতীগী ব্রাহ্মোক মপুরোইববু হস্বোইবীগুম্না পেলহনবা ঙম্বী অদুবু কৌই হায়নে। মগুন অতেসু কয়ানি। মগুনশিং অদু অঙোম চনুদা লৈজে। মহাক্না মপুরোইবা নিংথৌবু লাইগুম্না নীংজে। লময়ৌনা মপুরোইববু মহাক্তগী ওইজনিংঙি। কনাগীসু ওইহননিংদে ।

লোংজম চনু মচীন খুমদুনা থীক থীক নোকই। কুশ্মে শান্নবা য়াম্না হেৎবীনি । ঙাইহাক লৈরগা অমুক ফাগী তৌদুনা হায়রকই—"পাউ অমসু তাইদো, ঐদি।"

"করি অমুক ?" অঙোম চনুনা হংলকই।

লোংজম চনুনা অমুক লকক তৌরগা হায়রকই—"ঐখোয় খরা খরা শীরবশিংসে, মনাই অচানবশিংদা মথং মথং নুংশি খুদোল তৌগনিসু হায়বনিকো... ঐ অমা য়াওদে।"

"লোইরব্রা, লংদাইবী ?" নুবেশঙলাকপীনা লোংজম চনুগী মফেগন্দা খুজিলনা শীকই অদুগা হায়রকই—"ইশ্সা, ব্রায়েল তাসিনে। য়েংভুনে, পুয়ানুসে কৈনো অমা তৌখ্রে, লোংজম চনু নঙোন্দা অসুম য়েংদুনা লৈরেনহে । নস্তে,মাবু নঙনা উশিন থারুব্রনে ?"

"কদায়দে ব্রানোদা, অবোকহনবী !" লোংজম চনুনা হায়রকই—"ঐবু চোইঙাং খরা ঙাংঙি হায়দুনা ইপুরোইবা নিংথৌগী মফমদা নুংশি শৃৎনেক থাজিলবা হৌনব্রা ?"

"মমাসিজ লৈকোইরেন লৈমাবী !" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা খঙহৌদনা হৌগৎলগা হায়রকই—"পুয়ানুগী ব্রায়েৎপী অমা ওইনা ব্রায়েৎ অমতং থমজনিংঙি।"

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"মখা চৎথবীয়ু, অবোকরেম্বী ! অয়াবা পীজরি। ভকথোক্রবা পাম্বে পুথোকপীয়ু, করিসু কায়দে।"

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা চৎথরকই—"কোনুংলোন, নুংশি থৌগল চৎন-পথাপগী মতুং ইন্না নুয়াম শাফবীবু ওইরবসু, পুয়ানুবু ওইরবসু, লৈমা নিংথেমনুবী অমগী মহুৎশিনবীবু ওইরবসু, ওইদ্রবসু, থৌগল চঙবা য়াই। চৈরাক পীফম থোক্তে।"

"চুম্মী, চুম্মী।" নুবেশঙলাকপীনা ওকুনা পাংশিল্লকই—"মীরেন নিংথেমনুবীনা নত্রগা অতে নিয়াইবীশিংনা নিংথৌদা কৎলবী নত্রগা লোইপোৎ ওইনা কৎলকপী লোইনুবীশিংবু সঙ্গাই য়ুমজাওদা, নুমিৎ মঙানিদি শোয়দনা লৈনবা শীনবীগদবনি। থায়নদগী চৎনরকপা লৈ। লাইলিক পুয়াদসু য়াওরিবনি। মরম অদুনা, পুয়ানুবু মহুৎ থারিবী অদুসু

মরাল লৈতে। চৈরাক পীকম থোক্তে। চংনরোল মুল্লা খঙবী অমা ওইরমগনি।"

"ৱায়েংশিং অদুবু করি করি লাইহিক পুরাদা য়াওবগে, অবোকহনবী?" লৈমরেম্বীনা তকশিল্লকই—"চুম্না চুম্না খুম্বীয়ু।"

"পুয়ানুগী পুরাদা!" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা ওক্নুনা খুম্মী।

লৈমরেম্বীনা খোল কল্লপ হায়রকই—"অবোকরেম্বী! ফাগী তৌবীগনু, চুম্না চুম্না পুখোকপীয়ুদো।"

"ঙাকপীগনি, লৈমাবী!" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা হায়রকই—"চংনরোল হায়বা অসি মীনা শেম্বনি, মীরেন নিংথেমনুবীনা পুয়ানুবু সঙ্গাই য়ুমজাওদা লৈহন্নবা শিনবীখিদে। লৈনুংশঙদা নমশিনবীখি, পুয়ানুসু মশাগী খুদোংচাবা য়েংলগা থৌগল পথাপ অমা শেম্বা য়াত্রা খঞ্জে। মরাল পীকম থোক্তে।"

"মশানা শেমদ্রবসু য়াইনে।" নুবেশঙলাকপীনা শৌগৎতুনা হায়রকই—"মশিন কৌবা লাইহিক্তা য়াওবনিনে। লোয়ন-শিনলোলদসু, লোইয়ুম্বা শিনয়েনদসু। লোয়শঙদগী মায়চৌ কৌরগা হংবিবা য়াগনি।"

লৈকোইরেন লৈমাবী অমুক হায়রকই—"অবোকহনবীদি কোনুংলোমগীনি, লোইনুবীগী মীচং চঙবীগনুদা।"

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"অরোংপী নিংথেমনুবীশিংবু মশক খঙবীবদি ঐগী ইথৌদাং ওইবদুদা পাথাঙকোক্কী ৱাফম খরদং থমজবনি।"

"নুবেশঙলাকপীনা লোইনুবী অরোংপী অমবু নিংথেমনুবী ওইনা শকখঙবীবা য়াই।" লৈমরেম্বীনা নোকফেং তৌনা হায়রকই—"অদুবু, অয়াবদি কনানা পীবা তাবগে?"

"নিংথেমনা নত্রগা মীরেন নিংথেমনুবীনা পীকম থোকই।" মাখোং হঞ্জবীনা লৈমরেম্বী শৌগৎপা ওইনা হায়রকই—"অদুবু, নিংথৌদা কংলবী নত্রগা কোইথোকপা চংপদা কংলকপী নিয়াইবী অদু, নুমিৎ মঙানি সঙ্গাই য়ুমজাওদা লৈত্রবদি, নিংথৌগী তুশীং চনবা য়াদে, সঙ্গাই ফম্মাংদা মমিং চনখংপসু য়াদে। করিগুম্বা, লাচনবা তারবসু লাতোন্দা ইন্নে। মখোয়বু 'লাতোননুবী' কৌনৈ। মসিসু কোনুংলোন পথাপ্তা য়াওই, অদুনা...।"

পুয়ানুগী ৱায়েংপী লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা তপ ওক্নুনা হায়রকই—"নত্তে নত্তে, মাখোং হঞ্জবী! হৌজিক মমাঙদা তারিবা ৱাফমদি পুয়ানুবু তুশীং চনবা, চন্দবগী ৱায়েং নত্তে, মোংলি মোংত্তে, নুপা ৭ সুই, সুদে... নিংথেমগী সঙ্গাইদা, লৈমা নিংথেমনুবী অমগী মহুৎশিন্দুনা চংঙি-চঙদে অমদি অঙোম চনু তমনৈ, তমনদৈ হায়বগী ৱাফমনি মতিক চাবা সাখী পীবিবা তাই।"

"কোনুংগী অঙম অথৌ কয়াগা নুয়াম শাফবী পুয়ানুগা পুন্নি মশান কয়াদা হেঙো চুরম্মী হায়বগী মীংনা উহৌবা পাউদম কয়া ফমনাইবীশিংনা মীফমদা থম্বীগে।" মাখোং হঞ্জবীনা মখা শমথরকই—"হায়জিনবা অমতা নত্তে, পুয়ানুসু মরাল য়াজে, তুম্মিন্না লৈজখি। অঙোম চনু হাৎকে তৌবসু মহাকনি, পালহৈবী নত্তে। চৈরাক পীকম থোকই।"

"পুয়ানুনা তূস্মিন্না লৈবগী মরম লৈ।" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা হায়রকই।

"মরমদি করিগীনো, অবোকয়েম্বী ?" মখোং হঞ্জবীনা হংলকই।

"মরম অদো তাকপীয়ু ?"

"মরম অদো তাকপীয়ু ?"

পাচা লোয়শঙদা তিল্লিবা ময়াম অদো অমতা ওইনা ভাংনরকই, পুমনিল নিনগ্রে।

লৈমরেম্বীনা খৃবাক অহমলক খৃরগা লাউরকই—"তূস্মিয়া লৈখিসি অমুক্তং। পুয়ানুগী মরুমদা অচৌবা উকন ভাকলৌ অমা লৈরিনে। মদু খিদোকখিসি। কনানা খঙবা, মতৌ মানদনা... ওইরম্বা য়াইকো !"

" কনানিনা লৈমাবী ?" মখোং হঞ্জবীনা হংখি।

"কনা ওইনি, নিংথেম পুরেল ওইনিদা !" কুহনবীনা ফং হেক খুম্মী।

লৈমা ময়াম তূমিন্না লৈগ্রে।



"ঝাথোক অসে, চাউদৌরিদা !" য়েম্রেহনবী ফমনাইবীনা মীনিল নেমথগ্রবা মতুংদা হায়রকই—"নুপা ৭ লোম্বী নুপীদিনে, শিংজিংনা শিংকদবনি !"

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা ঝানাইরোন শৌগংতুনা ভাংলকই—"নুপী অমনা নুপা ৭ লোনবা য়াদে, পান্নবা য়াদে হায়বগী অখিংবদি লৈভাক ঝায়েলদা অইবা ওইনা লৈতে। অমোংপীনি হায়দুনা চৈরাক পীখিবদি লৈ। মফম মতম, শিন্দোক শিল্লিনবু, হৈরবদি নুপা ৭ লোনবা য়াই, চৈরাক পীফম থোক্তে, করিনা... "

নুবেশঙলাকপীনা তাপ ওক্তুনা মরক থংলগা শমথরকই—"মৈতে লৈবাকী চংনবী অমা লৈ। নিংথৌরেল অমা ওইবা তারবদি লৈমা মঙা হায়বদি, লৈমরেম্বী, অপাম্বী অহল, অপাম্বী নহা, লৈমখুবী, লৈমখুবী নহা মঙা অসি লৈতবা য়াদে। মসিদি ঝাইনা খঙনরবা, য়ানরবা ঝাফমনি। পনখৈ নাইদনা মশীং হেনবদি য়াই, অইবা ওইনদি লৈতে। অদুনা হৌজিক, ওইনাম চনু ভীমেশ্বরী অমহিকসুং হাওবম চনু রূপবতী অনী অসি হেল্লবনিনা, তমপাক ময়ুমদা থাখিবা তাবরা .... মদুসু খন্নবীয়ু।"

"ঐথোয় অনীদা তাইনবীগনু, অবোকহনবী !" হাওবম চনুনা হৌরপ হঙ্গৎচৈ।

"খুদমগী ঝানি, কিক্ষংকনু।" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা হায়রকই—" লৈমা তরেৎতগী অনী চংগ্রসু... তরুক লৈদৌরি... অদুসু পাচা ফমনাইবীশিংনা খন্নবীয়ু।"

"পুয়ানুদি তূশীং চনদে।" মাখোং হঞ্জবীনা ঝায়েং থাংগৎলকই—"সঙ্গাই য়ুমজাওদা অহিং খগ্নি, খনদে হায়বসু তাংদাংবা খঙগ্রিবনি। তরেৎতগী অনী চংগ্রবদি মঙাতনি।"

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা হায়রকই—"তরুক লৈগনিদা। মতাং অসিদা, লৈকোইরেন লৈমাবীগী পূরিং চিংশিঞ্জবা ওইনা ঝাফম অমতং থমজগে।"

লৈমরেম্বীনা মখা হায়রকই—“চৎথবীয়ু, অবোকয়েম্বী! তুংগী পূক্লিং লৌশিং ওইহৌনবা নমৌদা মরিক চুম্না তাকপীয়ু।”

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা হায়রকই—“সঙ্গাই যুমজাও হায়বা অসি য়ায়েল য়ায়েংকী মতুংইন্না অনী সুই। কোনুংগী সঙ্গাই যুমজাও অসিতবু খঙনদে। লমদনফমদন্বু ওইরবসু, নিংথেমনা অহিং লেকলম্বা যুম অদু ‘সঙ্গাই যুমজাও’ কৌবা য়াই। মদুদা য়ারেকখিবী ‘লমদননুবী’ অদুসু তুশীং চনবা য়াই, সঙ্গাই ফম্মাংদা মিং চনখৎপা য়াই। খুদম ওইনা, ইচেমহনবী !”

নুবেশঙলাকপীনা মশাবু শৌগৎচবা ওইনা হায়রকই—“চুপ্পী, চুপ্পী। ঙাইখোংগী থুমখোং য়েংবা লেঙলকখিবা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা, ঐখোয়গী সঙ্গাই যুমজাওদা অহিং ৬ য়ারেকখি... তোল্লবীনা নুংশি যৌগল ফংজখি। অদুনবু ঐগী ইমিং তশেং তশেংনা সঙ্গাই ফম্মাংদা ইবীরমলিবনি, তুশীং চল্লিবনি।”

ময়াম পুম্নমক মচীন খুমলগা নোকচে।

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা অমুক পাংশিনবা ওইনা শমথরকই—“ইপুরোইবা মৈদিংঙু চীংথংখোম্বদি চহী য়াম্না কুইনা পাল্লম্মী। অদুনা ‘নিংথেমনুবী ১৪’ অদু তুশীং লোইনা চনবীরম্মী, সঙ্গাই যুমজাও মশীং য়ামলম্বা য়াই। লৈমা খরা অমদি খুৎনেক চঙলম্বা য়াই, মদুনা তোঙানবা য়ানি।”

নুবেশঙলাকপীনা অওক-অথোং তৌনা হায়রকই—“অদুবু, ইচা ইবুংঙো নিংথেম নুংলেনখোম্বদি থা অহুমদং পানবদা, হান্নগী লৈমা ময়াম য়াওনা ‘নিংথেমনুবী ১৬’ নুংপান্নে হায়রি...।”

“থা অহুম পানবা হায়বসি অসি নুমিৎ ৯০নি।” লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা শমথদুনা হায়রকই—“নিংথেমনুবী ৬ তুম লেমহৌরে। কনাসু নুমিৎ মঙানি সঙ্গাই যুমজাওদা লৈবগী খুদোংচবা ফংখিদে হায়বা অসি য়েৎনিংঙাই ওইদ্রে। অদুনা, মঙানিসুদ্রবসু তুশীংনবা য়াই।”

নুবেশঙলাকপীনা অমুক ফেঞ্জিল্লকই—“নিংথেমশিংগী থৌজালবু অমুত্তং ফংজরবদি তুশীং চনবা য়াবগী লেঙবা য়াদ্রবা খুদম লৈরে। মরম অসিদগী হৌজিক হৌজিক নুবেশঙদা লৈরিবী সুসিলাবতী, যমুনবতী, য়াইফবী, মোলহাইবী, চীন্দুম্বী, লফোইন্দ্র, কুন্দালে, কেসবতী, নীংখোম্বী... ৯ অসিবু নিংথেমনুবী ওইনা শঙখঙবীদ্রে, লৈমাবীনসু অয়াবসু পীবিদ্রে। সঙ্গাই ফম্মাংদা মমিং চম্বীরগনি।”

পাচা লোয়শঙদা তিল্লিবী নিংথেমনুবীশিং অমদি ফমনাইবীশিং কু-পুংবাগী ককনিংঙাই ওইদ্রবা য়ায়েংশিং অসি মুন্না তারম্মী, ময়া কাদ্রে। লোইনমক মুনদ্রে। সুমহৎদ্রে।

মাখোং হঞ্জবীদি য়ানিংদ্রে। মহাক মায়থীদৌরে হায়বা খঙলকই। অদুবু, মহাক্সু তরাইবী নুপী নত্তে। নিংথেম নুংলেনখোম্বগী নিংথেমনুবী অরিবীনি। হুন্দোকলম্বীনি। অদুনা লোন্না লোন্না হিদং থোইবা উন্নজবনি। মসি, পুয়ানু খঙই। মশাগী অশোয়বা অদুদি কনাসু খঙহনবা য়াদে। ঙাইহাক খল্লগা লৈখৎতুনা হায়রকই—“অবোক কু-পুংবাগী

ব্রায়েংশিং চুমথবা ওকনি। ঐহাক ইশামকসু সঙ্গাই য়ুমজাওদা নুমিৎ ৫নি সুকৎখিদে, নিংথেম চেনখিবগী তুশীং নিংথেমনুবীদি চত্রে।"

"অং! অং! নঙগী নিংথেমনুবী মশীং ৭৫ সুবী ওইরিনি। নিংথেমনুবীগী চীনহোং অহু চীনফা পুরবী নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"মথা চংথরকউ, হঞ্জবী!"

"অবোক কু-পুংবানা পুয়ানুবু ফজনা লৌগৎলে হায়বা অসি তশেংনা অতাক-অকোঙনরে।" মাখোং হঞ্জবীনা মখাতানা হায়রকই—"নুয়াম শাফবী নৎত্রগা পুয়ানুনা মহুৎশিনবীবু ওইরবসু, অহিং শাথোকপীবু ওইরবসু, সঙ্গাই য়ুমজাওদা নুমিৎ কয়ানি নিংথেমগী নুংশি থৌগল চঙলুবগে হায়বা অসি কু-পুংবানা নত্রগা পুয়ানুনা শেংদোকপীয়ু।"

নুবেশঙলাকপীনা লৈথদুনা অমুক খুম্মী—"ঐদি খঙদেকো! সুকখঙ হেক খঙদে। চৎনরোল খরা থমজবনি, কনাগীসু মীচং চংবা লৈজদে।"

লৈমরেম্বীনা য়াম্না খঙনিংনা হংলকই—"অদুদি, অবোকরেম্বী! কনাদগী তশেংবা পাউথুম তাগনি ?"

"মসি তোকঙা ওইগনি।" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা হায়রকই—"অহিং খুদিংগী ফৈদা, নিংথৌ শেনবা, সঙ্গাই শেনবা কয়ানা ঙাইহাক লৈতনা মপান্দা শঙলিবা সঙ্গাই য়ুমজাওদা পঙলবী, চন্নবী, মীনাইনুবী নুয়াম শাফবী পুয়ানুনা করি মতিক থৌনা লৈদুনা চঙদৌরিবা!"

"অদুইব্রাদি, মকোক খুমলগা চঙখিবদা কনাসু খঙলোইদা, অবোকরেম্বী!" মাখোং হঞ্জবীনা শমথরকই—"লোংজম চনু ওইরবোই অদুম খনগনি, মনুংবু য়ৌখ্রবদি মীশক ওন্নরবসু কায়দে, নোং-ফাদোকসু 'তেক-তেক-পান' চাবা য়াই, য়াদ্রনে ?"

লোংজম চনুনা হায়রকই—"ঙকচরেদা! ঐবু কৈদৌবে পকশিনবীরিবা!"

"মানবদো।" মাখোং হঞ্জবীনা ইতপ তপ্না হায়রকই—"নঙ নত্রবসু নচেম ননাওশিং অমগী মহুৎ হেক্তা শিনবা য়াই, য়াদ্রনে?"

"হোয়নে অদুবুদি, 'সনা এঙাং তেক-তেক-পান, মপুনা চারগা মনাইনা য়েংবা' হায়নরিবনি।" নুবেশঙলাকপীনা মরক্তা ফেজিন্নরকই—"খঙলম্বা য়াই, মনাই থরদি। কৌথৎসিরদো, লৈমাবী?"

"ঙাইখো, ঙাইখো, অবোকহনবী!" লৈমরেম্বীনা মরক থৎপা ওইনা, মোমোন তৌনা হায়রকই—"য়াম্না নুংঙাইরি ব্রায়েংগী অনীগী অওক অথোং।"

"অদুদি, ঐ অমুক তুশ্মিন লৈজরগে।" নুবেশঙলাকপীনা অসি হায়রগা মনাওনুবী কুরেম্বীদা লোন্না মমীৎ খংলি।

মাখোং হঞ্জবীনা তকশিল্লকই—"লৈনুংশঙদা শিত্রে হায়দুনা লৈত্রবী পুয়ানু মতৌ কয়ম্না নুয়াম শাফবী ওনত্রিবা ... ময়াম্দু অসুক কুইনা করিগী নমথাক তৌত্রিবা ? মদুগী মরমনা করিগীনো ? অবোকরেম্বীনা ব্রাফম অসিদুম হান্না শেংদোকপিয়ু?"

*নুবেশঙলাকপীনা ময়াম ঙনবা ঙাংলকই—"মদুম্বা ঐ খঙজদেকো। মরম অমদি লৈরম্বা য়াই। অয়াবা অমসু লৈরম্বা য়াই...।"*

*লোইখোমশঙ হঞবীনা য়াম্না হৈশিংনা অমদি কাগী ওইনা খুমলকই—"লৈখক হায়বা অমা লৈখা হায়বা অমা লৈবনিনা... মিং অনী লৈবসু য়াই, তোঙান তোঙানবা মীশক অনী সুহনবা য়াই। অহমবু সুদৌরি, পালহৈবীসু চেন্নরিদা। পুয়ানুদি পুয়ানু ওইনা হিংবসু য়াদে। মদুগী অচৌবা মরাল লৈ অমা হায়ব্রেদনা।"*

লৈকোইরেন লৈমবীনা খংনোংশিল্লকই—"পুয়ানু হাওনুবী নত্তে; মুংনবী মচানি! মখা তারনু মখোং হঞবী!"

মুংনবী মচা, মুংনবী মচা" পুমনিল নিঙ্গি।

নুয়াম শাফবী পুয়ানু লুকথত্রে।

মখোং হঞবীনা হায়রকই—" লংলা লংজিন ফংজরে। ব্রায়েল লোইশিনবা য়ারনি। চৈরাক য়াথং তাকপীয়ু, লৈমাবী!"

"অঙোম চনু!" লৈমরেম্বীনা খুদক্তা মমৌ হঞবীদা ওনশিন্দুনা কৌরগা হংলকই—"অহিংদা নহাকপু কিহল্লম্মী হায়রিবী নুপী অদু মীশক শোয়দ্রব্রা ?"

অঙোম চনু লোকেশ্বরীনা খুম্মী—"ম্রাম্বামাসি ! মশক উজহৌদে। মখোলদি তাহৌই, মরোল খোইতক তৌই।"

লোইখোমশঙ হঞবীনা হায়রকই—"ব্রাফম অসিমা য়াজনিংদে, লৈমাবী! নুয়াম শাফবী পুয়ানু, মরোল খোইদ্রে। লোনখোইবী অদু পালহৈবীনা নুয়াম শাফবী শাবা ওইরম্বা য়াই। লৈমা নিংথেমনুবী ৭ কী মনুংদগী অমনা খূনেক থাজিনবা শোয়দনা ওইগনিদা।"

মাখোং হঞবীনা মরক থংতুনা হায়রকই—"হৈদকো, অবোক কুরেম্বী! নুয়াম শাফবীনা মশাগী মরাল য়াজরি, তূমিন্না লৈরি। মসিমা লৈমাবীনা মুন্না খঙজিনবীয়ু। পালহৈবী ওইরোইদা, পালহৈবী কনানো হায়বসু খঙদ্রি। মমিংতগী নুপী ওইরম্বসু য়াই।"

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"খঙজিঞ্জরে। চংথবীয়ু, য়াম্না নুংঙাইহরি।"

পুয়ানুসু য়াম্না নুংঙাইজে। মহাক্তা মায় পাকনি খঞ্জে। কুরেম্বীবু নুংদা থাগংচৈ।

নুবেশঙলাকপীনা ফরক ফুদুনা ঙাংলকই—"অমবু ওইরবসু, পুয়ানু লোংপগী মরম অমা য়াম্না চাউনা লৈ।"



লৈকোইরেন লৈমাবী তিং লাউই !

মাগী অশোয়বা নংত্রগা মীনুংশি উংখিবা থৌদোক অমা খংনীং হেক নীংশিংলকই। পুয়ানুনা লৈনুংশঙদা লৈবা নৌরিঙৈগী ব্রানি। নোংমসু, মহাক লোইখোমশঙদা লাকখি।

মনেম হঞ্জবীগা চুন্নত্রা কাপী ওই, করি ওই হায়নখিবা ৱাকম অমা লৈ ।

"অবোকরেম্বী !" লৈকোইরেন লৈমাবীনা মনেম কুরেম্বীবু নুংশিনা কৌরগা হায়রকই—"কুম্মে অমা শান্নসিদো !"

কুরেম্বীনা খঙনিংনা হংখি—"করি কুম্মেনিনা, কুমু ?"

"পুন্নানুদো শিহ্নখ্রসিদনা ।"

"ঐবু হাংলু হায়রিব্রা ?

"হোয়নে, অবোকরেম্বীনা হাংপা তাই ।"

"হি ! করি ৱানোদা, মমাসিজ !"

লৈকোইরেন লৈমাবীনা নোককেৎ তৌরগা শন্দোক্লা হায়রকই—"মমিংতগী ওইনা শিহ্নখ্রসি হায়বনিনে, অবোকরেম্বী ! অনৌবা মমিং অমা থোনবীরগা মপান্দা পুথোরকউ ।"

"ইনেম খঙলে, হয়েংমক শিহ্নখ্রগে ।"

"হৌজিক য়াদ্রি , চহী অনীগী মতুংদা তৌসি।"

"ফরে, মাবু অনৌবা মমিং অমদা হিংহনসি।"

লৈকোইরেন লৈমাবীনা অমুক হায়রকই—"তৌবতবু, অবোকরেম্বী ! অবোকহনবী খঙহল্লু, মাগী পাউথাঙদা তোকত্তা শন্দোকহল্লু ।"

"ইনেমনা ফনবা শিঙ্গগে।"

"অবোকরেম্বীগা নমৌগা মনুংদা লৈনবা অরোনবা শরৌ অসিমদি অবোকহনবী খঙহনবীগনু ।"

"হৈদকো, কুলৈমা নঙসে ।"

"মসিসু লৈঙাকলোনগী মথেল অমনি !"

"অদুগা পুয়ানুদি ?"

"মহাকসু খঙহনবা য়াদে ।" লৈমাবীনা মখা তানা হায়রকই—"নোংমা, মাবু অনৌবা মমিং অমা থোনবীরগা লাইদিংকোই সজাইদা হেক পুবীরকউ। হিংহনসি পুয়ানু । পাম্মুইনে নুপীমচা অসে ; মাগীসু অনৌবা লাইবক অমা লেপচখিসনু !"

"নঙসিদি, কুমু ! অথোইবী নুপীনি । মীনুংশি খঙই ; থম্মোয় চাউবীনি ।"

"এঃ নমৌবু মাইন্না হিংচবীসু কৌনবদাই ?

"মদুনা তাংবল ঙাকলোনগী ৱানি ।"

"ফরে, অবোকরেম্বী, কুম্মে শান্নসিকো !"

"ইনেম লাইবক য়েংজগে,

"হৈনা শান্নৌকো, অবোকরেম্বী !"

লোইখোমশঙ হজবীসু চহী মঙা মমাঙগী বাকম অদু নীংশিংলি । লৈকোইরেন লৈমাবীনা চুম্লতা ফাগী ওইনা কাংলম্বা পো—মহাক্লা থবক ওহোকখি । লৈত্রা কোনুনা খুদোংচবসু ফংহনখি । কুমুদিনী অহমগী মরক্তা মহাক্লা হৈনা, শিংনা লাওজে ওইরকখি । কুহনবীগা মাগা পাউ ফাওনে । কুতোম্বীগসু মাগা পাউ ফাওনে । কুহনবীগা কুতোম্বীগদি পাউ ফাওনহনদে । অদুবু, কু-অহমগী কুম্মে, মনুংদদি হোত্রোং হোনা ফাওনে হায়বা তাই । মনুংগী ঈচেল অসে ফমনাইবীশিং অমদি লৈমা নিংথেমনুবী অনৌবীশিংনা খঙনখিদে । তৌইগুম্বসুং, লোংজম চনু লংদাইবীদি খঙই । শীংচেপ থাবা য়াওজে । লোন্না পুয়ানুগী মতেং পাংঙি । নুয়াম শাফবী পুয়ানুবু 'লৈমরেন কৈফাবী' ওইনা শক খঙহনবা পামজখি । অদুবু, লৈকোইরেন লৈমাবীনদি পুয়ানুগী লাইবক করম্না লেপ্পিগে খনখ্রিবা ! মাগী থৌওং অয়োম্নগ্রে হায়বা খঙলকলে । হৌজিক্লা করি, করম্বা কিশিরোন ? নুয়াম শাফবী পুয়ানুবু কনগদৌরিব্রা নৎত্রগা হাৎকদৌরিব্রা ? লুই ! য়াম্না লুবা পাউখুমনি । মহাক উংজানে । পুয়ানুবু অদুম য়েংদুনা লৈপ্রে । চুবা মেৎলি । মঙক নোম্মী, মোমোন তৌই । মরৌ লৈবা মোমোন মিনোকনি । মহাক্তি নোক্লা নোক্লা মীহাৎ-থাঙ পায়বীনি !

"পুয়ানু !"

লৈমরেম্বীনা মহাকপু ইংনা তপ্না কৌরগা হায়রকই—"নঙবু অমুক্তংদি খুম্মুহে ! লৈমা নিংথেমনুবী কনানা নঙবু উশিন তৌখি ? অদুতং তারগা ঐহাক পেঙ্গরগে।"

পুয়ানু খুমদে। নুংগী পাউখুমদি পীজে—

("ঙকচরেদা ! কদায়দে পাউনোনে ? ঐবু খৃৎনেক চৎপী হম্বোইবীরো ? ঐদি শিরবসু য়ারে। মশক মমিংদি সুকতাকসু তাকপীরোই। ইনশিনবসু য়াওখিদে ।")

অদুবু,

লোংজম চনু লংদাইবীনা খংনীং নীংশিংলকই—পুয়ানুগা মাগা লোন্না উন্নখিবা অহিং ! অদুগী বারী বাতায়। মশাসু খ্বাই খ্বাই লাউজে মিহুন সুদে।

"ইচে, পুয়ানু !" লোংজম চনুনা কৌজে।

"মী তাখিনি, ঐবু পুয়ানু কৌখিনু।"

"লৈথক লৈথারোল হৈবী ! ঙকইকো নঙসে !"

"পুয়ানুগী মমিংদা, ঐ হিংবা য়াদেনে , লোংজম্বী!"

"ইচে শাফবী ! ঐদি লোইনা খঙলবনি। খঙশিন্নদবনি।"

"ঐ চৎলগনি, লোংজাম্বী !"

"মায়থীরগা ? মংসৎ তাল্লরোই ?"

"মায়থীদে, শাফোঙলমখিগে।"

"ইচে শাফবী ! করি নতেং পাংঙুগে ?"

"পাউ অমতং শন্দোকপীয়ুদনা।"

"করি পাউ ?" লোংজম চনুনা হংজে।

"নুয়াম শাফবীনা লৈমা নিংথেমনুবী অমগী উশিন তৌদুনা নিংথেমগী থৌগল চণ্ডত্রে... পাউ অসিদং শন্দোকপীয়ু, নঙতনা ঙমগনি।"

"মাঙগে, মাঙগে মদু তৌবা হৌনদে, পাপনি!"

"মসিমতং... অরোইবা ওইনা তোকঙা শন্দোকউ। চংগে হায়বা নত্তেবা !"

"মরমদি ?" লোংজম চনুনা চিংনরপ হংজে।

"লৈমা মশক মমিং পনগনু, ঐনসু পল্লোই, শিরফাওবদা... নখোয় কনাসু চৈরাক ফংহনবা য়াদে।" পুয়ানুনা শমথরকই—" কুম্মে অমা তৌরমখিগে।"

"পাউ শন্দোকপদি অরাইবা বানি।" লোংজম চনুনা খুম্মী।

"শন্দোকউ, শংনু-তংনুগী খুৎথাঙদা। ঐহাক কু-অহুম থেজ্ঞাইনগে, ঐবু পাচা লোয়শঙ কানবা শীনবীয়ু। চৈরাক ফংজগে।"

"কু-অহুমগা ইচেগা য়েক্করিবা করিগীনো ?"

"য়েক্কবা নত্তেদা ! বায়েল শঙদা পাউখুম পীগে।" পুয়ানুনা মপূক্রিং নুংশিনা হায়রকই—"ঐ অমুক লাকসরোই নঙগী সজ্ঞাইদা। ইত্তে কয়া পাংবীখি। লমন তোল্লবনি, ঙসিনা অরোইবা উন্নবনি খল্লু।"

"ইচে ! ঐ লাইবক য়েংগে।"

তোকঙা অসি লোংজম চনুনা হৈনা শিংনা শন্দোকখি।

"শংনু-তুংনু !"

কৌরুংহনবীনা মখারোমদা ফমলিবী মচীন মনাও অনীবু হৌরপ কৌরগা হংলকই—"নচে শাফাবীনা লৈমা নিংথেমনুবী অমগী মহুৎ শিন্দুনা সজ্ঞাই য়ুমজাওদা, অহিং থৌগল চংঙি হায়বা অসি নবানী কদায়দে তাই ? কনানা শন্দোকউ হায় ? লোংজম চনুনা হায়ব্রা ? চোংথা অহল্লা ?"

নুপা মখোলদৌনা বো বো লাউবী শংনুনা খুম্মী—"অদুবুরো অনীমক...!"

চপ লেপখি, মখা তাখিদে।

চোংথা অহল অমদি লোংজম চনু লবাই শাংলি। শ্বাই লাওই। মিকুপ অমতংগী বানি। শংনুগী মনাওনুপী তুংনুনা সং হেক্তো শমজিন্দুনা খুমলকই—"অনীমক অমতা নত্তে! ইচে শাফবী মশামক্তা লমদনখিবা অহিংগী বারীদো, ইচে লফোইনুদা লীবদগী ঐখোয়না তাহৌবনি।"

য়েন্ত্রেহনবীনা তল্লা হায়রকই—"থাজবা লৈ। শাফবী ঈচং থৌবীনি। অদুবু, থৌরাং অদুগী পোরম পোংমিং য়াংগী অমদি লৈগনি, শোয়দনা ! নিংথৌকাবনা চোংথা অহলগী ইমশকৈশনা লোংজাম্বীগী, তাংদাংবা নুমিংতি খঙব্রি !"

চোংথা অহল্লনা খুম্মী—“ইনেতেন ! ঐ অমা লৈ শাংলিকো। নিংথৌকাবদগী হৌরগা ইয়াইদা, লৈ কৎচে শ্রীযুৎতা !”

“ঐসুনি, ইনেতেন !” লোংজম চনুনা খুম্মী—“ইমশকেন্দগী মথং মথং নুমিৎ মঙানি, লংমাইচিংদা লৈ কৎচে।”

কোনুংদা লৈবী লৈমা নিংথেমনুবীশিংনা থাগী লৈশাংপা মতমদা পাউ পীজে। কি শেংবা নুমিৎতসু শ্রীযুৎতা লৈ কৎতুনা পাউ অমুক তাকচে। মসি কোনুংলোনগী ফজরবা চংনরোলনি। লৈমা অনীগী হৈশিংবা মতৌ—তিল্লিবা ময়ামদো মচীন খুমলগা লোকচে। থোইদেল্লা, লৈমরেম্বীদি হৈশিংলবী মমৌশিংবু নুংদা থাগৎচে। মপান থোক্লদি উৎথোক্তে।

“নুইদা !” নুবেশঙলাকপীনা ময়ামদি তাহন্দনা শোঙৈ—“হৈ শিংবসি নুয়াম শাফবী পুয়ানুনা হেন্দৌরিসে... লৈমা নিংথেমনুবীশিংগী লৈশাংপা নুমিৎ, নুমিৎতা মহাক্না মহৎ শিল্লগা চঙবা মাল্লেসে !”

“ঐসু অদুম খল্লে, অবোকহনবী !” লোংজম চনুনা নাসোন তপ্লা খুম্মী।

“অদুবু, মনুংদা থৌরাং য়াংশী অমদি লৈরে।” নুবেশঙলাকপীনা হংঙি—“হা! লোংজম্বী ! কনাবু চিংনৈ ? কুরেম্বী নত্তনা কনাদি ওইনি ?”

লোংজম চনুনা হায়রকই—“ঐ খঙজদে, খঙজদে, অবোকহনবী ! ইচে নুয়াম শাফবী মশামক্না অরানবা পাউ শন্দোকচবা ওইরমলবদি...?”

নুবেশঙলাকপীনা খুম্মী—“মদুসু ওইবা য়াই। অদুদা, নিংথেমবু পাউথোকলগা মাগী করি তোংজরিবা ?”

“অবোকহনবীনা লোইনুবীসু নিংথেমনুবী ওইবা য়াই হায়বদাই ?” লোংজম চনুনা মখা শমথরকই—“মথোয়দি ঈকাই-ঈকিসু কয়া খঙদে, পাউ শন্দোকলবদি নিংথেম শাউরনি, চৈরাক শাথিবা পীরনি।”

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—“হোয়নহে ! নঙগী নকোক অসিদি খ্বাইগা মান্নদে। মরু চংঙিনে। অদদি, লোইনুবীদো নমফুদা লৈমা নিংথেমনুবী ওইবা তারেদনা !”

“শোয়দনমক !” লোংজম চনুনা খুম্মী।

মশ্ মবেনগী চিবোল্লবা বারী-বাতায় লেপল্লে। পুয়ানুগী মচীন্দগী পাউখুম তান্নবা ঙাইনরিবা অদোমদা মমায় লৈশিল্লকলে।

“হেক্তা ফুথরসিদা !”

থুমজাউরুংবীনা হৌদোরকই—“অসুক মনুং কনবী নুপী, উদ্রি উদ্রি।”

মাখোং হঞ্জবীনা খুম্মী—“মদুমক হেক য়ারবনি। পাচা বায়েল চৈরাকী মতুং ইন্না নীংজোন্দা শীংগায়বাক ৫০ য়েৎফম থোকপনি !”

কৈক্রেন হনবীনা হায়রকই—"বায়েল কাতি ময়া কুমদৌরিকো, পুয়ানুগী মতমদা। সুকখুম খুমদবী অসিদবু করি চৈরাক পীদৌরিবা ?"

ফিরুশঙ হঞ্জবীনা হঙ্কংচৈ—"ঐখোয় তুম্মিন লৈজরগে। লৈকোইয়েন লৈমবীনা করি তৌবা য়াবগে হায়বদো খনবীবনা চুমলগনি।"

"পুয়ানু !"

লৈমরেম্বীনা মঙক নোম্না নোম্না হায়রকই—"মীনা শিবনা চীনদা, শানা শিবনা খোঙ্গুলদা! নঙনা ঐগী ইচা নিংথেমবু পাউথোকপগী চৈরাক কংগনি শোয়দনা। মসিমতংদি হায়য়ু, নহাক শেংলিবীরা ? মোংলবীরা ? নঙগী নুপা ৭ সুই হায়রিবসি শোয়দ্রব্রা ? কনা কনানো ? মশক মমিং মথং মথং তাকউ। কমদৌনা সুব্রিবা ?"

পুয়ানু খুমদে। নুংদদি খুম্মী—

("ম্রাখ্বা ইবেম্মা ! অদুঙৈ, ঐগী নীংথিজরবা শন্নাংবু লু-কোকখিবদো ! নীংশিংলিদনা...? হোয়, ঐহাক লানখি, লোই থাবীরম্বসু য়াবনি। ঐগী শন্নাং অমমমগী লমন... ঐনা শীংগনি ! ঐগী ইপু লাম্মৌয়াংবু লমখাংদা হাংখিবগী মংসং, ঐনা তানখিগনি। ঐ লৈমরেম্বী ওইখিগনি। ঐগী ইমুং মনুংবু ইথায় পুনমচীংদা লোই থাখিবদো... ইহাকথক্কীনি। ঐগী ইনাওনুপী অনী 'শংনু-তংনু' মীনাইনুবী ওইখিবা, ঐগী বাহৌগীনি। নুয়াম শাফবী পুয়ানুনা চিংনবা লৈতনা শীংনরি, শীংনখিগনি ! ঙমদ্রগা ঐ শিখিগনি !)"

মীরেন নিংথেমনুবী (লৈমরেন পোংলেনখোম্বী) অমসুং লৈনুং নিংথেমনুবী পুয়ানু—মমীৎ মরি মীৎচানদুনা য়েংনৈ। লোন্না লোন্না খুদোম্বী শীংনৈ। খুদোম্বী অনীগী মরোল লৈ, পুক্রিং বা খঙনৈ—

মসিনা মীরেন নিংথেমনুবীগী খুদোম্বীগী শীংন-বানি—

("ঐসু অচৌবা কুমুদিনী অমনি। মাইস্না কুমুদিনী, লৈমরেন পোংলেনখোম্বী! চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বগী মীরেন নিংথেমনুবী ! ঐবু শীংনবা ! নঙ গুম্বীনসু ঐবু শীংনবা ! খঙগনি, নতিক থোকপা লাক্রগেদো।")

মসিনা লৈনুং নিংথেমনুবীগী খুদোম্বী পাউখুমনি—

("ঐসু কৈফাবীনি, কৈফাবী ! মিংলেন ফংখ্রবনি 'লৈমরেন কৈফাবী'! শ্রীমতী রাসেশ্বরী ! ঐ পুয়ানুনি পুয়ানু ! পাইসোলাগী মমোমলোই, পুয়াম চনু পুয়ানু ! নুয়াম শাফবী পুয়ানু! য়েংসিদো অরোইবা কুম্মৈ !")

"হৈ ! লুকোকপী, লৈশাবী শরী !"

লৈমরেন পোংলেনখোম্বীনা পুয়ানুবু য়াম্না হৌনা চৈবা ওইনা কৌরগা হায়রকই—"মসিনা ঐগী অরোইবা বাহংনি। লৈশবীনি হায়রগা করিগী লুতুং শম্বুলনরি ? নঙগী শাইনোল শন্নাং, কৈদৌঙে, কদায়দা, কমদৌনা, কনানা অমুক হন্না খোমগংগীখি? শেংনা শেংনা খুম্মুনে... নিংথেম পুরেল্লা, নিংথেমজেনলা, লুরাংজেনলা, জেনপুবরা, মাইপাকসনারা, অংগোতোনলা... নত্রগা নিংথেম শিশকলা ?"

পাচা লোম্নশঙদা তিল্লিবা নুপী পুন্নমক খংগ্রেক খংনৈ। পোংলেম্বীগী মৈ-হৌনা শাউরবা খোল্লাউ—পুমনিল নীনখি। ময়াম অদো মমীৎ কৃপ্পুখিদে। চেক মোক লাউখিদ্রে। পাউখুম ওইহবা মীৎয়েংশিং—পুয়ানুদা পুল্লপ থমনৈ। খোল্লাউ খোঙ্গাং নেমথখি, নেমথখি, অসুম নেমথখি। পুয়ানুনা পাউখুম শোয়দনা পীরক্কনগনি খল্লে। অদুবু, কদায়...?

পুয়ানু খুমদে।

মহাক করিসু নাচুংদে। মখূবাক অনী কান্নন চল্লগা কোকতোন্দা রাংনা (য়ুম কাক্কি মওংদা) থাজংলি... মখদাং মপাদা মখূৎ অনী পুখরকই, খূদোল অনী শমনৈ। মতুংদা অমুক... মখূৎ শন্নরবা খূদোন অনী অদু কোকতোন লান্না হায়গৎল্লে... হান্নগী ফিভমদা হাইখরগা, মখূ অনী চপ তিংনা থাদখি।

খূদম অদু কু-অহমতনা খণ্ডই।

লৈমরেম্বীনা অসিতং শোঙ্গে—"ইস ! মহারাসকী কোকখূম্বী মকোকচিংবী ওইখিবা অহিংদো ? অহিং অদুমক্তদা কমদৌনা ? কদায়দা ? শোয়দ্রবা ?"

অঙোম চনু লোকেশ্বরীনা লোংজম চনুদা হংঙি—"করি হায়রিনো, অসিদি ? নঙদি খঙব্রা, লংদাইবী ?"

লোংজম চনুনা খুম্মী—"খঙদেবো, ইচেমসিজ ! অরাংবা চীংদোন হায়বসু মাল্লি। চীংদোন্দা উন্নরম্বা য়াই, কনানো অমগা ।"

চোংথা অহলনা নুবেশঙলাকপীদা হংজে—"অবোকহনবী ! করি হায়রিনো অসিবো ? করি খূদমনো ?"

অবোকহনবীনা হায়রকই—"ঙাইখোনে, ইশূসা ! পুয়ানু অসে রা ঙাংদৌরে । মঙোন্দগী ওইনা তাসিনে।"

"লাইমা মনুং কল্লিদা!" ওইনাম চনুনা শোঙ্গে।

"পুয়ানু মচীন লেঙদৌরে, লেঙদৌরে।" কোংখাম চনুনা পুয়ানুগী মচীনবাল য়েংনা য়েংনা হায়রকই—"তু ! তু ! য়েংঙুনে, রা ঙাংদৌরে।"

লোংজম চনুনা হায়রকই—"মচীন লেঙসু লেঙবীরোই। শেন থানসি য়েংঙুনে।"

চুম্মী ! লোংজম চনুগী রা। মহাকপু মনা পীবা য়াই।

পুয়ানুগী মচীন হেন্নদুম ফাজিনখ্রে। নুংদা নোকফেৎনৈ। নুংদা রা ঙাংজে—

("নিংথেম পিশকসু লৈমা নিংথেমনুবী ৭ নুং পান্নেনা... পাইসোলাগী মচানুপীসু নুপা ৭ নুংপান্নবা য়াইনা, য়াদ্রনে ? অদু ওইরসু, খুমখিরোইয়ে।")

লৈমরেম্বীনা খঙহৌদনা লাউথরকই—"অবোকহনবী ! অবোকরেম্বী ! পুয়ানুনা উৎখিবা খূদম অদু খঙবীব্রা ? পুয়ানু অসি মৌরা ? লৈশাবীরা ?"

কু-পুংবা মঙক হায়রকই। রা ঙাংখিদ্রে।

লৈমরেম্বী মোমোননৈ। অদুবু খোল কল্লপ তৌনা হায়রকই—"নঙবুনিনে,

পুয়ানু! খুম্মুনে, অরোইবা ওইনা অমুক্তং... নঙগী শাইনোল শন্নাং চোংথংলবা মতুংদা কনা কনানা, মখং মখং নঙগী শাইনোল শন্নাং খোমগংগনীখি ? কনা, কনানা নঙগী নাপদা নাচোম খেংগনীখি ?"

পুয়ানু খুমদে।

খোঙবীনা লৈমায়দা সুরু সুরু তকই। নুরুকনে। মমায় ঙাঙশিল্লকই। হেন্না হেন্না মমায় ঙাঙশিল্লকই। মহাক খুম্নবগী থৌনা লৈত্রি।

পাচা লোয়শঙগী খা-ব্রাং মায়কৈ ঙাকলিবী কু-পুংবা মীংচানৈ, মোমোনৈ। মীংখথনৈ, লোন্না খুদোম্বী অনী অবায় অথুম তৌনৈ—

নুবেশঙলাকপী কুহনবীনা নুংদা খল্লি—

("ঐসু অচৌবা কুমুদিনী অমনি। লৌকাম চনু কুমুদিনী ! মৈদিংঙু চীংথংখোম্বগী নিংথেমনুবী ৭০ সুবী! খঙনিদো, হয়ানবী ফারগেদো।")

লোইখোমশঙ হঞ্জবী কুরেম্বীনানা নুংদা খুম্মী—

("ঐসু অচৌবা কুমুদিনী অমনি। খুরাইজম চনু কুমুদিনী! মৈদিংঙু চীংথংখোম্বগী নিংথেমনুবী ৯০ সুবী! লোৎলেদনা ঐনা ঙম্মসু !")

কুহনবীনা খঙহৌদনা লাউরকই—'উরা তংতু ! উরা তংতু !'

কুরেম্বীনা নোকফেৎ তৌনা খুম্মী—'উরা তেতু ! উরা তেতু !'

পাচা লোয়শঙদা তিল্লিবী পুম্নমক, হান্নদগী হেন্না ঙকনৈ। লাইগুল্লবী কু-অহমগী লাইরোল মখোয় অয়াম্বা নাহালখৈ তাজে। লৈনুংলোনদি অয়াম্বনা খঙনদে। খাদা অমুক ব্রাংদা অমুক য়েংদুনা লৈনৈ।

চৈরক অদুদা লোংজম চনু লংদাইবীনা ইখঙ খঙদৌনা, খোঞ্জেল হৌরপ তৌনা ময়াম তানবা হায়রকই—"খুয়া ফমজাও মখাদা, উরা ফোং ফোং, উরা চং চং... !"

লৈমরেম্বী শ্বাই লাওই ! মপূক্লিংদা খল্লি—"ইস ! ঐনা মঙখিবা মঙ অদুমক ! হুম থাজদে। কৈদৌঙে, কমদৌনা থৌদোক অদু খোকল্লিবা ! মচীন মেনখিবা তাই, অবোক কু-পুংবাসু, লোংজম চনু লংদাইবীসু !"

লোংজম চনু লংদাইবীনা অমুকসু হায়রকই—"উরা ফোং ফোং ! উরা ফোং ফোং ! উরা চং চং ! উরা তংতা ! উরা তংতা !"

লৈমরেম্বীনা খুদোম্বীনা উৎতুনা লাউরকই—" উরা কেকু ! উরা কেকু ! তোকপা শন্দোকনু, লংদাইবী !"

লোংজম চনু তুশ্মিন লৈপ্রে। ময়ামসু তুশ্মিন-তুশ্মিন।

"ইস !"

অঙোংম চনু লোকেশ্বরীনা মথবাক য়ৈজে—"ঐনা চিংনবা অদুমক...!"

"ইস ! ইস ! ইস !"

পুমনিল নীঙ্গি। লৈমা নিংথেমনুবী অতেসু। কমনাইবীশিংসু মখবাক য়ৈনে।

"চুমলম্বা য়াই, ইচেমসিজ !" লোংজম চনুনা ইতপ তপ্না খুম্মী—"কুফা অমা লৈবনে, লৈনুংহুৎ অমা ফাওবনি, ফাওদোক ফাওজিন য়াবনি। সঙ্গাই য়ুমজাও অমসুং লৈমরেন সঙ্গাই... খুয়া ফমজাও মখাদা কৈরোক কুমথকম লৈবনে... লৈমরেন কাপী খুয়া ফমজাও মখাদা ফাওগৎপনি। লাইরবাক তাবু অচৌবনা কুফা মখুম ওইবনি। লৈমরেন কাদগী ইচে পুয়ানুনা, নিংথেমগী খুয়া ফমজাও মখাদা ফাওগৎলম্বা য়াই। অহিং মমৈদা অমুক ফাওথরগা চৎখিরম্বা য়াই। মহাক কনাগীসু মীহুৎ শিনখিবা লৈতে। সঙ্গাই য়ুমজাওগী থোঙজাওদা মহাক কৈদৌঙেদসু থৌগল চঙলম্মোই। ঐখোয়দগী য়াম্না হেনম্রবী লৈনুং নিংথেমনুবীনি, নিংথেমনুবী পুয়ানু ! ঙক্লা ?"

লৈমা লোন্নবী অনীগী ৱাচোই হৌনা ঙাংনদে। কনাসু তাহনবা য়াদ্রি। ওইরমদবসু য়ারি। মবানীগী মওং মতৌ পুয়ানু উই। নোকফেৎনৈ। নুংদা মথন্তা ঙাংজে—

("ঐদি লৈনুং কুফাগী অরোনবা চংফমসু খঙই, ফাওগৎফমসু খঙই !")



লাংথবাল কোনুং সঙ্গাইগী লৈনুংদা কুফা * অমা লোৎতুনা লৈখি হায়বা অসি মী অয়াম্বনা খঙনরমদে। নিংথৌরেন চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বনা লৈরম্বা সঙ্গাই য়ুমজাওগী মনীং থংবা ফল্লাং ময়াদগী (খুয়া ফমজাও মখাদা) ফাওথরগা মখারোমদা লৈরিবা লৈমরেন (মহারাণী) পোংলেম্বীগী সঙ্গাইদা ফাওগৎপা য়াই। শা-লানগী মতমদা লোৎফম ওইনবা, চেনফম ওইনবা শেমলম্বনি। লৈনুং কুফা অসিদা মৈদিংঙু চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বনা নুমিৎ মপাললনি লাইনীংলম্মী হায়বা অসি চীম্থাং নাইদুনা ৱারী শীনরকই। ফুঙ্গা ৱারী ওইনা থন্নরম্মী। ৱাফম অসি চৈথারোল কুম্বাবদসু য়াওদে। অসুকী মতীক অরোনবা অমা ওইরম্মী। তোঙানবা পুয়া লাইলিক্তা য়াওই।

নিংথৌরেন অমদি লৈমরেল—লৈনুং কুফা অসিদা ফাওদোক ফাওজিন তৌদুনা কেকু লোৎপী শান্নরম্মী হায়বগী থাজবা য়াবসু লৈরি। কুফা অসি চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বগী মজাইবুংঙো নিংথেমপিশক্কী মতম ফাওবসু শীজিনরম্মী হায়বা অসি চিংনিংঙাই ওইদে। লৈনুং কুফা অসিদা উরা কেকু শান্নফম নত্রবসু পোৎথাফম ওইরম্মী।

অঙোম চনুনা ৱারৌজনা হায়রকই—"লোংজাম্বী ! নঙবু নহালদি তাবু অচৌবা অদু লাইনি হায়বদাই ? পূম্নমক নঙগী কুম্মৈনি।"

"নত্তে নত্তে, ঐগী কুম্মৈ নত্তে। ননাওসু খঙবা কুইদ্রি।" লোংজম চনুনা

* ইং কুমজা ১৯৯১-৯২ দা মণিপুর আর্কেওলোজিকেল রিসার্চমেন্টকী কাক্তনুনা লৈতৌনুনা পুথোকখি। কুফা অসি মিটর ২০ রোম শাংবি, অশীরোম পাকই। অয়াংদগী থারোকপা তৌখনি। মিটর অমরোম লুই। হৌজিক মৌহৌনা শঙ অমা শাগৎলুনা, ঙাকশোল্লনা থমলে। লেমখাক অসি মরম লায়দনবা ইতিহাসকী য়ারী অমনি।

শেংদোকপা ওইনা হায়রকই—"অশেংনমক লাইরবাক মনুংদা 'হি য়াই' মতীক মঙাল নাইবা অমা য়াওবনি। মদুনি সঙ্গাই যুমজাওগী 'ইবুধৌ য়াইবীরেল শিঙ্গবা' হায়বদো। মদুগী মঙালনা মৈদিংগুশিংদা মুদেংবনি, 'লাইরিংথৌ' ওইবা ওস্লনি। ইবুধৌ লৈনুং লোঙ্গা পাখংবনা (মচা ইবুংঙো খুইয়োল তোম্পোকী মখুৎতা থুপল্লবা মতুংদা) ওনখিবা 'য়াইবীরেল' অদুনি। চরৈ ফিশেং ময়োল ময়োলনা য়োমদুনা থমলিবা 'য়াই' অদুগী মঙাল খরদি উদ্রনে নখোয়বু?"

('য়াই' অসিবু পোং নিংথৌনা মৈদিংঙু ক্যাম্বদা পিরম্বা বিষ্ণু অদুনি হায়দুনা নিংথৌরোন মথং মথং লাংনরকই। বিষ্ণু অসিমক্তি পাখংবনা ওনখিবা য়াইবীরেল অদুমকি। ঔবানা মৈতে কোনুংদগী লান্দাবা লাকপদা পুখিবনি। কাইনথংদা পোং নিংথৌনা অমুক হন্না খুদোল তৌরকপনি হায়বগী য়ারি লিখুনসু লৈ।)

অঙোম চনুনা খুম্মী—"উইনে, অদুবুদি। মদুদা ঐহাক খঙলুই, খ্বাই লাউখি, তু খ্যাও খ্যাও চুংখি!"

চোংথা অহলনা হায়রকই—"ঐখোয়দি নোংমতসু খুয়া ফমজাও মখাদা য়েংভুদে। নখোয়দি য়াম্না ঙক্কুরম্মীদা, লোংজাম্বী!"

লোংজম চনুনা হায়রকই—"অদুনবু কুরু খল্লু, মরু ফংভি হায়নরিবনি। পুম্নমক কু-অহমগী কুম্মেনি। লাইফোঙলোনদি ঐসু খঙলুই, হৌজিক্তি ফোঙলেদনা, ইচে পুয়ানু লৈনুং নিংথেমনুবীনি! লৈনুংদা উরাগুম কেকু লোংপীনি, উরাগুম্না তুম্মিন লৈবীনি, উরাগুমা তংতানা লৈবীনি, কনাসু খঙনদে।"

লৈমা নিংথেমনুবী অতৈসু লোংজম চনুগী লাইফোঙলোন অদু মুন্না তাজে। পুমঙক ঙকই। মীনাইন্নুবী নুয়াম শাক্বী—লৈথক্কী মিংথোলনি। লৈনুংদনা পুয়ানু! নিংথেম পিশক্কী অরোংপী নিংথেমনুবী পুয়ানু! কমদৌনা? মসিবু শোয়দ্রব্রা?"

"কু-খনবী!" অঙোম চনুনা চিংনরপ তৌনা হংলকই—"লৈমরেন সঙ্গাইদি মপান্দগী য়াইখু শো লোম্লিদুদি?"

চোংথা অহলনা হংলকই—"শোজেদি অবোকহনবীনা পায় হায়দাইনে? অদুগা, ইচে পুয়ানুনা কমদৌনা চঙলিবা?"

"অহিং কোকখুম্বী, কিমু শেংপী, নুয়াম শাক্বীনি। ময়াম কিহল্লগা কোয়বনি।" লোংজম চনুনা হায়রকই—"অবোকহনবীনা ইচে পুয়াদা শোজে পীরম্বা য়াই... অহিং অহিংদা, পীদ্রনে, অবোকহনবী?"

"কদায়দৈ য়ানোদা, ইশ্‌সা!" অবোকহনবীনা হায়রকই—"শোজে অনী সুবনি, অমদি মাঙখিবা কুইয়বনি। অদুগা, পুয়ানুদা! ইস! কুরেম্বীগী থৌরাংনি, শো হয়ানবীসে! পুম্নমক মাগী কুম্মেনি।"

"ঙকম্রেদা, কু-পুংবা!"

"ঙকম্রেদো, কু-অহম!"

লৈমা নিংথেমনুবীশিং য়ৌ য়ৌ লাঙখৎলকই।

মাখোং হঞবীনা লাউরকই—"ভুম্মিন্না লৈয়ু, লৈমশিং! নুংঙাইদৌরি, অরোইবা চৈরাক ! অমুক হন্না পুয়ানু মরু কোকলগা লোই থাবা শোয়দ্রবনি।"

য়েন্দ্রেহনবী লৌশিংবীনা হঙ্গৎচে—"লৈকোইরেন লৈমাবী ! হৌজিক লৈমা নিংথেমনুবী কনাবু নিংথেম শিশক্কী লৈমরেন্বী হাপলগা 'কংলা ফম্বাল তোংবা' তারি ? মদুমতং খঙজনিংঙি ।"

মাখোং হঞবীনা খুদক্তা খুম্মী—"পাচা লোয়শঙনা লৈমরেন্বী খনবগী ব্রাকম খন্নকম থোক্তে। অমবু ওইরবসু, কোনুং কাবদি অঙোম চনু লোকেশ্বরীনা হাল্লি।"

ফিরুক হনবীনা হায়রকই—"পাচা লোয়শঙনা খন্নবা য়াই। লমচৎ মোংলবী, ব্রাথোক পুরবী নিংথেমনুবীদি লৈমরেন্বী হান্না য়াদে। অঙোম চনুনা ওইফম থোকইনা।"

লোইখোমশঙ হঞবীনা য়ানিংদবা উৎতুনা হায়রকই—"চহীদি চোংথা অহল লোকেশ্বরীনা অঙোম চনুদগী হল্লি।"

নুবেশঙলাকপীনা অমুক হায়রকই—"নিংথেমগী লৈমা অহলদি পুয়ানুনি, লুহোংফাল ফমখিবসু মহাক্না হাল্লি। কোনুং কাবসু, মহাক্না খ্বাইদগী হাল্লি। ইহান হাল্লি ! পুয়াম যুপাসিংনা চৈথাবা কুমদনি।"

য়েন্দ্রেহনবীনা ওক্তুনা খুম্মী—"অবোকহনবী ! পুয়ানুগী লুহোংবা কায়খি, মপুং ফাখিদে। লৈ হক্রুখিদে। ওইদবা ঙাংবগী মরু কোকখি, লৈনুংশঙদা থমখি হায়বদাই"

লোংজম চনু লংদাইবীনা হঙ্গৎচৈ—"অদুদি কু-অহুমগী অরোইবা ব্রারেপ তাকপীয়ু, ঐবুদি ফম্বাল তোংগে হায়জদেকো।"

তিল্লিবা ময়াম অদো, লোংজম চনু ফাগী হৈবীগী অরোইবা ব্রাহে অদুনা, ব্রা ব্রা নোকহনখি। কুইদে, নেমথখি। থৌরাংনা ঙাইনৈ, লাঙজে ফম্বীগী অরোইবা ব্রারেপ ! মঙোন্দা পুন্নগ্না মীৎয়েং থমনৈ। মিহুন তিং তিং চোংঙি—অঙোম চনু অমসুং চোংথা অহল !

নুবেশঙলাকপীনা য়াম্না মরৌ লৈনা হংলকই—"লৈকোইরেন লৈমাবীনা নুয়াম শাফবী পুয়ানুবু করম্বা ফিদা থাবীগদৌরি ?"

লৈমরেন্বী তুম্মিন লৈ। ফনা কুইনা ভুম্মিন্না লৈ। ময়ামবু কোইরুপ কোইরুপ য়েংঙি। নোকমি নোকমি তৌই। ময়াম পুন্নমক মিহুন তিং তিং চোংনৈ।

কাইনথংদা লৈকোইরেন লৈমাবীনা য়াম্না হৌনা, লুমলপ তৌবা খোঞ্জেলদা লাউথরকই—"শঙলিংবশিং ! হৌনবী থৌগলগা লোয়ননা পুয়ানুবু কোকলেন সঙ্গাইদা পুশিল্লকউ। অদুগা ফমনাইবীশিং ! ঙসিগী ওইনদি মতাং অসিদা পাচা ব্রারেল মীফম য়েথোকলে।"

পুয়ানু ইঙক ঙকই, খোইরুম মোমোন তৌজে !

("কমদৌই ফমনাইবশিং ! ঐবু ইরাল শীখোদনা ! লৈনুংশঙগী পুয়ানু কোকলেন

সজাইদা অমুক লৈদৌরে। ঐথোয় নিংথেমনুবী অহমগী মরক্তগী কনানা নিংথেম শিশকী লৈমরেম্বী ওইকম থোকপগে ? নত্তিক লৈরগা চুম্না খুন্নুদনা !")

য়াচং পুং য়ৈরকই। য়াচং সেনবুং খিল্লকই।

লৈকোইরেন লৈমাবী ফুক হৌগৎখ্রে। কাগুথক্তগী প্রশ প্রশ কৃমথখি। হোবে হোবে মপান থোকখি। মনাইনুবীশিং তুংইনখি। মপান্দগী অমুকসু লাউরম্মী—"উরা কেকু ! উরা কেকু !"

লোংজম চনু লংদাইবীনা হায়রকই—"অঙকপনি ! কু-অহমগী কুম্মে। লৈমা নিংথেমনুবী কনাবু মৈদিংগু নিংথেমগী লৈমরেম্বী হাল্লগবা ?"

কুহনবী হায়রকই—"ওইকম থোকপীনা ওইসনু ! ঙাইখিসি ইশৃসা ।"

অঙোম চনুনা খঙহৌদনা হংলকই—"অতে লাইরি, লোংজম্বী ! পালহৈবী পুয়ানু মীশক অমতরা ? "

"খঙদেবো, ইচেমসিজ !" লোংজম চনুনা খুম্মী ।

পাচা মীকম লোইশিনখ্রে। পুয়ানু পুথোকখ্রে।



নুমিদাংনি ।

লাইদিংকোই পৃংগী কোকলেন সজাইদনি । পাচা লোয়শঙদগী পুয়ানু পুশিল্লকলে । মহাক্না হান্না লৈরম্বা নিঙোল কাদা, মাগী লৈফম শেমলে । থাগোইসনা অমসুং থরাকসনা মচীন মনাও অনী, মনীংগী কা, অদুদা হোংদোকখ্রে । ফমুং অহুম থারম্মী । ফমুং অনী পুথোকখ্রে । কা অদু য়াম্না তরু-তরুই । পুয়ানুগী তুমফম হিগফম নীংথিনা শেমখ্রে । নুমিদাংগী চাক ঈশিং পীজ-পীথকপা লোইখ্রে । কা অদুগী মপান্দা রাইখু শো লোল্লি । পুয়ানুনা নুংদা নোকফেং তৌনা খল্লি—"চেনসু চেনবীরোই !"

পুয়ানু তুমদে । তুম্বা য়াদে । কা মনুংদা ঙাহৌ ঙাহৌ চংতুনা লৈ । মহাক ঙকই, লৈমরেন পোংলেনখোম্বীনা তৌদৌরিবা অসি করিনো ? মাবু য়াম্না লুনা তৌবীরি । ঙশায়মখৈ মনাক্তা ফমলম্মী । রাহং কয়া হংলম্মী । পুয়ানুনা সুকখুম খুমখিদে । লৈমরেম্বী শাউরং তৌনা থোকখি । মহাক হেক থোকখিবগা শো লোনখিবনি । পুয়ানু পোনগী উচেক অমুক ওইহৌরে । মঙোন্দা করিসু থোইদোক্তে । হৈনরবনি । কা অদুগী মমাঙদা মিহুৎখোঙ লাওনা হাংলি । উচে য়ুংবা থোঙনি । মহাক চংশিন্দুনা লেপলে । মিহুৎখোঙগী উচে মখুৎ অনীনা পায়জে । মাপন্দা মীথয়েং থম্মী । থাবল মঙাল পুং লং...!

সজাই য়ুমজাও অমদি লৈমরেন সজাই অচৌবা, মমীৎতা উজে । মহাক লোকফেং তৌই । নুংলোন লৈবা মীনোকনি । মমীৎতা শং শং উরকই—কু-অহম ! নৌহৌনা নীংশিংলকই, মাগী অহানবা রায়েল, ইহান হেক হানবা রায়েল—মরু কোকখিবা নুমিৎ ! মথং মথং থৌদোক রাথোক কয়া । মহাক নীংশিংলি, অমতা কাউদ্রি ।

পুয়ানুগী লায়ে-লাখুপ, মচু শঙলবা থৌদোক য়াথোক কয়াসু লৈরি । মহাক লৈথক লৈখায়োন হৈবীনি । অময়োমদনি, মহাক লাইবক কবীনি । পুয়ানুগী মমিং মমাঙদা 'নুয়াম শাকবী' (লাইবক কবী) হায়বা মিংথোল নৎত্রগা মিংলপ ওইনা থোনবা য়াই । তোঙান-তোঙানবা মমিং অনী ওইনা থোনখিবগী কান্নবসু লৈখি । মহাক্তি শিন্নরে হায়বসু য়াই । মতম কুইরবগী মমাঙদা, লানফানুবী লৈত্রা কোনুনা পুয়ানুগী উশিন ওইখি । লৈনুংশঙদা পুয়ানু থৌরী য়াম্দুনা শিগ্রে হায়বগী তোকপ্তা পাউ—অচুম্বা ওইহনখি । নুবেশঙলাকপীনা শন্দোকখি । য়াই ময়াম্না পুয়ানু শিগ্রে হায়দুনা থাজনখি । লৈত্রা কোনুংগী অশিবা হকচাং—পুয়ানু ওইনা লৈনুংদা কুমম্ববনি । কাইনথংদা, পুয়ানুবু 'নুয়াম শাকবী' ওইনা মশান্দা পুথোক্তুনা হিংহনখি । ময়ম্দা কনা, কনাগী খুজিন থৌরাংনো ? কু-অহম !

মতুংদা অমুক পালহৈবী ! মসিমদি অঙকপা ঈগী কুম্মৈনি !

নুমিং অদো ...!



চহী হৌবা নুমিৎতনি ।

অনৌবা চহী—খেরিশুন চাওখনা চৈথাবা কুম !

সনা কোনুংদা পাঙথোকপা চৈরাওবগী থৌরম লোইহ্রে। মায়চৌ, মায়নৌ, অমদি অঙম অখৌ পুম্নমক মথুম ময়ুমদা কুম্লে। নিংথেমনুবী অরিবী অমদি অনৌবীশিং—নুবে পুম্ত্রি মপান্দা, অপাম্বী পুম্ত্রি মপান্দা, সজু সজু ফমদুনা নোক-খেরি, হরাও মথোই কাজরি। অহল লমন খুরুম্বা চৎনরি। নুংজেং পাখংবগী চীংথক্তা থৌনিবসু কান্নরি। লোইনুবীশিংসু মথুম মরাং হৌনরি, লোই পুম্ত্রি মপান্দা।

লাইদিংকোই পুংগী সজ্জাইদনি।

মৈদিংগু নিংথেম শিশক, মমাসিজ খুরুম্বা চঙত্রি। মনাই শেনাক খনবা অমদি নিংথৌ শেনবগা লোয়নখি। অতৈনা মপান্দা লৈহৌরে।

মমাসিজ পোৎলেনখোম্বী, ফমেন কাদা, ফক অমা থাদুনা পোথারম্মী।

“ইচা নিংথেম লাকএদনা ।”

“অহোয়, নচা লাকচরে।”

নিংথৌনাই অনীনা মমাসিজগী মমাঙদা কুমজাগী অথেনপোৎ, ফিরোই, ফিঙাম থেন্দুনা পুরকইবা সেজা অদু থম্মী, নোম্লুকচে ।

নিংথেম শিশক্না খুরুমদুনা হায়রকই—“ইমাসিজ লৈমাবী ! নচানু খুরুমজরি। কুমসি কুমজাগী কৎচরিবা অথেনপোৎসে লৌবীয়ু।”

“লৌদদিকো, ইচানা নুংশিনা কৎপবু।” মমাসিজ লৈমাবীনা মচাগী মকোক্তা নাম্থ-নাম্বদুনা হায়রকই—“পুসি নুংশাংনা য়েক্ল-তিংখং লৈতনা পানবা ওইজৌ!”

মনাই অনীসু খুরুমজে।

"য়াইফবা ওইয়ু, নখোয়সু!" মমাসিজনা মনাইশিংসু মকোক্তা নাম্বুবীদুনা হায়রকই—"নবুংঙোগী থৌগল মতম কুইনা ফংজবা ওইয়ুকো!"

নিংথেম পিশক হৌগৎলে। মমাগী নাক্তা ফমজে। মনাইশিং লেপ্লী।

"ইমানসু, ঙসি অনৌবা চহী হৌবা নুমিৎ অসিদা, মমল য়াম্লবা খুদোল পোৎ অমা পিন্নরগে খল্লি। চহীসু ২৫ চংলে, চপ হেক চারে।" মমাসিজনা অসি হায়রগা হৌগৎখ্রে।

"মমল য়াম্লবা খুদোল পোৎ ?" নিংথেম পিশক্না হঙ্খৎচৈ।

"লৈরমখো, লৈরমখো, ইমা লৌরুখিগে।"

"ঙাইজরমগে, নচানা।"

মমাসিজ, লাইনিংথৌ কাদা চংখ্রে। মকোক খুমজে, খুড লৈতানা খুরুম্মী—"হে লাইনিংথৌ ইবুংঙো ! ননাই পোংলেম্বীনা খুরুমজরি। চীংঙু নতিক নয়াইনা ফুদেংলবা থাঙলেন অসে, ঙসিদগী নশূদা খৃৎথাঙ লাম্দুনা পিন্নজখ্রগে।"

লাইনিংথৌ কাচিন্দা, কাঙথক মচা অমদা য়ুংলগা লাৎলিবা থাঙলেন অদু মমাসিজনা পুখোরকলে। থগায় হেল্লপ শাংই। নীংখিজরবা থাঙখুম মনুংদা য়াওবনি।

মমাসিজ খোরকলে। মচাগী মনাক্তা লেপলরে।

"ইমাগী ইবুংঙো, নিংথেম পিশক!"

"তাকপীসি, ইমাসিজ লৈমাবী!"

"সে সে, নপাবুং নিংথৌরেনগী খৃৎশূ থাঙলেন 'ব্রজসিং' ঙসিদগী ইমানা নখৃৎতা পিন্নরবনি।" মমাসিজনা থাঙ খৃৎশিন্নে।

"নচানা ইকোক নোম্না লৌজরি।"

নিংথেম পিশক্না খুড লৈতানা নোম্বরগা মমাসিজদগী মখৃৎ অনীনা থাঙলেন লৌই, লাইবক কৎলি। খুরুমজে।

মমাসিজ মোমোননৈ, মমীৎতা ইরা চেল্লপ তৌনা হায়রকই—"নহালমখে ইচা নৌরি হায়দুনা পিন্নদবনি। মতিক ময়াই লৈখ্রবা থাঙলেননি... য়েক্লবা ঔব্রা মশীং থিঙমদনা লুরেল লৌখ্রবনি! নপল ইবুংঙো মৈদিংঙু ভালোক ব্রাইরোং পামহৈবনা খৃৎথাঙ লাম্দুনা, মনাও অতোম্বা মৈদিংঙু চিংলেন নোংখ্রেনখোম্বদা পিন্নরম্বনিদো। নঙনা অমুক য়েক্লবা ঙাকথোক্লবা, তীম্মু ফত্তবা, লাইমু ফত্তবা তাইনবদা শীজিন্নগদবনি। নিংথৌনি হায়দুনা মরাল লৈতবা নুপী, অঙাংদা শীজিন্নবা য়াদেকো!"

"চিনকোই অদুমক নচানা হীকতোকচরোই।"

"চৎলো চৎলো" মমাসিজনা হায়রকই—"নবোকহনবী, নবোকরেম্বীসু খুরুমজরু। লাইওইরবী নবেম্বৌনি। কু-পুংবা অসে মীরাইবা য়াবা নত্তে। ইমা ইচাগী পাম্বোমনি। মবানীগী মরৌশিংতনা মাঙলূরবা তাংবল হুজিনবা ঙমখিবনি। মখোয়গী

য়াথংসু হীকতোকফদেকো, ইমাগী নিংথেম !"

"খঙজরে, ইমাসিজ লৈমাবী !"

"অদুগা নিংথেম!" মমাসিজনা খঙহৌদনা হায়রকই—"শজিবু নোংমা পানবগী অহিং অসিদি নথস্তা লৈকোইরেন অসিগী ফখ্খোং কোইদুনা য়েংঙুদো কিন্নে ?"

"কিজদে। মৈদিংঙুশিংসু চৎখি হায়না তাজে।" নিংথেম পিশক্লা নোকফেৎনা মখা শমথরকই—"হৌজিক্তি নচাসু নিংথেম অচৌবা ওইজরে। য়াম্বুং নিংথেম পুরেলসু ঙসি অয়ুক ক-লৈবাক্লা লেঙপ্রবনিনা নচানা লৈকোইরেন ফখ্খোং কোইজগে ।"

(নিংথেম পুরেল সেতুসনা—নুমিৎ অদুগী অয়ুক্তা মমাসিজ লৈমাবী, মবেন অনী অমদি মনাও নিংথৌগী অয়াবা লৌরগা কছার লৈবাক্তা চৎখিবনি । মাগী হুল্লকপা খোঙচৎতা, পুরকপা য়াই—সমিয়া ! উত্তর কছার চীংগী সমিয়া !)

"অদুনিদনা, ইমাগী নিংথেম অচৌবা ! নপাবুংগী খুৎশূ থাঙলেন লোয়নৌ, তীম্মু ফত্তবা, খোইয়ুম ফত্তবসু চঙবা ঙমদবা থাঙনি !" মমাসিজনা ঙাইহাক লেপলগা শমথরকই—"অহিং কোকখুম্বী, ফিমু শেৎপী নুপী অমা মথি ফোঙভি হায়দুনসু ইমানা তাবা কুইরে। নবেম্থৌ লাইস্নাগী শায়োন ওইগদ্রা চিংনজে, ইমানা ! থেংনরবদি থৌনিজৌ ! খোইয়ুম ফত্তবী ওইরমলবদি 'ব্রজসিং'বু ঈনৌ পীথকউ!"

নিংথেম পিশক্লা হঙ্গৎচৈ—"ইমাসিজ লৈমাবী ! ইবেম্থৌ লাইস্না শায়োননি হায়বদি নচানা কমদৌনা খঙগনি ?"

থায়নঙৈদগী 'অহিং কোকখুম্বী, ফিমু শেৎপী' নুপী অমা নুংজেং পাখংবগী চীংখোঙদা থোকই হায়বা অসি নিংথেমসু তাম্রবনি। মহাকসু অহিং থোকলগা থিগে খন্দুনা লৈরকপনি। মপৃক্লিংদা চিংনজবা অমসু লৈরকই। কু-অহুম উখিদ্রা খন্দুনা লৈজবনি। ঙসিদি, তাঙ্গা অমা ফংলে। মবেম্থৌ ওইরে, থৌনিরগে। তাইবংনুবী ওইরে, ফারগে খল্লকই।

পোংলেম্বীনা হায়রকই—"চীঙ্খাং লান্না হায়নবা লৈরকইদো। নবেম্থৌ অশেংবা ওইরবদি 'সনা অহিংবা মঙাল ওইনা শাফোংলগা শ্বাই মাঙখিনি, নুংজেং চীংনুং হুৎতা পাইশিনখিগনি। খোইয়ুম ফত্তবী ওইরবদি নঙবু হাৎনবা, মাঙহন্নবা হোৎনরক্কনি।"

"খঙজরে, ইমাসিজ!" নিংথেম পিশক্লা চিংনরপ তৌনা অমুক হঙ্গৎচৈ—"করিগুম্বা তাইবংনুবী ওইরমলবদি ?"

"অদু ওইরগনা " মমাসিজনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"নহাক নিংথৌনি, ফারোদনা... ব্রায়েল চৈরাক পীনবা। তৌবদিনে, অসুক কিনিংঙাই ওইরবা লৈকোইরেন অসিদা, অহিং কোইবা ঙম্বী তাইবংনুবীদি মতিক ময়াই লৈবী ওইগনি!"

নিংথেম পিশক্লা খুম্মী—"ফগনি, ইমাসিজ লৈমাবী ! লেম্নদি থাদোকচরোই...!"

"চৎলো, চৎলো, ইমা থিন্দোকপীগে।"

নিংথেম পিশক্লা মমাসিজবু অমুকসু খুরুমজরে। মপাবুং নিংথৌগী থাঙলেন য়ানশিনম্রে। হৌগৎতনা মপান থোবকলে। লাইদিংকোই পং মথক্তগী কমথরকই।

মনাই মশানশিং তুংইজে । মখা পাংনা হায়খররকলে।

মমাসিজনা লাইদিংকোই পূং মতোন্দা লেপ্তুনা লৈহৌই। মজাইবুংতো নিংথেম অচৌববু চংয়েং অমা তৌগে খনখি। নিংথৌ অমা ওইবগী মথৌসু শঙনিংঙি!



লাংথাকপুংগী সন্জাই মাজোলদনি।

নুবেশঙলাকপী ফমেন ফক মথক্তা ফমদুনা লৈরম্মী। মমায় নোংপোক ওল্লি।

মৈদিংঙু নিংথেম পিশক মনাইশিংগা লোয়ননা চঙশিল্লকই, মাজোলদা কাখৎলকই। মনাইশিংনা অখেনপোৎ য়াওবা শেন্জা অদু নুবেশঙলাকপীগী মমাঙদা থমলে।

নিংথেম্মা মবোকহনবী খুরুমজে—"অবোকহনবী ! নশূ নিংথেম পিশক্লা খুরুমজরি। কুমসি কুমজাগী কৎচরিবা ফিরোই ফিঙামসে থোনবীয়ু !"

নুবেশঙলাকপীনা মশূগী মকোক্তা নাম্বু-নাম্বুরদুনা হায়রকই—"নুংশিদা ! ইশূদি। নঙসে কর্ত্তাগী শূথাং ইতোন তোম্বনি। পুন্সিয়ু ! পুন্সিয়ু ! ইবেনদি করি পীগনি?"

নিংথেম পিশক্লা খুম্মী—"অবোকহনবীগী মমল য়াম্লবা য়াইফ পাউজেন ফংজরে। মদুতনি নশূনা পামজবা।"

"হোয়দহে, ইশূগী করিবু য়াংলি ?"

নিংথেম পিশক্লা য়াইফ পাউমেজে—"অবোকহনবীসু চৈরাওবা কুন হেন্না হিংবীখোকো ! য়াম্নসু নহা ওইনা উরিদা !"

"মৈদিংঙুশিংদি লাইয়িংথৌনি !" নুবেশঙলাকপীনা খোইরুম মোমোন তৌনা তৌনা হায়রকই—"ইশূনা পীবা য়াইফ চিনকোই (বর) অদুমক চুম্না ওইসনু!"

নিংথেম পিশক হৌগৎলে।

"নশূ অমুক অবোকরেম্বী খুরুমজরুগে।"

"অদো, নিংথেম !" নুবেশঙলাকপীনা য়াহে মখাতবা তৌদনা মনাই অনী অদু লাপথোকখো হায়দুনা মখূৎনা খুদম উত্লকই।

মনাই অনী মখাদা কুমথগ্রে। লাপ্না লৈগ্রে।

"তাকপীয়ু, অবোকহনবী!" নিংথেম পিশক্লা হঙ্গৎচে।

"চহী হৌবা নুমিৎতনে" নুবেশঙলাকপীনা ঙাইহাক খল্লগা মোমোন তৌনা হায়রকই—"মশীং অমা হেঙ্গৎপসু ফৈ হায়বনিদো।"

"মশীং হেঙ্গৎপা হায়বদি ?" নিংথেম পিশক্লা হংঙি।

"মহৌশা নবুথৌ চিংথংখোম্বা পাল্লিঙেদদি, চৈরাওবা নুমিৎতা, নিয়াইবী কৎপসু য়াম্না লাকনেদো।" নুবেশঙলাকপীনা মখাতনা নোংশিল্লকই—"নঙগীদি লাক্তবরা ?"

"লৈমা ৭ লৈরিসিনা য়ারেদা ।"

"এ ঃ নিংথৌনবু ? করিগুম্বা কংলরবদি অকনবা খুদমনি হায়নবসু লৈবনি।"

"কংলরবদি তঙাইফদনা...!" নিংথেম পিশক্না খুম্মী।

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"থিদা ! অঙাওবসিদি! মতৌ ইয়ান মান্দনা নপাবুং শামু ফাবসু ১১ সুখিবনিদো!"

"নপূদি ৭ তা লেপচরগে।"

নুবেশঙলাকপীনা অমুক হায়রকই—"করে করে। ঙসি, অহিং নোংয়াই চবুক্তা অমসু হেক কংজবা ওইয়ুকো!"

নিংথৌদা মচা নিঙোল কংপা হায়বা অসি মতম অমদা য়াম্না চংনরম্মী। কোনুংগা ঙাইশেন ওইজবা ফংলে হায়বগী নাপল কানরম্মী, লেমজনরম্মী। কৈ, মসি য়াম্না কৈ। মনুং হংনা য়েংশিন্নবদি ৱাংলম্মী। মসিনা, নিংথেমনুবী মপীং হেঙ্গংহল্লি। অমোংপসু...! নীংবাকায়বসু!

"অবোকহনবী ! কদায়দৈ ? কনানা কংলদৌরিবা ?"

"খঙদে, খঙদে, ইবেনদি হায়দোকয়ে। ঐনা হিংলিঙৈদা, মসিমতংদি শকখঙবীরমখিগে খল্লি।" নুবেশঙলাকপীনা কোচি থাংনা খুম্মী।

"কনাবুনোনে, অবোকহনবী ?"

"নীংশিংলিব্রা, নিংথেম ?"

"কনাবুনো, অবোকহনবী ?"

"নবোকরেম্বীদা হংঙুরো, ইবেন খঙদে।" নুবেশঙলাকপীনা ৱা অমরোমদা থৈদোক্নুনা হায়রকই—"চংলো চংলো ... ইবেন লৈহৌরে।"

"ফগনি, অবোকহনবী!"

"য়াইফবা ওইয়ু, নিংথেম !"

লাংথাকপুংদগী নিংথেম পিশক কুমথরকলে। মনাই মশলশিংনা মতুং ইন্নে। মখা পাংনা অমুক হাইথরকলে।



মসিনা লাংথাকফম সঙ্গাইদনি।

মফম অসিদদি নিংথেমগী পোথাফম লৈ। মহাক চংশিল্লকই, চুমথ্রিং। ফমেন কা, থোঙ হাংলম্মী। নহালখৈদি শো লোন্দুনা থম্মনি। মবেয়া মশূ লাক্কনি হায়বা খঙজে। অদুনা, থোঙ হাংলগা তক তক থমজে।

নিংথেম পিশক চংশিনয়ে. পাউতাকচৈ—

"অবোকরেম্বী ! নশূ লাকচরিয়ে।"

মনুংদগী লাউরকই—"ইবেন থোরক্কে, ফমেন কাদা পোথারম্মু। ঙাইহাকসু শাংদোকললম্মু, ফমজাওদা।"

নিংথেম পিশক মোরাদা ফমথে। মনাইশিং মপান থোকহনগ্রে। ঙাইহাক লৈরগা মবেন লোইখোমশঙ হঞ্জবী চংলকলে। নিংথেমনা ফুক হৌগৎলি। চরৈ নমথাং কৎতুনা খুরুমজে—"অবোকরেম্বী ! নশূ নিংথেম পিশক্না খুরুমজরি। কুমসি কুমজাগী অনৌবা কিরোই কিঙাম কৎচরি।"

"নিংথেম ! পুন্সি নুংশাংনা পানবা ওইজৌ!" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা নোম্বরপ তৌরগা মশূগী মকোক্তা নাম্বু-নাম্বুনা হায়রকই—"কু-অনীদি খুরুমলুরব্রা ?"

"অহোয়, অবোকরেম্বী!"

"হৌগৎলু, হৌগৎলু।"

নিংথেম পিশক হৌগৎলে। হান্নগুম মোরাদা ফমলে। মবেনসু মনাক্তা মোরা মচা অমা চিংশিল্লগা ফমথে।

"অবোকরেম্বী ! কুমসি কুমসে য়াম্না ফৈ হায়রম্মীদো, ইপু চৈথাবনা।" নিংথেম পিশক্না হায়রকই—"নশূসু ফগনি খঙে।"

"ইবেনসু তাহৌই, হৌরেনদি কু-অহম থা য়েংসি হায়নখি।" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা মরৌ লৈনা হায়রকই—"নঙদি সঙ্গাই য়ুমজাওগী 'নবুধৌ য়াইবীরেল' খুরুমজৌ, নীংজবা থুংগনি।"

নিংথেম পিশক্না খুম্মী—"ফগনি, অবোকরেম্বী! নীংজবদি থোইদোকপা লৈজদে। লৈবাক মীয়ামগী, লৈবাক্কী ওইনা য়াইফনবা নশূনা থৌনিজগে!"

"হোয়নে, মদুনিনে নঙগী নীংজবা! লৈবাক্কী, মীয়ামগী য়াইফনবা খনবা অদু, নিংথৌ নঙগী থৌদাংনি।"

নিংথেমনা মবেন্দা হঙ্গৎচে—"তীম্মু ফত্তবা, লাইমু ফত্তবদি অবোকরেম্বীনা তাইনবিয়ুকো!"

"চিংনগনু, ইবেন্না তৌরিবা পুম্না নথোয় খ্বাইগী য়াইফনবনি!" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা ৱাফে অমরোমদা পুথোক্তুনা অমুক হংলকই—"নত্তেনে নিংথেম ! নঙবু কুমসি চৈরাওবসিদা চহী কয়া সুরবগে ?"

"চহী ২৫ চঙলে হায়, ইমাসিজনা।"

"হোয়নে, হোয়নে, ইবেনসু অদুম খল্লি।" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা মখা তানা মথন্তা খোঙৈ—"কুইরেদা মতমদো... নঙনা চহী কুন চংলকপদনিদো। পুয়াম যুগাসিংনা চৈথাবা কুমদা ওইরিনি।"

নিংথেম পিশক্না হঙ্গৎচৈ—"নশূদি নীংশিংবা থোক্লে। করি করম্না থৌদোক্কী ৱানো অবোকরেম্বী ?"

লোইখোমশঙ হঙ্গবীনা হায়রকই—"লাচনখিদে কুম্বাবদা ! অতৈ লাইরি, নিংথেম! ঙসি, ইশূ লাকপা য়াম্না ফরে। ইবেনগী থবক অমা নহাক্না পাঙথোকপীয়ুদো।"

"তাকপীয়ু, অবোকরেম্বী!"

লোইখোমশঙ হঙ্গবীনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"সুমদৌবনি... ইবেন্না তাইনবা ঙমদবা লীন অমুবী অচৌবা অমা লৈরেনেহে।"

"ইবেম্বৌ লাইম্নাগী শায়োন ওইনা অহিং কোকখুম্বী, ফিমু শেৎপী থোকই হায়বদুরা ?" নিংথেম পিশক্না চিংনরপ হংজে।

লোইখোমশঙ হঙ্গবীনা হায়রকই—"নত্তে, নত্তে। মদুনা নমাসিজ অঙাওবীগী ৱাখলনি। ইবেন্না হাৎকে হায়ববু নুপীনা লীন হাৎহৈদে হায়নে। লীন অদুসু অমোমনিদো!"

"চিংনবা লৈতনা তাকপীয়ু, নশূ লৈজরি।" নিংথেম পিশক্না মখা তানা হায়রকই—"ঙসিদি ইমাসিজ লৈমাবীনা চৈরাওবগী খুদোল ওইনা পাবুংম্বাগী খূৎশূ থাঙলেন 'ব্রজসিং' নশূদা শিন্নবীরে।"

"ও ! নপাবুং চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বগী খূৎশূ থাঙলেন 'ব্রজসিং' শিন্নরবা!" লোইখোমশঙ হঙ্গবীনা হায়রকই—" অদুদি য়াম্না ফরে! নপা নপল শক্লবা থাঙলেননি। খক থাদোক্নু। ঙসিদি, ঈনৌ পীথকসি...!"

"নশূসু থাঙলেন অসে চাংয়েং তৌজনিংই।"

"ব্রজসিংসু ঈ থকখিদবা কুইরবনি!" লোইখোমশঙ হঙ্গবীনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—" তমথীরবী লীন অমুবী অদো লুরেল ককউ, অহিং অথেংবদা থোকপনি, য়াম্না চাউ শাংবনি ।"

"মফমদি কদায়দনো, অবোকরেম্বী ?"

"ইবেন তাক্কে।" লোইখোমশঙ হঙ্গবীনা হায়রকই—"হৌরেন কু-অহুমনা উরা লাউদ্রিঙৈদা, নহাক তুম্মিন্না 'লাংকাইফম' চীংনুংহুৎ চংঙু, মৈরা পুগদবনি, কোইথি থিয়ু, কাচিন-কোয়া য়েংঙু... নত্তে, নহাক কিব্রনে, নিংথেম ?"

নিংথেম পিশক্না য়াম্না ঈচং থৌনা খুম্মী—"নশূসু মৈদিংঙু নিংথেমনি। মৈদিংঙু চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বগী মপারি !"

"অদুনিদনা, নিংথৌমচা হায়বদো!" মবেন হঙ্গবীনা পেঙ্গবগা লোয়ননা হায়রকই—"সঙ্গাই য়ুমজাওগী 'নবুথৌ য়াইবীরেল' খুরুম্বা লোইরগা নথম্ভা থোরক্কদবনি, থৌগললাই অমতা লোয়নবা য়াদেকো।"

"চিনকোই অদুমক ঙাকচগনি।"

"শোয়বা য়াদেকো।" লোইখোমশঙ হঙ্গবীনা মখাতানা হায়রকই—"করিগুম্বা লাংকাইফম চীংনুংহুৎ মনুংদা থেংনত্রবদি... ?"

"কদায়দা থেংনগনি, অবোকরেম্বী ?" নিংথেম পিশক্না হঙ্গচে।

"খুয়া ফমজাও মখাদা...!"

"কমদৌনা, অবোকরেম্বী...?" নিংথেম পিশক্লা অঙকপা পোক্তুনা হংলকই।

"অপঙবো ! লৈনুংথোঙ লৈবনিনে।" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা নোকফেৎ তৌনা হায়রকই—"লীনদি কাঙখদসু কুনবনিনে। মতা চারদিনে...।"

নিংথেম পিশক্লা য়াম্না চিংনরপ তৌনা নোৎশিল্লকই—"কৈদৌবো, অবোকরেম্বী ? মতা চারদি কৈদৌবা, কৈদৌবা ?"

"মতা চারদিনে... অনীদুম থেংনবা য়াই। লীন অঙৌবীসু, লীন অমুবীসু। লীন অঙৌবীদি হাৎহৈদেকো!"

নিংথেম পিশক্লা হায়রকই—"নশূ খঙজরে, কু-অহুমগী থৌরাং! অমনা খোইয়ুম ফত্তবী হাৎলু, চৈরাক পীয়ু হায়রি, অমনা মশীং হেঙ্গৎহল্লু হায়রি, অমনা লীন অমুবী হাৎলু, লীন অঙৌবীদি হাৎহৈদে হায়রি, লুপ্রেদা ! লীন অমুবীনা কনা ? লীন অঙৌবীনা কনা ? করি করম্বা কিশিরোননো ? অবোকরেম্বী ?"

"নিংথেম ! নহাক লৈকোইরেন লৈমাবনি।" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা য়াম্না লুরপ তৌবা হায়রকই—"নঙগী পুন্সিগী অরুবা চাংয়েং হৌরবনি ।"

নিংথেম পিশক্লা খুম্মী—"খঙজরে, অবোকরেম্বী ! ঙাইবা তাই।

লোইখোমঙশঙ হঞ্জবীনা অমুকসু হায়রকই—"অরোনবা খোঙচৎনি, নমাসিজ খঙহনবা য়াদেকো। চৎলো চৎলো পোথাজরু।"

"ফগনি, অবোকরেম্বী !"

নিংথেম পিশক পন্থরমদ্রে। লোইখোমশঙদগী মপান থোরকলে। মনাইশিংগা লোয়ননা খোঙশানপ্রে। ইখঙ হেক খঙহৌদনা মাগী মমাঙদা শারৈ (লারৈ) অমা পোপ তারকই। চীংথক্তগী লংথরকপনি। মনাই শেনাক খনবনা খুঙ্গৎলি। নিংথেম চপ লেপ্পী। তুং হন্না চীংথক্তা য়েংখৎলকই। কদায়, কনাসু ঊখিদ্রে। মপৃক্লিংদা নীংকোক নীংকোকই।

"লারৈ মনুংদা করি য়াওরি, খনবা ?"

"শ্রীযুৎ, তেম্পাক লৈতুম!"

"কদায়নোনে... ?" নিংথেম পিশক ঙাইঙমদে।

মনাই শেনাক খনবগী মখুৎতগী লারৈ মুল্লি। সৎ সৎ লৈথোকই মিহুন চোংঙি। লাতিং ওল্লে। চীংগ্রাও মপাল অমা, পোপ তারকই, লৈমায়দা !

নিংথেম পিশক্লা খুঙ্গৎলি, মনম নম্মী—"মনম অসিদি, নুংশিপ্রেদা ! চহী হৌবা নুমিৎ অসিদা, কনাগী নুংশি খুদোললনো ?"

"শ্রীযুৎ ! ননাই খোঙ্গুল লীজরুগে।" নিংথৌ শেনবনা হঙ্গৎচৈ।

"লীরুনু, লীরুনু। চৎসি সঙ্গাইদা।" নিংথেম পিশক্লা অসি হায়রগা চৎনা চৎনা

মপুক্লিংদা খঙে—"অবোকরেম্বীগী শীন অমুবী হায়বসিবু... ফৈ ! শীন অঙৌবী ওইরে, অমুবী ওইরে... ঙাইরগে, অহিং নোংয়াই !"

নিংথেম পিশক পম্বুরমদ্রে। সঙ্গাই য়ুমজাও পাংথ্রে। থৌগলনাইশিং মতুং ইঙখি।



অহিংনি !

শজিবু চৈরাওবা নুমিৎকী অহিং। অয়াম্বা মতমদা, নোংমা পানবগী থাজ উগনদে। করিগুম্বা, নোং-চিং থাংদবা অতিয়া ওইরবদি উবসু য়াওই। মদু উরবদি অফবা খুদমনি খন্নে, মরু ওইনা ; শজিবু নোংমা পানবগী থাজ !

কুম অদুদি য়াম্না থাজদনা উখি—অহানবদা লংত্রিক লংই। কুইরমদে, সুপ্না মিকুপ খরদং। মুৎসি মুৎসি... ফুৎ মুৎখি। মম্মী, অসুম অসুম মমশিল্লকই। শূক্লা মমলবা অহিং ওইরকখি। মহৌশানা অসিগুম্বা অহিংদসু... লাকদৌরিবা চহীগী য়াইফ থৌনি কয়া পাঙথোকনৈ। অফবা চহী ওইগনি হায়বগী খুদমসু য়েংনৈ। 'শীংতেক শীংথাবদগী শীংশৎনবা' (নাম্থোকহৌনবা) হোৎনৈ। মসিগী থাজবা, লাই হাক্তুতগী লৈরকলি। 'লাই হাযবদি থাজববু'নি। থাজবা লৈত্রবদি লাই লৈতে । অদুনা, য়ুমথোং খুদিংদসু 'লাইনিংথৌ, লৈমরেন' লাৎনরি। অতৈসু অদুমঙাই... মন্দিরদা। অফবা লাই, ফত্তবা লাই, মখল অনীসু খায়দোকনৈ। অদুনা, তীম্মু ফত্তবা, লাইমু ফত্তবা খুরুমনৈ। খা পাংনা হোইথনৈ। ফাজিনবা যাবনা ফাজিল্লি। উশিন তৌনৈ, অরি অনৌ শিন্নে। চৎনরোল অসে, এলহৌঙেদগী অদুম পাঙথোক্লুরক্লি।

নুমিৎ অদুসু, খ্বাই পুম্নমক্না নুংজেং পাখংবা খুরুমদুনা থৌনিজখি। মৈদিংঙু নিংথেম পিশকসু কু-অহুমগী চিনকোই (য়াথং) পাঙথোকপা তাখি। সঙ্গাই য়ুমজাওগী 'মবুধৌ য়াইবীরেল শিদবা' খুরুম্বা লোইরগা অহিং কোইবা থোরকখি । মথন্তনি থৌগল মচা কনাসু ইল্লক্তে। মীচমগী ফিজোল থোল্লি। খুৎশূ থাঙলেন 'ব্রজসিং' খ্বাংলী চেৎনা পুল্লগা ওইরোমদা য়াল্লি। সঙ্গাই য়ুমজাওদগী অৱাং ফেল্লে ওইরপ্না, কৌব্রু লাইচি চুথেক্তা লৈরিবা 'য়াথোকপূং' তম্না খোঙদোইরকখি। মফম অদুদগী হৌরগা মমায় নোংপোক ওন্দুনা লৈকোইরেন পনখৈ মনুংগী চীংখৈ চুথেক তমলকই। শূক্লা মমলবা অহিং... মশাদা করিসু অকি অখং লৈখিদে।

নিংথেম পিশক্না চৎনা চৎনা খল্লি—"ইমাসিজ লৈমাবীনা লৈকোইরেনগী ফম্ভোং কোইয়ু হায়রিসিবু... মচা ঐবু করি চাংয়েং তৌরিবনো ? ৱারুম্বা, তুরুম্বা কনা কনা লৈরবনো? অমবু ওইরে মসিদি য়াম্না ফবা খোঙচৎনি। লৈমা ৭ কী মনাক্তা নৈশিন্দুনতা লৈগনু, লৈবাক্কী নিংথৌনি হায়বা নীংশিংহন্নবা শীল্লিব্রা ? ঙকথ্রেদা ! ইমাসিজ পোংলেম্বীগী থৌরাং ! ফনবু ফরে, চয়োলগী অহানবা নুমিৎ খুদিংগী অহিং কোইদুনা লৈকোইরেন য়েংলগে। অদুগা, লাই ওইরবী অবোক কু-পুংবানা শীল্লিবা থৌরাং অসিনা করিনো ? লাপ্না লোই থাথ্রেসু হায়, শিথ্রেসু হায়, অঙকপনি ! কু-অহুমগী পাম্বে পাউরৌ !"

নিংথেমগী খোঙথাং লেপ্তে। ব্রাখল কয়া খন্না খন্না লৈকোইরেন চীংখৈ পক্কিদা লৈরিবা 'থৌনিশূং খোঙজাও' য়ৌশিল্লকই। নাক য়েৎ, তুং-মাঙ য়েংনা য়েংনা খা মৈরম পাংনা 'লানলুমথেন' চুথেক্তা হাইথরকলে। পক্কি অদুদা ঙাইহাক লেপ্পী। মমায় মনীং ওল্লকই। মোইরাং লাইচি চুথেক্তা লৈরিবা 'লাংথাকফম' পরিং তম্না খোঙশাল্লকই, লম্বী তংখায় চল্লকলে। মহাক ইঙক ঙকই। চীংখোঙ চীংয়ারোমদা মীৎয়েং থম্মী। অহানবদা থাজদে। মৈবুল মৈঙাল অমা... লংত্রিক লংনা, য়াম্না লাপ্না খংউ উরকই। মহাক পাখৎতে। 'লাংকাইফম' চীংনুংহুৎতগী থোরকপা মৈঙালনি। খংব্রাং অমুক ব্রাংখৎলকই, খংনেম অমুক নেমথখি। 'সনা অহিংবা মচুগী মঙাল' অদু নত্তে। লমজিং লমতাক মৈরাগী খুদমনি। মবোকরেম্বীনা 'মৈরা পায়রগা চংঙু' হায়খিবদু নীংশিংলকই। মহাক মৈরা পুরক্তে। মৈনা লাং থাকলি হায়বা নিংথেম খঙদ্রি। মঙক নোম্মী। অমুকসু নীংশিংলকই—চীংপ্লাও মপালগী লাইবার ! মপৃক্লিং লৈতাখিদে। মথাক মিহুন চোংঙি... তিং তিং !

অহিংদা থোকপা য়াইগুম্না চীংনুংহুৎকী মৈঙাল—কয়াদি ফজদ্রে! য়াইপুবা হঙোই বোরোবীনা মবুক মনুংদগী য়াই ওথোকলগা চীংমায়দা ঙালহল্লি... মদুদা পাইশিল্লকপা তীল কাং ফারগা চাই, মচিঞ্জাক ব্রাক্তে। মসি ওইরে, য়াই লৈরগা চা-থকপা ব্রাংতে, ইনাক খুল্লি হায়নরিবা! মৈরানবীনা মৈঙাল উবা য়াদে—মৈঙাল মৈরক্তা চোংশিল্লি। নিংথেম পিশকসু ঙাওরকই। মৈঙাল অদু তম্না চেনশিনব্রে। মিকুপ খরগী মতুংদা, মৈরা অদু খংনেম নেমথব্রে। নুপী অমনা য়ুংলম্বনি। মনুংদা চেনশিনব্রে।

নিংথেম থুংলৈ। কদায়, কনাসু লৈরমদ্রে। লাংকাইফম চীংনুংহুৎকী অরোনবা নুঙথোঙ ইম্বোকলম্মী। চঙফমদা, ব্রা উতোংদা য়ুংশিল্লগা শেম্বা উচান মৈরা চবুল অমা য়ুংদুনা লৈরম্মী। নিংথেম নোকফেৎ তৌই। মখূৎ ওয়না মৈরা পায়খৎলি। মখূৎ য়েৎনা 'ব্রজসিং' খূৎফম চেৎনা পায়রগা লাংকাইফম চীংনুংহুৎতা চঙশিল্লকখি । অসুম অসুম মনুং য়ৌনা চঙশিল্লকখি । লৈমায়দা, কাচিন কোয়াদা, মরুমদা কোয়য়েং য়েংঙি। কদায়, অবোকরেম্বীগী লীন অমুবী ! লীন অঙৌবী ! কদায় ইমাসিজগী অহিং কোকখুম্বী, ফিমু শেৎপী নুপী ! পুম্নমক অবোকরেম্বীনা শান্নবা কুম্মেনি হায়বা মসি নিংথেমসু খঙলকলে। খঙনবা থিরগা অহকপা চৈরাক পীরগে খল্লকলে।

নিংথেম ঙকই ! লৈকোইরেন অসিদা 'লৈনুংশঙ' কৌবা মফম অমা লোৎতুনা লৈ হায়বদি মহাক খঙই। অমুক্তসু চঙদ্রিবনি। মপাবুং নিংথৌরেনগী মতমদা শেন্নম্বনি। নহালমখৈ মমাসিজনা খঙহনদে। চীংচেপ্তগী নত্রগা সনা খোংনাং মরাগী কারক্তা হুরানথোঙ নত্রগা শগুন থোঙ লৈ হায়বা খঙলুদে। লোইখোমশঙ অসিবু লৈনুংশঙ ওইনা খল্লুই। লৈকোইরেনগী নিংথৌ অমা ওইনা মহাকসু, মসি খঙদবা য়াদবনি। হৌজিক্তি খঙলুরো হায়দুনা কু-অহম্না মহাকপু থাজিল্লিবনি হায়না খঞ্জে। কু-অহমবু মপৃক্লিংদা থাগৎচৈ।

মহাক চংশিনবদি লেপখিদে। লাপ্তক্লা মী অমা চেনবগী খোঙথাং অমা তারকই। মায়কৈ অদু তম্না মহাকসু চঙশিল্লকখি, অসুম অসুম । মহাক খঙহৌদনা শ্বাই লাওখি। মখোঙদগী তোন কাওবা তু চুংখি !

নুপী অমগী মিরবা, য়াম্না মিরবা, নুংশিরবা খোন্থাং খোঞ্জেল অমা খঙহৌদনা তারকলে—"হাদ নিংথৌ তুকাউবা ! কাউমন্নসু কাউইদা...!"

নিংথেম পিশক্না খঙহৌদনা লাউখি—"শকলোংপী নহাক কনানো ? নুয়াম শাফবীরা? পুয়ানুরা ? পালহৈবীরা ? ইন্দোনসি নীংখোম্বীরা ? কোনুরা ?"

খোন্থাং য়েখি। পাউখুম ফংখিদে।

লোইখোমশঙদা নত্রগা লৈনুংশঙদা, অঙক-অঙকপী নুপী কয়া ফাজিন্নগা থমখি হায়বা নিংথেমসু সামিন ফংখি । মমিংসু খঙই ।

হেন্নোয়না পুরবা নিংথেম পিশক—খোঙথাং মখোল তারিবা মনীং মায়কৈ পাংনা অসুম চঙশিন্নকখি । থোঙ লাওনা হাংদোক্লবা কাজাও অমা থেংনৈ। কা অদুগী ফক্লাং অকোয়বদা মৈরা, মৈবুল য়ুং-য়ুংদুনা থেংলি। পুমঙাল ঙাল্লি। য়াম্না তরু তরুবা ফমুং অমসু থাবা উই। মীদি লৈবা উদে। নিংথেম চঙশিন্নকলে। লময়াইদা চপ লেপলৈ । মৈরা অদু লৈমায়দা য়ুংশিনথ্রে। কদায়, কনাসু লৈরমদ্রে। কাচিন কোয়া, কাঙখা মখাদা কোয়য়েং য়েংঙি, কোইথি থিজে। মমায় লৈথোরকই ।

মতম অদুদা, ফিমু কোকখুম্বী নুপী অমা থোঙজাওরোমদগী চঙলকলে । নিংথেমগী মমাঙদা চপ লেপলৈ ।



"ইনিংথৌ !"

ফিমু কোকখুম্বী নুপী অদু মকোক নোঞ্জে—"ননাই লোইনুবীনা খুরুমজরি!"

"পুয়া ! পুয়ানু...! নুয়াম শাফবী পুয়ানু !"

মৈদিংঙু নিংথেম পিশক্না ঙক্তুনা হায়রকই—"লীন অমুবী ! নঙ ওইরে, অহিং কোকখুম্বী, ফিমু শেংপী ! অহিং শাথোকপী ত্মলাই !"

"মহ্ পুবীদি নচ্চদে!" পুয়ানু নোনখৎচৈ, চপ তিংনা লেপ্লগা হায়রকই—"চুম্নতা চীংপ্লাও মপান্দা লাইবার কৎচখিবনি।"

"ঐদি লীন অমুবী হাংপা লাকপনি। য়াথং ঙাকপসু "

"মরম অদো তাকপীয়ু।" পুয়ানুনা হঙ্গৎচৈ ।

"নঙগী অচৌবা নরাল লৈ। হৌজিকসু অনৌবা নারাল অমা লৈরি।"

"ফরে, লুরেল অসি ককত্রিঙৈদা...!"

"কৈদৌবা ! হা ! কৈদৌবা?"

"ননাই হাওনুবীবু শেংদোকপীয়ু!"

"শেংদোকপা ! লীন অমুবী নঙবু...?"

"অসুক তৌজবী ঐবু... কদায়দা মুরিবা ?"

"পুয়া ! পুয়ানু ! নুতমথী !"

মৈদিংঙু নিংথেম মৈহৌনা শাউনিংলকই। অদুঙেগী ব্রা নীংশিংঙি, থাঙ হাইগংলি।

"সে, অদুদি হাংলোদনা...লীন অঙৌবী ওল্লগে !"

পাইসোলাগী মমোমলোই পুয়ানু—য়াম্না মতীং লৈবী, ঈচং থৌবী নুপীনি। মহাক মীকি-লাইকিদে। মথৌ শংলবীনি। নিংথেমবু নুংশিনা য়েংজে। মমীৎ কুপ্তে। মায়য়োক্লদুনা লেপচৈ। মশাদা ইল্লিবা মল্লৌ (ইন্নফি) অশাবা, য়াম্না শাবা অদো, লৈমায়দা থাদম্রে। ফুরিৎ মীৎতে ; ফিদোন চিংখৎলি, কোমগোম্না ! কুমলং মচুগী চরৈ নমখাংসু, নাছুখি, নাছুখি, মালেম লৈমগী... মতম্পাক্তা ! মহাক্কী চুং-ফিরাল চানা ফজরবী ওংলৌ—কুয়োম লৌথোকপ্রবা কেতুকী লৈরাংগী পাংখক ওইদ্রে ! হকচাংগী নুংশিবা মনম, লৈহাও লৈরেলনা কৈদৌরুনি ? মহাক নোকমি নোকমি তৌজে। ঈকাইথিবী পুয়ানু—ঈকাইখঙদবী পুয়ানু ওল্লকলে। মাগী মায়থোং—মৈঙালদগী হেন্না ঙানম্রে !

মরাল লৈরবী পুয়ানু ! লীন অঙৌবী ওল্লবী পুয়ানু ! মচি লেঙদে, অদুমক লেপলি। মমীৎনা নোকই । ঈকায় ইকি ব্রাংমা লানম্রে । চিরবা, য়াম্না চিরবা মতাংদদি নুপীওইবীশিংনা 'মীফালাং' অসি থাক্তবা য়ারক্তে । থোইদোক্লা, পুয়ানুদি শিবা চংবগী মরক্তা লেপলিবনি। মমাঙদা ব্রজসিং ! মাগী ঈনৌ থক্কদবগী ঙাইরি । মাগী অরোইবা নুংশি লাঞ্জংনি ! তৌবসু, ঈকায়নিংঙাই ওইদ্রে । অচিকপা, অরোনবা মফমনি । কনাসু লৈত্রে ।

লৈনুংশঙদনি !

লাংথবাল কোনুংচীংগী লৈনুংশঙ !

মশাদা ফি মচেৎ অমতা থোংদ্রবী পুয়ানু—অদুমক লেপলি ।

মৈদিংঙু নিংথেম পিশক সুমহৎপ্রে। ফজবী পুয়ানু নোংথাঙলৈমা ওনম্রে । নিংথেমসু মমীৎ কুপখিদ্রে। নুংদা মৈ হৌরকই । মহাক তু চুংপ্রে ! ময়াই কাবা পোকলকই। পুয়ানুগী ফিনুংদা লোৎলম্বী ফজবীশিংনা নিংথেমবু সুমহৎপ্রে। করিগীসু সুমহৎলোই ? য়েরুমলৈ মওং মানবী মায়থোংগী ওংদা, নীংথিজরবা শাইনোল শন্নাং—তঙৌ তঙৌরবা কুচু, তাবা তাবারবা ঙারোই শবানগী অকুৎ অতোং নাইরবা ওংলৌ (হকচাং কয়াৎ), কোইরাওনবী মীৎম্না অনী, তঙাঙলবা চীনবাল...সনা হৈতুপ পুম্নুবী, খূদাপ ফানা চীন্দুম্বী, নীংথিরবী খোইদৌরেল... নোংলক্তা লোৎপী থাজগুম চীংনুংসনা লোকনুংদা... য়াইবীরেল শিদবী! অতৈসু কয়ানি, পুয়ানুগী ফজবী...! নিংথেম্না মীৎয়েং তাজে, কোক্তগী তোন ফাওবা !

পুয়ানুনা খল্লি, মহাক মংসৎ তান্দবা য়াদে, মাগী ব্রাশক ঙাক্তবা য়াদে। মাবু ফাজিন্দুনা থম্বা কুইরে। নাম্বোক্লবা পাম্বেসু লৈতে। মহাক মথন্তনা... মৈদিংঙু নিংথেমগী চাউরবা লানবল, থুগায়রুবসু মতিক নত্তে। লানচিং পুরেল অমতসু ফাবা ঙমদ্রে । মসি, মহাক খঙলবনি। অরাইবা পাম্বেনা নিংথেমবু থেম্বা তাই, মহাক নিংথেমনুবী ওইদবা য়াদে। নিংথেমবু ফাবা তাই, মসিতনা মাগী অরোইবা পান্দল্লা ? নত্তে, থৌরাং অমসু লৈরি !

মহাক লৈমরেন্বী ওইনিংঙি। নিংথেমগী থৌজাল ফংলবদি, হেন্দোক্লা ওইবসু য়াই। খ্বাইদগী মতিক চাবীনি। অদুবু, মাগী মরাল কয়া লৈরি ।

মশাদা ফি মচেৎ অমতা থোংদ্রবী পুয়ানু—অদুমক লেপলি ! নোকফেৎনা অমুক হায়রকই—"ইনিংথৌ ! হাৎলোদনা, লীন অস্তৌবী ঐবু ! ককপীরো তাংজ লুরেল !"

ওন্থোকইদা, হে নুপা !

পুয়ানুগী ফজবীশিংনা নিংথেমবু সুমহৎখ্রে । পুমসুম হেক্তা সুমহৎখ্রে!

মখূৎতা পায়বা 'ব্রজসিং' (থাঙশাং) লৈমায়দা তাখ্রে !

মরম লৈ...!



নুমিৎ অদুগী নোংমা পানবা থাজগী মুৎসি মুৎসিবা মঙাল—লাইগুন্নবী নুপী অহুমনা ঙন্নিঙৈদা উখি। নুংথিলগী মতমদা, কুম অদুগী 'চৈথাবা', খোরিখুন চাওবা মায়চৌনা থৌনিপূংদা লেপ্লুনা অসুম্না লাউথোকলম্মী—

"কুমসিতি কুম ফকনিয়ে । নোংমা পানপা থাচ উরপতি, পূক্লিং চংনা থৌনিচৌ, পুন্সি নুংশাংকনিয়ে, নীংচপা থুংকনিয়ে । অহিং নোংয়াইচপুক্তা, মায়চৌ পুরেল, উলালোইকী লাইকৌলোন শকচৌতো... নচা ননাই কনচৌও, হি-য়াই ফংপনে । থব্রানমিচাক চঙপনে, থব্রায় মরু চঙকনিয়ে । মশেক মঙাল নাইকনিয়ে, খঙঙো ॥০॥"

লাইগুন্নবী নুপী অহুম অদু পুন্সি নুংশাংনা হিংনিংলি। মায়চৌগী য়াব্রাদা চেৎনা থাজজৈ। মচা মনাইশিংবু য়াইফহন্নিংঙি। অদুবু, থা য়েংনা য়েংনা মঙাল মুৎখিবনা হানখ্রে। মখোয়দি থৌনিহৌদ্রে। মপূক্লিংদা নীংজিং মাঙজিংনৈ। ঙশায়, ঙন্নিঙৈদগী নোংয়াই চবুক, মীচিক মীরাওখোল তাদবা মতম ঙাইদুনা লৈরকলি। মখোয় অহুমদি হান্নদগী 'উরালোই লাইকৌরোন' খঙজৈ। অরিবা লোন্দদি উরালোইবু 'উলালোই' হায়নৈ।

মায়চৌ পুরেল অদুনা মচা মনাই, মায়নৌশিংদা চীন্থাং লান্দুনা থম্বীরম্মী। লাইকৌরোন, লাইসুমলোন, লাইফারোন—অহুম অদুগী কান্নবা য়াম্না লৈ। নুপী অহুম্মক খঙই। নহালখৈসু অব্রায় অখুম তৌদুনা, অহিং য়ুথক খুদিংগী লাগ্না লাগ্না লাউনৈ ।

নুপী অমদি, উরালোইনা লাংদগী থাদোকলম্বা 'উরা কেকু' কৌবা লাইমু অদু তোংঙি হায়নরম্মী। মহাক্না, ঙাইহাক লৈতনা লাইমু অদু থাদোক থাজিন তৌদুনা শান্নে হায়দুনা থাজনৈ। চহী কয়াগী মমাঙদা, মহাক মশামক্না, 'লাই-লাংথাকফম'পঙ্কিদা মশামক্কী 'য়াইবীথোঙ' হাংলগা কৌশিনদুনা ফাখিবনি হায়নৈ । অসুক্কী মতিক থাজনৈ।

থাংজ নুমিৎ খুদিংগীসু মহাক্না লাই মচিঞাক হুন্নি। শজিবু নোংমা পানবগী অহিংদসু খোইয়ুম অসি 'ঈনৌ' পীথকপা তাই , ঈ চুপ্না তাই! মদুসু নুপীগী নত্রগা য়েনবী অমোমগী ঈ অশেংবা ! অরি-অনৌ শিন্নবা ওইনা, নৌনা মপাঙ্গল হাপচিন্দবা য়াদে। 'লাইতোংবী'

নত্রগা 'হিংচবী চংবী' নুপী অসি লৈবনা খ্বাই ময়ামগী অফবসু ওইহরি হায়দুনা থাজনরম্মী।

খণ্ডদে, নুপী অহম অদুনা করি তৌদৌরিবা ! ভাইহরি, মখোয় অহম ভাইহরি। অভিয়াদা অদুম য়েংঙি... মায়কৈ খুদিংদা কোইরে লৈদুনা অমুক য়েংঙি। মখুনিং অমুক কাওখৎলি। মখোয় অহম অদো, তোঙান তোঙনবা পূং অহমগী মতোম্দা লেপলি। অমদি (লাইতোংবী) চীংথক্তনি, খ্বাইদগী ব্রাংবা মতোন!

তানয়েশঙদগী পুংশিং য়ৈরকলে। য়ুথক খোঙচৎ নীংথিজনা খঙনরে। মপান লমগসু শম্নরে। খোঙচৎ পুং (ঘড়ী) লৈরে। মতম শোয়নদ্রে। য়েনখোং পুংগসু হায়ফেৎ চান্নবা ঙমলে। নুমিৎ অদুগী নোংমা পানবা থাজ—তনৌরবী পুয়ানুনা তশেং তশেংনা উজখি। খুরুমদুনা থৌনিজখি। মাগী নীংজবা অমদি থুংব্রে। অবোকরেম্বীনা তাকপীবা পোরম পোমিৎ, খোঙচৎ কাওলোন—মফম চানা, মতম চানা, মহাক্না পাঙথোকখি। মতুং তাবদি, মহাক করি ওইগ্নবা ...!

মৈদিংঙু নিংথেম খোরকলে—'লাংকাইফম' চীংনুংহুৎতগী। নুঙথোঙ থিংজিনপ্রে। মখূৎতা ঈ তৈরবা 'ব্রজসিং' (থাঙলেন) পায়রকই। মীরক তাল্লক য়েংলগা অৱাং পাংনা হাইগৎলকলে। য়াথোকপূং য়ৌরকই। মহাক মিহুন চেংগুম চেঙ্গানৈ। খোঙলৈ থুনা সঙ্গাই য়ুমজাও তম্না হায়জিনপ্রে। কনানসু মহাকপু উখিদ্রবা ! অরোনবা অহিংগী খোঙচৎনি। শজিবু নোংমা পানবগী ইরাংথৌনি, কু-অহমগী চিনকোই—মহাক্না মতৌ কমদৌনা পাঙথোকপ্রবা ? মহাক লাংদা থুরুই, লাং কাইথোকপ্রে। 'লাই' অমসু 'লাং'—মফম অসে মকোননি। হায়নবসু লৈ—মী খণ্ডদে, লাই খণ্ডদে, 'লাই-লাংথাকফম' অকোয়বদা লাং থাকলবদি ... থুদবা লৈতে।

মহৌশাদগী অসিগুম্বা চহী হৌবগী অহিংদা... উশিন তৌদবা য়াদে হায়বগী চৎনবীসু লৈ। মশীং অমা হেঙ্গৎপা তাই, চহী অমা হাপকৎপগুম ।

মিকুপ খরগী মতুংদা নিংথেমনা পুয়ানুবু করি হকপা চৈরাক পীব্রবা !

মৈদিংঙু নিংথেম সঙ্গাই য়ুমজাও মনুং চংখ্রে—সঙ্গাই থোঙজাও লোনশিনপ্রে!



অহিং নোংয়াই চবুক্তনি ।

"উরা ফোং-ফোং ! উরা ফোং-ফোং ! উরা ফোং-ফোং !"

লাইদিংকোই পূং মতোম্দগী নুপী অমগী য়াকলপ তৌবা খোঞ্জেলনা, য়াম্নসু হৌনা লাউরকই—"উরা ফোং-ফোং ! উরা ফোং-ফোং..!"

লৈকোইরেন অসিগী নোংপোক মৈরম পাংবদা লৈরিবা 'লানলুমথেন' কৌবা পনখৈগী চুথেক অসি য়েক্লবা লুমফম, হরানথোঙ লৈবা কোচিননি । মায়কৈ অসি তম্না লাউশিল্লি। নুপী অসিনা নিংথেমবু উপ্লব্রা ! চিংনদবা ঙমদে । য়েক্ল-তিংখংনা লাঙ্গোয় চল্লিবা লৈকোইরেন—লাইফায়োন অসিনা, অঙকপা কান্নবা কয়া ওইহল্লি ।

য়াক্লপ হৌরবা খোঞ্জেল, খোঙ্খাং য়ৈখি, খোঙ্খাং নেমথখি..."উরা ফোং-ফোং ...!"

'উরা ফোং-ফোং' হায়বা অসি—মায়চৌ পুরেল উরালোইগী লাইফারোন অমদি মীফারোনগী অহানবা লাইরানি । খোল্লাউ অসি তাবদা, লুমদুনা লৈবা য়েক্লবা লাম্মী খণ্ডদে, হয়ানবা খণ্ডদে...মশক উদ্রবসু হেক্তা চেনখিগনি । লাই অফবসু, ফত্তবসু, অদুমণাই ।

উরা লাউরিবী নুপী অসিগী মমিং 'উরাতোম্বী'সু কৌই । মমিং অতৈসু য়াম্না লৈ । চহী ৫০ গী মথকনি। মহাক অসি হনুবী কৌবা য়াদ্রি । মৌ অরিবী কৌবনা চুংশিন্নগদ্রা ? মশক য়ামা ফজরি, কুচু ভৌই । মরেপ বাংঙি ; মশা পাতকই । মতিক মণ্ডাল ফুদেংলি । নুপীসি ফিত্তৌ ইল্লি ; মকোক খুম্মী । নুমিৎ অদুদি লোইরং ফনেক ময়েক নাইবা শেৎলি । খ্বাংচেৎ মচি লাংঙি । মহাক্লা লানলুমথেন মায়কৈদা অদুম য়েংদুনা লৈ। মনা থাঙ্গৎতুনা তাই । নুপী অসি অতৈ কনা নত্তে, মমাসিজ লৈমাবীনি। মহাকপু কু-তোম্বী নৎত্রগা কু-লৈমা হায়নসু খণ্ডনৈ । মসিনা মাগী মিংতেননি ।

মিকুপ খরা চোম্থরগা ....

"উরা তেতু ! উরা তেতু ! উরা তেতু !"

লাংথাকপুং মতোন্দগী অতোপ্পা নুপী অমনা অৱায় অখুম তৌদুনা খুমলকই—"উরা তেতু ! উরা তেতু ...!"

নুংশিবা খোঞ্জেলনি, য়াম্না খোইথুম্নবা। হৌরপ তৌনা লাউজে । ঈশৈগুম তাম্বক নাই, চিংনা চিংনা লাউজে । নোংপোক মায়কৈদা, সঙ্গাই য়ুমজাও তম্না লাউশিল্লি । মেংলপ তৌবা খোঞ্জেল, খোম্থাং য়ৈখি, খোম্থাং নেমথখি—"উরা তেতু ! উরা তেতু..!"

অনিসুবী নুপী অসি থোৎ নৌজে । নুংশিবা খোনফম্না মশক তাকই । মশক ফজে । অহানবগী নুপী অসিগা চাংদম্নবা নোপ্তে । মাগী মমিং 'উরাহনবীসু' কৌই । মমিং অতৈসু য়াম্না লৈরি। চহী ৭০ গী মথকনি । মমায় খুঁইতক তৌরে ; খজিত্তং। কুচু পাল্লি । মশা খিংলি । মরেপ বাংঙি । ময়াং কংঙি । হনুবী ফজবী হায়বদুনি । মখ্বাং কোল্লি । চপ তিংনা লেপলি। উরৈরোম মচু শংবা ফিজোল থোল্লি—ফনেকসু, ইন্নফিসু । মাসু মকোক খুম্মী । খ্বাংচেৎ লাকই । নুপী অসি নুবেশঙলাকপীনি । কুহনবী হায়বসি মাগী মিংথোলনি, মিংতেননি। মহাক্কী মমায়, নোংপোক ওল্লি । সঙ্গাই য়ুমজাও অকোইবদা মীৎয়েং থম্মী, মুন্না মুন্না য়েংশিল্লি। য়েৎকী মনা থাংগৎতুনা তাই ।

খোম্থাং নেমথখি—ইৱায় ইনিল লৈত্রে ।

কাইনথংদা ...

"উরা কেকু ! উরা কেকু ! উরা কেকু !"

লাংথাকফম (লাই, লাংথাকফম) চীংদোন্দগী নুপীগী খোঞ্জেল অমনা হৌনা হৌনা লাউরকই—"উরা কেকু ! উরা কেকু !"

নুপা মখোল চংবা খোঞ্জেলনি । লুম্মী ; বো বো লাওরপ তৌই । ফাদোকই; খোল্লৈ খোন্দা নুংশিবা নত্তে । লৈকোইরেনগী নোংপোক চীংখৈগী চুথেক্তা লাউশিল্লি । 'থৌনিপুং থোঙজাও' তম্না । মহাক্তি লাউবগা লোয়ননা মখুৎসু খৎতুম্না লাউজে "উরা কেকু ! তোই তোই ! উরা কেকু ! তোই তোই ! "

মমৈথংদা লুমলপ তৌবা খোল্লাও ; খোল্লাং য়েখি , খোল্লাং নেমথখি—"উরা কেকু! উরা কেকু ...!"

অহুমসুবী নুপী অসি ইতোপ তোল্লী। মমিংনা 'উরেম্বী'সু কৌই । মমিং অতৈসু লৈরি। চহী ৭০ গী মথক্তনি । কুহনবীগা লোঙ্গানি। হনুবীনি । কুচু মুনং তৌই । মমায় খুইরপ তৌরে। শকখীবি নুপী অমদি নত্তে । য়েংবা য়ানা ফজরি । মতম অমদা 'কুচুমুবী ফজবী' হায়নরম্মী । মদুগী ফজবা মমি খরমখে লৈরি। সহুম চাওই, মশাগী ফিভম ফরি । তিক তিক লাওরি । মী ফুপ্লেনৈ, মশা নোইতক তৌই । মচীনবাল চাওই । মমীৎ কুৎলি, লাওবসু লাওই । 'মকুমীৎ' কৌবা য়াই । ফিমু শেৎলি ; ফিমু ইপ্লি । মকোক খুম্মী । নুপী অসিনা লোইখোমশঙ হঙবীনি। কুরেম্বী হায়বা অসি মাগী মিংথোলনি; মিং তেননি । মাগীদি শজিবু চৈরাওবা নুমিৎকী ওইনা, মথন্তা তৌগদবা খৌরমসু লৈরি। মদুনা কোনবা তাই । নুংতিগী লেপ্তুনা চথরিবা কু -অহুমগী অহিং লাইকৌরোন, লাইসুমলোন অমদি মীফারোন হান্না লোইশিন্দবা য়াদে ।

কুরেম্বীনা লৈরিবসি লৈকোইরেনগী মোইরাং লাইচিং চুথেক ভমখৈনি । নুংতিগী ওইনা মভোন্দগী অমুক হৌরগা লাউখৎলকই । ভসিসু মদুমক...

"উরা চং-চং ! উরা চং-চং...!"

কুরেম্বীনা মখারোমদগী লৈজবীদুনা লাউরকই—" উরা চং-চং ! উরা চং-চং ! "

"উরা তংতু ! উরা তংতু !"

কৌব্রু লাইচিংগী খুন্দোন্দা লেপলিবী কুতোম্বীনা মনা থাংগৎতুনা অরগা খুমলকই—"উরা তংতু ! উরা তংতু !"

"উরা তু তু ! উরা তু তু !"

সঙ্গাই য়ুম্ফম ওন্দুনা ময়াইদা লেপলিবী কুহনবীনা, অরোইবা ওইনা খুম্মী—"উরা তু তু ! উরা তু তু !"

নিংথেমনুবী কু-অহুম অসিগী লাইকৌরোন, লাইথেমলোন, লাইফারোন অমদি মীসুমলোন... ফনা কুইনা খোল্লাং য়েদুনা লৈখি। মমৈথংদা, অসুম নেমখি, অসুম নেমথখি, পুমচিক চীকখ্রে । মীচিক মীরাওখোল তাখিদ্রে । 'উরা লাউবা' লেপখ্রে ।

মখোয় অহুমগী লাইরোন অসিবু 'উরা-লাউবা' নৎত্রগা 'কু-লাউবা', হায়না খঙনৈ। মী অয়াম্বনা, মসিগী নুংলোন খঙনদে । উরা লাউপ্রবদি, কনাসু মপান থোক্লদ্রে । তঙাইফদবা অদুনা তোঙানবা ৱানি । লৈকোইরেন অসিগী খোঙমী, লাম্মী অমদি ভাকলোয় কয়া লৈজে । মাগী মাগী মখৌ, অহিং নুংথিল চেকশিন্না তৌজে । অদুবু, অহিং অহিংদি কু-অহুম নত্রগা উ-অহুম অসিনা ভাকই হায়বসু য়াই । মীৎকপ থোকপা খুদিংগী হৌগৎলি, লাপ্না-লাপ্না লাউনৈ, খুমনৈ । কু-অহুম অসি লৈবনা মচা মশু, মনাই মশল নুংঙাইনা লৈবসু ওম্বনি । উরালোই লাইৱাদা মখোয়না থাজে। মায়চৌ পুরেল উরালোই হায়বা অসি নীংশিংবা থোক্লবা মতমদা লৈরম্বনি হায়দুনা থাজনৈ ।

উরালোই লাইৱা অসিগী তোঙান তোঙানবা ৱাহম্ভোক লৈ। নুংগী অমা, মপানগী

অমা । মসিগী পৌরগ্না ব্রাহ্মোত্তি—' লৈনুংদা উরাগুম্না শকাউদনা কোইবা তীম্মু খোইয়ু ফত্তবা, মী ফত্তবা, য়েক্লা তিংখং, হরান চীক্ষি লৈররোই, তং তারে, নুংঙাইনা খোমলেন তুমখুন তাল্লো হায়বগী চেকশিন লাইরানি' । উরা কোং কোং হায়বনা উরাগুম লোৎপদু উরে হায়বনি। লৈনুংলোনগী লুরবা লারে লাথুপ অমসু লৈরি । উরা কেকু হায়বনা উরাগুমনা কেকু লোৎলু হায়বনি।

কুহনবী অমসুং কুতোম্বী—মাগী মাগী সঙ্গাই মনুং চংগ্রে । কুরেম্বী মথন্তা মাগী লৈফমদা লেপ্পুনা লৈরি । খঙদে, করি অমুক ব্রাৎলিবা ....?



কুরেম্বীনা মায়কৈ খুদিংমক্তা কোয়রে লৈদুনা য়েংলকই । মী-পোং খঙহন, উহনবা য়াদবা থৌরম অমা লৈরি। মাগী তোঙানবা থৌনিরোল—কুহনবীদি হায়ফেৎ খঙই । কুতোম্বীদি মনুং য়ৌনা খঙদে ।

ফিমু শেৎপী কুরেম্বী মায়থোং ফিরুক খুমজিনগ্রে ; মখদাং য়ৌনা চিংথজে । থৌনিরোলগী পোৎলম সুনা য়াওরবা য়াংকোক চাউতকপা অমগী মনাক্তা নীংগ্রাং ফমথগ্রে । মমায় নোংপোক ওল্লি । তাইরেন মনা ঈশিং লুপ্পী ; পোৎলমশিং অদুদা খিক-খিত্তুনা শেংদোকই—

য়াংকোক ময়াইদা য়েনবী অমুবী অচৌবী অমা মখোঙ পুল্লগা লোংনা থম্মী । অকোইবদা মনা মশিং, য়েরুম, চেঙ-হব্রায়, লাংথ্রে মতোন ৭, খুদুপ শাংবা লুবাং তৌ ৭ হুপ মতোন ৭, চুমলাং পরেং অথোনবা, লৈ মচু মচু, হামুক, য়াইঙং, চদোন মকুপ, ঙাফা ঈল মচেৎ, শাই তিংখং খুদুপ শাংবা ৬, খোইজু লৈখাম অসিনচিংবা লা লাতোন ৭ ।

কুরেম্বী মখূড লৈতানা ফম্মী । মখূৎ অনীনা চরে ফিগাও শাদুনা নোংথক্তা য়েংখৎতুনা থৌনিজে—" চীংঙু ইপা সলাইলেন ! নদাইরেন 'উরা তোংবী' না খুরুমজরি ! কুমসি কুমজাগী অরিবনা খাদ-থং, অনৌবা চহীনা হেকমায় কারকপা, ঙসি ঈনুংয়াই অসিদা, কৎচরিবা অনৌ অপেন, চিংঙু নঙনা লৌবীয়ু । নত্তিক থৌনা পীনবিয়ু ! লৈকোইরেন লৈমাবা, লৈমাবী, ইচা ইশু, ইনাই, ইশল পুম্নমকপু কুবীয়ু ! য়াইফ থৌজাল পীবিয়ু । পুন্সি নুংশাংহনবীয়ু ! শীংতেক - শীংথাবা য়াওহনবীগনু । তীম্মু ফত্তবা, লাইমু ফত্তবা, ননাই কুরেম্বী তাইনজগে ।

হে গোকলেন পোকপা অপোকপা ! লৌবীয়ুদো সলাইলেন ! নখুয়াদা কৎচরি । ইকোক নোন্না খুরুমজে ! "

কুরেম্বীনা মরাইবক লৈমায় শোক্লা খুরুমজে । হৌগৎলে, নীংগ্রাংনা অমুক ফমলে । চদোন, হামুক, য়াইঙং তোৎশিন্নে । লাতেন মরিদা ভেম্পাক লৈতুম মরিগা কোন্নদুনা অতোৎপা অদু হাপলগা য়োমশিল্লি। লংহিং থৌরীনা কারন ল্লাকই । কোমতক পুল্লি। খয়োম শেম্মী ।

কুরেম্বী লেপখৎলে । চীংখৈ ওন্দুনা ময়োম অমা লংথদুনা হায়জে—"লাল্লুম্বা, তুরুম্বা, শাথোকপী লমকেৎপী, লুথুম্বী ব্রারুম্বী ! লম্মাবা তুমাবা, লমশেনবা তুশেনবা, হনু কোকচাও, হনু লৈখম, শরোই ঙারোই পুম্নমক ! নদাইরেন উরা লোইবীনা খুরুমজে ! ইচা, ইমৌ, ইশু,

ইনাই ইশল লৈরিবা পুম্বু মুনা খানা য়েংবীগনু । কুমসি কুমজাগী য়েনমৌ (য়েম্মৌনবা) লুকোই অপনে । হাওরে খা পাংনা হাথেরো... সি ! সা ! সি ! উরে, উরে, উরা, ফোং ফোং! তেতু তেতু তেতু, কে কে কে ! কু কু কু ! খা ! চেম্বরো, চেম্বরো ...হাথে, হাথে, হাথে !"

মহাক্না লাইরোন অসিমক শোন-শোন্দুনা লেমহৌরিবা ময়োম অহুম অমনা কৌব্রু লাইচিদা, অমনা মৈরমদা লংখ্রে, অরোইবা ময়োম অদুনা, মোইরাং লাইচি; লাই লাংথাকফম কোচিন তম্না চীংখাদা লংথখি ।

মসিগী মথংদা অহুমসুবা থৌনিরোল, কুরেম্বীনা থৌরাংজে । মহাক নীংগ্রানা ফমখে । মমায় সম্ভোং ওল্লি । য়াংকোকুন্দা লেমহৌরিবা পোৎলমশিং লাতোন অহুম থারগা লৈমায়দা থাংথরে; মফম চানা থম্মী । থাংজৌ পায়দুনা লৈবাক তৌথোকই । শাই তিংখং মঙা অদু 'পল লান্দবী' (XX) মওংদা ফুমজিনলে । অকোইবদা লুরাং তৌ ৭ না কোইশিন্দুনা য়ুংঙি। মনুংদা চেং-চাক; য়েনবী থমলে, ঙাফা ঈল মচেৎ অদুনা তৌখোঙ ৭ কুপশিনখ্রে।

কুরেম্বী হৌগৎলকলে । মমীৎ চেজেৎ উইশিনখ্রে । মখূৎ লোন্নদুনা খুরুমজে । মুরুম মুরুম শোল্লি, মচীন উমশিল্লি; অচৌবা মচীনবাল অনী তুমথোকই ; মখুন মচা মনুংদগী নিংসা শান্নরকই—"উ উ উ.. ল ল ল.. উ উ উ .. র র র .. উরা, উরা, উরা ! কে কে কে..কু কু কু উরা কেকু, উরা কেকু, উরা কেকু ! নপু উরালোইগী চিনকোইনে, ঐনা হায়বা নত্তেদো ! লৈনুংদা উরা লোৎপগুম, নহনফমদা হুঞ্জিল্লো, নতেনফমদা তেশিল্লো... তে তে তেতু ! তংতু তংতু ! ননাই তাল্লোয় উরেম্বী, য়াইবীথোঙ হাংলগে । কুমসি কুমগী ঈনৌনা, উরাবা পাঙ্গল হাপলগে । ইচা, ইনাই লৈমশিং ! মুনা খানা য়েংবীনু ... !"

কুরেম্বী, মশম মনা ইফা ফানা থাদোকই । মশাদা থোংলিবা ফিমু পুম্নমক লৌথোকখ্রে, লৈমায়দা থমখ্রে । মশাদা ফি মচেৎ অমতা থোংখিদ্রে.. খঙহৌদনা মশা নীকপা হৌরকলে । অঙাওবী ওল্লকই । মশানা মশাবু খঙজদে । ঙাফা ঈলনা কুপলিবা য়েনবী অমুবী (অমোম ) অদু লৌখৎলি। মঙক লৈথৎলি... 'ক্রেক' খোংবগা লোইখ্রে। ঈ অহিংবা অদু চাওরবা মচীনবালনা চুরুপ চুরুপ ... লৈজবী থাদুনা চুম্নী, চিংঙি। থোৎ থোৎ লাওরবা তোংশা য়াওনা গ্রোক গ্রোক শাইদৎলগা অমুক চুম্নী। ফনা কুইনা চুম্নী। মমৈথংদা ঈ কংলবা য়েনবী অশিবা অদু চীংখাদা লাপুক লংথখ্রে। ঙসিসু, কনা অমতা উখিদ্রে!

কুরেম্বী মখোল ওল্লকই, নুপীগী নুংশিবা খোঞ্জেল অমা মচীন্দগী খঙহৌদনা থোরকই—"ঈনৌ শিল্লে উরাবা ! পেল্লব্রা, লোয়য়ুম্না !"

মহাক্কী মচীনবাল অদুমক্তগী নুপাগী মখোল অমা, নুংদগী থোরকপদৌনা ঙাংজে—"পেনব্রিদা উরেম্বী ! অনোই কুম্মে য়েংনিংঙে।"

উরেম্বী (কুরেম্বীগী নুংলোন মিংখে) নোকমি নোকমি তৌই। হেক থংনবা মিকুপ্তা 'থনিক জগোয়', 'নীংখপ জগোয়' শা-শাদুনা তুম্মিন-তুম্মিন ঈশে ওই, চোইরোল লোঞ্জে—"উরা কেকু ! উরা কেকু ! উরা কেকু ! উরাবা নঙনা লোৎপনা, উরেম্বী ঐসু নুপানি, ঙসি অহিং মমৈদা, তনৌরবী তথোৎপী, ঈশেংবী লৈশাদো... য়ৈ য়ৈ য়ৈ য়ৈগেদো... ঐনা হায়বা নত্তেদো। উরাবগী চিনকোইনি... ঈ চুপকে, ঈ থক্কে !"

ঙাইহাক লৈরগা, কুরেম্বী লোংনা লৈমায়দা হিপথখ্রে। মমীৎ উইশিনখ্রে। মচীন্দা লাইরোন লোল্লি—"উ উ উ উ...চং চং চং...অংতু অংতু অংতু... তু তু তু!"

মফম ইখঙ খঙহৌদনা, শাফুক কল্লবা নোংলৈ নুংশিৎ শিংলকই। উরু উরু লৈশিনবা নুংশিৎ য়াওই। কুরেম্বীনা য়াইবীখোঙদা য়েহল্লি। ইংনা চিক্লা পোখাজে। নিংসা হোন্দোকই। লোংনা ফুক হৌগৎলি। মহাক লৌশিং খরা লাকই। তারেল মনা ঈশিং লুপ্পগা খিকচৈ। মফি মরোল শেংচিল্লি।

অহিংগী য়ুথক অমনা লানখ্রে। মহাক্লা খঙহৌদনা অমুক লাউরকই—"উরা কেকু! উরা কেকু! উরা কেকু!"

কুতোম্বীনা লাপ্পা খুমলকই—"উরা তংতু! উরা তংতু! উরা তংতু!"

কুহনবীনা ওক্তুনা লাউরকই—"উরা তু তু! উরা তু তু! উরা তু তু!"

কু-অহুমগী খোম্থাং খোল্লাউ নেমথখি।

কুরেম্বী চীংথক্তগী কুমথরকলে। 'লাংকাইফম' চীংমায় তম্না লাকলে। চীংখোঙগী নুঙখোঙ ঈম্থোকই, মনুং চংশিনখ্রে। খোঙ অদু অমুক ঙাকশিল্লম্মী। লৈনুংশঙ মনুংদা অসুম চংশিনখি... অসুম চংশিনখি।

"পুয়া!"

কুরেম্বীনা কোইকৌ কৌরকই—"পুয়ানু! ইবেনগী পুয়ানু...!"

লৈনুংশঙদগী খোম্থাংনা হন্দোরকই—"পুয়া! পুয়ানু... ইবেনগী পুয়ানু...!"

কদায়... পাইসোলাগী মমোমলোই? নিংথেমগী থাঙলেন্না পুয়ানুগী লুরেল ককলগা ব্রজসিংবু ঈনৌ পীথকপা ঙমখিদ্রবা!

কুরেম্বীনা হৌরপ অমুকসু লাউখি—"উরা কেকু! উরা ফোং ফোং! উরা কেকু...!"

লৈনুংশঙদগী পুয়ানু খুমলকখিদ্রে।



নুয়াম শাফবী পুয়ানু নোকফেৎনৈ।

লৈনুংশঙদা নিংথেম পুয়ানু উন্নখিবা অহানবা অহিং—মহাক নীংশিংলি।অকি তুজুংলবা থৌদোক্কী অহিং অমসু ওইখি। পুয়ানুগী ফিনুং ফজবীশিংনা সুমহৎপ্রবা নিংথেম শিশক—মশানা মশাবু কাউজখি। মপূক্লিং লাকশিনবা ঙমখিদ্রে। করম্মসু ঙমলুগনি? অশাম নুংশি অমদি ময়াই কাবগী মৈহৌরিবা নহানি। অদুগীসু মথক্তা, ঈকাই থিরবী নুপী অমনা ঈকাইখঙদবী ওন্দুনা কংলরবা নুংশি খুদোল... নিংথেমনা লৌশিনদবা য়ারিব্রা? নিংথেমনা মাগী অরোংপী নুয়াম শাফবী পুয়ানুবু শেংদোকপীরগে হায়দুনা খল্লকলে।

নিংথেম নকশিল্লকই, অসুম নকশিন্নখি, মিকুপ খরগী মতুংদা নিংথেম অমসুং পুয়ানু অমতা ওইখ্রে! শোক্লা শম্নবা য়াদবী পুয়ানু—লাইনিংথৌ সনামহিনা পুমশেং শেংদোকপীখ্রে!

লৈমরেনশিংদা চনখ্রে। মৈ ইকথোকলবা সনা ওনখ্রে, পুয়ানু! চহী কয়া ঙাইজরকলবী পুয়ানু, পুমপেন পেঙ্খি। নিংথেমবু চেজেৎ কোনশিন্দুনা থমজখি ! মায়থোং অনী মায়য়োকনৈ। মমীৎ মরি মীৎচানৈ, নোকমি নোকমি, চিবোননৈ। পাইমা পূক্লিং লুমদিননৈ।

পুয়ানুনা লোংখৎলগা হক্সৎচৈ—"ইনিংথৌ ! ননাই হাওনুবীবু সঙ্গাই য়ুমজাওদা নুমিৎ মঙানিদৎ নুংশি থৌগল ফংহনবীয়ু !"

"নুমিৎ মঙানিদৎ ?" নিংথেমনা হংঙি।

"সুগ্রতংগী নুমিৎ মঙানিদৎ!" পুয়ানুনা হায়রকই—"সঙ্গাই য়ুমজাওদা নুমিৎ মঙানি লেকত্রবদি নিংথৌগী ভূশীং চনদে হায়না তাজে।"

নিংথেম পিশক্লা নোংশিল্লকই—"মফম অসিসু নিংথৌগী সঙ্গাই য়ুমজাও ওইবা য়াই। য়াদ্রনে পুয়ানু ?"

"অদু ওইরসু, অশেংবা সঙ্গাই য়ুমজাওদা।" পুয়ানুনা ওইনজে।

"নঙদি লৈনুং নিংথেমনুবীনি !" মায়থোং উপথরিবা নিংথেমনা নোকমি নোকমি তৌদুনা হায়রকই—"লৈনুংদা অসুম লৈয়ু, উরা কেকু শান্নসি, নঙদি ফোঙবা য়াদবীনি।"

পুয়ানুনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"ঐদিনে... সঙ্গাই য়ুমজাওগী খুয়া ফমজাও মখাদা হেক্তা ফাওগৎচরক্কনিকো।"

"নঙদি কমদৌনা লৈনুং কুফা খঙই ?" নিংথেম্মা ঙক্লুনা হংঙি।

"খঙই, ঐ লোইনা খঙই। চংফমসু খঙই, থোকফমসু।"

"ফরে, মরক, মরক্তা হেক ফাওগৎলকউ।" নিংথেম্মা অয়াবা পীবকই।

"শ্রীযুৎকী চিনকোই অদুমক ঙাকচগে।" পুয়ানুনা খুম্মী।

"ঙসিগী ওইনদি চৎলগে।"

"লেঙবীবসি... উরা লাউবকলগনি।"

ফমুংদগী নিংথেম হৌগৎখ্রে। মফি মরোল তাশিন খোমজিল্লে। পুয়ানুদি হৌগৎতে। চেপলপ তৌনা হিপলগা মশাবী নিংথৌবু য়েংদুনা লৈজে। নিংথেমসু ফম্মাংদা লেপলগা পুয়ানুবু য়েংনা য়েংনা লৈমায়দগী 'ব্রজসিং' খুজ্ঞৎকে তৌই, মশা নোঙ্খি। মফম খঙহৌদনা ফিমু শেৎপী, মখূৎত থাঙপাক পায়বী নুপী অমা চেনশিল্লকই। নিংথেমদি উদে। পুয়ানু উই। মহাক ফমুংদগী যুক হৌগৎলকই। অফিং অফাই ওইনা লাউরকই—"শ্রীযুৎ! লীন অমুবী! লীন অমুবী!"

হেক থংনবা মিকুপ্তা পুয়ানুনা নিংথেমবু লাক্লুনা ইল্লোকই। নুপী অদুনা হায়থরকপা থাঙ ময়া—অহানবদা শাক্লু য়াম্না কল্লব্বনি। অদুবু পান্দমফম শোয়খ্রে। ফমুং কাঙখোনগী ময়াইদা থাঙপাক ময়ানা য়াল্লখ্রে।

নিংথেম পিশক্লা লৈমায়দা তারিবা মপাবুংগী মতিক ময়াই লৈবা ব্রজসিং খুজ্ঞৎলি, য়ামা খোঙলৈ থুনা ফিমু শেৎপী নুপী অদুগী মঙক ককতুনা লুরেল লৌখ্রে। লুরেল কেনখ্রে। মশাসু লৈমায়দা উপথদুনা তাখ্রে। লৈমায়দা ঈখেং ব্রা ব্রা হাথরকই। মথাব্রায়দি লৈরিবা হকচাং অদু

লৈমায়দা ফিদিং ফিদিং চোংদুনা লৈখ্রে। নিংথেম পীশক্লা নীংশিংলকই—কু-অহৃমগী চিনকোই! থোইদোক্লা মমাসিজগী য়াব্রা, নিংথেমগী নাকোংদা নীন্দুনা লৈররে—

"...খোয়ুম ফত্তবী ওইরবদি ব্রজসিংবু ঈনৌ পীথকউ...!"

পীথকলেদনা ! ঈনৌ পীথকলে। কু-অহৃমগী য়াথং অমতা কায়দনা ইল্লেদনা। লীন অঙৌবীসু হাৎত্রে! মশীংসু অমসু হেঙ্গৎলে। লীন অমুবীসু হাৎলেদনা!

"পুয়ানু, কনানো নুপী অসি ?" নিংথেম পীশক্লা হংঙি।

পুয়ানুনা খুম্মী—"পালহৈবী ! ঐগী উশিন ওইখ্রেদো । অঙকপনি ! ঐগী লাইবক !"

"পালহৈবী ! মমিংদি তাখ্রে। কনাগী মীনো হায়বনি ?" নিংথেম্না হংঙি

"তাংবল লালহৌবী ! সোনোসু চুবীনি। অহিং শাথোকপী !"

"নিংথেম কনাগীদমক ?" নিংথেম পীশক্লা হংঙি।

"ইতোনসি নুংলেনখোম্বগী অরোন-নাইনি হায়, অবোকরেম্বীনা।" পুয়ানুনা শমথদুনা হায়রকই—"ব্রাখল চোয়দুনা ঙাওচংনরবীনি। কনাসু মাবু থৌশানদে, অদুম থাদোকপনি, ময়ামগী ফাগী তৌফমনি। নারোন্দা চংলকপা ওইরিনি।"

নিংথেম পীশক্লা হায়রকই—"ঙাওশিন্নরগা নিংথেম পিশকপু হাৎনবা তেমশিংনরিবা! মহাক অসিরা, লীন অমুবী খোয়ুম ফত্তবী ?"

"ওইরম্বা য়াই, ননাইনুবী ঐবুসু পালহৈবীনা হাৎকনি হায়দুনা কিহনখি।"

"অদুবু, ফংলেদনা রাজদণ্ডি ! কোনুং মীহাৎ !"

"নিংথৌ শেম্বীদি মঙক কেনবা তাবনি।" পুয়ানুনা খুম্মী।

"ফরে, ঐ চৎলগে।" নিংথেম পিশক্লা হায়রকই—"কিরুনু ! নহাক লোইখোমশঙদা চৎখ্রো... কোনুং হায়বা অসিদি মীহাৎ মীপুন, য়েক্ল-তিংখং, শা-লান তোইখ্রপোৎনি।"

"খঙজে, ইনিংথৌ !" পুয়ানুনা খুম্মী।

নিংথেম পিশক্লা হায়রকই—"অদুগনে, পুয়া ! অবোকরেম্বীদা মাগী লীন অমুবী হাৎলে, লৈনুংদা ফুমখ্রো হায়য়ু। অদো, লীন অঙৌবীদি হাৎত্রেদো...! ফংলত্রা নঙগী মংসৎ ?"

পুয়ানুনা মতীং লৈনা খুম্মী—"ইনিংথৌ ! মুংনবী মচা, ননাই হাওনুবীনা লাইনিংথৌবুসু মাঙথোকলেদনা... মসিসু মংসৎ অমনি !"

নিংথেমনা হায়রকই—"হৈদকো নুয়াম শাফবী পুয়ানু ! ফরে চৎলেকো, ইশানৌ !"

"ননাই থিন্দোকচগে।" পুয়ানুনা হঙ্গৎচৈ ।

"লৈহৌরো, লৈহৌরো।" নিংথেম হায়রকই ।

নিংথেম মপান থোকখ্রে। ঈ তৈরবা থাঙশাং মখূৎতা পায়রগা লৈনুংশঙগী মমাঙ লম্বীদা খোঙশানবা হৌখ্রে। মখূৎ ওয়না মৈবা পায়। পুয়ানুনা মতুং-ইন্নজে।

"ইনিংথৌ ! কৈদৌঙৈ অমুক...?"

নিংথেমনা নোকমি নোকমি তৌদুনা লাউরম্মী—"হে অপঙবী ! নঙবু লৈনুং কুফাগী লম্বী খঙই হায়বদাই!"

"ননাই ফাওগৎচরক্কে...।" পুয়ানু নোকফেৎনৈ ।

নিংথেম শিশক্না ফাগী তৌবা ওইনা পাউমেল্লম্মী—"অদুবুনে, মনা মনিল নাইবা য়াদেকো। খুৎকাম্মী কাপ্পুনা খুদম পীরকউ, ঐসে লৈমা ৭ গী নিংথেমনি। নুমিৎপু কোন্নদে, পুয়ানু ! অদুগীসু মথক্তা অঙোম চনুদি ইমিনিদো !"

পুয়ানু শাউদে। মাদি লৈনুং নিংথেমনুবীনি। ফোঙনা থৌগল ফংবসু য়াদ্রবীনি। মাদি মুংনবী মচানি! নোকমি নোকমি খুম্মী—"শ্রীযুৎ ! নিপালসুবা নুমিৎতা ননাইগী ওইজগে !"

"নিপালসুবা নুমিৎ হায়বদি ?" নিংথেম্না ঙকুনা হংঙি ।

"শ্রীযুৎনা খঙলরোই, কোন্না হায়জগে।" পুয়ানুনা অসি হায়রগা মখা শমথদুনা হায়রকই—"অঙোম চনুদো খম্বল য়াম্না চাওই। শ্রীযুৎপু মনাও ইবেম্মা ৬ কী শরুকসু য়াওই হায়বা খঙশিন্নদে, মহাক্না তাল্লোয় হঞ্জবীনি হায়দুনা সঙ্গাই য়ুমজাওদা অদুম নৈশিন্দুনা লৈরবদি মনাও ইবেম্মা অতৈদি করি ওইরকপা য়াই... লমলক লুথুম্বী নত্রগা কোনুং লুথুম্বী !"

নিংথেমনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"চুম্মীনে, পুয়া! নঙসে নকোক লৈনে। লৈমরেন কৈফাবী মিংথোলদো অদুম ফংজরো !"

"লৈনুংদা অসুম ?"

"কোন্না ফোঙবীগে।"

"কৈদৌঙে ?"

"ইমাসিজ লৈমাবী থুপশ্রবা মতুংদা !"

"ঙাইজগে ইনিংথৌ !"

নিংথেমনা হায়রকই—"অদো পুয়া ! অমবু ওইরবসু লৈমা অহলদি নঙনিদো।"

"তাকপীসি, ইনিংথৌ !" পুয়ানুনা খুম্মী।

"লৈমশিংগী থৌগল পথাপ কমদৌসিগে ?" নিংথেমনা হংলকই।

"অঙোম চনুবু অপাম্বী শঙলেন্দা অদুম লৈহল্লবদি অমসু অমসু কাইরোইদ্র খঞ্জে।"

"অদুদা, ঐমক্না অহিংদা চৎপদি ?"

"পাচা য়ায়েনবীশিং উহনবীরক্নু।"

"হোয়দা, মফম মতমগী মতুংইন্না চৎনবী হোংদোকপা তাই। নিংথৌনা ঙম্মী।"

"অচুম্বনি, ইনিংথৌ ! হোংদোক হোংজিন কয়া তৌখি।"

নিংথেম শিশক্না অমুক হায়রকই—"নঙনা মনুংদা ফনবা শিঙৌ। মীবা মীশাদি অহনগনু। ঐ চৎলেকো, ইশানৌ !"

"লেঙবীরসি, ইনিংথৌ ! ননাইনা খুরমজরি !"

পুয়ানুনা নিংথেম খুরুমজে। নিংথেমনা চিংখৎপীরগা পুয়ানুগী লাইবক্তা নুংশিনা চুম্নীরম্মী। অদুগা অমুক চৎপা হৌগ্রে।

নিংথেম চৎগ্রে।

পুয়ানুনা মশাবী নিংথৌবু য়েংদুনা লৈহৌই। নুংদা মথন্তা তকসি শোইজে—

("তস ! কমদৌই ? নিংথেমগী ব্রজসিংনা ঐগী তাংজ লুরেল ককপা ভমখিদ্রেদে। ঐনা নুংশি লান ভমলেদনা। হৌজিক্তি ঐহাকসু নিংথেমনুবী ওইরেদে, নিংথেমসু খেন্না ভপ্পী নিংথেমনুবী ! লৈনুং কুফাদা চৎলগে, সঙ্গাই য়ুমজাওদা নুমিৎ তরেৎনিদি লৈখিগে, খুয়া ফমজাও মখাদা ফাওগৎকে।

মথৎদি, অপাম্বী শঙলেন্দা তম্নবা হৌরগে। পালহৈবী অমুক শারগে। খম্নলচাওবী অঙোম চনুগী লীচৎ চুমথোকপীরমগে। অদুগা ঐহাক চৎখ্রগে। হয় ! পাচা লোয়শঙদা অমুক্তংদি কারমখিগে। ঐহাক পুয়ানুনি ! চাশাৎ চীংগী পুয়ানুনি হায়বদো মীপুম তিংনা খঙহল্লমখিগে। কল্লক-পেন্না লাউরমখিগে !")

লাইদিংকোই সঙ্গাইগী মিহুৎথোঙদা নোংদোল থাজ য়েংনা য়েংনা লেপলিবী পুয়ানু—খোইরুম মোমোননৈ। মাগী পুক্নিগী অহানবা অহিং ! মচু শঙলবা লৈনুংশঙগী অহানবা অহিং ! পুয়ানু পেঙ্খি।

হৌজিক্তি মমৈ মকোক শমজিল্লে।

পুয়ানুনা মাগী অনৌবা থৌরাং অসিগী পান্দম মখাদা থাথোক থৌদোক কয়া থোকহন্নবা হোৎনরকখি। মহৈ য়ানখি। লফোইনু, লৈহাওবী, শংনু-তংনু—মাগী তেংবাংবী ভাকনি। মরুমদা লোইখোমশঙ হঞ্জবী লৈখিবনি। অদুনবু ঙমলিবনি। মরক অদুদা হৈশিংবী লোংজম চনুগী চিংচেপ !

মসি ঙাকনি কোনুংগী মনুংগী কুম্মৈ ! অদুবু, পুয়ানুনা লৈনুংশঙগী থৌদোক অদু লোংজম চনুদা লীথোকখিদে। পাচা লোয়শঙ কানবা অমদি মাগী উরা কেকু ফোঙদোককে খনখি। মতুংদা, পুয়ানুনা করি অমুক তৌগদৌরিবা ? কমদৌনা করি মংসৎ অমসু তানগে খল্লিগবা ? লৈরমগনি, মাগী অরোইবা থৌরাং অমা। ভাইবা তাই ঐখোয়সু, হয়েংগী অনৌবা অমুক। য়েংবা তাই, নুয়াম শাফবী পুয়ানুগী অরোইবা কুম্মৈ !

পুয়ানু তুম্না য়াগ্রি। নোং ভানবা ভাইরি।



ঙসিসু অমুক...

পুয়ানুগী থায়েল মখা চৎথরি। হান্নগী ফমফম অদুমক—হোৎদোক হোৎজিন লৈতে। পুয়ানুগী লেপফমসু। মহাক অসি নিংথেম পিশক্কী লৈনুং নিংথেমনুবী অমনি হায়বা অয়াক্পনা চিংনবা পোকলে। তংতু (তশেংবা, থাজশেংবা) ওইরবনি। মাগী থায়েলদি লোইখ্রি। মরাজ

য়াম্না লৈরি। খ্বাইদগী চাউরবা মরাল অমা! চহী মঙা চুপ্না লোংতুনা থমলকখি। মসি 'কু-অহূম' খঙই। ফমনাইবী খরসু খঙই। নহালমখে মচীন মেনখিবনি।

ফম্বাল তোংবী খনবগী হিদান্নরিবী লৈমা নিংথেমনুবী অহূম (অঙোম চনু, চোংথা অহল অমদি পুয়ানু) অসিগী মরক্তগী কনাবু লৈমরেম্বী হাপতৌরিবা? অরুবা পাউখুম অমসু ওইরি। পাচা বায়েলগী অরোইবা বারেপ্পা লেপ্লবা য়াই। মসিসু খৌরাংনা ঙাইনরি। থোইদোকা, অঙোম চনু অমদি চোংথা অহল লৈতঅফম খঙদে। মবানী য়েক্রবদি ওইদে। মথং মনাও ফম্মিন্নে। য়াম্না নুংশিনজে। মরক্তা অরুবা শিংচেপ অমা! পাইসোলাগী মচানুপী পুয়ানু! মহাক্তি করি খল্লিগবা? মাগী অরোইবা পান্দম করিনো? কনাসু হায়বা ঙমদে। কু-অহূমগী অপাম্বসু চুংশিন্নদ্রি। ফমনাইবীশিংসু মাগী মাগী অপাম্বা ফোংদোক্লদ্রি। অম্লোয় হঙবীনা নত্রগা কোনুং কাবা হানবীনা লৈমরেম্বী ওইদবা য়াদে হায়বগী বারেপ লৈতে। মতা চারবদি হৈশিংলবী লোংজম চনুনা মুনখিবা য়াবগী থাজবসু লৈ। মহাক্তি 'কু-অহূম' খম্বীনি।

মসিনা মসি ওইরে। ঙসিদি পুয়ানু শোয়দনা বা ঙাংলগনি খল্লে। ঙাংথোকপসু য়ারে। কু-অহূমগী লাইরোন অহূম (উরা কেকু, উরা তেতু, উরা তংতু) লোংজম চনু লংদাইবীনা 'উরা ফোং ফোং' লাউথোকখ্রে। পুয়ানুবু মশক তাকখ্রে। উরালোই লাইকৌরোনগী নুংলোনসু অয়াম্বা খঙনরে। লুরিবদি, পুয়ানুবু মৈদিংঙু নিংথেম পিশক্কী তাম্লোয় হঙবী অমনি হায়দুনা মশক খঙবীরগদ্রা?

কনাসু হায়বা ঙমদ্রি।

লৈমা নিপাল অসিগী মনুংদা খ্বাইদগী মতিক মঙাল নাইবীদি পুয়ানুনি। ঈচং থৌবদসু, মশক ফজবদসু, চংখোনবদসু। অদুবু, মাগী অচৌবা মরাল অমা লৈরি। মরাল অদু, অচুম্বা চংলবী, ফজবা অরুবতবু পামজরবী মনেমসিজনা নমশিন্দুনা থম্বা ঙমগদ্রা?

ঙমগনি! মাইস্রা পোংলেম্বীনা তৌগে খনবা থবক্তা ঙমদবা লৈতে। মাগী মায়য়োক্তা লেপ্পীনবসু লৈতে। অদু ওইদুনসু, মাগী পুক্লিংগী লুরবা বাফম—চেক মোক লাউদ্রি। মরাল লৈরবা, মরাল লৈরবী কয়াবু হন-হন্দুনা থিখিদৌরি। মাগী পান্দম ফংনবগীদমক মীচং চংলপ তৌরি। মহাক মখোইদৌ থিংনা শাউনিংঙি। মজাইবুংঙো নিংথেম পিশক্কা পুয়ানুগা অরোনবা মরী লৈনৈ হায়বা অসি মহাক থাজদ্রি। অবোকরেম্বীনা লোংজম চনুগী পাউথাঙদা তোকঙা শন্দোক্তুনা পুয়ানুবু নমকুন্দা নিংথেমনুবীগী ফিদা কনদৌরি হায়না খল্লি। মরম অসিদগী ঙরাংগী মীফমদা 'উরা কেকু' হায়দুনা খুমখি। উরা মশক খঙলবসু, লোংতুনা থমখো হায়বগী ঈঙ্গিংনি।

মহাক ঈকাই নুংশি য়ান্নখি। অমুকসু নুংঙাইতে। অমুকসু নুংঙাইজে। অদুনা, মাগী লাইদিংকোই সঙ্গাইদা পুয়ানু পুশিন্দুনা অহিং লৈহনখি। মনি-মমৌ ইংনা চিল্লা করিবু খন্নরিগবা? লুই, লুপ্তবী লৈঙাকপীনি। খঙনা খঙনা, খঙশিন্নদবসু হৈ। উশিন্নদবসু হৈ। অদুম ওইনমক, মাবু উশিং থওইদবদি য়াদে। নোক্লা মীহাৎপা ঙম্বীনি, মখুৎনা হাৎত্রবসু। শাউনা নোকপা ঙম্বীনি। কপশিন্নবসু হৈ, তশেংনা থম্মোয় শোক্লা কয়াসু লময়োবীনি। অঙাওবী অমসুনি। মহাক্রবু য়াঙ্ববা মীদি, মরাল কয়া লৈরসু খৈদোক খৈজিন শাম্রে। মঙোন্দা মৈ ঈশিং চংদে, তম্বা

ওমগ্রি, মাগী বায়েল বারেপ। ময়াম্না খনবনা অমা, মহাক্না তৌথোরকপনা অমা... হেক্তে তায়োম্নে। মহাক্না পুন্নমক খঙনা, খঙনা অঙকপা কুম্মে অমা শান্নদৌরিব্রা চিংনদবা ওমদে।

ওসিদি ফমনাইবীশিং তুম্মিন তুম্মিন লৈগ্রে। লৈমা নিংথেমনুবীশিংসু। নুবে পুগ্রি মপানগী নিংথেমনুবী অরিবী ময়ামসু বায়েল তবা য়াওররে। পুয়ানুগা নকশিন্না লোয়ঙবী নিংথেমনুবী নীংথোম্বীদি উদে। মহাক্তি কদায়দা অমুক ?

"লৈকোইরেন লৈমবী !" মাখোং হঞ্জবীনা মকোক নোল্লপ তৌনা বা হৌদোকপা ওইনা হায়রকই— "পুয়ানুগী বায়েল মখা চংথবীরসি।"

"পুয়ানু !"

লৈকোইরেন লৈমাবীনা মোমোন তৌনা হায়রকই—"নুয়াম শাফবী পুয়ানু! পাইসোলাগী মমোমলোই! পুয়াম চনু পুয়ানু! হৌজিক্তি হায়রো... নহাক কনাগী মচানুপীনো ? ময়াম পুন্নমক্তা শেংনা তাহল্লু।"

"মমাসিজ, লৈকোইরেন লৈমাবী !" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা মরক খংথৎ থৎতুনা হঙ্গৎচৈ—"অরিবা লাতম অদো হাংদোকলগুমসিদা... মহাকপু শ্রীমতী রাসেশ্বরী মিংথোল পীদুনা শেংদোকপ্রে। করিসু অকায়বা লৈত্রেদা।"

লৈকোইরেন লৈমাবীনা হায়রকই—"লৈ, অকায়বা লৈ! তুংদা য়াম্না অকায়বা লৈরক্কনি। ঐখোয়গী চংনবীদা 'লুহোংফাল ফমদবী' হায়বা বাফম অমা লৈবদু অবোকরেম্বীনা হেন্না খঙবীফম থোকই।"

নিংথেমনুবী সুসিলাবতীখোয়গী কাঙবু পুল্লপ ফম্মী। মখোয়দি বাঙাং হৈবী নিংথেমনুবী ঙাক্তনি। নহালমখে লোইনুবীরোমগী ফমফমদা ফমজরম্বী লফোইনু—অনৌবা ফিদা ফংজগ্রে। নুবেশঙলাকপীগী মায়কৈরোমদা মচেম লোন্নবীশিংগা ফম্মীনরি। মহাক য়াম্না নুংঙাইজে। মপুরোইবা নিংথৌগা অমুক লৈমিন্নদ্রবসু য়ারে খঞ্জে। মহাকপু নিংথেমনুবী অমা ওইনা শকখঙবীখিবা অদুতনা পেঞ্জে।

লফোইনুসু বাঙাং হৈবীনি। মহাক মথন্তা নাসোন্না শোঞ্জে—"লৈনুংদা উরা চংগ্রবু, কৈদৌবৈ লুহোংফাল!"

মচেম লোন্নবী যমুনাবতীনা হায়রকই—"হোয়নে হোয়নে চুম্মীনে, লফোইনু! লুহোংফাল হায়ববু ফমজাও কাংথোল নংত্রগা খুদাসু ওইবা য়াই।"

য়াইফবীনা অমুক পাংশিল্লকই—"তৌরাং ফকসু লুহোংফাল ওইবা য়াইদা। ঐগীদি ফকনা ওইখিদো।"

মোলহাইবীনা হায়রকই—"ঐগীদি মোংসোংগী তিংথৌ মোম্পাক মথক্তবু ওইখিদা!"

"নিংথৌদা কংলবী নুপী অয়াম্বনা লুহোংফাল ফম্বগী মতম ফংখিদ্দো!" চীন্দুম্বীনা পাংশিল্লকই—"ঐসু ফমখিদে। লুহোংখিদে।"

চুমগ্রবা বানি। নিংথৌশিংগী লৈমা মঙা ফাওবদি লুহোংনৈ। অতৈদি লুহোংনদে। লাইমিং লৌবা নংত্রগা কৈন্যা কংপনা লুহোংবা শকনৈ।

নুবেশঙলাকপী তাই। মচীন খুম্মী। নোকনিংলকই। মহাক মশামকসু লুহোংকাল ফমখিদে। কমজাওদা ওইখি। মা ঙাংনিংলকই। মচীন কাংলকই—"ইশূসা ! ঙরাংনা লৈমা নিংথেমনুবী ৭ কী ওইখি। ঙসিনা নখোয় মৌয়াই নিংথেমনুবী ৯ গী নুমিৎ থোকলত্রা ?"

কেসবতীনা খুম্মী—"অবোকহনবী ! ঐখোয় ৮ দনি, নীংথোম্বী য়াওদে।"

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"হোয়নে, হোয়নে, মাদংগা য়াওরদি নুংঙাইদৌনি। মাসু হৈবনি, মাচেই ঙাংবা।"

"মাবু কৈদৌঙে থাদোকপীগনি ?" কুন্দালেনা হঙ্গৎচে।

"কোকলেন সঙ্গাইগী অয়াবা ফংদ্রি।" নুবেশঙলাকপীনা খুম্মী।

সুসিলাবতীনা হায়রকই—"হৌজিক্তা অমুক পুয়ানুগী লুহোংফাল থিগৎলিসিবু করিগীনো, অবোকহনবী ! ঐসু ফমখিদেনে।"

নুবেশঙলাকপীনা মাগী চেকলা লোংজম চনুবু কৌরগা হায়রকই—"লাংদাইবী ! নঙগীদি লুহোংফাল ফমখিব্রা ?"

"কদায়দেনোদা!" লোংজম চনু লংদাইবীনা শমথদুনা খুম্মী—"ময়াম মমাঙদবুদি লুহোংবিখি। ঐখোয় অহুম পুন্না হোংমিন্নবনিদো... বর ওইরিবা নিংথৌগদি মরিনি, ফম্না চনখিদে, য়োংশূবী মখোঙ অহুম শাদুনা মোরাদা ফমখিদা !"

ময়ামদো মচীন খুমলগা থীক থীক নোকচৈ।

চোংথা নহানা হায়রকই—"এঃনুংঙাইপ্রপোৎনি ! কুজপোৎ য়াবগী খূৎ মরোল মবোল খূজিলনা শিকনখি।"

চোংথা অহলনা পাংশিল্লকই—"ঐনা নিংথেমগী সনা ঙকশমদা লৈ হুক্কে তৌরিঙৈদা লোংজাম্বীনা সৎ হেক্তা হান্না হুকখিবনি, হৈব্রবী নুপীনি।"

"অদুনা, অবোকহনবী।" লোংজাম্বীনা কোথদুনা হায়রকই—"লৈ হুকপা হানবা, হান্দবগী মাকম লাকলবদি ...।"

"কৈদৌবা ...?" চোংথা অহলনা খঙনিংনা হংগি।

নুবেশঙলাকপীনা খুম্মী—"লোংজাম্বীসু লৈমরেম্বী মুন্নবগী লমজেল য়াওবা য়াই, শোয়রসু অপাম্বী অহল ওইরকপা য়াবগী থাজবা লৈ।"

"মতা চাদ্রগা মরু কোকপা!" অঙোম চনুনা শাওরপ তৌনা হায়রকই—"নুয়াম শাকবী পুয়ানু শৌগৎপগী... উরা কেকু শান্নবা য়াওবগী।"

নুংঙাইবা হৈবী লোংজম চনুনা খুম্মী—"অদো, ইচেমসিজ ! ননাওগী অরোইবা শম্নান্দোং অদুমদি থমজরমগে নীংশিং খুদোল ওইনা।"

অঙোম চনুনা হায়রকই—"হোয়, হোয় ইচেমসু নঙগী শম্নান্দোংদি পাম্মী।"

"ফরে ফরে, ইশূসা!" নুবেশঙলাকপীনা মশূনুপীশিংদা মাতেম্বা ওইনা মখা শমথদুনা হায়রকই—"মায়েল তাসি, নবোকরেম্বীনা পুখৎলকপা মায়েৎ কান্নবা ঙাক্তনি, পুয়া পায়বী

*অসে, হৈদি হৈবনিকো... মুন্না তাশিলহৌ, তুংদা য়াম্না কান্নগনি।"*

*"ফগনি, অবোকহনবী!" সুসিলাবতীনা খুম্মী।*

*ময়াম অদো তুম্মিন তুম্মিন লৈখ্রে।*



"লৈকোইরেন লৈমাবী!"

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা অসুম্না মিংগৌরগা ফুক হৌগৎলকই, মখা শমথদুনা হায়রকই—"লুহোংফালগী নুংলোন য়াম্না য়েৎননিংঙাইহিনি। পানলোন অমসুং নুংলোন লৈ। ফমদ্রবসু য়াই। খুদম ওইনা চোংথা অহলনে, চোংথা নহানে, লোংজাম চনুনে মখোয় অহুম পুন্না লুহোংবা নুমিৎতা লুহোংফাল ফমখিদে, মোরাদা ফমখি... পোৎলোইনা উপশিল্পগা। নিংথেম মথন্তা লুহোংফালদা লেম্না ঙাম্মোইখি।"

"তো, তো!" নুবেশঙলাকপীনা মশৃশিংদা হায়রকই—"ঐনা হায়দ্রা... কুরেশ্বীনা হায়রিসি চুম্মীনে, মহাকসু লুহোংফাল ফমদবী নিংথেমনুবীনি, কয়া হৈনা লৈখৎলকইবা।"

"মখা চৎথবীয়ু, অবোকরেশ্বী!" লৈমরেশ্বীনা মচীন খুমলপ তৌরগা হায়রকই—"লৈমা অহুম অদুদি খ্বাই ময়ামগী মমাঙদা লুহোংবনিদো।"

"অদুনা, মোরানা লুহোংফালগী মহুৎশিনবা য়াই।" নুবেশঙলাকপীনা নিংথেমনুবীশিংগী মায়কৈদগী অমদি লৈমরেশ্বীবু পাংশিনবা ওইনা হায়রকই—"য়েৎলু য়েৎলু কুরেশ্বী! নতিক লৈরগা ব্রায়েৎ পুথোরকউ।"

"লুরিবদি, ফাম্খোং কোইবা অদুনি।" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা পুয়ানুগী ব্রায়েৎপী অমা ওইনা হায়রকই—"লুহোংফাল ফম্বা, লুহোংফাল ৭লক কোয়বা হায়বা অসি সনামহি পাখংবা মচীন মনাওগী নোংখোং ৭লক কোইবা অমহিকসুং কুরু ফাম্খোং ৭লক কোইবদগী লৌরকপনি। নুপা নুপী লুহোংবদা লৈ হুক্রুখিদ্রবসু লুহোংফাল হায়বদি লুহোংদৌরিবা নুপা (বর) অদুনা ফমলিবা নুঙথক ওইরবসু ৭লকপু কোইরবদি লুহোংফাল শরুই। লোন্না ওইরসু, ফোঙনা ওইরসু য়াই। পুয়ানুনা নিংথেমবু ৭লক কোইখ্রে; ফাম্খোং কোইখ্রে, নোংখোং কোইখ্রে।"

"চুম্মী চুম্মী!" নুবেশঙলাকপীনা মনাওনুপী লোইখোমশঙ হঞ্জবীবু অমুক শৌগৎপা ওইনা হায়রকই—"নুপীগী খৃদাং নুপানা পায়রুরবসু লুহোংবা শরুই, তুপীং চঠ্রে। লৈ হুক্রুবা হায়বা অদুদি কোন্না তৌবসু য়াই। নুপা অদুনা নুপী অদুদা লীক অমা খোনবীরবসু য়াইদো। ৭ লক কোইবা অদুনা লুহোংবগী মরুনিদো, লৈমাবী!"

লৈকোইরেন লৈমাবীনা হায়রকই—"অবোকহনবী! তুম্মিন্না অমুক্তং লৈবীয়ু, ফৌমায় চাবীরকখিনু।"

"ফৈ ফৈ চৎথবীয়ু।" নুবেশঙলাকপীনা খুম্মী।

"লৈকোইরেন লৈমাবী !" মাখোং হঞ্জবীনা মরক থৎতুনা হায়রকই—"পুয়ানুগী বায়েলসিবু কৈদোকশুব্রা খঞ্জে। লুহোংফালগী বাকম লাকইবসিবু করিগা মরী লৈনবগে ?"

"মরী লৈনরকনি, হঞ্জবী !" লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"অবোক কু-অনীগী বাকম চুমশ্রবা ঙাকনি, ঐসু য়াজে। নিংথৌশিংগী মতমদা মশা মশা নুংশিঞ্জরগা লোয়্না লুহোংখিবা লৈমা কয়া লৈখি। কোয়্না কোঙদোকপা য়াই। ইবেম্মো লাইয়্নামকসু কোম্বাংদা 'উরা কোঙখিবনি।' ইবুথৌ পাখংবগা নুমিৎ কয়ানি লোয়্না লৈমিন্নখি... লৈনুংহৎ মনুংদা। পুয়ানুসু লাইয়্না শায়োননি হায়না লৌরসি... ঐসু য়াজরে। ঐনা থিরিবা লুহোংফালদি পুয়ানুগী নত্তে, পাইসোলাগীনি। খরদি কৈইথোকচৈ। পাইসোলাদি লুহোংফাল ফমখিব্রা ? অদুগা, মহাক কনানো ? লুহোংফাল ফমদবীগী মচাদি মুংনবী ওইনা খগ্নে ।"

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা হায়রকই—"অমবু ওইরবসু, পুয়ানু শেংদোকপ্রে, জগোয় মকোক চিংবী ওইপ্রে। শেংলবীনি... পাইসোলা ওইনিংবা ওইসনু, মহাক নুপীনি, মমানি !"

"ঐ হৌজিক্তি খঙলবনি, পাইসোলা কনানো হায়বা।" লৈমরেম্বীনা মোমোন তৌনা হায়রকই—"পুয়া শেমদোক শেমজিন তৌখিবা পুয়ামগী মায়চৌ... ইথাই পুনম চীং য়ৌপ্রেদনা। অদুবু, ঐহাক পেনম্রি। পুয়ানুগী মচান্দগী তানিংঙি। হায়য়ুনে, পুয়ানু ! অমুক্তংদি হায়য়ুনে, নঙগী অপোকপী কনানো ?"

পুয়ানু খুমদে।

তুম্মিন্না অদুম লৈ। মাগী হায়গৎলন্না মায়থোং লুকথপ্রে। খোঙবীনা লৈমায়দা তকচৈ। ঙসিদি খংসুক সুকথপ্রে। মিহুন তিং তিং চোংঙি। মহাক লৈত্রক অচৌবা অমা চেংখাইরকলবদি নুংঙাইপ্রনিদা খল্লকই। মহাক তশেংনা হিংনিংদ্রে। কোনুংদা লৈনিংদ্রে। পাচা বায়েলগী অহকপা চৈরাক অমা ফংলগা লাপ্না চংপ্রগে খঞ্জবনি। অদুনা লোংজম চনুগী মত্তেং লৌরগা তোকঙা শন্দোক্লনা লোয়শঙ কারকপনি। মহাক অমুকসু নীংজিং মাংজিংনৈ। লৈমরেম্বীনসু তুকা হুন-হন্দুনা কয়া থিগৎলি। তরাই তরাই চৈরাক হেক্তা পীনবা শিনম্রি। মরমনা করিগী ? ইথা হেক থাজদনা পুয়নুদা লৈমরেম্বী পীদৌরিব্রা ? হেন্দোক্লা পীবা য়াই। পুয়ানুদা করি বাৎলিবগে...?

"করি অমত্ত হেক বাৎতে, পুয়ানুদা !" নুবেশঙলাকপীনা হান্নগুম্না পুয়ানুবু শৌগৎপা ওইনা হায়রকই—"লৈকোইরেন লৈমাবী ! পুয়ানুবু মশক খঙবীরসিদা। লৈমরেন ফম থিন্দোকপীরসিদো।"

লৈমরেম্বীনা খুম্মী—"মদু য়াখিরোইনে, অবোকহনবী ! মাগী বায়েল য়াম্না বাৎলি। মীহাৎ খোঙচৎকী বায়েলসু বাৎলি, অতৈসু লৈরমখিবা য়ারি।"

য়েম্রেহনবীনা পাংশিন্দুনা হায়রকই—"অবোকহনবীনা হেন্না খঙবীফম থোকই। লৈবাক অমগী লৈমরেম্বী ওইবা তারবদি নুপী অদুগী মরী মখোঙ, হৌফম শাৎফম মুন্না য়েংহৌদবা য়াদে। মশক য়াম্না ফজবা তাই। পুয়ানু ফজে, লময়ৌনা। মতীং লৈবা তাই, পুয়ানুসু লৈ। পুন্নমকপু চিংশিনবা ঙম্বী, সুমহৎপা ঙম্বীসু ওইবা তাই। পুয়ানুদি ঙম্মী।"

য়েম্রেহনবীগী বাঙাং মরক থৎতুনা মাখোং হঞ্জবীনা পাংশিল্লকই—"হেন্দোক্লা ঙম্মী,

নুপা তরেং ঙাওহল্লিসু হায়রি। মসিনি মাগী অচৌবা মরাল... করিনা লৈবাক্কী লৈমরেম্বীদি ঘাইগী মমা অথোইবনি! মাগী মতৌ, ফিদম—মীয়াম্না তম্নগদৌরিবনি, নুপা লোনবা অদোমদা তম্নব্রবদি, কমদৌবা ?"

"য়াম্না চুমগ্রবা বানি।" লৈমরেম্বীনা খুম্মী।

"লৈকোইরেন লৈমাবী অদুগা ইচেমসিজ হঞ্জবী !" নিংথেমনুবী য়াইফবীনা ফুক হৌগৎলগা হায়রকই—"নুপানা নুসী মশীং খণ্ডদনা লোনবসু থিংহৌসি। লৈবাক্কী নিংথৌসু লৈবাক্কী মপী মপানি... লৈবাকমচাশিংনা মতৌ তম্নরোইদ্রনে ? ঐহাক গ্রোক গ্রোক চাকলিজাৎনিকো।"

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"য়াইফবী ! ফমথৌ। নঙগী বাহং অদু য়াম্না চুম্মী। মীরোন কয়াদগী নুপীনদি নুপা মরোল মরোল লোনবা য়াদব্রা হায়দুনা হংলকলি। কনাসু পাউখুম পীবা ঙমদ্রি। ঐনসু ঙমখিরোই, থিংবসু ঙম্মোই।"

"মদুবু শীংনদুনা চোংথোরকপা ঙম্বী নুপীসু লৈতবদি নত্তে।" য়াইফবীনা হায়রকই—"ঙাকপীগনি লৈমাবী ! ননাওনা শীংঙ্গগে হায়দুনা হঙ্গৎচবা নত্তে। নিংথৌগী মতৌ, ফিদমসু মীচম্না তম্নবা য়াই হায়জবনি।"

য়াইফবীগী বাফম লোইদ্রিঙৈদা লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা পাংশিনবা ওইনা মরক খংথং থৎতুনা হায়রকই—"অদুবু য়াইফবী নিংথৌরোন পরিংগী তুথিরোন, লৈবাকমচাশিংনা কয়াদি তম্নদে, মখোয়দা মতিক থৌনা (শক্তি) লৈজদে। নিংথৌ মথং মথংদি ফিদম অদু খুদুং ইন্নে। য়েংঙ্গদনা, ঐখোয়গী ইপুরোইবা নিংথৌগী তাল্লোয় ৯৪ ! নখোয়গী নবুংঙো নিংথৌনা ৯৬! শেমদোক পথাপ অমদি থমলমসি। নিংথৌ অমা, লৈমা অমা !"

"নঙসু নবুংঙো নিংথৌগী মশীং অসিদুম থুগায়বা ঙম্না হেক য়েংঙু।" নুবেশঙলাকপীনা য়াইফবীদা নাসোন তপ্না থৌজিল্লি—"পুয়ানুসু নুমিৎ ৭নিগী চয়োলদা নুপা ৭ লোল্লি হায়রি।"

য়াইফবীনা তুম্মিন্না হঙ্গৎচৈ—"কদায়দৈ শূরুদোইনো ? অবোকহনবীনদি ঐখোয়বু থাসু থাদোকপীদনা... পুয়ানুখোয়গী লোয়শঙদি ফৈনে।"

"মখোয়গী লোয়শঙননি নিংথেমনুবী মশীং হেঙ্গৎহল্লিবসে।" নুবেশঙলাকপীনা শমথরকই—"নখোয় পুংবা হংলবী ময়াম অসে পুল্লপ্না হেক য়োম্ফোকপনা ফরবনি।"

"মীফম অসিদা পুখৎকেদো, অবোকহনবী!" লোংজম চনু লংদাইবীনা হায়রকই—"নহা ওইজরিবী ইন্দোনসি ময়ামগী খনবদা ঐদি তশেংনা নুংঙাইজদে। ঐখোয় ৭তং লৈবসিসু বারু নুংজুনি... হৌজিক্লা ইচে পুয়ানু লৈনুংদগী ফুং ফাওগৎলকলে।"

"হন্দক চহীদগীদি চয়োল অমদা নুমিৎ ৮ শাহল্লু হায়সিদো।" নুবেশঙলাকপীনা হৌদোরকই—"থাবান অনী অনী পানবগুম্না নোংমাইজিং অনী পালহনসি।"

"মায়চৌ লোয়শঙনা য়াগদ্রনে ?" চোংথা নহানা হৌদোরকই।

নুবেশঙলাকপীনা তেনশিল্লকই—"নখোয় 'নুবে-অহম' মুম্না খন্নৌ, ঐখোয়

কু-অহমগী মতম লোইদৌরে... য়েংঙুদনা, কু-অহমবু ওম্বী পুয়ানু, মথন্তা পীংনদুনা লেপলিবসে।"

নোংমদা পুন্না লুহোংখিবী চোংথা অহল, চোংথা নহা অমদি লোংজম চনু অহম অসিবু 'নুবে অহম' হায়রগা খঙনরম্মী।

মোলহাইবীনা কাপশিল্লকই—"পুয়ানুনা শোয়দনা নিংথেমগী লৈমরেম্বী ওইখিনিকো! ওরাং অহিংসু মনি-মমৌ কোকলেন সঙ্গাইদা চিকথনখি হায়না তাই। লোংজাম্বী, নঙদি পাউ করিসু ফংদ্রা ?"

লোংজম চনুনা খুম্মী—"ফংদেবো। চিংনবদি লৈ। কৈনো অমদি তৌদৌরিকো।"

চীন্দুম্বীনা মৈ য়াংশিল্লকই—"শোয়দ্রবনি। পুয়ানুনা ওইরদি ফরবনি... ঐখোয় পুংবা হাংবীশিং, মতৌ তম্বা য়ানিদনা।"

"অহম !" অঙোম চনু খৌদেম্মী। ব্রা মখাদি তারক্তে।

ময়াম তুম্মিন লৈখি। মাবু ঈকাই খুমনৈ। হৌজিক হৌজিক্তি মহাক্না নিংথৌগী অফোঙবী তাল্লোয় হঞ্জবীনি। মতিক থৌনা লৈজে। নিংথৌনা মবা চৎলি। অদুবু, য়াইফবীখোয়গী খূৎপুনদি মাবু কয়া থওইবীদে। উশিৎপীদে। মরক মরক্তা সুগৎনৈ।

লফোইনুনা শোল্লকই—"পুয়ানুসে তশেংনা মরৈ য়াওদ্রমাল্লেদা। ব্রা অদুক ভাংলম্বী মহাক্না তুম্মিন লৈরিসে... ঐদি চিংনৈদো। ওরাং অহিং মরৈ ককলম্বা য়াই।"

"শোয়দনমক মরৈ ককলম্বা য়াইকো ! অদুবু, খোংবান চেনবী ময়ামগী অওক অথোং অসিদুম ঐদি নুংঙাইহিরি।" চোংথা অহলনা হায়রকই—"পূক্লিং লৌশিং ওইবা য়াবা পুকৈবা য়াম্না ফংঙি।"

নুবেশঙলাকপীনা খুম্মী—"মদুনি কান্নরিবা। ব্রায়েলদি পাক লোইখিরোই। ঙাইহিরিবনি, ঙাইহিরিবা !"

লোংজম চনুনা হংলকই—"কনানা, কনাবু ঙাইহিরিবা ? হা ! অবোকহনবী ?"

নুবেশঙলাকপীনা খুম্মী—"পুয়ানুগী পাউখুম, মরৈ য়াওদবীগী পাউখুম !"

লোংজম চনুনা ঙক্তুনা হংলকই—"তশেংনমক ইচে পুয়ানুগী মরৈ ককশ্রব্রনে, অবোকহনবী ?"

নুবেশঙলাকপীনা পাউখুম পীখিদ্রে।

লৈমরেম্বী মকোক শাবা অসুম অসুম হেঙ্গৎলকই। পুয়ানুবু কমদৌনা ব্রা ঙাংহনসিগে হায়বা খঙলক্তে। চৈবগীসু কান্নদ্রে। থেমদুনা য়েংঙি, ঙাংদ্রে। ফুরুবসু কান্নরোই। মাগা মরী লৈনৈ হায়রিবা নুপাশিং কৌরসিরা হায়দুনা খল্লকই। মদুমকসু, মাগী মীংচৎ থিগদ্রা চিংনজে। মহাক তৌফম খঙদ্রে। চুবা মেৎলগা পুয়ানু য়েংদুনা লৈ। অমুকসু নুংশিরকই। কানা লৈজদ্রবী তোল্লবীনি। চৈরাক পীরে কদায় ? পীদ্রে, অতৈ নুপীশিং ব্রারকপা য়্যারোইদৌরি।

লৈমরেম্বী নিংসা হোন্দোকই—"পুয়ানু ! নহাক, পামহৈবী হায়বদু খঙইদনা ? মহৌশাসু হংগ্রে। নহাক্লা পাউখুম পীখিদে। ঐবুদি খঙলে। ময়ামদা মশক তাকউদনা।"

পুয়ানু খ্বাই লাওই ! মঙক হায়রকই। উচুক য়ুংবদৌনা তুম্মিন্না লৈগ্রে।



"স্নাখ্বা ইবেম্মা ! স্নাখ্বা ইবেম্মা...!"

পাচা লোয়শঙ মনুংদা, মফম ইখং খঙহৌদনা, খুমন কেংবা চেনশিল্লকই।

নিংসা থবেৎ থবেৎ হোল্লি... মকোক নোম্দুনা লৈমরেম্বীগী মমাঙদা চপ লেপলে। তিল্লিবা নুপী পুম্নমক ইঙক ঙকনৈ। মঙোন্দা মীৎয়েং থমনৈ।

খুমন কেংবনা নিংসা ফাথরগা নোল্লুক্লা মখা শমথদুনা হায়রকই—"ননাই খুমন কেংবনা খুরুমজরি ! তঙাইফদনা পাচা লোয়শঙদা চংজরকপগী ঙাকপীগনি !"

খুমন কেংবা হায়বা অসি লৈমরেম্বীগী অখন্নবা অরোন-নাই নত্রগা পাউমীনি। মাগী মরুওইবা শিছাদি, তাংবল লুম্বা লালহৌবা নিংথেমশিংবু কোইথি থিবনি। য়াম্না থাজরবা মীশকনি। মশক মমিং, ফিজোল হোংদুনা কোইচৎ চৎলি। থিবা হুম্বসু য়াম্না হৈ। অহিং খঙদে, নুংথিল খঙদে... মহাক্তবু পাউ ফংলবদি হেক্তা চেল্লকনি। মহাক্তি চংনিংবা মফমদা চংবা য়াই। লৈমরেম্বীদা হান্না পাউ পীরগনি। ফনা চেকশিন্না লোৎচবা লালহৌবশিংগী লানবল, মহাক্লা হেক্তা খঙই। মসিদা লালহৌবশিংসু ঙকনৈ। কনানা পাউ পীরিবনো হায়বা খঙনদে। মখোয় লানচাক চামিন্নবা মশেলসু অমনা অমবু পংচিংদা চিংনৈ। খুমন কেংববুদি কনানসু খঙনদে।

লৈমরেম্বীনা চিংনরপ তৌনা হংঙি—"কৈদৌরে কেংবা ? করি অরুবা পাউ লৈরে ?"

"লানপাউনি, স্নাখ্বা ইবেম্মা !" খুমন কেংবনা তিল্লিবা মীয়ামবু কোইরুপ কোইরুপ য়েংলুরগা হায়রকই—"অরোনবনি, ফোঙনা হেক্তা হঙ্গৎচবা য়াগদ্রা ?"

লৈমরেম্বীনা খঙনিংনা হায়রকই অমসুং হংলকই—"হেক্তা হায়য়ু। মীতোপ কনাসু য়াওদে। কদোমগী লানপাউনো? কনা অমুক লাকএ ?"

খুমন কেংবনা হায়রকই—"স্নাখ্বা ইবেম্মা ! মনাও ইবুংঙোদো অমুক হল্লকএ !"

পুয়ানু লুজোন শাৎলি ! মিছুন তিং তিং চোংঙি। মথন্তা খৌজে—"ঐ শিরেদনা, চংশি ঙসিদি চংশি শিরেদনা !"

"রাজসিংহবু অমুক হল্লকলবা ! মাদি হাৎপ্রে হায়দাইনে ?" লৈমরেম্বীনা মরৌ লৈনা পুয়ানুদা য়েংলগা নোৎশিল্লকই—"পুয়ানু ! নুয়াম শাফবী পুয়নু ! হৌজিক্তি নঙগী নরাল মরি সুরেকো।"

খুমন কেংবা চঙকনৈ। মখাতানা পাউদম্না ঙমখিদ্রে। লৈমরেম্বীনা ঙাংলিঙৈদা মরক খংথৎ থংপসু থৌগল্লোন নত্তে। তাঞ্জা য়েংদুনা লৈরে। মমীৎ কোইরুপ কোইরুপ লৈমাবীদা

অমুক, পুয়ানুদা অমুক য়েংদুনা লৈগ্রে। মরুসু নুকলপ তৌই।

পুয়ানু তুম্মিন্না অদুম লৈ।

মমীৎ মনা তথক তথকই। খুমন কেংববু শৈরণ য়েংলগা মপুক্লিংদা শীংদুনা অসুম চৈবা ওইনা খুমসিরা খল্লি—

("হৈ কেংবা ! খুমন কেংবা ! খঙনিদনা নঙসু। ঐহাক লৈমরেন কৈফবীনি। নঙবু লোই থাহনগেদো। হেক হায়দোকপদা, পুয়ানু ইতিক খঙহনগে। অদুক ফজবা, অদুক নুংশিবা ইনাও ইবুংঙোবু কৈদৌবে হাৎচরুনি। ঐনা থেমলগা থাদোকখিবনি। অদুবু, মহাক অমুক হল্লকলরোই হায়রগা ঐগী বাশক ঙক্তিবা ! হুম ! অতোপ্পা মনাও ইবুংঙো অমদুরা ? ঐনা রাজসিংহবু য়ৌনা থাজে। তম্মু তম্মু নঙগী নপাউ।")

খুমন কেংবনা পুয়ানু কিদে। লৈমরেম্বীনা মাগী উকলনি। পুয়ানুগী উকলদি কনা লৈদুনা শীংনরিবা ? অমবু ওইরবসু, রাজসিংহবু হিংনা, লোন্না থাদোকখিবগী থৌদোক বারী—কেংবা খঙই। মমীৎনা উখি। নহালমখৈ কিদুনা হায়দোক্তবনি। অহিং অদুদা মহাক্রা 'শরু চাবী' কিজখি। হৌজিক্তি, নুয়াম শাফবী পুয়ানু মশক খঙলে। করিসু কিরক্রে, হায়দোক্রগে খল্লবনি। অদুবু, মমাসিজ লৈমাবীগী য়াকা ঙাইরি।

"হৈ, লমলক লুথুম্বী !"

লৈমরেম্বীনা পুয়ানুবু চৈবা ওইনা কৌরগা নোৎশিন্দুনা হায়রকই—"শেংনা শেংনা খুম্মু, তেনশৃবগা নবানী লৌতাংশঙ মনুংদা কৈদৌবা চংলুই ? কয়া কুইনা নাথেরুই ?"

পুয়ানু খুমদে। খংপ্রেক খংই !

অদুবু হামু হামুনি। কৈসু থৌশাদে। লৌতাংশঙগী বা পল্লকপদা শ্বাই লাওই ! থৌদোক মতেক অদু মমীৎতা শং শং উজে । অদুবু পাউখুম পীরগে হায়নদি খনদ্রে।

"পুয়া ! পুয়ানু !"

লৈমরেম্বীনা অমুকসু মাবু কৌরগা নোৎশিল্লকই—"নুয়াম শাফবী, লানথেম্বী ! নঙবু হৌজিকসু শেংলিবীরা ? শেংনা খুম্মুনে, তৌঙম্মী !"

পুয়ানু খুমদে। অদুবু নুংদা খুম্মী—

("তৌঙম্মেদা, ম্লাখ্বা ইবেম্মা ! পুন্নমক কু-অনীগী কুম্মেনি ! অহিং চরৈ কোমগোম্লা থরক ঈথক থনিক্লা... নখোয়না ঐবু থাবদাই ? অদুগসু ওনখৎতুনা হংলিবা ? নোক্তুম নোকচনিংঙি। নীংশিংলিদনা মমাসিজ ! অদুঙৈগী মীহাৎ খোঙচং ? নুমিদাং অদো ননাই ঐ কাউদ্রিনে ।")

লৈমরেম্বীসু নীংশিংলকই—

("উম ! ঐসু নীংশিংলকই, লীনসু শিখিদে, চৈশুদি তেকখিবদাই ?")

নুংদা পাউ ফাওনবদৌনা তৌই, থম্মোয় অনী। করিগীসু ফাওনরোই। মনি-মমৌনি। লৈমরেন অচংবী ঙাক্তনি। অমনা কৈফবী ! অমনা চাশাৎ ঙন্বী !

নুংগী ৱানি, পুয়ানুনা খুম্মী—

*("চৈঙুদি ভেকখিদে কৈসু! ইবুং তেনশূবা য়াখিদে। মহাক শেংলিবা পাখঙনি। কৈফবী ঐভেন্দগী নঙনা হেন্না শিংব্রো? ইতুংদা খুমন কেংবা থারকখিদনা... মদুদা মান্নবা শান্নখিবা কুম্মৈনি, তস!")*

মীরেন নিংথেমনুবী অমসুং লৈনুং নিংথেমনুবী—মমীৎ মরি মী চান্নদুনা য়েংনৈ। লোন্না খুদোন্নী শীংনৈ। ঙাইহাক ৱাহং পাউখুম চংথখিদে।

মসিগী খুদোংচাবা লৌরগা খুমন কেংবনা মরক মেনশিনবা ওইনা হায়রকই— "স্নাখা ইবেম্মা! মনাও ইবুংঙো রাজসিংহ নত্তেনে।"

"হা! রাজসিংহ নত্তে হায়বা, কেংবা?" লৈমরেনবী মমীৎলংখৎলি।

"অহোয়, স্নাখা ইবেম্মা!" খুমন কেংবনা ইতপ তপ্না খুম্মী।

"নঙসিমা, ইপা-হেক পাখৎহল্লি।" লৈমরেম্বীনা অসি হায়রগা মখা শমথদুনা হায়রকই—"ঐনা তেনশূবা অমদি নুয়াম শাফবী পুয়ানু থাজখি। মবানীনা রাজসিংহবু হাৎখ্রে, লৌনম লাংথাক্তুনা মমিং মুৎথৎখ্রে হায়বদো চুমগনিদা। চুমদব্রনে, কেংবা?"

কেংবা মক্লাক নীকলপ তৌই। হায়দোক্লসিরা খল্লি। কিতকই। মহাক্না হান্নসু রাজসিংহ হাৎখ্রে, ঙবোংখাউদা নমলগা ঈরেলদা লংথখ্রে হায়দুনা লৈমরেম্বীদা তমখ্রবনি। হৌজিক অমুক অরানবনি হায়রুবা য়াবা নত্তে। থৌদোক অদুগী মতুংদা মহাক্না রাজসিংহবু কোইথি থিজখি। মফম কদায়দসু থিবা ফংখিদ্রে। অশিবগা মান্নখ্রে, অমুক হল্লক্লরোই খন্দুনা কিরক্তে। অদুম লোৎলগে হায়দুনা মপৃক্লিংদা লেপখ্রে।

খুমন কেংবনা খুম্মী—"য়াম্না চুমখ্রবা ৱাফমনি, স্নাখা ইবেম্মা! মীহাৎ খোঙচৎকী অহিংদা তেনশূবা মশামক্না রাজসিংহগী মমিং মুৎথৎখ্রবনি!"

মীনম্বা পাউ অসি নুয়াম শাফবীনা মুন্না তাই। নুংদা নোকই। মচীনদা উৎথোক্তে। লৈখোম লৈনাং, নাপী শিংবী, নুঙদুম্না রাজসিংহ শারগা তেনশূবা মবানীনা ঙবোংখাউ মনুংদা হাপচিল্লগা অচৌবা নমথাক অমা তৌখিবনি। মসি পুয়ানু কাউদ্রি। মতম কুইনা লৈমরেম্বীনা থাজরকলবা অরোন-নাই কেংবনা মপুন্সিগী অহানবা ওইনা মীনম্বা ঙাংলি হায়বা অসি পুয়ানু খঙই। পুয়ানুনা কেংববু অসুম্না চৈনিংঙি—মচিন কাংথোকপদি ঙমদ্রে।

("হৈ, চীম্বিবা! খুমন কেংবা! য়েংঙুদো নঙ, ঐনা লৈমরেম্বীগী চুপলি পায়দুনা শক্তি লৈরকপা নুমিৎতা, নফম লৌথোক্তে। নরু কোক্লগা আ তৌসেমদা লোই থাগেদো নব্রগা ঙবোংখাউ শোয়ব্র য়েংঙুদো!")

লৈমরেম্বীনা ইপা পাখৎনা খুদক্তা নোৎতুনা হংলকই—"অদুদি কেংবা! মনাও ইবুংঙো কনানিনা?"

খুমন কেংবনা খুম্মী—"নিংথেম চেনখিবদো, নুংবাদা লানচাক খাঙহৌই।"

লৈমরেম্বীনা অঙকপা পোক্তুনা হায়রকই—"মাসু হৌজিক ফাওবা হিংলিবা! খুরক্কী ঈতনা লাই শাইদকো, তাংবল ঙকপা লুদৌরিদা!"

"অচুম্বনি, স্নাখা ইবেম্মা!" খুমন কেংবনা শমথরকই—"মনাও ইবুংঙোদো নোংমা নীনিগী মনুংদা শোয়দনা য়ৌরক্লগনি। নুংবা খুল্লাকপনা শৌগৎলি। মকম অদুদা য়াম্না চেকশিন্না হাথেরি। শামুপলদসু, ৱাইশেলদসু মনাও ইবুংঙোগী লাম্মী লৈরে।"

"শোয়দ্রবা, কেংবা ?" লৈমরেম্বীনা হংঙি।

"শোয়দ্রে, স্নাখা ইবেম্মা!" খুমন কেংবনা নাপল তৌরপ্না হায়রকই—"ননাই খুমন কেংবগী পাউনি, খক শোয়ররোই।"

"অদুদি পম্বুবা য়াদ্রে, কেংবা !" লৈমবীনা হায়রকই—"নিংথেমদা পাউ পীরুচো লানচিং পুরেলসু খঙহল্লু, নপু মেজরশিং মী থাদুনা কৌখৎলু, থিল্লে চৎলু। লৈমরেন সঙ্গাই অচৌবদা লাক্লবা হায়য়ু, লমখাংদা লান থিংহৌদবা য়াদবনিকো।"

"য়াম্না ফগনি, স্নাখা ইবেম্মা!"

"ফরে চৎলো, ঐসু লাক্লগে।"

"ফগনি।" খুমন কেংবনা অসি হায়রগা মনীং হন্দোক হন্দোক্লা পাচা লোয়শঙগী মপান থোকখ্রে।

ঙাইহাক্তি পুমচিক চিকই, পাচা লোয়শঙ!



"তস ! ঐখোয়গীসু মতম অমুক লাকএদনা!"

নুবেশঙলাকপীগী মনাক্তা ৱায়েল তাদুনা ফমলিবী নুবে পুখ্রি মপানগী নিংথেমনুবী চীন্দুবীনা য়াম্না কল্লক পেন্না লাউরকই।

ঙসিগী অনীসুবা পাচা ৱায়েল মীফম অসিদা নিংথেম চেনখিবনা হন্দোক্লবী নিংথেমনুবী মাপল য়াওরি।

লৈমরেম্বী তাই ! চীন্দুম্বীগী খোল্লাউ, মহাক করিসু খৌশাদে। মোমোনতং তৌই। মাগী মিনোক য়াম্না মরৌ চেনবনি। মহাক শাউদে। মঙক হায়ফেৎ নোম্মী।

"মনাও ইবুংঙোনা অমুক শোয়দনা নিংথৌ ওইরখিগনি!" নিংথেমনুবী য়াইফবীনা লৈমাবীবু শীংনবা ওইনা লাউরকই।

"ইচে মাখোং হঞ্জবী!" নিংথেমনুবী মোইহাইবীনা মচে হঞ্জবীবু কৌরগা লাউরকই—"হৌজিক করি খনবীরি ?"

পাচা লোয়শঙগী মরুওইবা থৌপুবী ওইদুনা পুয়ানু ৱায়েলগী ৱাহং চৎথরিবী মাখোং হঞ্জবী মরু লুকথখি। মহাকসু নিংথেম চেনখিবনা হন্দোকপীরমলবীনি। অরিবী নিংথেমনুবীনি।

লানপাউ লাকপদা নিংথেম পিশক্কী লৈমা নিংথেমনুবী ৭পাখৎনৈ। মীপাইজে।

লান অমসুং নুপী, য়েক্লবনি ! ফাদুনা পুখিবা য়াই। লাম্নীনা নৈথংপীরম্বা য়াই। মসি মখোয় খঙডি। মনেমগী য়াকা ঙাইহরি।

লৈনুং নিংথেমনুবী পুয়ানুদি কিদে। মনেমসিজ মীরেন নিংথেমনুবীবু শীংনদুনা অসুম্না নুংদা খুমজে—

("কমদৌই ! মমাসিজ লৈকোইরেন লৈমাবী ! মুকখোদনা, লাকএদো নঙগী য়েক্লবা মনাও ইবুংঙো! অদুবু চিংনবীরুনু নিংথেমপোকপী ! নুয়াম শাফবী পুয়ানুনা নিংথেম পিশক্লীদমক থব্রায় হকচাং কংকনি হায়দুনা ব্রাশকখিদনা! নমৌ লান চৎচগে, মাংজিল থানা ! কদায়, ঐগী নীরুং-তেন পীরো, মৈগী তেন কাপলুরগে।

অদুগা, চীম্থিবী ! নিংথেমনুবী চীন্দুম্বী ! য়াইফবী ! মোইহাইবী ! মখে লাংখিনুকো। লৈমরেন কৈফাবী ঐ লৈরি, অদুগীসু মথক্তা মীরেন নিংথেমনুবী পোংলেনখোম্বী নমাঙদা ফমলি, ঙাইয়ু, ঙাইয়ু পাউখুম। তাউ, লাউবু লাউথোরকএ।")

পুয়ানুনা খল্লিবা নুংগী ব্রাখল—মনেমসিজ হায়ফেৎ শমিন ফংবগুম তৌই। মথব্রায় তাজনা অরোৎপী মমৌবু য়েংঙি। মঙক ইল্লি। অমসু মঙক ইল্লকই। ঈঙ্গিৎনি।

"লৈরিকো নখোয় পুম্নমক্তগী হেল্লবী নিংথেমনুবী অমা ! কৈসু ফাবীনি। লানথেম্বা হৈবীনি, মীহাৎপী ফজবী লময়ৌবীনি।" লৈমরেম্বীনা অসুম্না ব্রাহৌরগা মখা শমথদুনা হায়রকই—"অদুগীসু মথক্তা নিংথেম পুরেল ধর্ম্মসেতুসনা লৈরিদো!"

(মতম খরগী মমাঙদা নিংথেম পুরেল কাছারদা চৎলুই, সমিয়া লৌবা। মহাক হল্লকলে। সমিয়াদি পুরক্লে, সমিয়া শিখিরমলে। নিংথেম পুরেল মৈচাক খাঙজে ।)

"এ ঃ থাগৎলেদা মীনাইনুবী অসে!" কেসবতীনা মুরুম মুরুম শোল্লি।

নিংথেমনুবী যমুনাবতীনা পাংশিল্লকই—"ঐখোয়রোমগীসু কাছারসনা সঙ্গু অমা য়াওরক্কনিদো।"

নিংথেমনুবী সুসিলাবতীনা অমুক শমথরকই—"অদুগীসু মথক্তা, লমলক্তা লৈবা মজাইবুংঙো কয়াসু মপাবুং ম্রাম্বাগী লান পাংলকপা য়াই।"

নিংথেমনুবী কুন্দালৈনা নাসোন তপ্না হায়জে— "ঐখোয়নে মমৈদা হিকথনিকো, মীহাৎথাঙ পায়বী অসে অরাইবী নত্তেদো।"

নিংথেমনুবী লফোইনুদি তুম্মিন্না লৈ। মহাক্তি হরাওদে। অঙোম অংগোতোনগা চেনবগী নুমিৎ থান্নগ্রবনি।

নিংথেমনুবী চীন্দুম্বী, য়াইফবী, মোইহাইবী, কেসবতী, যমুনাবতী, সুসিলাবতী, কুন্দালৈ—মখোয় তরেৎ অসি নিংথেম চেনখিবগী নিংথেমনুবী ঙাক্তনি। খুল্লক্তা মাঙগ্রনি হায়দুনা মচেমসিজ মাইস্না কুমুদিনীনা কোনুংদা কৌশিন্দুনা লৈহনবনি, খুন্দা লৈতাহনবনি। হান্নসু মশক তাকগ্রবনি। নুংশি ঈখৌ লাংজবী ঙাকনি।

"ইনাও ইবেম্মশিং!" মমাসিজ লৈমাবীনা ইতপ তপ্না হায়রকই—"লোইরব্রা নখোয়গী পেন্দবা ব্রাকৎ ! পুক্লিংগী খোল্লাউ ?"

য়ৌ য়ৌ তৌরম্বা ময়াম তুম্মিন তুম্মিন উচি মখুন্দা লৈখি।

মখোয়গী উসিং থওইদবা মতৌ অদু লোংজম চনু লাংদাইবী পেনদে। চৈনিংলকই। মচীন কাখোরকই। মনাক্তা ফমলিবী নুবেশঙলাকপীনা উই। মথুংনা লোংজম চনুগী মচীন মেনদুনা থমম্রে।

"মাখোং হঞ্জবী!" লৈকোইরেন লৈমাবীনা হায়রকই—"ইনাউ ইবেম্মা নঙসু নিংথেম চেনখিবগী নিংথেনুবী অরিবীনিদো। ননাওশিংনা ঙাংলিবসি তারেদ্না।"

"অহোয়।" মখোং হঞ্জবী কুঞ্জবতীনা হায়রকই—"ঐগাদি ব্রা লোইনম্রে। মতুং ইনবে ব্রাসু লৈতে। হঞ্জিন্নবে ব্রাসু লৈতে। হুরাওনিংঙাইসু ওইজদে। হ-অমুক খাজরে।"

"হোয়নে, নঙদি কোনুংগী ফমনাইবীনি।" লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"কোনুংগী মায়কৈদা অদুম লেপখোদা, পুয়ানুগী ব্রায়েলসু লোইহ্রি, ইচীন ইনাও লোইখোকমিন্নসিকো।"

"অহোয়, লৈকোইরেন লৈমাবী!" মাখোং হঞ্জবীনা খুম্মী।

"অবোকরেম্বী!" লৈকোইরেন লৈমাবীনা মনেম লোইখোমশঙ হঞ্জবীদা ওনশিন্দুনা খল শান্নবা হৌবা ওইনা হংলকই—"নশূ নুপী নুয়াম শাফবীগী ব্রায়েলনা, ব্রাফম অমনি। কোনুংগী, লৈবাক মীয়ামগী ব্রাফম লাকলবদি কু-অহুম থাদোক্লবা য়াদে। হৌজিক করি খনবীরি ?"

"হৌরকএদো, খল শান্নবা!" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা অসুম শোল্লগা নোকফেং তৌনা নিংথেমনুবী চীন্দুম্বীখোয়গী কাঙবুদা ওনশিল্লগা চৈবা ওইনা হায়রকই—"হাই, হাই, চীন্দুম্বী চিংখ্বী! মোইহাইবী, য়াইফবী! তাউ নখোয় তরেৎমক! লফোইনুদি য়াওদেকো। নমঙদা ওইরোইকো। হৌজিকমক নখোয় তরেৎ, নীংখোম্বীগা লোয়ননা লৈনুংশঙদা লৈবা তাই, কনানা কনবা ঙম্লা য়েংসি। কুহনবী, কুরেম্বী মচীন মনাওনা নিংথেম পিশক মমা মচাগী পাম্বোম ওইরিকো।"

অব্রাং মায়কৈ ঙাকলিবী নুবেশঙলাকপীনা মনাও কুরেম্বীবু শৌগৎপা ওইনা হায়রকই—"তাংবল লান অমসুং নুংশি লান, করম্বনা ঙম্বগে য়েংবা তাই।"

মনেম অনীগী ব্রাঙাং, লৈমরেম্বীনা তাই। নোকফেং তৌনা তৌনা হায়রকই—"কনা কনা লৈ ? অবোকরেম্বীনা পীস্রিবা য়াথং হিকতোকফদে। নিংথেমনুবী ৭ অসে নীংখোম্বীগী মনাক্তা থৌগলগা লোয়ননা পুশিনখো। নুপীদি লানগী খুৎলায়নি! মখোয় মশানা মশাবু লাংদা থুহনজবনি। চৎলো, চৎলো, ইনাও ইবেম্মশিং মতম খরদং লৈনুংশঙদা লমদম্লুচো।"

"অস ! করি নুংগী।" চীন্দুম্বী মকোক পায়জে।

নিংথেমনুবী কুন্দালৈনা ময়ামদা চৈহৎলি—"ঐনা হায়দ্রো, করি থোকএ ? হৌজিক্তি চেনবসু য়ারোই। কনানা লাক্কুনা ঐখোয়বু কনবীরনি।"

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"ঐনা নখোয়বু অদুম কনবীগনি। লৈনুংশঙ নুংঙাইবনি, নুংঙাইবনি। নমাঙদা লেপলিবী পুয়ানুদি চহী কয়া লৈব্রবনি। মরিল খাবী, লময়ৌবী অসে ঙসিসু মমু য়ৈথেকপা ঙমদ্রি ।মঙোন্দা হংঙু।"

"নুংঙাইব্রনে, পুয়া ?" চীন্দুবীনা হংঙি।

পুয়ানু খুমদে। মঙক নোম্মী।

মোইহাইবীনা হায়রকই—"হোয়দহে, অবা মচা লেপ্পা মাঙদে হায়বনি। য়েংঙুদনা, পুয়ানু অসে কমেন কমদৌরি।"

পচা লোয়শঙগী শঙলিংবীশিং—মখোয় ৭কী মনাক্তা চংশিল্লকলে। থৌগল তৌদুনা পুখোকল্লে—সুসিলাবতী, যমুনাবতী, চীন্দুবী, মোইহাইবী, কুন্দালে, কেসবতী, য়াইফবী, নিংথেমনুবী ৭ !

"চংলো চংলো ! ইনাও ইবেম্মশিং! মতম খরদং খাঙঙু, হন্দক্তি লোইশিল্লগে।" লৈমরেম্বীনা মখা শমথবা ওইনা হায়রকই—"মসিমসু নখোয় তাউ... লৈমরেন পোংলেনখোম্বী হিংলিমখে মজাইবুংঙো নিংথেম পিশক্কী তাংবল মুনবা কনাগীসু মতিক নত্তেকো। মাইন্না কুমুদিনীগী চাউরবা লানবল—থেংখাং অনীরক থুগাইবা ঙমখিদ্রবা মনাও ইবুংঙো, লাকলি অহমলকসুবা ওইনা ... ওইরবা য়াই, অরোইবা খোঙচং! নখোয়, পুম্ন মক শেম শারুরো...।"

ব্রাহে মখা তাখিদ্রে। লুহন্না মরৌ লৈ—'নখোয় পুম্নমক শেম শারুরো...!'

নুবেশঙলাকপীনা মতৌ মান্দনা ব্রাহে মপুং ফাহনবা ওইনা হায়রকই—"ইবেনসু শেম শাদুনা লৈরগে, পুন্না মং কুমমিন্নসিকো। চংঙো, চংঙো নুংঙাইবনি, লৈনুংশঙ! নবোকরেম্বীগী উরা কেকুসু থেংনজৌকো!"

"ইস ! উরা কেকুসু লৈবা!"

মখোয় নিংথেমনুবী ৭ কিতক্লা শোল্লি। মপান য়ৌখ্রে।



পুংজাও য়ৈরকই!

লাপুক্লা তাই। লানবুং নৎত্রি। য়াচং পুংনি। য়াচং শেনবুংনি। বেঙ্গুলসু খোঙ্গৎলকই। করিসু পাখৎনিংঙাই ওইদ্রি। কু-অহমদি মীপাইদে। মশীং খঙদনা লাম্বেংনরক্লবীনি। লৈমা নিংথেমনুবী অনৌবী তরেৎ অদুদি লৈতাফম খঙদে। মখোয়গী মতম লোইদৌরমাল্লে খঙ্গে।

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"ইশূসা পাখৎকনু! অদুক পাখৎচাউরবদি কমদৌনা লৈমরেম্বীদি লাইরদনা লৈমা নিংথেমনুবী মীচম ওইবা ঙমগনি? য়েংঙু, নুয়াম শাফবী পুয়ানুদি লেপখিবা খোঙফম ফাওবা লেঙদ্রি।"

মসিগী খুদোংচাবা লৌরগা লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা হায়রকই—"লান চংলবা য়াই, কৈফাবীনা, নখোয়গী নপুরোইবা নিংথৌ কন্নবা!"

মনেম কু-অনীনা পুয়ানু থাগৎপা অদু লৈমাবী তাই। মহাকসু পুয়ানুগী মতৌ য়েংনিংদুনা হংলকই—"নুয়াম শাফবী পুয়ানু! চাশাৎ চীংগী কৈফাবী! হায়খিবদাই নোংমা

নগুনা লাইদিংকোই সঙ্গাইদা... হৌজিক করি খল্লি, নুংবা লান লাক্কদৌরে।"

পুয়ানু খুমদে। মখূৎ অনীনা খুদম উৎতুনা পাউখুম পীরকই। মাগী পীরুৎ-তেন পীয়ু, মাগুজিল থাদুনা চৎকে হায়বনি।

"থৌইদকো, নুয়াম শাফবী পুয়ানু নগুসে!" লৈমরেম্বীনা অসুম্না শোৌরে অদুগা মখা শমথদুনা লাউথোরকই—"য়েংসি, কনানা গুম্বা!"

মাখোং হঞ্জবীনা হঙ্গৎচৈ—"লৈকোইরেন লৈমাবী! গুসিগী ব্রায়েল মখা কমদৌবা?"

লৈমরেম্বীনা খগুহৌদনা লাউথোরকই—"ফমনাইবীশিং! অদুগা লৈমা নিংথেমনুবী অরিবী, অনৌবী পুম্নমক! পুয়ানু অসে মতম খরা কুইনা হিংখো তস্বা ওইরমাল্লে, গুসিসু মতাং অসিদা ব্রায়েল য়েথোকলে। ব্রা ঙাংদবীগী ব্রায়েলসে য়াম্না লুদৌরি। মতুংদা অমুক খন্নরসি।"

মাখোং হঞ্জবীনা ময়ামগী মহুৎশিন্দুনা খুম্মী—"য়াম্না ফগনি লৈমাবী!"

"অদুগা শগুলিংবশিং!" লৈমরেম্বীনা অমুকসু মখোল হৌরপ্না লাউথরকই— "নুয়াম শাফবী পুয়ানুবু হান্নগুম থৌগল তৌদুনা ঐগী সঙ্গাইদা পুশিনব্রো। থাগোই, থরাক লৈবনি, নীংথিনা শিন্নরম্মু।"

মপান্দগী শগুলিংবা মরি চংলকই। পুয়ানুগী মনাক্তা লেপলৈ। পুয়ানুনা মকোক নোম্না ময়ামবু খুরুম্মী। তপ্না তপ্না পাচা লোয়শগুদগী মপান থোকপ্রে। শগুলিংবশিং তুংইন্নখি।

ঙাইহাক লৈরগা পাচা ফমনাইবীশিং অমদি তিল্লিবা নুপী পুম্নমক মরী মরী মপান থোক্লপ্রে। লৈমরেম্বী মথক্তা পুয়ানুবু য়েংনা য়েংনা চুবা মেৎতুনা ফমহৌই—"নুংশিদকো! ইনেমগী ইবেম্মা পুয়ানু!"

পাচা লোয়শগু মনুং অদু পুমচিক চিকপ্রে। মাগী মনাই খরা নত্তনা অতৈ লৈত্রে। মহাক ফমলি, ফমলি। মমিৎতা পি শিন্থে! হেক থংনবা মিকুপ্তা মপি তৈথোকই। তেংথা নাওইদুনা লৈবা য়াবা মতম নত্তে। মহাক লৈমাবীনি। লৈকোইরেন লৈমাবী! ঈচং থৌনা লাকই। মপৃক্লিংদা মগুল মগুল খল্লি—"ফৈ খগুগনি! অদুবু, মতৌ করম্না লাক্লগনি, মনাও ইবুংঙো নিংথেম নুংলেনখোম্বা!"



নিংথেম নুংলেনখোম্বা (মহারাজ দেবেন্দ্র সিংহ) নিংথৌ ওইদুনা পাল্লম্বনি। মতিক চবা নিংথৌনি। মাগী তাংবল তাওখিবা(নিংথৌ মফম তাবা) কুইরবনি। মহাক নুংঙাইতে। শেন্নহৌদ্রবা মিকুপ্তা তাংবল খৃৎথাগু য়ৈখিবনি। চেকশিনবা খরা ব্রাৎখি।

মহাক নুপী নহাদা কা-হেন্না ঙাওই। নুবেশগু কোয়রিঙৈদা লানলোং শিনবা নংহৌদবনি হায়নৈ। ঙাইহাক য়ান্নরল্লগা মথব্রায় হিংনবা চেনখি—ময়াং লৈবাক্তা! পুয়া শূবা মায়চৌশিংনা মাগী মমিংবু 'নিংথেম চেনখিবা' হায়দুনা চৈথারোল কুম্বাবদা লাচল্লি। মাগী মনাও ইবেম্মা ৯৬ অদো কনাসু লোইনখিদ্রে।

মহাক্না খাইদগী খোইদাজবী তাল্লোয় 'নীংখোম্বী' কাওবা হন্দোকলম্মী। পুবা নংখিদ্রে। অতেসু লোইনা কাংখোং চায়দ্রে। মকম মরাং খণ্ডদনা হন্দোকপিরমলে। নিংথেমনুবী পৃয়া—নুংলেনগী তাল্লোয় হঞ্জবী, লৈমরেন অমলেনখোম্বীদি লোন্না চেনখিদুনা মপুরোইবা নিংথৌগী মনাক্তা উচিন নাচিন্না লৈজবা ফংদ্রে। মহাক অমা মরাইবক ফদ্রে। অতৈদি ? লংশেকপীরম্বা হায়বা মসিনি, নিংথেমনুবীশিংগী পুন্সি! লান হেক থোকপগা হন্দোকপীরম্মী। অদুনা, অনৌবা লাইবক অমা, মশা মশানা শেমজবা তারকই। মমৈদা খুল্লকনুবী ওইদুনা লৈহৌই। খরনা 'কোনুং লুথুম্মী' ওইহৌবসু য়াওই। 'লমলক লুথুম্বী' ওইখিবসু য়াওদবা নত্তে।

মতৌ অসুন্না নুংলেনখোম্বগী তাল্লোয় নীংখোম্বী—অনৌবা শাইদাংফম থিরই। অংবল লালহৌবা নীংতেকসনাগী মীচং চংলুই। মাগী মরমদা শাংথনা মশক তাকত্রবসু য়ারে। অদুবু, খরগসু কুপশিন্না খণ্ডদবা য়াদবা মরম খরা লৈরি। মহাক য়াম্না নহা ওইরি। হেন্না হেন্না ফজরকলি। নুংলেনখোম্বগী মচানুপীগুম্বনি হায়বসু য়াই। নীংখোম্বীনা নুংলেনবু মপুরোইবা ওইনা ফংজবা অদু কয়া পেঞ্জখিদে। নুংলেনখোম্বনদি অনৌবা এক্সাং অসিদা মীতাজখি, ভাওজখি, অতৈ তাল্লোয়ময়াম্বু কাউথোকপা ঙমখি।

নীংখোম্বী অসি মচিন মনাও ময়াম পোকপগী ইতোন তোম্বীনি। অদুনা 'নীংখোম্বী' কৌখিবনি। ওহোক্রা চান্নে, মমিংগা পুন্সিরোলগা! মহাক অসি নুংলেনখোম্বগী ৯৬ সুবী তাল্লোয়নি, তশেংনমক মনীংখোম্বীনি!

মপুরোইবা নিংথৌনা মাগী অনৌবা, মমিং অমা থোনবীরম্মী—'নুংলেনখোম্বী !' শমজিন্দুনা 'নুংলেম্বী' কৌরম্মী। নুংলেনখোম্বগী মমিংগা চুংশিন্নদুনা থোল্লম্বা মমিং অসি মনুংদা মরম অমা লৈবা মাল্লি। নীংখোম্বী অসিসু হেন্দোক্লা ওইবা য়াই—লৈমরেন নুংলেনখোম্বী! শক-চু, মওং মতৌ লময়োই। লৈমা ৯৫ অদু মাদৌনা ফজবা, মঙাল নাইবা অমতা য়াওদে। নুংলেনখোম্বগী তাল্লোয় হঞ্জবী খিয়াম চনু 'অমলেনখোম্বী' (নিংথেমনুবী পৃয়া) দি য়াম্না মল্লে। নুংলেন্না পামলক্লে। নুংলেনখোম্বীবু অনৌবা লৈমরেন হাপলগা নৌনা অমুক ফোঙগে, কংলা মেন তোংগে হায়না খঞ্জখি।

হৌজিক, নীংখোম্বী ফজবীদি কদায়দা লৈরি ? মচেমসিজ পোংলেনখোম্বীনা লুনা তৌজে, খুন্দা লৈতাদুনা লৈহন্নবা হোংনখি। পৃয়ানুগা লৈনুংশঙদা মতম খরা লৈমিন্নরম্মী। মীহাং খোঙচংকী মতুংদা অমুক মনীংতমলে। নুবেশঙদা লৈরম্মী। নাহোক্তুনা চেল্লুরে। লমখাংদগী অমুক ফারে। লৈনুংশঙদা অমুক লৈগ্রে।

লৈঙাক কাঙলোন হৈরবী পোংলেনখোম্বীনা নীংখোম্বী ফাজিন্দুনা থমলি হায়বগী পাউ—মনাও ইবুঙো নুংলেনসু তাখি। মাগী তাল্লোয় নীংখোম্বী কননিংঙি। লমন খুমনিংঙি। অমুক হন্না নিংথৌ ওইনিংলি। হৌনশানি। অদুনা চিফেং চিফেং ভাইহাক লৈতনা লান্দরকই। লৈমরেন নুংলেনখোম্বীগা নৌনা ফম্বাল তোংনিংঙি! ময়াম্বু ইবুংঙো লৈরেন নোংলেনখোম্বনা মঙেন্দো য়াম্না চেকশিন্না শিন্নরম্বা সনা তাংবল—অমুক হন্না মুন্নবা হোংনরি। মরম অসিদগী অমুক হল্লকলি। নুংবাদা, শামুপলদা অমদি খাইশেলদা লানচাক খাংদুনা লাম্মী তেঙ্গোল খোমলংলি। থোকলবা য়াই, অচৌবা লাঙ্গাও অমা !

ওইরবা য়াই, তাংবল লান নত্রগা নুংশি লান !

লানগাউ অসি লায়থোকপা য়াদে।

লৈমরেন পোংলেনখোম্বী পাখংচৈ। মাগী মজাইবুংঙো নিংথেম পিশক চন্দ্রকীর্ত্তিনা, হৌজিক হৌজিক ফমলিবা সনা তাংবল—মতোনসি নুংলেনখোম্বদগী য়াম্না য়ানা মুনখিবনি। চহী মাপলগী মতুংদা অমুক নৌহৌনা ফংবনি। হন্দক অমুক তাংবল খুৎথাঙ য়েত্রবদি—হনখিবা তাবনি, মমা মচা। লৈরুবা তাবনি কাছারদা, শিরুবা তাবনি মফম অদুদা। অমুক হুঞ্জিনবগী য়াফম লৈতে। অপায়-অপায়বনা চাউনে। নুংলেনসু অখৌবা সেনানি। লানহৈবদা মমিং লৈরম্বনি। মাগী খিত্তং শোয়খিবা হায়ববু... নুপী ! নুপীদা ঙাওবা !



লৈমরেন পোংলেনখোম্বীনা নোংলেন (নরসিংহ) অমসুং নুংলেন (দেবেন্দ্র) মচীন মনাওবু তশেংনমক কিজখি। নোংলেনদি লৈখিদ্রে। থায়নগী অরি-অরিবা মালোম য়াম্না লৈখি। নীংশিংবা য়াই, 'চুথাঙ শরৌ মীহাৎ !' হৌজিক্তা নুংলেনখোম্বগী নিংথেমনুবী মাপল, পোংলেম্বীনা ফাজিন্দুনা থমলি। লানগী খূৎলায় ওইনা !

মনাও ইবুংঙো নুংলেনখোম্বনা মতৈমসিজ পোংলেনখোম্বীবু মরূ ফংনা মুৎথৎকে খনবা কুইরে। পোংলেম্বী লৈত্রবদি মৈতৈ লৈবাক খুদুম চনবা য়াম্না লায়। মাগী অমতা পোকচবা মজাইবুংঙো লোইশিনবসু অরুবা থবক নত্তে। মসিনা নুংলেনগী য়াখলনি। অদুবু পাক হেক হায়জিল্লকপদি ঙমদ্রি। মীচং অমতসু চিংথোকপা ঙমদ্রি। মতৈমসিজগী শরৌ পোরম—মনাও ইবুংঙোনা খঙবা ঙমদ্রি। অমনা অমবু কিনৈ হায়বা তাই।

পোংলেম্বী থিম্বুবা তৌখিদে। লৈমরেন সঙ্গাই অচৌবা থোঙ হাংদোকখ্রে। অঙম অথৌশিং মরী মরী চংনখ্রে। থায়নগী কোক অরিবা ময়াম কৌখৎখ্রে।

নুমিদাংগী অথুবা মীফমনি।

লৈমরেন পোংলেনখোম্বীনা লাঙজে ফম্মী। মাগী য়েৎতা নিংথেম পিশক অমদি ওয়দা নিংথেম পুরেল—মজাইবুংঙো অনী ফম্মী। অকোইবদা অঙম অথৌ অমদি ফমনাইবশিং।

"ইপু মেজরশিং অমদি অঙম অথৌ পুম্নমক নশূনা খুরুমজরি !"

লৈমরেম্বীনা মমাঙদা লেঙশিল্লিবা অঙম্বশিংবু অসুম্না য়াহৌরগা মকোক নোন্না খুরুমজে। নিংথেম পুরেলসু অহলশিং খুরুম্মী—"ইপুশিং নশূসু খুরুমজরি !"

নিংথেম পিশক্না মপু অহলশিং খুরুমলগা হঙ্গৎচে—"ইপু পুম্নমক ! নশূ নিংথেম পিশক্না খুরুমজরি ! ইতোনসি নুংলেনগী তাংবল লানসে তোয়মনখ্রে, ইপুখোয়না লানলোং শিনবীয়ু !"

নিংথেম পিশক্কী (মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি) মপাবুং চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা (মহারাজ গম্ভীরসিংহ) মতমদগী হৌদুনা লোয়নরক্লবা অঙম্বা কয়া হৌজিকসু মচি লেঙদ্রি।

হৎ-ফেৎনদ্রি। নিংথৌ কনবতা ওইরি। মখোয় অসিনা মহৌশাদগী পোংলেনখোম্বী মমা মচাবু ফরাইকোন (চেকপল)গী মশক ওইনা লৈঙাকপা য়াওরকলি। অদুনবু, পোংলেম্বীনা অসুক থৌনা লৈরিবনি। নিংথেম নুংলেনখোম্বনা অঙম অথৌ অমতসু চিংথোকপা ঙমদ্রি।

য়ামগ্রবা অঙম অথৌনি। মখোয় অদুগী মনুংদা মজাইবুংঙোনা নৌনা হাপচবা মেজর নহা খরা থারগা হৌজিক হৌজিক মেজর মাপল লৈরি। মমিং লৈরবা ঙাকনি। ঙাইহাক লৈতনা তাথোক অসিন তৌনরি। কোনুং মনুংগী ঙাইশেন ওইনা অঙোম নিংথৌ, লুবাং নিংথৌ অমদি মোইরাং নিংথৌ—অহুম অসিসু ঙাকলৌ ওইরি। নিংথেম পিশক্কী মরুপ অনী—পাম্লোম য়েং ওয় লৈরি, লুবাংতোন অমসুং তেনশৃবা। মসিগীসু মথক্তা, নিংথেম পিশক্কী ময়াম্বুং ইবুংঙো, নিংথেম পুরেল ধর্ম্মসেতু লৈরি। লানচিংপুরেলসু ওইরি। মনাওগীদমক মাংজিল থাদুনা মথবায় থাগনি হায়দুনা ঈগী বাশক শকপ্রবনি। থোইদোক্লা কাছারসনা অমদি ধাকাসনাশিংনা নিংথেম পুরেলবুদি থৌতক্লরিবনি। নিংথেম পিশক্লা অসিগুম্বা বাশক চেংপ্রবা ময়াম্বুং অমা ফংজবসি লাইবক ফবনি! মাগী লৈঙাকলোন্দা মপাঙ্গল হাপকৎপনি হায়দুনা খঞ্জে। মখোয় অনী হেক পোকমিন্নবদৌনা লোয়নজে, অঙকপা ফংনসু নুংশিনৈ। মফম মতম চানা ফাগীসু তৌনৈ। থৌগল্লোনসু কায়নদে। অসিগুম্বা অঙম অথৌ ময়াম সুনা তিন্দুনা লানগী বা তান্নরি।

"মমাসিজ নিংথেমপোকপী!" মেজর পুরেল নেপ্রানা লৈমরেম্বীবু নোল্লুক্লা কৌরগা হঙ্গৎচৈ—"করি করম লানলোং শিনশিগে ? পূক্লিংদা করি চিংনবা লৈবীবগে ?"

লৈমরেন পোংলেনখোম্বী নোকফেৎনৈ। ঙাইহাক তুম্মিন্না লৈ। মায়য়োক্লদুনা ফমলিবা বলরাম নেপ্রা য়েংলকই। বাদি ঙাংদে। য়াম্না চান্নজবনি—মশূ মপু। খ্বাইদগী কুইনা লোয়নরক্লবনি। মমাসিজগী মিন্থুন নেপ্রা খঙই। মশূ মপু, মপা মচাগুম্নসু লোয়নজে। মমাসিজনসু নেপ্রাবু য়ৌনা থাজখিবা থৌদোক কয়া লৈপ্রবনি।

অদুঙৈ, লমলেম নুংগোইবীদা, কৈজাও অমা থোরক্লনা লৈবাক মীয়াম কিদুনা মপান থোক্লখিদে। মতম অদুদা নেপ্রা সুবেদার ওইরি। য়েংখোইবা সুবেদারগা লোয়নদুনা কৈবনদা কৈ ফাবা চংমিন্নৈ। নেপ্রানা চরোৎ মৈ থাদুনা কৈ অদু ঙাওহল্লগা মখোঙ মরি থাঙনা কক্লনা হাংখি। কৈ অদু নিংথেম পিশক্লা অহানবা ওইনা অঙাং নিংথৌ ওইরিঙৈদা কৎখি। মদুদা, মমাসিজনা পেল্লদুনা নেপ্রাবু খুদক্তা মেজর হাপখি। মসিদসু নত্তে, নেপ্রানা লৈবাক নিংথৌগী তৌখিবা থবক। অঙৌবা সাহেপশিংনা অঙাং নবা ওইরিবা নিংথেম পিশকপু ফাজিন্দুনা থমপ্রবদা নেপ্রানা লোন্না চৎতুনা হুরগা পুরকখি। মহাক মশাবু মমৈদা ফাহনখি। শিলংগী কৈসুমশঙদা কুইনা লৈরুই।

মজাইবুংঙোনা অমুক হন্না পাখঙ ফারক্লনা মপাবুং নিংথৌগী মাঙসুরবা তাংবল ফংলবা মতুংদা নেপ্রাবু 'মেজর পুরেল' হায়বা মিংথোল পিখিবনি। অদুনা মহাক অসি ইমুংগী থাজরবা অহল অমনি। অদু ওইদুনসু, মমাসিজগী মফমদা লানলোং অসুম তৌসি হায়দুনা হঙ্গৎপদি অরম্বা লৈ। মসি অতৈন্না খঙপ্রবসু, নেপ্রাদি পোংলেম্বীবু মুন্ন খঙই। মাগী য়াকা ঙাইরি।

তৌবসু, পোংলেম্বীদি খুদক খুদক্কী বারেপ লৌবদা, পোরম পোমিং য়াংপা য়াম্না হৈ। মাগী লৌ হায়নরিবনি। তুংলমচং হান্না উম্ন ঙম্মী। নিংথেম নুংলেনখোম্ব লান্দারকখিনি

হায়বা মহাক খঙই। মদুগী পোরম পোংথিং হায়া য়াম্রবনি। নুংলেনখোম্বনা হন্দোকপীরমদবী লৈমা নিংথেমনুবী কয়া খোমজিন্দুনা মাগী মীচং ওইশিনখ্রে। মপুরোইবা নিংথৌবু মৈহৌনা শাউরিবী লৈমা কয়া 'মীয়েং মীকপ' (নজর বন্দিনী) ওইদুনা থমলি। খাইদগী হেন্নবী নীংথোম্বীনা লৈনুংশঙদা!

অসিগুমবী হৈশিংলবী লৈমরেম্বী অসিগী মফমদা অঙম্বনি হায়দুনা লানগী পোরম য়াংলুবসি নেগ্রাদসু নত্তনা অতৈদসু লুনা খোকই। মাগী পূক্লিংগী ব্রা হায়ফেং খঙদ্রবদি লুপ্রবজাংনি। য়াম্না তয়োন্নগনি। করি অমুক হায়রুগনি, মাগী মপাবুং গৌরশ্যাম, লুবাং নিংথৌ ফাওবা থবক শিন্দোকপা হৈতে হায়দুনা (মজা ইবুংঙো নিংথৌদা ঈঙ্গিং পীরগা) লোই থারুই। কৌখংপা কুইদ্রি।

মীকম অসিদা লোইদ্নগী কারকপা কুইদ্রিবা মপাবুং য়াওরি। মহাকসু মচানুপীবু হঙ্গোইরপ তৌই। হৌদোকপা ঙমদ্রি। তুম্মিন লৈজে। করিনা, মচানুপী ওইরবসু লৈমরেম্বীনি, মতম অমগী। হৌজিক্না নিংথৌপোকপীনি। লৈমা নিংথেমনুবী পূম্নমক্কী মীরেননি। নিংথৌ মমা অসিগী তৌবা ঙম্বা পাঙ্গল থৌনা য়াম্না লৈরি। মসি পূম্নমক্না খঙনৈ। মাবু কিতকনৈ।

মজাইবুংঙোনা লৈবাক্কী নিংথৌনি। শগোল চুপলি নত্রগা খুজী পায়দুনা মায়কৈ চুমলিবদি মমাসিজনি। নিংথেম পিশকসু য়াম্না নহা ওইরি। য়েক্লবনা লাঙ্গোই চল্লি। মমাসিজগী কু-বুদ্ধি য়াওদবা য়াদ্রি। অঙম্বশিংনসু অরুবা মতাংদা মাগী পাউতাক লৌনৈ। পোংলেম্বীনসু অহলশিংগী য়াব্রা লৌনৈ। পোংলেম্বীনসু অহলশিংগী য়াব্রা তাদনা থবক তৌদে। মতম অদুগী লৈঙাক কাঙলোন-য়াম্না নুংশিনরবা খৃৎপু অমনা পুমিন্নরম্মী।

"ইপু নেগ্রা! অদুগা অঙম্বা ময়ামসু তবীয়ু।" লৈমরেম্বীনা ইংনা তপ্না মখাতানা হায়রকই—"নুংবাগী লান অসে অরাইবা নত্তেদো। চীংথক চীংখানি। অরোনবা পাউ খরসু ফংলে। নুংলেনখোম্বগী মজাইবুংঙো 'থাংজমসনা' অমদি 'চোংথাসনা' অনীসু মপাবুংগী লান তেংবাংনবা লাঞ্জারি হায়বা তরে। মপাবুংনা নিংথৌ ওইবা, থাংজমসনানা মথং খনবা (যুবরাজ) অদুগা চোংথামসনানা লানচিং পুরেল (সেনাপতি) ওইবা হায়দুনা য়ান্নরগা পুখম পুন্না লানচাক চামিন্নখ্রে হায়রিদো।"

খরা হায়গুম তৌঙম্বা কাঙবা মেজর চিদানন্দা থাঙ্গালনা মরক খংথৎ থৎতুনা হংলকই—"মমাসিজ, নিংথেমপোকপী! থাংজমসনা, চোংথামসনা হায়রিবা অনী অদুবো কদোমগী নিংথেমচানো?"

"ইপু থাঙ্গাল!" লৈমরেম্বীনা মচা খায়না খুম্মী—"মনাও ইবুংঙো নুংলেনগী মচানি। অমনা থাংজম চনুগী, অমনা চোংথাম চনুগী। কোনুংদা পুখৎপীরমদবী মনাও ইবেম্মাশিংসু নিংথেমগী নিংথেমনুবীনি। মমা, মমানা তম্পাক ময়ুমদা পোকপনি। সঙ্গাই ফম্মাংদা অদুম লাচল্লি। সনা অনীদো মমা মমাগী য়ুম্নাক নপচসনু, তৌবদি নুংলেনগী খৃৎনি, সনা ঈনি। ইপু! লানগী ব্রা খন্নসি হায়বনি। সনা ঈরম থিসি হায়বা নত্তেদা।"

"ননাই ইপুদি ঙকউরেদো, অদুদা হঙ্গচবনি।" থাঙ্গালনা নোকফেং তৌনা তৌনা হায়রকই—"মমাসিজ! মনাও ইবুংঙোগী মচা য়াম্বনি, অদুনা চেকশিন্দবা য়াদেকো।"

পোংলেম্বীনা হায়রকই—"অদুনি ইপু ! নশুসু মনাও ইবুংঙোবু কিজবা লৈনে।"

নেগ্রানা মমাসিজগী পূক্লিং উরগ তৌরে। অদুনা খুদক্তা খুম্মী—"মমাসিজ ! চিংনবীগনু। ননাই ইপু অহল ওইরবসু ইপু নিংথেম শিশক্কীদমক থবায় কৎথোকচগনি। মনাও ইবুংঙো নুংলেনখোম্না হিংনা ফাগনি।"

থাঙ্গাল মেজরনা অমুক পাংশিল্লকই—"মমাসিজ লৈমাবী ! ননাই কাওবা হাজারীসু লৈজরি, চিংন-পরৈ থাদোকপীয়ু।"

নহা ওইরিবা নামৈরাকপা মেজরনা মরক থৎতুনা হঙ্গৎচৈ—"ইপু অনীদি য়াম্না বাবীরকলে। পোথাদুনা লৈবীরো। নুংবাগী লান অসি ননাই য়াক চৎচগে।"

"ইপাগী ইবেম্মা, লৈমরেম্বী !" লুবাং নিংথৌসু ওইরিবা মাইন্না মেজরনা খরা হঙ্গোইরগ তৌনা পাংশিল্লকই—"ইপাসু লৈবিনা, কবিগী অদুক মিপাইবনো ? ইচা ইবুংঙো লুবাংতোনসু য়াওহল্লগে।"

লুবাংতোনগী মশক তাকপ্রে। অদুবু কুপশিন্না খঙদবা য়াদবা খরা লৈরি। মহাক অসি মাইন্নামচা কোইরেংগী কাওবুনি। কাওবু অসি হান্না নিতাইপা চুথেক মাইন্নাম কোলুপ্তা তারম্বনি। অদুঙৈ, অৱা লানগী মতমদা, নিংথৌশিংগী মতুং ইন্দুনা কাছারদা খুনখৈবনি। লুবাংতোন ললাং খুন্দা পোকপনি। মফম অদুদা নিংথেম শিশক্তা খঙন্দুনা মরূপ শান্নরকই। অমুক থোকমিন্নরকই। মহাক অসি লুবাংনিংথৌ গৌরশ্যামগী য়াম্না নক্লবা মরী মতানি। ইচা ইবুংঙো হায়দুনা লুনা তৌজে। শাগৈ পু তিন্নবনি। লুবাংতোন অসি থাঙ-তা হৈবদা মমিং চৎপা লাম্মী অমসুনি। মমীৎ মনা শিংঙি। মীতেক মীবৌ খঙই। বা য়াম্নদি ঙাংদে। থবক শিঙ্গোং খঙই। শগোল হঞ্জবগী ফমসু মতম খবা পুহল্লম্মী। ফম অসি নিংথৌমচা মতিক চাবা লৈতবা মতমদদি নিংথৌনা অপাম্বা মীদা থিন্দোকপা যাই। তৌবসু নিংথেম শিশক মমা মচাগী মতমদা মখোয়গা যাম্না নক্লবা মরী মতাদা মকওইবা ফম কয়া থিন্দোকলম্মী। মসি লৈঙাক কাঙলোননি। নিংথৌ খুভম চেৎনবা হোৎনবনি। লুবাংতোন অসি শগোল লাম্মী লুচিংবা অমসু ওইবম্মী।

"মমাসিজ নিংথেমপোকপী !" নোংমাইথেম অঙোম নিংথৌনা লুবাংথৌগী বাফম শৌগৎপা ওইনা মমাসিজবু কৌজবগা হঙ্গৎচৈ—"চিংথক চীংখাগী লান শোক্লবা তাবনিনা ননাই তেনশূবসু থাববদি শাফগদ্রা হায়না খঞ্জেদো। মাগী তেনজৈ লাম্মীনা মাংজিল থাদুনা চংশিনহনব্রগা মায়কৈ অতৈদগী থাও লাম্মী, কামবন (নোংমৈ) পাযবা লাম্মী খোমজিনবা যাগনি হায়না নীংজৈদো।"

তেনশূবনা মরক থৎতুনা হায়বকই—"ইমাসিজ লৈমাবী ! ননাই চৎচগে।"

তেনশূবগী মশকসু তাকপ্রে। মাগীসু কুপশিন্না খঙদবা য়াদবা খরা লৈরি। মহাকসু কাছারগী ললাং খুন্দা পোকপনি। মাগী মপা মপুসু চহী ৭ খুন্তাকঙৈদা চেনখিবনি। লুবাংতোনগী মরূপনি। অদুনা নিংথেম শিশক্কসু মরূপ ওইরকখি। মহাক তেনদসু নত্তনা থাঙ, তা, লানগী খুৎলায় অয়াম্বা শিজিন্নবা হৈ। থোইদোক্লা লানগী শামুথৌবা ! মহাকপু শামু হঞ্জবগী ফমসু পুহল্লি। মহাক মশা য়াম্না খিংঙি। ঈচং থৌই। নুংঙাইথোকপা হৈ। অৱা-অনা কাউথোকপা ওম্মী। নাপলদি খরা কারগ তৌই। বাখল পোমিং খঙবা উবদি খরা বাংলপ তৌই। লুবাংতোন্না

কোক শিজিন্নে। তেনশৃবনা পাজল! মহাক অঙোমচানি। মমাসিজনা তুংদা অঙোম নিংথৌ পীবা য়াবা মীশকনি খন্দুনা কাহারদগী খোপচিল্লকপনি।

তেন লাম্মীগী বাকম পল্লকপদ মমাসিজনা মপূক্লিংদা খল্লি—"নুংবাগী লান অসিদি তেনশৃবী পুয়ানু, লৈমরেন কৈফবী অসিদুম লুচিংবী ওইনা থাসিরদো!"

মপূক্লিংগী বাখলনি, পান্দদি হায়দোক্তি। ময়াম অদু থৌদুনা য়েংখিগে খল্লি।

লুবাং নিংথৌনা লুবাংতোনগী হাকল চংবদৌনা অঙোম নিংথৌনা তেনশৃববু মচাদৌনা লুনা তৌজে। য়েক তিন্নে। অঙোম মচানি। মাগী মীনি খঞ্জে। মরক মরক্তা লুবাং নিংথৌ অমদি অঙোম নিংথৌ মচা অনীগী মতিক মথৌনা থাগৎনবদা উংখৎনবা য়াওখি। মরূপ অনীদি অসুক্কী মতিক হৎকচিন্নে, নুংশিন্নে। করিসু বারৌ পুরৌনদে। অমনা অমগীদমক শিদোক্কে খন্নে।

লুবাং নিংথৌ অমদি অঙোম নিংথৌ অনীনা মাগী মাগী শাগেগী মচা থোকপা অনীগী নাপল তৌজবা মতৌ—লৈমরেম্বী খঙই। নোকফেৎতং তৌই, বা ঙাংদে। লানগী পোরম য়াৎত্রি।

লাম্মী পূম্নমক্কী লানচিং পুরেল ওইরিবা নিংথেম পুরেল ধর্ম্মসেতু—তুম্মিন্না লৈ। মাদি বা কয়া ঙাংগনদে। মচংঅমক ঙাংঙি। নাপলসু কাদে। মতিক মথৌনা লোৎশিন্দুনা থম্মী। লানলোং শিনবা য়াম্না হৈবনি। মমীৎ উইশিল্লপ তৌনা নুংবাগী লৈয়াৎ চিংশিন্দুনা নুংমীৎনা লানচংফম, লানবল শাফম খল্লি। মহাক্তি চীং-মান্দা লৈরকপনি, লম্মীৎ তুম্মীৎ মুন্না খঙই। মাগী নুংবাখল পোমীৎ ফোঙদোক্তি। মমাসিগী মওং মতৌ মহাক খঙই। য়াথং ঙাইজে।

চৈরক অদুদা য়েনখোইবা মেজরনা খরা নাপল তৌরগা মরক খংথৎ থৎতুনা হায়রকই—"মমাসিজ নিংথেমপোকপী! মনাও ইবুংঙো নুংলেন ফাববু করি লৈবা বানোদা। মাবু করি কিনিংঙাই লৈবগে? ননাই য়াক হৌজিকমক লাম্মী ৫০/৬০ পুরগা কেকু লোৎপী লান তৌজরুগে। য়াথং পীনবিয়ু।"

"ইপু য়েনখোইবা!" লৈমরেম্বীনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"মনাও ইবুংঙো অরাইবা নত্তে। লাম্মী ৫০/৬০ য়রোই। লান হৈবনি। ময়াম্বু ইবুংঙো লৈরেন নোংলেনখোম্বনা নিংথৌ ওইরিঙৈদা য়েংকী পাম্নোম ওইরম্বনি। অথোইবা লানচিং পুরেলনি। মাগী মখূৎতা কর্ত্তাগী নিংথেমচা কয়া তুমগ্রবনি। হন্দক্তি মীপাইবা পোকই!"

চোংথা মেজরনা লৈমরেম্বীবু শৌগৎপা ওইনা পাংশিল্লকই—"মমাসিজনা নুংখন্নরিবা অসি চুন্না খঞ্জেদো, ননাই নপুসু। থেংখাং য়ামলে, তাংবল লালহৌ! মাগীসু হন্দক্তি অরোনবা শরৌ অমা লৈরমগনি হায়না নীংজে।"

"অদুদি করি লানলোং তৌবা তাবগে?" কোন্সবা মেজরনা নেপ্রাদা ওনশিন্দুনা হঙ্গৎচৈ—"ইপু মেজর পুরেলনা পুথোকপীয়ু। নহা ওইজরিবা ননাই ঐখোয় চংচগে!"

নেপ্রা মেজর তুম্মিন্না লৈ। লানদি লোয়না চংকে হায়রি। মমাসিজগী য়াকা ঙাইরি। মহাক্না করি খল্লিবা, কনাবু থাগে খল্লিবা? মাগী নুংবাখল ফোঙদোক্তি। মমীৎ হায়ফেৎ উইশিল্লি। খূদোম্বী ওৎতুনা বাখল খল্লি। মাগী খূদোম্বী অমদি খূবী অঙকপনি! মসিগী অঙকপা য়াথং অমদি বায়েল বারেপ লৈ।

খুদোং মেজরনা মথক্তা মুরুম মুরুম শোক্লি—"নিংথেম মীচেন অদু ফাববু করি কিনিংঙাই লৈবনোদা!"

নিংথৌখোংজা মেজরনা তপ্পগ্না খুম্মী—"কিবগী ব্রা নত্তেনে, মেজর ! মমাসিজনা চিংনজবগী মরম লৈনে।"

ঙশায়দগী তুম্মিন্না তাশিন্দুনা লৈরুবা মোইরাং নিংথৌ সূর্য্যনা ইখঙ হেক খঙহৌদনা হংলকই—"মমাসিজনা মনাও ইবুংঙো নুংলেনখোম্বা কিবগী মরমসিবু... ?"

লাইশ্রবা মেজরনা মরক খংথৎ থৎতুনা হায়রকই—"মমাসিজগী খুদোম্বী য়াথং ঙাইখিসিদা!"

ময়াম তুম্মিন তুম্মিন লৈনৈ।

লৈমরেন পোংলেনখোম্বীনা মনাও ইবুংঙো নুংলেনখোম্বা কিবগী মরম—নুং পানগী ব্রা য়াম্না লৈ। নিংথেম নুংলেনখোম্বা (মহারাজ দেবেন্দ্র) হায়বা অসি মৈদিংঙু লৈরেন নোংলেনখোম্বা (মহারাজ নরসিংহ) গী মনাও ইবুংঙোনি। মথক্তসু পনখ্রে। মখোয়গী শাগৈ চাউই, যাম্না খুৎকল্লি। মচীন মনাও অনী অসিগী মজাইবুংঙো পুনা ৪৭ নি। ময়াম্বগী ২৩ মনাও ইবুংঙোগী ২৪ ! অদুগীসু মথক্তা নুংলেনগী মখাদা খুঞ্জাওসনা, সনা লৈস্রামতাবা অমদি গুণসিং—অহুম অসিসু লৈবি। মখোয় অহুম অসিগীসু মচানুপা কয়া লৈরি। মখোয়গী কাঙলুপ অসিবু ময়াম্বুং নোংলেনগী মতুং ইন্দুনা মপুংদা নরসিং সনা নত্রগা নরসিং নিংথেমচা হায়রগা খঙনৈ। তশেংনমক নরসিং সলাইদা চিংবদি চিংদে। সনা লৈস্রাম তাবদি লৈখিদ্রে। শাজৌসনাগী মখুৎতা নোঙ্গাদ্রে। মচা মশূ সঙ্গু অমা লৈহৌরি।

থোইদোক্লা নুংলেনখোম্বগী মচানুপা ২৪ অসি নত্তবা কয়াসু চায়না চায়না লৈরমখিবা য়ারি। মাগী তাল্লোয়নুবী ৯৬ সুই। মচা ময়াম অদুগী মনুংদা 'শরুমচা' নত্রগা 'লাতোন মচা' খরসু যাওরম্বা য়াবগী থাজবা লৈ। 'সঙ্গাই ফম্মাং'দা থেংনৈ। অমবু ওইরবসু, নোংলেন (নরসিংহ) অমদি নুংলেন (দেবেন্দ্র) কাঙলুপকী নিংথেমশিং-লোইনা পাখঙ য়ং য়ং ফারকলে। মসি পোংলেম্বীনা য়াম্না মুন্না খঙই।

মজাইবুংঙো নিংথেমশিংহ অসি থাঙ, তা, লানগী মহৈ মশিং নীংথিনা হৈরবা ঙাক্তনি। মখোয়গী মপল ইবুংঙো লৈরেন নোংলেনখোম্বনা চহী কয়া ফমলম্বা তাংবল—মখোয়না অমুক মথং মথং ফমনিংঙি। তাংবল তাওহনখিবা পামদে। কাঙলুপ অসিগী অহল মঙা (নোংলেন, নুংলেন, খুঞ্জওসনা, লৈস্রামতাবা অমদি গুণসিংহ) অসিগী মমা অমতা তিন্নদে। অদু ওইদুনসু মপাবুংদি পুল্লি। অদুনা তাংবল লানগী মতাংদদি হেক্তা পুনশিল্লকপা য়াই। হান্নসু পুনখিবা লৈ। অপুনবা খুৎ অসি সলুপ সলুপ থুগায়রগা চিংখোক চিংশিন শান্নদবা য়াদে। লুপ্লবা লৈঙাক কাঙলোন চংঙি।

মসি পুম্নমক লৈমরেন পোংলেনখোম্বী খঙই। মাগী মজাইবুংঙো নিংথেমতোন,

মনাও ইবুংঙো রাজসিংহসু মমিং মুৎথৎখ্রে। ময়েক্লসু মুথৎপা তাবনি। রাজনীতিদা য়েক্লবা য়োকুনা থব্রা য়াদে! হৌজিক্তি নিংথেম পিশক অসি মথন্তা তরক তরকই। মমাসিজ নিংথেমপোকপীনা ব্রাজবা, পাখৎচবা চুপ্পী। অমরোমদা য়েংলুরবদি, শাগে চাউবা, খুৎকন পাঙ্গনবা অসি নিংথেম পিশক্লা হেল্লিবনি। মবুথৌ নোংদা লাইরেন পাখৎবদগী শমথরকপা নিংথৌজা সলাইনি।

নিংথেম পিশক্কী মবুথৌ ইবুংঙো নিংথেম চীংথংখোম্বা (মহারাজ ভগ্যচন্দ্র নত্রগা কর্ত্তা মহারাজ) লৈমা নিংথেমনুবী ৯৪ লৈরম্মী। হান্নসু পনখ্রে। মসিগী অকুপ্পা নুংলোন লৈ। থায়নঙৈদগী হৌদুনা নিংথৌশিংনা ঙমজরি মখৈ তাল্লোয়নুবী খোপচিনবা অসি চৎনরকই। চাকোক সলায় চাউখৎনবা হোৎদবা য়াদে। লৈঙাকলোনগী চাউরবা শম্বল অমা খানবা হোৎনবনি। মসিনা লৈবাক্কী ঙমখৈ পাকথোকপদসু কান্নবা লৈ। খুৎকন পাঙ্গনবা নিংথৌ ওইদুনা পানবা ঙম্মী। অদুনা নিংথৌনা নুপী য়াম্না লোনশিন্দু ঙাই-শেন পাকথোকপগী কান্নবসু য়াম্না লৈরম্মী। করিগুম্বা তায়োন্নরবদি নিংথৌ মচা ময়াম তাংবল মীকান্নবদা ঙাইহাক লৈতনা লান থোকনিংঙাই ওইরকই। অশেংনমকসু কর্ত্তা কাঙলুপকী নিংথেমশিংনা চহী তরেৎ খুন্তাকপা থোকহনখি। মসিনা পন্দুপ অমগী ব্রানি।

চীংথংখোম্বগী নিংথেমনুবী ময়াম অদুগী মচা মশু, শূথাঙ, শূরোন হায়বদি কর্ত্তাগী নিংথেমচা সঙ্গু সঙ্গু চায়দুনা লৈখ্রবনি। ময়াং লৈবাক্তা কয়াসু লৈরিবনি। মখোয় ময়াম অদু নিংথেম পিশক্কী চাউরবা শাগেনি। অদুবু, মমাসিজনা কনাবুসু থাজদে। মথন্তনা মচা তোম্পোক ঙাক্কনি হায়দুনা লৈরিবনি ।

নিংথেম নৎত্রগা নিংথৌজা সলাই অমতং ওইরম্বদগী কর্ত্তা অমদি নরসিং হায়দুনা অনী থোকখিবা অসি য়াম্না কুপ্পা য়েংলুরবদি হিদান্নবগী মমি অমা উবগা লোয়ননা য়েংথিনবা, নুংশিন্দনবা অমদি অতোপ্পনি হায়বা অমা খন্নবগী শক্তম উই। মহারাজ নরসিংহদগী নরসিংসনা নত্রগা নরসিংহ নিংথেমচা হায়বা অসি কাইনথংদা য়ুমখাইখিবনি। হান্নদি পাখংবগী শূথাঙ শূরোন, ইমুং অমতনি। ঐখোয়না নরসিংসনানি, মখোয়না কর্ত্তাসনানি হায়দুনা চৎথরকই। ‘অনী থোকপী’ হায়বা অসি হৌরকলে। ইশম শম্বা, খুদম অমতং নীংশিংবা য়াই। কর্ত্তানা ‘রাসেশ্বরী পালা’ হায়বা অমা লীংখৎলম্মী। নরসিংহনা ‘জলকেলী পালা’ হায়বা অমা অমুক লীংখৎলকই। অতৈসু য়াম্না লৈখ্রে। মুখা মুখি লৈরকই।

কর্ত্তা নিংথেমশিংনা নিংথেমপিশক্কী তাংবল মুন্নবা হোৎনরিবা অসি মহাক্লা অঙাং নবা ওইরিঙৈদগী অদুম হৌরকই। মরক মরক্তা নরসিং কাঙলুপ নত্রগা দেবেন্দ্র কাঙলুপসু য়াম্না য়াওখি। নিংথেম পিশক চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজকী খূৎথম চেৎলে হায়দুনা লৌবা সুকয়া য়াদ্রি। য়েক্লবনা লাঙ্গোয় চল্লি। মরক অসিদা নাইত্তেম পোকপা মহাক্লা নিংথৌ ওইদুনা পানবা অরাইবা নত্তে। মাঙ তুং, নাক য়েং উশিন্দবা য়াদে। লৈঙাক কাঙলোন হৈবা তাই।

লাইবক ফৈ, নিংথেম পিশক! খুজিল থৌরাং হৈরবী মমাসিজ পোংলেনখোম্বী লৈজে। লৈঙাকলোন অমদি লানলোং শিনবদা খমথেংনা হৈরবী মমাসিজনা পোরম পোমিং কয়া য়াৎথোকুনা লাকই। মজাইবুংঙোনসু অরুবা মতাংদা তান্নজে, পাউতাক লৌজে। অথোইবী মমা অমা লৈজরি হায়দুনা চাউথোকনৈ।

তশেংনমকসু, পোংলেনখোম্বীগী খূজিল থৌরাং অণ্ডকপনি ! মশীং থিণ্ডমদ্রবা তাংবল লালহৌ কয়া মহাক্না য়াম্না হৈশিংনা ঙাকথোক্নবা হোৎনখি। কনাসু কোনুং য়ৌরকপা ঙমখিদে। কনানসু মচাগী তাংবল মুনবা ঙমদ্রি। মথন্তা পোকচবা মচা অসিগীদমক মহাক শিবা কিদে। মীহাৎপা ঙম্মী হায়বা তাই। মখূৎমক্না হাৎত্রবসু থৌরাং তৌই, য়াথং পীবা ঙম্মী। মখূৎ মশা হৈবদা মমিং চৎলবা, নোংমৈ অমদি গুলিনচিংবা শাবা হৈরবা 'সনা চপপ্রান্দ' কৌবা নিংথৌমচা অমসু তুরেল অচৌবদা, ঙবোংখাউদা নমদুনা হাৎতোকহনখি। মরুমদা মাগী খূদোম্বী ঈঙ্গিৎ !

কৈ অমোমনি, লৈমরেন পোংলেনখোম্বী ! তমথীবা শকলোন পুবীনি। নুংনৌবী থম্মোয়সু পাল্লি। মীগী মৈচাক খণ্ডই। খূজিল থৌরাং য়াথোক য়াংশিন তৌবদা মাগুম্বী লৈমরেন পোকখিদ্রি হায়নে। মমিং য়াম্না চাউনা কন্দুনা লৈরিবীনি। মহাক্কী তোঙান তোঙানবা পাম্বৈনা মজাইবুংঙোগী তাংবল লালহৌবা কয়াদগী ঙাকথোক্নুনা লাকলি। অদুম ওইনমক, লৈমরেন পোংলেনখোম্বীনা নুংলেনখোম্ববু অসুম কিশিল্লকই। অরাইবা পাম্বৈ পুথোকপা ঙমদ্রি। শাগৈ নাতৈ পংহাৎ হাৎন্দুনা ইমু নাইমু তাহনবসু পামলক্কে। নুংলেনখোম্বগী অহুমসুবা লালহৌ খোঙচৎ—অরোইবা ওইহল্লগে খল্লি!

মরম অসি লৈবনা ঙশায়দগী কোক অরিবা ময়াম চুংশিন্নরি। উংদুনা লৈনরি। লানগী মীফম লোয়শিনবা ঙমদ্রি ।



"ইমাগী নিংথেম পিশক !"

লৈমরেন পোংলেনখোম্বীনা মচাবু খংকৌ কৌরগা মমীৎ পাংথোরকই। খূদোম্বী থিন্দোক্নুনা খূৎকাম্নী কাপলগা হায়রকই—"নুংবানগী লান অসি নহাক নশামক চৎলু। নহাক মৈদিংঙু নিংথৌনি!"

নিংথেম পিশক্না মোমোন তৌনা খুম্মী—"ইমাসিজ লৈমাবীগী য়াথং নচানা ঙাকচগনি। হৌজিমক খোঙশাঙ্গগে।"

"মমাসিজ, লৈমাবী !" মেজর পুরেল নেপ্রানা মরক থৎতুনা হায়রকই—"কৈরেন কৈজাও অসুক য়াম্না লৈনা লৈনা... ঈশ্ নিংথেম পিশক থাবীগে খনবদি চুমদবরা খঞ্জেদো। ননাই নপু ঐখোয়বু চিংনবা লৈবীবরা ?"

"ইপু মেজর !" লৈমরেম্বীনা নোকফেৎ তৌরগা খুমলকই—"ঐগী ইচা নিংথেম পিশক, হৌজিক্তি নিংথেম অচৌবা কৌবা য়ারে। চহী ২৫ মপূং ফাগ্রে । থায়নঙে, ইপুখোয়না শমু নমদা পোবীদুনা তোংজৈ মরিলদা ঙাকশেন্দুনা পুবীখিবদো... নশূ কাউজদে। মথন্তা পোকপা ইচাগীদমক ঐনা কয়াম হ্রাজখিবা... কিজিদা পুন্দুনা থমলকপনি। ইচাগীদমক মনাই মশল কয়া কয়া মথবায় কৎপ্রবনি। মমা ঐনা ঙসিদি ইচা তোম্পোকপু লান থাগনি। মহাকসু নিংথেমনি। ঈচং থৌরবা মৈদিংঙু চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বগী মপারি ! লাইবক য়েংজসনু, অহানবা লানফম ! ইপুখোয়না লাপ্না তুংইনবীয়ু, নশূগী কুম্মৈ য়েংবীয়ু।"

*"অদুনিদনা, অথোইবী মমা হায়বদো!" লুরাংথৌনা মচানুপীবু পূক্লিং থৌগৎপা ওইনা মখা শমথদুনা হায়রকই—"হৌজিক্তি নজাইবুংভো নিংথেম্নু হাকদুনা থমজিল্লগা মনাই মশল ভাক্ত থাদোকপা চুমদ্রে। ইশূ চৎসনু, নুপা থৌদাং য়েংসনু। ইশূনা শোয়দনা মায় পাক্কনিদা। অথৌবগী মপাবিনি !"*

অঙোমথৌনা লুরাংথৌগী রাফম অদু শৌগৎপা ওইনা হায়রকই—"লুরাংথৌগী রাফম অদু য়াজনিংই। চুমগ্রবা রানি । অদুদা, ইমাক ইবুংভো ইনিংথৌদি খরা নহা ওইবিবনিনা, মনুং মতম চাদনা কোক হেক...।"

অঙোম নিংথৌ অসি নিংথেম পিশক্কী মকু ইবুংভোনি। মচানুপী অঙোম চনুগীদমক য়েংদুনা মমাক নিংথৌবু লান থাজনিংদে।

লৈমরেম্বীনা তাপ ওক্লুনা খুম্মী—"মকু ইবুংভো ! ঐগী ইচা নিংথেম পিশক্কীদমক অহানবা তাংবল লানগী মতমদা, মথরায় থাগ্রবা লাম্নী কয়া লৈখি। মখোয়গীসু মমা লৈ। মচা কায়নখিবগী মৈচাক অদো... নিংথৌ কনবদা শরুক য়াখিবনি খন্দুনা নুংঙাইবা পোকচখি, পেঙ্গখি, মমীৎতা পি শিন্থরবসু । ঐসু মমা অমনি। হৌজিক্তি ইচা নিংথেম পিশক্কী মহুৎ মবেং শিলহৌনবা ইশূ সুরচন্দ্র, কুলচন্দ্র লৈরে। ইশূ অহল সনাহল সুরচন্দ্রবু রাঙ্গোল নিংথৌ (যুবরাজ) হাপলে। চিংনিংঙাই করিসু লৈত্রে। ইমৌ নিংথেমনুবী অনী অমসু মশা লুমলে। ওইবকপা য়াই খল্লি ইশূ নুপা, অনী অমসু। পোংলেম্বীনা ইচাবু ফাজিল্লরোই।"

"নচা চৎচগে, চিংনবা লৈজদে।" নিংথেম পিশক্লা মবক থৎতুনা হায়বকই ।

"ইমাগী ইবুংভো নিংথেম পিশক!" মমাসিজনা মচাবু পূক্লিং থৌগৎপা ওইনা শমথরকই—"হৌজিকমক চৎনবা শেম শারো। ইচানা পুনিংবা মী খল্লো, নঙনা নিংথৌনি। ঐদি মমানি। খূৎ থিংজিনবা য়াদে। চুম্নতগী খন্নবা য়াওজবনি।"

"ইমাসিজ লৈমাবী !"

ঙশায়দগী তুম্মিন্না লৈরিবা নিংথেম পুরেলনা হায়রকই—"নচা মাঙ থাজগে, ইনাও নিংথৌ লেঙদ্রবসু যাগনি।"

"ইমাগী নিংথেম পুরেল !" লৈমরেম্বীনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"ইচা নিংথেম পিশক শিত্রবসু...নহাক শিবা য়াদেকো, হয়েং তুংদা ইমাবু মচা কল্লগা মীচাবু উশি তৌখি, শিহনখি হায়রক্কনি ।"

"চিংনবীগনু, ইমাসিজ লৈমাবী ! নচানা ঈগী রাশক ঙাকচগনি !" নিংথেম পুরেলনা হায়রকই—"ইনাও নিংথৌগী তুবুম নাম্মা শোকহঙ্গরোই।"

তেনশূবনা পাংশিন্দুনা হায়রকই—"ইমাসিজ লৈমাবী ! নচা তেশূবা তুংইঙ্গগনি। ইতাউ নিংথৌগী মাঙ থাদুনা নচা থরায় থাজগে।"

"নুংঙাইদা, ইমাগী তেনশূবা!" লৈমরেম্বীনা মখা শমথদুনা হায়রকই—"অহানবগী তাংবল লান অদুদি ইচা নিংথেম পিশকপু তুংওইন্না থম্বীরগা মেজর অহলশিংনা শিবা কিদনা শোক্লবিবনি। হন্দক্কী নুংবা লান অসিদি ইমা তশেংনা চিংনবা লৈনে। অমুক হল্লকপা কৈনিংচিংনি।

কনানা খঙনি...অচৌবা তেঙ্গোল লৈরম্বা য়াইহনে, মচিমচিদা। মতোনসি ইবুংঙো নুংলেনখোম্বগী মজাইবুংঙো সঙ্গু সঙ্গু চায়না চায়না লৈখিবনি, য়ামগ্রপোৎনি মাগী নিংথেমনুবী, লমলকনুবী!"

"অহোয় তাজে ৯৬ সুই হায়না।" তেনশূবনা খুম্মী।

"হোয়নে হোয়নে।" লৈমরেম্বীনা মোমোন তৌনা হায়রকই—"ইকুসি কর্তাগীনা ৯৪ নি। মনাও ইবুংঙোনা ২দুম হেন্দোকখ্রে, মকোক তাগ্রে। ঙকপ্রপোৎনি নিংথেমশিং অসে! ইকুসিগী মতৌ অমদুনা মনাও ইবুংঙোসু মাগী চাউরবা লানবল অমা শেমগৎলগা মতম কুইনা পানগে খঙখিবা মাল্লি। মাগী মজাইবুংঙো খৌদোলসনা, সিংহজিৎ, থাংকোকপা অহুমসু চেনখিবা কুইদ্রি। হৌজিক নাথেদুনা লৈরি হায়না তাই। মপাবুংগী লান পাংলক্ফা য়াইহনে, ইমাগী তেনশূবা!"

লুবাংতোম্বা মরক মেনবা ওইনা হায়রকই—"ইমাসিজ লৈমাবী! নচাসু ইতাওগী মতুং ইঙ্গগনি। থেংনবা তাই, তাংবল লান!"

নিংথৌমচাশিং অসে থাঙ, তা খরবু হৈরবদি হেক্তা লান তৌনবা হোৎনৈ। ঈ খেংঙি। ঈ শাই। থাঙলোনগী ১৬ সুবা খোঙচৎ, থাঙহাইরোন হৈত্রবসু য়াই। খোঙচৎ থাঙহাই, থাঙলোন অনীবু হৈরবদি লান তৌবা য়ারে, নিংথৌ ওইবা মতিক চারে হায়দুনা খঞ্জে। অদুনা, নুংবালান অসি লুদৌরি। লম্বীদা লাম্লুম্বা কয়া লৈরম্বা য়াই। মফম অহুম মরিদা লান শোক্লরবা য়ারি। অঙম্বা অতৈনা খঙদবা য়াই। মমাসিজ লৈমবিদি উই। কমদৌনা লানলোং শিন্দোকদগে হায়বা অসে অরাইবা নত্তে। তুং মাঙ উবা কোক চংঙি। লুদৌরিবা লানফম অচৌবনি। অদুবু, নহালমখৈ মাগী ফিজিদা পুনশিন্দুনা থমজবা মজাইবুংঙো নিংথেম পিশক! অহানবা ওইনা লান থাগদৌরি।

মসিনা, মাগী করম্বা পোং কঙলোন...?



নিংথেম কাঙলুপ অনীগী অনৌবা তাংবল লান—পোংলেনখোম্বী অমসুং নোংলেনখোম্বা (নরসিং) মতমদগী হৌখিবনি। মন্ত্রিময়ুম নবিন থাজিন্দুনা নরসিংবু হাৎনবা হোৎনখিবা পোংলেম্বীগী 'চুথাঙ শরৌ মীহাৎ'! মায় পাকখিদে। হৌজিক ফাওবা মসিগী অচুম অরান নৈনবা লোইদ্রি। পোংলেম্বীগী থারেপনা চুম্বা মতাংসু ইতিহাসতা থেংনৈ! নরসিংহনা লানবা মতাংসু থেংনৈ। মসিনা অহানবা তাঙ্কক অমনি হায়দুনা লৌফম থোকই। হান্নদি কাঙলুপ অমতগী মনুংদা, মচিন মনাও, মপা মতোন থৌগল তৌনজবনি।

হৌজিক্লা অমুক, নুংলেনখোম্বা (দেবেন্দ্র) অমসুং পোংলেনখোম্বী—অঙম তান্নরি। লোয়ননা সলুপ সলুপ কয়ানি। কর্তা কঙলুপকী নিংথেমশিংসু পোংলেম্বীবু য়াদে। মঙোন্দনি হৌরিবা লান! নিংথেম পিশকপুদি অমনসু, অমনসু য়াই। মমাসিজ কৈ অমোম অসিতবুনি তেমশিংনরিবা। অদুনা, নিংথেম শাগে অসি কাঙলুপ অহুম সুরে হায়না লৌবা য়ারে। নিংথেম পিশক মথক্তগী কাঙলুপ অমা লৈরে হায়না লৌবা য়াই। তেখাই তারে। মাগী মীচং লৈজগ্রে।

অঙকপনি ! নিংথৌনীতি হায়বা অসে। মপান্দা চেনখিবা কর্ত্তা কাঙলুপ অমদি নরসিং কাঙলুপ অনী অসিগী নিংথেমশিং অমুক হেন্না লানশঙ পুনশিন্রে। মীচং খোমনে। লান্দরোন অমগী মখাদা য়ান্নরগা নিংথেম পিশকপু চিংথুরগা অনৌবা নিংথৌ শেন্নবা, লুচিংবা শিন্নবা হোৎনবা লেপত্রি। থৌংরাং অদো, অমুক হেন্না য়ান্নরক্তে। খুৎ মচা মচা, ময়াম লান হৌরগা চাউরবা পোংলেম্বীগী লানবল থুগায়বা মতিক নত্তে। মখোয়সু হনবদি লৈতে। তেং তাং, তেং তাং ঙাইহাক লৈতনা লালহৌবনদি কৈদৌঙেদসু অনৌবা নিংথৌ শিনবা ঙমলোই। অদুম্মকপু হন্না হন্না মায়থীন্রবা কর্ত্তা কাঙলুপকী নিংথেমশিংসু নুংবাগী লান পাংবা লাকপগী থাজবা লৈ।

নিংথেম পিশক্না হায়রকই—"ইমাসিজ লৈমাবী ! নচা লানগী থৌরাং তৌজররগে, কুইথনা খন্নবা চুমদে। অহিংদা হৈনবা কাঙবুনি। চৎনবা তৌসি, য়াম্নুং লানচিং পুরেল, ইতাও তেনশূবা, ইতাও লুবাংতোন, ঐখোয় নহা মরি চৎসিকো।"

"ঙাইখোনে নিংথেম, তাহাখিনু! নপুশিং য়াওদবা য়াদেনে। ইমানা নঙবু থারিবসে কর্ত্তাগী নিংথেমশিংসু উন্নজরু হায়দুনা থাবনি।" লৈমরেম্বীনা মখা শমথদুনা হায়রকই—"ইমানা অরোনবা পাউ ফংঙি। নঙগী নশক উরবদি মখোয়গী বাখলসু হোংলকপা য়াইদো, নঙবুদি ময়াম্না নুংশিবনি। ইমাবুনি মখোয়না হাৎকে খল্লিবা।"

অরোনবা পাউ অদো ...তুয়াম কোইবা মজাইবুংঙো নিংথেম পিশক্না ফংলমদবা য়াই। মমাসিজদি হান্না ফংম্রবনি। মচাদা পাউ পীদে। হৌজিক্তি মচা অসে 'নিংথেম অচৌবা' ওইরবনি। কুপশেন শেন্নবা তোকপ্রে। শাগে চাউজসনু, মমা মতোনগী খুদুং ইঙ্গসনু হায়দুনা মমাসিজনা থাদোকপা মাল্লি।

নিংথেম শাগেগী চাকোক শলায়রোন—মপাঙ্গল কনবা নিংথৌ নত্রগা লৈঙাকপা অমা ওইগে হায়রবদি, তমজনিংঙাইনি। তুথিরোন অসিনা অমরোমদদি লৈঙাক কাঙলোন্দা অকনবা শাফু পীরিবনি, শম্বল ওইরিবনি। চহী ২৫ মপুং ফাদ্রিবা নিংথেম পিশক অসিগী নিংথেমনুবী ৭ তি ফোঙনা কোনুংদা পুখৎতুনা লুহোংথ্রে। মহাকসু মবুথৌ অমদি মপা মতোনশিংগী মশীং থুগায়গে খনবা মাল্লি। মশীং হেঙ্গৎলকপা য়াবগী পাউ লৈরি। মসিনা য়ুমখাইরোননি, য়ুমকাইরোন নত্তে।

নিংথেম পিশক্না খুম্মী—"ইমাসিজ লৈমাবী ! ইতোনসি খঙদে, কর্ত্তাগী ইচীন ইনাওশিং খঙদে, লানফমদা থেংনজরুগে নিংথৌ অমা ওইনা। ঈ মরী হায়বা অদু লানফমদা নীংশিংজরোই!"

"অদুনিদনা রাজনীতি!" মমাসিজনা হায়ফেৎ পেঙ্গবগী মওংদা শমথরকই—"ফরে, নঙ চৎলো, লৈমা ময়ামদো চিঙ্গোই পাউমেন্নজরু, ইমা লানগী পোরম য়াৎলমগে, নপুশিং অমদি নয়াম্নুং লানচিং পুরেলদা শিন্নরগে।"

"ফগনি, নচা চৎচরে।" নিংথেম পিশক্না খুম্মী।

মমাসিজনা মরৌ লৈনা হায়রকই—"অদুগনে, নিংথেম ! লাইহিংকোই সঙ্গাইদদি কৈজিন্নুনুকো...বায়েল লোয়দ্রি।"

"খঙজরে, ইমাসিজ লৈমাবী!" নিংথেম শিশক্না অসি হায়দুনা মমাসিজদা খুম্মী। অদুগা মপুশিংদা ওনশিন্দুনা হঙংচে—"ইপুশিংনা ঙনবা শিনবীয়ু, নশু থৌরাং তৌজরগে।"

"চৎলো চৎলো, নিংথেম!" নেপ্রা মেজরনা ময়ামগী মহুৎ শিন্নগা হায়রকই—"ইশুনুপী লৈমশিং মপুক্লিং শোম্বুহনগনু!"

"ফগনি, ইপুশিং অদুগা য়াম্বুংনা ফৈ হায়বদো খন্নবীয়ু।"

নিংথেম শিশক হৌগৎখ্রে। মমাসিজগী মচেক য়ৈবা ৰাঙাং—নিংথেম শিশক খঙই। নুয়াম শাফবী পুয়ানু লোন্না উন্নজরম্মু হায়বগী ঈঙ্গিৎনি! ৰাখল খন্না খন্না—মপান থোকখ্রে। মাগী ঙাকমী পাম্বেম অনী, লুৰাংতোন অমদি তেনশূবা হৌগৎলি। মমাসিজগী য়াথং ঙাইজে।

মমাসিজনা নিংথেম শিশক তারসনু মতাগুম্না হায়রকই—"লুৰাংতোন! নুংবাগী লানফমদা চশাৎ চীংগী কৈফাবী অদুসু থাসিরদো, অরোইবা চাংয়েং ওইনা!"

"নুংঙাইরোইদা, ইমাসিজ লৈমাবী!" লুৰাংতোন্না খুম্মী।

"তেনশূবা!" মমাসিজ লৈমবীনা হায়রকই—"মিকুপ নাহম শিংঙু। নঙ চৎলো, মতুং ইন্নু। অদুগা লুৰাংতোন! অঙোম চনুদা লানগী খোঙশান পোৎলম লাংলম্মু হায়য়ু, পাউ পীখো। ইমানা লান লমথাগনি।"

"ফগনি, ইমাসিজ লৈমাবী!" লুৰাংতোন্না খুম্মী.

"ফরে, নবানীসু চৎলো চুমদ্রিং।" লৈমাবীনা মখা তানা হায়রকই—"ইমানা নয়াম্বুং লানচিং পুরেলদা মোইথেম লানলোং তাকলগে। মাগী য়াথং মতুংইন্না থবক তৌগদবনি। লানফমদদি মহাক্না চাউই, মকোকনি।"

"খঙজরে, ইমাসিজ লৈমাবী!" তেনশূবনা খুম্মী।

লানগী মীফম মখা চৎথহৌই। লুৰাংতোন অমদি তেনশূবা মপান থোকখ্রে। মবুংঙো নিংথৌগী থৌগল মতুং ইনখ্রে।



"মমাসিজ নিংথেমপোকপী!"

য়েনখোইবা মেজরনা খঙনিংনা হংলকই—"মোইথেম লানলোং হায়বদি করিনিনা? চায়নরোম্দা থেংনজদ্রি।"

"ইশু মেজর অদুগা অঙন্না পুন্নমক!" মমাসিজ লৈমবীনা হায়রকই—"মমাঙঙেদা পান্দ্রে অসি য়াম্না তঙাইফদবা মতাংদা অনীরক অহুমলক্তি শিজিন্নখ্রে। মায় পাকথিবা য়াওই। লাম্নীগা লোয়ননা নিংথেমনুবী অমা থাজিনবা তাই।"

"নিংথেমনুবী কনানিনা, মমাসিজ?" য়েনখোইবা মেজরনা অমুকসু নোৎতুনা হংলকই—"কমদৌনা লান্নজ নুপী?"

লৈমরেম্বীনা খুম্মী—"মনাও ইবুংঙোনা মাগী মশানৌ ৯৬ সুবী নীংখোম্বী উন্নবদি লৈবা

ঙম্দবনি। অদুননিনা চিফেৎ চিফেৎ লান্দারকই‌বা! মাগা লোয়ননা নিংথেমনুবী নিপাল, পুন্না মাপল অসি লানফমদা থাজিনবা তাই। লাম্নী ওইদ্রবসু খূলায় ওইবা তাই!

কাওবা মেজর থাঙ্গালনা নোংশিল্লকই—"কমদৌনা থাগদবনো, মমাসিজ!"

মমাসিজ লৈমাবীনা খোল হৌরপ তৌনা লাউরকই—"হৈ, ঙানবী! নঙ চৎলু লোইখোমশঙদা। অবোকরেম্বীদা নিংথেমনুবী মাপল অদো নীংথিজনা ফিজেৎ লৈতেংগা লোয়ননা পুথোরকউ হায়য়ু, মখোয়বু থাদোকপীরসি হায়দুনা কু-অহুম্না য়ান্নপ্রবনি। অবোকহনবীসু লেঙথোরকউ হায়য়ু।"

ঙানবীনা মপান্দগী খুমলকই—"ফগনি, ম্নাখ্না ইবেম্মা!"

"কনা কনানো, মমিং খঙলব্রা?" লৈমাবীনা অমুক লাওই।

"খঙজদে, ম্নাখ্না ইবেম্মা!" ঙানবীনা মপান্দগী খুমলকই।

"তাউ মুন্না।" লৈমরেম্বীনা মখূৎ থেক্লুনা হায়রকই—"সুসিলাবতী, যমুনাবতী, মোইহাইবী, চীন্দুম্বী, কেসবতী, য়াইফবী, কুন্দালে, লফোইনু, নীংথোম্বী, খঙলেনা!"

"খঙজরে, ম্নাখ্না ইবেম্মা!" ঙানবী চৎশ্রে।

লাইশ্রবা মেজরনা ঙাকচান্দুনা হংলকই—"মমাসিজ লৈমবী! নিংথেমনুবী মাপল অদুবু কমদৌনা লানগী খূৎলায় ওইরগদবনো?"

"পোরম পোমিৎ তাকচগে।" লৈমাবীনা খুম্মী।

চুম্মী, নুপী লানগী খূৎলায়নি! হান্নসু পনশ্রে। শামু লমশা ফানবগী লাংথাক ওইনা য়ুমশা (তেরবী, হৈথোই শিংথোইবী শামু) অমোম্বু মথক্তা নত্রগা মাথাদা কানি খাউ য়ানশিল্লগা উমংদা থাজিল্লি। শামু অমোম অদুগী মথক্তা ফিমু শেৎপা মাহৎনা নপ্তুনা তোংঙি। শামু লমশা লাবশিংনা মাহুৎ অদু উদে। করিনা, অমোম হায়বা অসিনা ময়াই কাবা পোকহন্দবা লাবা লৈতে। মীদা খঙদে, শাদা খঙদে!

মতৌ অসুম্না মালেমগী (পৃথিবীগী) নিংথৌ পানবা লৈবাকশিংনা মফম মতমগী মতুংইন্না নুপীবু য়েক্লবা ফানবা নত্রগা মাঙহন্নবা হোৎনবদা খূৎলায় ওইনা শিজিন্নে। অপাম নুংশি লাংথাক (ইরোটিক ভেঞ্চর) হায়বা অসি অৱাংবা থাক্কী লানলোং অমনি হায়দুনা লৌনে। করিগুম্বদা য়েক্লবগী নুপী হায়বদি নায়িকা ফাজিন্দুনা থমনে। নুপী অদুগী হাকন্নবা হোৎনবদা পৃথিবীগী কন-থৌরবা মহারথী কয়া খূৎলায় থাদোক্লখি। মায়থীবা ফংখি। ঙকই! নুপীগী সুমহৎয়াই!

মসি লৈমরেন পোংলেনখোম্বী মুন্না খঙই। মহাক্না য়াম্না তঙাইফদ্রবা মতাংদা লালোং অসি অনীরক, অহুমলক শিজিন্নশ্রে। মাগী থৌরাং মায় পাকখিবা লৈ। তৌবতবু নিংথেমতোন রাজসিংহগী মতাংদদি নুয়াম শাফবী পুয়ানুনা অচৌবা নমথাক অমা তৌখি। মসি, লৈমরেম্বীনা খঙলব্রা, খঙদ্রিব্রা?

লৈখিসনু, রাজসিংহ মীহাৎকী অরোনবা পাখোং! হৌজিক লৈমবীনা শিনগদৌরিবা নুংবা লানগী লানলোং অসি য়েংখিসি।

"তাকপীয়ুদো, মমাসিজ!" কাঙবা মেজর থাঙ্গলনা তকশিল্লকই।

"ইপু অঙম্বশিং, অদুগা ইমাগী নিংথেম পুরেল! নহাক মুন্না তাউ।" লৈমরেম্বীনা অসি হায়বগা শমথরকই—"শামু কোন্দুম্না পুখো। অচৌবা তাইবোং মথক্তা নিংথেমনুবী মাপল অদো নীংথিনা, চিংলেম্না ফমহল্লু। ফিডৌ ফিরাল ব্রাংনা থেংলু। নোঙ্গবা চংপা মালহনগদবনি। শামু মথক্তা নিংথেম পিশক ফমহল্লু, মন্দোনসিজশিংগা লোয়ননা। অতে কনা অমতা শামু মতুংদা, মনাক্তা ইনবীকনু। নাথে নারুম লাঙ্গদুনা হান্না লৈহনগ্রো। তেনশূববু শামু মাহুৎ ওইহল্লু। অদুগা, লানচিং পুরেল নহাক্না শামু মথাগী খাউজাও মনুংদা লোংকদবনি।

"ইমাসিজ লৈমাবী! চিংনবা খরদি লৈজবি।" নিংথেম পুবেলনা ঙাইহাক খল্লগা হঙ্গৎচৈ—"মরৌ চাউবা পাবুংয়াইনি, শরৌ লাংথাকনি খনখিগদ্রা নীংজে নচানা।"

"নতোনসি নুংলেনখোম্বনা ননাও নিংথেম পিশকপু যাম্না নুংশিখিবনি, ব্রাশকখিবসু লৈ। নুপী মরীদুসু নকপ্রবা ইনাওনুপানি। মাসু মাইম্নাম চনু মালিকা লৌবনি। মাগী মনমদা শগোল তোংবী শান্নজখিবা মচাবু উবগা খূৎলায থাবসু ঙমলোই, মাগী ব্রাশক নীংশিংগনি। নোঙ্গবা লাকপনি খনগনি, শোযদনা থাজগনি।" লৈমবেম্বীনা শমথদুনা হায়রকই—"তৌগদবা লানলোংদি অমনি।"

"তাকপীযু, ইমাসিজ লৈমাবী!" নিংথেম পুবেলনা হঙ্গৎচৈ।

মমাসিজ লৈমাবীনা হায়রকই—"নন্দোনসিজ নীংখোম্বীগী মনাক্তা ননাও নিংথেম পিশক ফমহল্লু। নাবোন্দা থাঙদোন অমদি নীংখোম্বীগী পুকনোপ্তা নমহল্লু, মাবু নতোনসি কৌথোকহল্লু। শোযদনা চেঙ্খোবকনি, নীংখোম্বীগী য়াব্রা তাবদা। অতে লৈমাশিং অদুনা মনীংদা ফমহল্লু, মমায উহনগনু।"

"মথংদি কবি তৌগনি, ইমাসিজ লৈমাবী?" নিংথেম পুবেলনা হঙ্গৎচৈ।

"ননাও নিংথেম পিশকপু হঞ্জিল হঞ্জিল লাউহল্লু।"

"মবোলদি কবম্না লাউরুগনি?"

"লৈমবেন নুংলেনখোম্বীনা যাইফবেতা হায়দুনা লাউহল্লু। মহাক থাজগনি, পংথগনি।" লৈমবেম্বীনা মখা শমথদুনা হায়বকই—"মখাদি নঙনা শিল্লুরো, নহাক লানচিং পুরেলনি। লাম্মী ময়াম ইন্নবকই হায়বা খঙহনবা য়াদেকো। শামু কুম্থহল্লু, নহাক চোংখোকউ। নীংখোম্বীনা সুমহৎপ্রবা নতোনসিনা কনাসু উরোই, নীংখোম্বী নত্তনা! হিংনা নতোনসি ফাও। নীংখোম্বী হান্না কংলু। ননাওবু তৌহল্লু মদুনা। লৈমা নিপাল অদুসু মমায় হায়দোকহল্লু, কুম্মৈ অদুম নুংঙাইরনি। মখোয়না অদুম নতোনসিবু শেগায়জপ্ৰনি! লোয়রে লান! নতোনসিবু ফারবদি মাগী খোঙমী, লাম্মী হঞ্জানগনি। মতুংদি কোনুং লাম্মী নারোংপা ময়াম থাজিন্দুনা তেঙ্গোল তুম্নবা তকখাইরো, মতুং অমুক খিনবা।"

"মমাসিজগী মোইথেম লানলোং অসিদি...অঙকপনিদা! লৈমা নিংথেমনুবী মাপল ফাজিন্দুনা থমলিবা অসিদি মরম লৈরেদনা।" মেজর পুরেল নেগ্রানা হায়রকই।

"ইপু! মতম মতমগী তৌবা অবনি। মসিনি রাজনীতি, লাংথাক কাওলোন!" লৈমরেম্বীনা

মথাঅনা হায়রকই—"অদুবু ইপু, মকম অদু য়ৌরগা তায়োন্নরকপসু য়াই।"

মেজর থাঙ্গালনা ওইহাক নুরক্লা খল্লগা হায়রকই—"মমাসিজ ! ননাই ইপুদি চিংনরগ তৌজে, মখাদি কমদৌনা ?"

লৈমরেন্বীনা ওহাক খল্লগা হায়রকই—"নশূনা শিন্নিবা লানলোং করিসু শোয়রোই। মখাঅবসু লৈজরি। নামৈরকপা মেজরনা য়াইশেন্দা, খুন্নোং মেজরনা শামুপলদা, কোলবা মেজরনা কৈনৌদা, লাইশ্রবা মেজরনা মাকললংদা লানথিংবা ওইনা উরা কেকু শান্নবীয়ু।"

"মমাসিজগী লানলোং কয়াৎ শোয়দনা মায় পাক্কনিদা।" নেগ্রানা পেঞ্জবা মতৌ উৎতুনা হায়রকই—"ননাই ইপু ঐখোয়না লাংজিং, পাৎশোই লানলম অনীদা পম্বিংগনি, কনাসু কোনুং য়ৌহল্লকওই ।"

"শেম শারুরো মেজর মরি !" লৈমরেন্বীনা হায়রকই—"ইপু নেগ্রা, ইপু থাঙ্গাল, মেজর মওাদি লেঙবীরক্নু, নুংঙাইনা পোখাদুনা লৈবীয়ু।"

মেজর মরি মকোক নোক্লি। অমুক্তদা খুম্মী—"য়াথং অদুমক ঙাকচরুগে।"

"মেজর মরিমক !" লৈমরেন্বীনা অমুক হায়রকই—"ইপু অহলশিংগা ঐগা নুংঙাইবা পাউ তাহল্লু। খুদক খুদক্কী শগোল পাউ থারকউ। লেঙখৎলসি। ইচা নিংথেম পিশকপু লান লমথরুরগে। ইপু অহলশিং সঙ্গাই সঙ্গাইদা নীংথিনা পোখাবীরু। মতম মাঙহনবগী ঙাকপীয়ু!"

লৈমরেন্বীনা ময়ামদা মকোক নোঞ্জে।

"ননাই ইপু ঐখোয়সু ইশূ নিংথেম পিশক্লা লান চৎপা য়েংখিনিনা... করিগী তুমদুনা লৈরগনি ? মমাসিজগী কোনুং ঙাক্কনিনা।" নেগ্রা মেজরনা হায়রকই—"অনকপা শ্বাইদসু লৈরব্বা য়াইনে তাংবল লুপ্পা কয়া কয়া।"

"চুম্মী ইপু ! য়াম্না চুমগ্রবা য়ানি।" লৈমরেন্বীনা নেগ্রাবু অমদি অতে অওম্বা ময়াম্বু থাগৎপা ওইনা হায়রকই—"ইপুখোয়না লানবনগী চেকপল ওইদুনা লৈবীবদগী নশূ নিংথেম পিশক্লা য়েক্লা তিংখংনা লাঙ্গোয় চল্লবা তাংবলদা ফমজবা ওম্বনিদো।"

লৈমরেন্বীগী খোইহি তৈবা চীনবালদগীবু ওইরবসু, পূক্লিংগী অশেংবা য়াব্বাবু ওইরবসু অওম্বশিং অদু পেঞ্জখি। মী ফাজিনবা হৈগ্রবীনি।

কাওবা হাজারী মেজর থাঙ্গালনা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই—"ইনমদা শগোল তোংবী শান্নখিবা ইশূ নিংথেম পিশক্লা, ওসি নিংথেম অচৌবা ওইদুনা লান চৎকদৌরি...হা হা (নোকই) য়েংহৌরুসি অওম্বশিং!"

বলরাম নেগ্রানা অমুক পাংশিল্লকই—"নুংশিদা, ইনিংথৌ ইবুংঙো চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বা ! নজাইবুংঙোগী লান খোঙচৎ অসে লৈচিল পোমাই হাংদুনা য়েংথবীরকউ। পীনবিয়ু য়াইফ পাউমেন!"

অওম্বশিংনা মপু নীংজবা মতৌ পোংলেম্বী পেঞ্জে। মমীৎ ইরা চেল্লপতৌনা ময়ামদা হায়রকই—"ইপুশিং ! অওম্বশিং লেঙখৎপীরসি। অদুগা ইমাগী নিংথেম পুরেল ! হৌজ খেংখাং

য়ামলে, হৃদক্তি লোইশিন্নবা তৌসিকো। ঙাইহাক নৈতনা কাওলুপ মচা মচাগা লাম্ফেংনদুনা লৈরবদি, লৈবাক মীয়ামগী য়াইফনবা, চাওখৎ থৌরাংগী থবক অমতসু পাইখৎপা য়ারোইকো।"

"খঙজে, ইমাসিজ লৈমাবী !" নিংথেম পুরেলনা খুম্মী।

লৈমরেম্বীনা অমুক্সু হায়রকই—"ইমাগী লানচিং পুরেল ! হৌগৎলো চৎনবা তৌসি। ইমানা নঙবুসু লান লমথাগনি।"

মীফম লোয়শিল্লে। ময়াম হৌগৎনখ্রে। মরী মরী মপান থোকখ্রে।

লুৱাংবীনা লৈমরেন সঙ্গাই থোঙ লোনশিনখি।



নুমিদাং অদু কোইরাং লাংঙি। লানবুং থিম্দুনা ফিমু শেংপা লাম্মী ময়াম কৌখৎলি। পানা মরিদগী খোঙ লাম্মী, শগোল লাম্মী চেনখৎনরকই। কনাসু থিজবা তৌখিদে। খৃৎশৃ খৃৎলায়, কামরন, অচা অথক-সৎ সৎ শেম শাবা লোইশিন্নে। নোংথোনবা য়ৌরকই। মহাক্কা অয়াম্বা শিন লাংঙি। মথৌ নীংথিনা তৌই, সরক হোবা লৈতে। খোঙ লাম্মী, শগোল লাম্মী, মফম চানা, চানা লেংদুনা লৈখ্রে। শম্মু কোন্দুম্বা নীংথিজনা শেম শাদুনা পুথোরকলে। সঙ্গাই থেল্লোংদা মবুংঙো নিংথৌ ঙাইদুনা লৈখ্রে। সঙ্গাই য়ুমজাওগী মাঙ্গোলদা মমাসিজনা মাঙ থারদুনা মমায় অৱাং ওন্দুনা লেপ্পী। মতুংদা য়োইবু য়োইহে নিংথেমনুবীশিং লেপ্পী। তাল্লোয় হঞ্জবী অঙোম চনুনা লমথা পোৎলম সুনা য়াওরবা শেঙ্গা পায়দুনা মনেমসিজগী মনাক্তা লেপ্পী। অঙম অথৌ ময়াম্না নাক য়েংতা লেপ্পী। মবুংঙো নিংথৌদা য়াইফ পাউমেন পীনবা ঙাইরি। শাফি লানফি নীংথিজনা থোল্লবা নিংথেম পিশক চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ সঙ্গাই য়ুমজাওদগী লেঙথোরকই। নাক-য়েংতা লুৱাংতোন অমদি মাইপাকসনা থৌগল তৌরকই। অদুগা অঙোম তেনশৃবদি ?

নিংথেম পিশক চৎশিল্লক্তুনা মমাসিজ খুরুম্মী। মমাসিজনা মথৌ ইবেম্মনা পায়রিবা শেঙ্গা মথক্তগী মৈরা পায়দুনা য়াইফ খুদম উৎলি। মচাগী লাইবক্তা নমসা (সিন্দুর) নম্মী। মথং মথং…নিংথেম পুবেল, লুৱাংতোন।

মমাসিজনা কোয়য়েং য়েংদুনা হংলকই—"তেনশৃবদি ? কদায়দা মাঙখ্রে ?"

ঙাইহাক লাংনরিঙৈ মিকুপ অদুদা নুবেশঙলাকপী, লোইখোমশঙ হঞ্জবী অমদি লৈমানাই কয়ানা নাক-য়েং, তুং-মাঙ ঙাকশেন্দুনা, থৌগল তৌদুনা লৈমা নিংথেমনুবী মাপল পুরগা হোজং অচৌবা লান্দুনা চৎশিল্লকই। অসুম চৎশিল্লকই। অসুম চৎশিল্লকই। সঙ্গাই মঙ্গোলদা মরী মরী কাখৎলকই। ময়াম পুন্নমক্তা মীৎফম হোংবা য়াদনা য়েংনৈ।

কয়াদি ফজরে ! পুন্নমক্তগী হেল্লবী নিংথেমনুবী নীংখোম্বী ! মহাক্কা মকোক থংঙি। মমৈনা মকোক কারকলে। থম্মাল মচুগী ময়েক নাইবা ফনেক—ফিদোন চিংখৎলি, ফুরিং লীৎতে। লময়ৌনা কেরবদি নুপীনা ফুরিং লীৎপা অসি মতম অদুবাইদা চৎনরমদে। তৌরবা, পারবা ইন্নফিনা মকোক কোকতোন খজিক্তং খুমলপ তৌই। অতৈসু মাগুম্না ফিজেং লৈতেংঙি। ফজবী ঙাকনি।

নিংথৌনবু শকথিবী নুপী লৌবা হৌনব্রা ? মায়থোং লম ঙানবদি নীংথোম্বীনা খরা মহেল্লি। অদুনবু অনৌবা লৈমরেন ওইহনগনি হায়খ্রিবনি। মতুং ইঙ্গবী মচেমশিং করিসু অয়েংপা লৈজদে। মখোয়না পামলিবদি পোংলেম্বীগী লৈনুংশঙদগী নাম্বোকখিবা অদুতনি। মনাও ইবুংঙোগী মনাক য়ৌবা য়ৌদবা করিসু খনদে। মানা মানা থোকপা তৌজরগে খন্নে। পোন্দগী পাইথোকপগী মতম খঙহৌদনা থুংলবসিদা অঙকপা ফংনা নুংঙাইজে।

লৈমা নিংথেমনুবী মাপলনা মথং মথং লৈকোইরেন লৈমাবী খুরুম্মী। নুংশি নুংশিনা, মচে মনেমসু শকলবী মমাসিজনা মনাওশিংবু কোনবী। নীংথোম্বীনা ময়ামগী মহুৎ শিন্দুনা হঙ্গৎচে—"ইচেমসিজ লৈমাবী ! ননাও ঐখোয়না লানখিবা য়াওরবসু ঙাকপীয়ু !"

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"ঐ নখোয় কনাগীসু য়েক্রবা নত্তে। নখোয়বু ফসনু হায়দুনা মচেম অমা ওইনা, লৈঙাকপী অমা ওইনসু নুংশিনা ব্রারক ব্রাতেম্বনি। নখোয়বু ফহন্নিংঙি। ঙসিদগী নখোয় লোয়না ননীং তমজল্লো। খুন্দা লৈতাদুনা নীংগনা লৈরুবো। নপুবোইবা নিংথৌগী মনাক্তা লুহোংবা থিনবা চৎপনি খল্লু। মপুরোইবনা নুপীগীদি লাইনিংথৌনি ! মতোল লোম্লা সেবা তৌজক।"

মমাসিজ লৈমবী মমীৎ ইরা চেল্লপ তৌই। লৈঙাক কাঙলোনগী ব্রানা অমনি। নিংথেম শাগেগী মৌ ওইমিন্নবগী নুংশিনবনা তোঙানবনি। মহাক্রদি কর্তা-নরসিং তোঙানবনি হায়দুনা খক খঙখিদে। গম্ভীরসিংহ-নরসিংহ মচীন মনাও অমদি মতুং ইঙ্গরম্বা মনাও ইবুংঙো দেবেন্দ্রবু খক কাউজদে। নুংদদি নুংশিজরি। পান্দদি উৎথোকপা য়াদে। তাংবলনা য়েংথিনহনবনি !

লৈমা নিংথেমনুবী মাপল অদুগী অহল ওইরিবী সুসিলাবতীনা হাযরকই—"ইচেমসিজ লৈমাবী ! নিংথৌপোকপী নঙদি ঙাকপীহৈবীনি। মীরেন নিংথেমনুবীনি। পুন্সি নুংশাংনা পানখোকো !"

লফোইনুনা হায়রকই—"স্নাখ্বা ইবেম্মা ! ননাইদি খ্বাইদা সুম লৈজহৌরগেখা।"

লৈমরেম্বীনা শাউজিন্নদুনা হায়রকই—"নঙনি মরুদি, লফোইনু ! ঐ পাউ লোইনা তারে। ঐগী মীংচৎ থিহনবা য়াদে। ধাকাদা অনৌবা লাইবক য়েংজক...।"

"ফগনি, স্নাখ্বা ইবেম্মা !" লফোইনুনা খুম্মী।

নুংলেনখোম্বা (মহারাজ দেবেন্দ্র) ধাকাদা লানখৈখি হায়দুনা 'স্নাখ্বা ধাকা তবা' হায়রগসু খঙনৈ। তশেংনমক, মহাক্তি নরসিংসনা চিংদে। ময়াম্বুং নরসিংহগী ধারা অসিতবু 'নরসিংহ সনা' হায়দুনা খঙনৈ। নুংলেনখোম্বদি কর্তা সনাগী মনুংদসু লৈতে। মাগী কাঙলুপ্পু 'ধাকাসনা' হায়দুনা খঙনৈ। মসিনসু হেন্না চুমগনি।

লৈমা নিংথেমনুবী মাপল অদুনা মখোয়বু করিদা মাঙখিগদগে হায়দুনা কুইনা কুপশেন্নরকলবী মবোক অনীবু মথং মথং খুরুমজে। কুহনবী, কুরেম্বী অনীনসু মশু ইবেম্মশিংবু মথং মথং কেন্দুনা য়াইফ পাউজমেন পীজে।

নুবেশঙলাকপী কুহনবীনা হায়রকই—"নীংথোম্বী ! নঙবু মনাও ইবুংঙো নুংলেনখোম্বুনা 'লৈমরেন নুংলেনখোম্বী' হায়দুনা খোলম্মী হায়নসু তাইনে....।"

লোইখোমশঙ হঞ্জবী কুরেম্বীনা মচেমগী লোইফাংতবা বাঙাং শমজিনবা ওইনা ওকশিল্লকই—"অদুনা, ধাকাদা কোনুং শেমলগা লৈমরেন নুংলেনখোম্বী ওইনা হেক লৈজরু, অমুক হল্লক্তবা ওইজৌকো!"

"মদুমক থোকপা ওইসনু!" লৈমরেম্বীনা অসি হায়রগা মখা শমথরকই—"চৎলো চৎলো, শামু কোন্দুম্বা য়াইশানা ঙাইদুনা লৈরে, করিসু চিংনরুগনু, নজাইবুংগো নিংথেম পিশক্লা থিনগদবনি। নীংথিজনা থেম্মুকো.. নখোয় নিংথেমনুবী ঙাক্তনি!"

"ঐদিনে হেক থেংনবদা লুমাং পায়রগা চিংথুনি।" নিংথেমনুবী চান্দুম্বীনা য়াম্না কল্লক পেন্না হায়রকই।

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"হাই! হাই চান্দুম্বী! হায়হেদে। অমবু ওইরবসু মৈদিংঙুশিংদি লাইনিংথৌনি, হায়হেদে। ধাকাদা নচা ধারা পাঞ্জরু, নুংঙাইনা লৈরুরো।"

মোইহাইবীনা পাংশিল্লকই—"পেন্দবদো, শাউনিংবদো। করিনুংগী নিংথেমনুবী ওইদুনা কোনুংদা লৈনিংলুবা!"

"পেম্বোকউ হায়রেদনা।" নুবেশঙলাকপীনা থেমজিনবা ওইনা হায়রকই—"ধাকাদা অনৌবা লাইবক য়েংজরু হায়রেদনা।"

য়াইফবীনা হায়রকই—"চৎসি চৎসি, য়াম্না ফরবনি। পোন্দগী পাইথোকত্রসি!"

লৈমা নিংথেমনুবী মাপল মরী মরী কুমথথ্রে। শামু য়াইশা মনাক তম্না চংশিনখ্রে।

পোংলেম্বীনা মমীৎ ইরা চেন্দুনা অমুকসু নুংশিনা লাউরকই—"নুংশিরবী ইনাও ইবেম্মশিং! ইচেমনা লানথ্রবসু ঙাকপীযুকো! ঈ মরীদি কায়নবা য়াদে। পূম্নমক অসে রাজনীতি, তাংবলনা থোকহনবনি!"

নীংখোম্বীনা লাউরম্মী—"লৈবীহৌরো, ইচেমসিজ লৈমাবী! নঙগী নচানা নিংথৌ ওইদনা, কনানদি ওইগনি! নঙদি অথোইবীনি, মীরেন নিংথেমনুবী! পূম্নমক্তগী অথোইবী! অথোইবী মমা, মনেম ওইদুনসু লৈবীহৌরো, ননাও ঐখোয় চৎচরে।"

লৈমরেন পোংলেনখোম্বী মপি থিংবা ঙমদে। ফিজিনা মচীন মেল্লগা মখোল থোকহনখিদে।



চৈরক্তুদা...

"ইমাসিজ লৈমাবী! নচাসিদা লৈজরে।"

লানগী মাহুৎ ফিজোল শেৎলবা অঙোম তেনশূবা লীরুৎ তেন্দোং পোদুনা হোবে হোবে সঙ্গাই য়ুমজাওরোমদগী চেম্বোরকলে। মমাসিজগী মমাঙদা চপ লেপলে। খুরুম্মী। অমুক হৌগৎতুনা লেম্মী।

মমাসিজ হান্নগী ফিভমদা অমুক হঞ্জিল্লি। তেনশূবগী লাইবক্তা য়াইফ খুদম নম্বীরগা

হংলকই—"লান লাংলিঙেদা কদায় চংলুই... কনা উন্নরকই ? চেন্দুনা পুরোইনে।"

"লীরুং তেন কাউরম্বনি, ইমাসিজ!" তেনশূবনা নোকফেং তৌনা খুম্মী। প্রপ প্রপ মাঙ্গোলদগী কুমথখ্রে।

নিংথেম পিশকসু কুমথখ্রে।

মমাসিজনা লাউরকই—"হে তেনশূবা! লীরুংতেন অদুদি ফোঙনা পুগনু।"

তেনশূবনা খুমলকই—"খঙজরে, য়াম্বুং লানচিং পুরেলদগী লালোং পুম্নমক তাজরে। লমখাংদা শিন্দোক শিঞ্জিল তৌরগনি।"

মাঙজিল থাবা লাম্মী পরেং পরেং খোঙশানবা হৌখ্রে। অঙম অথৌ, মেজরশিং, লৈমশিং, য়োইবু য়োইহৈ নিংথেমনুবী পুম্নমক মাঙ্গোল থন্না লেপ্পুনা য়েংনৈ। মপি ইরা চেনবসু য়াওই। নোকফেংনা লৈবসু য়াওই।

মাঙ্গোল ইচুম তাফমদগী খরদং হন্দোক্লগা শামু কোন্দুম্বা লেপ্পুনা লৈরি। মাহুৎসু ওইরিবা তেনশূবনা মরোল লোন্দুনা কুস্থহল্লি। লানচিং পুরেলনা থৌরম পুম্বা শিন্দোক শিঞ্জিল তৌরি। মমাসিজগী পাউতাক ইল্লি। লৈমা নিংথেমনুবী মাপল অমদি নিংথেম পিশক শামু মথক্তা কাখৎহনখ্রে। শেম্বাং মহুমগী মওংদা নীংথিজনা শেম শারবা অমদি চাউরবা তাইবোৎ মনুংদা নীংথিজনা ফমখ্রে। তেনশূবসু তোংখৎখ্রে। মবোল লোন্দুনা হৌগৎহল্লি। শামুগী মমাঙদা নিংথেম পুরেলনা মাগী শগোল নোংলৈ তোংদুনা লৈখ্রে। লাম্মীশিংদা মাগী মাগী মথৌ চেকশিন্নবা লাউরি। শামু মতুংদা শগোল তোংবা লুবাংতোন লৈখ্রে। অতৈ লাম্মীশিং নাক য়েংতা, লাপতক লাপতক, পরেং ,পরেং লেপলি। কাঙলুপ মরি খাইদোকই । মকোক মকোক্তা মেজর মরি—নামৈরাকপা, কোন্সবা, খুম্বোং অমদি লাইশ্রাবা মেজর—লান লমথাবগী য়াথং ঙাইনরি।

"নিংথেম অচৌবা!" মমাসিজ লৈমবীনা খংলাউ লাউরকই—"নপাবুং নিংথৌরেন চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বগী 'ব্রজসিং' অহৌনিকো! চিংনবা পুম্বা থাদোকউ, মৈদিংঙু নিংথৌরেন নপাবুংগা চংমিন্নরি খল্লু। নয়াম্বুং নিংথেম পুরেল ধর্ম্মসেতুনা মাঙজিল থারি কাউগনু। নঙগী পাম্বোম অনী য়াওরি, নপু মেজর মরি মাঙজিল থারি— থৌনা লৈরবা মৈতৈ সেনা কয়া থৌগল তৌরি। নহাক নিংথেম পিশক ওইদ্রবনি। ইমাগী নিংথেম অচৌবা, মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তি ! খোঙশাল্লো, খোঙশাল্লো। য়াইফবা ওইয়ু লাম্মী পুম্নমক!"

লান চংপা য়াওদবা মন্ত্রিময়ুম মাইপাকসনানা খঙহৌদনা লাউরকই—"নিংথেম অচৌবা, মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা...."

ময়াম্মনা খুম্মী—"য়াইফরে ! য়াইফরে।"

মমাসিজ লৈমবীনা অমুকসু লাউরকই—"ইমাগী নিংথেম অচৌবা ! নন্দোনসিজ লৈমা নিংথেমনুবী মাপলবু নতোনসিদা নীংথিজনা শিন্নরম্মু, থৌগল্লোনদি কায়কদে। নতোনসিনা লান পামলবসু, লাম্বেনৌ। ব্রজসিংবু ইনৌ পীথকউ! নিংথৌনা নিংথৌগী চংনবী ঙাকউ ; লানকমদদি মপা মচা, মপা মতোন কাউথোক্লগদবনি। অদুগা, মসিমসু কাউসনু, লৈমরেন পোংলেনখোম্বী হিংলিমখৈ... নিংথেম অচৌবা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজগী চরোন শূরোক্তুনা তাংবল

ফমগদৰনি। অমুক খুৎথাঙ য়ৈহনখিবা য়াদে। ঔরাগা অরোইবা লাম্বুংনরমদাইদা কৰ্ত্তাসনাশিং অমদি নতোনসি নরসিংহ মচিন মনাওশিং য়াওনা মৈতে লৈবাক্কী সনা তাংবল নগাবুংদা খুৎশিন্নৱবনি। নিংথেমচা কনা অমতগী ওইফম থোক্লবনি। চৎলো চৎলো, খুদক খুদক্কী শাগোল পাউ থারকউ। কেংবসু, থারক্কে। নপুশিং লৈহৌরি, লৈমা নিংথেমনুবীশিংগীদমক নুংশা থিগনু!"

"ইমাসিজ লৈমাবী! নিংথেম অচৌবনা শামু মথক্তগী মমায়দি ওম্থোরকপা তৌদনা লাউরকই—লৈঙাক য়ায়েল চুপলি পায়বীহৌরো। নশূশিংগীদমক সনা তাংবল ঙাকপীহৌরো, লানগী খোঙচৎনি তম্বা ঙমদে। মায়পাক্লদি হঞ্জরক্কে!"

"নুংশিদা ইচাগী য়াবাসে, থুক লাউই !" লৈমরেম্বীনা নুংদা অসুম খল্লগা অমুকসু লাউরকই—"চিংনগনু ! ফরাইকোনগী মশক ওইরবা নপু মেজর মঙা লৈরিনে, চৎলোকো, শামু থারো হায়য়ুনে...।"

মিকুপ অদুদা ময়াম পূম্নমক পূমঙক ঙকনৈ। কোনুং সঙ্গাই য়ুমজাওগী কোতুমবোল মনাক্তগী লৈ চবুল চবুল চাইথরকই ... চাইথরকই...! নোংঙাল্লমদাইগী লিরিবা নুংশিৎনা পাক শন্দোকহনখি। লৈমায় তম্মা পাইথবকলে...। নোং চুবগুম্মা মথক্তগী হৈথরকপা লৈয়াম চবুল চবুল... শামু মথক্তা, মমাঙদা, মনীংদা, পুমচায় হেক্তা চায়ব্রে। অরোইবা য়াইফ পাউমেন শীবগী মওংনি।

লানবুং থিল্লি, বেঙ্গুন খোংগৎলকই। শামু কোন্দুম্বা খোঙশানবা হৌব্রে। কনাসু তুংহন্না য়েংলক্তে। য়েংবসু য়াদে। মমাসিজ কিনৈ। নিংথেম অচৌবদি য়াম্না য়েংনিংলকই। য়ুমদোন তমা। মহাক ঙকই। কনাগী য়াইফ পাউজেলবু ওইরিগবা ? মঙক পৈরপ তৌনা য়েংগে খল্লি।

মমাসিজনা মচাগী মতৌ উই। নাকচেক য়ৈরগা খঙলাও লাউরকই—"চৎলোনে তেনশূবা! তুংহন্না য়েংহৈদেনে ; খোঙশান লমথব্রবনি।"

কোনুং য়ুমদোনগী কোকতুমবোল মচীন্দা নুপী অহুম লৈগী শেঙ্গা পায়দুনা লেপলি। মোমোন তৌনা তৌনা কায়না পাউমেন শীজরি। য়াইফ থৌনিজরি, মপূক্লিং মপূক্লিংদা। মমীৎ কুপ্তনা য়েংথরকই। থাগোইসনা অমদি থরাকসনা অনীনা নাক য়েংতা লেম্লী। ময়াই থংবী অদুদি কনানো ?

মখোয় অহুম লাইদিংকোই সঙ্গাইদগী লোম্না থোরকপনি। অপাম্বী শঙলেনগী নারোল লম্বী ফাওজিল্লগা সঙ্গাই য়ুমজাও মনুংদা চংখিবনি। মথক কাখি। কনাসু খঙহৌ, উহৌব্রে। থাগোইনা লৈমনাই অমা থাদুনা গোবিন্দগী লৈমন (নির্মলা) অমদি মালিশঙদগী লৈ ময়াম শেঙ্গা থম্না লৌহল্লুই। তুম্মিন্না মখক্তা, পূংফম ওইদুনা লৈখি। মখাদা লৈরিবী, লৈরিবা ময়াম্না কনা কনানো হায়বদু মশক উখিদ্রে। লাম্নী পরেং পরেং য়েংদুনা লৈনখি। থরদি ঙকচানখি। অদুবু, মমাসিজগী থৌরাং ওইরিনি হায়দুনা কনাসু লুশিন্না খনখিদে।

তেনশূবনা মমায়দি লৈথোরক্তনা মশক মমিংসু পনবা তৌদনা লাউরম্মী—"নীংথিনা লৈরম্মুকো... !"

য়ুমদোল্দা লেপলিবী নুপীশিং পাউখুম পীখিদে। অদুম য়েংদুনা লৈহৌই। ময়াইথংবী নুপী অদুদি মপি শিন্থে, তপ! তপ! তপ!

লৈমরেন পোংলেনখোম্বী ওকই। মাগী থৌরাং য়াওদে। মপূক্লিংদা হায়ফেংসু নুংঙাইজে। মীশকসু খঙই। তেনশূবগী পাউখুম পীনিংঙি। লাউবদি তৌখিদ্রে। মথম্ভা মপূক্লিংদা পাউখুম্মী—"তেনশূবা! নঙনা হল্লকপদা... নুয়াম শাফবী পায়ানুদি লৈরমলরোইদো!"

নেগ্রা মেজরনা মশূগী পূক্লিং থৌগৎপা ওইনা লাউজে—"ইশূগী নিংথেম অচৌবা! য়াইফবা ওইয়ু! মায় পাক্লা হল্লকউ। নপুশিং লৈরি, চিংনগনু। লৈঙাক য়ায়েল চুপলিদি নিংথেমপোকপীনা পায়রসনু! নপু ঐখোয়না চেকপল ওইনা ইশূগী সনা অংবল ভরুনি, ভরুনি!"

নেগ্রা মেজরগী য়াইফ পাউমেন শৌগৎপা ওইনা য়ুমদোল্দা লেপলিবী নুয়াম শাফবী পুয়ানুনা য়াম্না মতিং লৈনা লাউনিংখি—

("অদুগা, নুয়াম শাফবী পুয়ানুনা নিংথেম পিশক্কীদমক থবায় হকচাং কৎথোক্কনি!")

মহাক মচীন থোক্লা লাউবা ঙমজখিদে। নুংদদি লাউজে, হৌনা হৌনা হিক হিক কপ্পুনা খাঙজে ফিজিনা মচীন মেনশিল্লে।

লৈঙাক মশু নিংথেম অচৌবা চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ—অচৌবা লাম্মী তেঙ্গোল পুরগা নুংবা লানগী খোঙশানগ্রে।

লৈমা নিংথেমনুবীশিংনা মাবু য়েংদুনা লৈহৌই।



মথংগী নুমিৎতনি। নুমিদাংবাইরম।

"স্রাখামাসি! স্রাখামাসি!"

নিংথেম পিশক্কী তাল্লোয় হঞবী অঙোম চনু লোকেশ্বরীনা মনেমসিজবু পাখৎনা কৌর-কৌরদুনা হোবে হোবে চেনশিল্লকই; চপ লেপলে—লৈমরেন সঙ্গাই অচৌবগী ফম্মাংদা। য়াহে মখা তানা হঙ্গৎপা ঙমদ্রে, মতাংসু চারমদে।

মনেমসিজ খুদা অচৌবা মথক্তা ফমলম্মী। কাংথোল নোংঙাদা মোন্দুম অমা ফৈনা খিল্লগা মশা তংখায় ঙাথে, মখোঙ অনী শাংনা তিংথোকই। মোন্দুমগী নাক য়েংতা পীকলিবা মশূনুপা অনী সনাহল সুরচন্দ্র অমদি সনায়াইমা কুল্লচন্দ্র ঙাথদুনা কমলি। মবেনসিজ পোংলেম্বীনা নিংথৌরোন কুম্বাবগী য়ারী লীরি। মশূ অনিনা পূক্লিং চংনা, খঙবোই খঙদবোই তারম্মী। মদুগী নুংঙাইরবা মতাং অদো অঙোম চনুনা থুগাইনিংদ্রে। চপ লেপ্পুনা অদুম লৈ, মোমোম্লে, মবেন অমদি মচাশিংবু য়েংজে।

"কৈদৌরে, তফিং তফিং?" মনেমসিজ ইঙক ওকই। য়ারী লীবা চপ লেপখি। ইংনা তপ্পা মখা শমথদুনা হংলকই—"কনা কৈদৌবা য়াওরে, হা! অঙোম চনু?"

অঙোম চনু ইথক থক্কৎলি। হংলিবা য়াহং খুম্না তৌদে। নোঙ্গুরপ তৌনা মনেমসিজবু

খুম্মী, মচীন থোক্লা হায়রকই—"মাম্বামাসি ! ননাই অঙোম চনুনা খুরুমজরি !"

"কৈদৌরগেনে, হা ?" মনেমসিজনা য়াম্না পাখৎলপ তৌনা হংলকই—"লানপাউ অনৌবা লাকপ্রনে ?"

লোকেশ্বরী তিংখৎলি। লুরুক্না খুম্মী—"লানপাউ নচ্চদে, মাম্বামাসি !"

মনেমসিজনা চিংনরপ তৌনা নোংশিন্দুনা হংলকই—"অদুদি... করি করম্বা পাউ লৈরগেনে ?"

লোকেশ্বরী তুম্মিন্না লৈ, হায়দোকপা ঙমদ্রে।

নুংঙাইববা ব্রারী তারম্বা মচা অনি—ব্রারী মরক থংখিবদা নুংঙাইতে। মীৎয়েং অমতা ওইনা মমাসিজ অপাম্বী অহল তম্না য়েংলকই।

নিংথৌমচা অনী অদু মপাবুং অমতগী মচানি, মমাদি তোঙান তোঙানবনি। সুরচন্দ্রনা অঙোম চনুগী মচানি, কুল্লচন্দ্রনা চোংথা অহল লোকেশ্বরীনা পোকপনি। য়াম্না নুংশিনৈ, মচীন মনাও। পোকমিন্নদবনি হায়বা খঙনদে। চহীসু য়াম্না কান্নদে। লৈমা অমনা হেক মীরোনখিবদা লৈমা অতৈসু যাম্না থুন্না মীরোন্নবা হোৎনৈ। মসিবু 'খম্বল চাবোক' কৌই। নিংথেম অচৌবা মবাইবক ফৈ ! চহী অমদা মচা অহুম ফংজে হায়বদু থোক্কদৌরে। চোংথা নহা, ওইনামচনু ভীমশ্বেরী অমদি অঙোমচনুসু মশা লুমলে। লৈমা মশীং যাম্বগী কান্নবসু লৈ।

"অবোক !" সনাহল সুরচন্দ্রনা মাবু হেক পোকচবী অঙোম চনুবু ব্রারী থুগাইবগী ওইঙ্গবা ওইনা হায়বকই—"নঙ বৈদৌ লাকইনো, ব্রাবী কাযরে !"

নিংথৌ মচাশিংদি অয়াম্বা মতমদা হেক পোকচবী মমানা নাওকোনদে। 'সনা মপী' নত্রগা 'ইপী' হায়না খঙনবা নুপীশিংনা মমা শক্লা নাওকোঞ্জে। খোঙ্গাং ইল্লমদাইদদি পোকচবী মমাগী মনাক্তা পুশিল্লকই। য়োকচবি ইপীনা খোমনৌবী ওইরবদি মাসু খোমহনবী মমা ওইজবসু ফংঙি। মবম অসিদগী নিংথৌ মচাশিংনা হেক পোকচবা মমাদা 'অবোক' কৌবসি চৎনৈ। ইপীদা ইমা কৌই। মিংগৌ অসি পোংলেম্বীনা কয়া পামখিদে। মাগী মচা নিংথেম পিশক্তি মহাকা অদুম নাওকোঞ্জরকই। ঙাইহাক্তা থাদোকখিদে। মতোনশিংনা হাৎখিগদ্র হায়বগী কিজখি। মশু সুরচন্দ্রনা মমা পোকচবীদা 'অবোক' কৌবদু তাবা নুংঙাইজদে। সুগৎলপ তৌনা হায়রকই—"ইবেনগী সনাহল ! ইপীশিংনা তম্বীরকপা মিংগৌদো পামদে। ঙসিদগীদি পোকচবী নমাদা, ইমাসিজ কৌদা। পোকচবী নমাসিজদা নঙ হায়বসু হৌনদে, লাঞ্জরে হায়য়ু।"

"লাঞ্জরে ইমাসিসা !" সনাহল সুরচন্দ্রনা খুম্মী।

"হো হো ইমাসিদং হায়রসু য়াই।" মবেনসিজনা মখাতানা হায়রকই—"লোন সুরগা মরাইনা হৈজরকনি, ইশূসিদি। হয়েংখৈ নঙ, মা হায়বা য়াদেকো। অঙাং নবা ওইরিঙৈদগী কোনুং লোনচং ,থকসি খাসি থৌগল্লোন তমগদবনি।"

"খঙজরে আজ্ঞাসি !" সুরচন্দ্রনা খুম্মী।

অঙোম চনু লোকেশ্বরী তুম্মিন্না অদুম লৈ। হায়গে তমগে লাকপা পাউ পাক হেক হায়দোকপা ঙমদ্রে। মপুন্নিংদা মঙল মঙল খল্লি, নীংজিং মাঙজিংনৈ।

মতৌ অদু মীতেক মীরৌ খঙলবী মনেমসিজনা খঙলে। ইংনা তপ্পা অমুকসু নোংতুনা হংলকই—"অঙোম চনু ! কনা কৈদৌবা য়াওরগেনে ?"

"ম্লাখ্বামাসি !"

অঙোম চনুনা ঙাইহাক লকক তৌরগা কিতক্লা হঙ্গংলি—"ননাই ঐগী উপু অয়ুংবীদগী মরৈ পরেং লৈরমদ্রে, পাউ হঙ্গংচবা লাকচবনি।"

কোনুং মনুংদা থোকপা থৌদোক বাথোক খুদিংমক্কী ঈ-পাউ মতম চানা, খুদক খুদক্তা মনেমসিজ য়ৌদবা য়াদে। লৈমশিংনা করিগুম্বা অমতা লোঙ্গা লোনথুপ তৌবা য়ারমদে। মনেমসিজগী মীৎ-নাকোং য়াম্লা শিংঙি। অরোননাই কয়ানি। কনা, কনানো হায়বদি লৈমশিংনা খঙনদে। পোংমাঙ-চৈমাঙ, হুরান-চীঙ্গিগী পাউসু মতম চানা পীহৌব্রবদি লৈমশিংসু চৈরাক ফংবা য়াই। লৈমশিংনা ফনমক চেকশিন্না লোৎচরবসু মনেমসিজনা হান্না হেক্তা তারম্মী। মসি, অঙোম চনু মুন্না খঙই।

অঙোম চনুগী সঙ্গাইদগী মরৈ পরেং (সনা লীক্লাং) মাঙখিবসি কুইরবনি । মহাক্লা তুম্মিন-তুম্মিন্না লীকলম খোঙচৎ থিজররে। ফংবা ঙমদ্রে। মমৈথংদা, অঙোম চনু কিশিল্লকই। মমৌ অচানবী ওইরবসু, চৈরাক ফংবা য়াই খল্লকই। পাউ পীহৌবনা চুম্মী খন্দুনা লাকলিবনি।

মনেমসিজনা ঙক্লপ তৌনা অমুক কোথদুনা হংলকই—"মরৈ পরেং হুপ্রবা ! মাঙপ্রবা ! কয়া কুইরে, হা ! অঙোম চনু ? "

"ঙসিদং খঙজবনি, ম্লাখ্বামাসি !"

"কমদৌনা মাঙখ্রিবা ?"

"ননাইনা কাউবদগী উপু শো পান্দুনা থমজরুই।"

"নঙগী চুম- শোদি কনানা পায়রি ?"

"লৈরাংতোন !" অঙোম চনুনা তুবৎ খুম্মী।

"ইস ! লৈমকোন্দা হুরানবা চংলবা! নিংথেম অচৌবনা লান হেক চংখিবগা, নোং হেক ঙানবদা... থৌদোক অমসু!" মনেমসিজনা অসুম্না মথক্তা খল্লগা থেমজিনবা ওইনা হায়রকই—"মাঙপ্রবদি মাঙপ্রেদনা, অমা অমুক হেক শাসু ঙাই, ইমৌসিদি!"

অঙোম চনু নে তারে। নিংসা তপ্পা তপ্পা হোন্দোক্লগা হায়রকই—"ওম্থোক্লা পাম্মুজে, ম্লাখ্বামাসি !"

মনেমসিজ পোংলেনখোম্বী মমীৎ উইশিল্লি, ঙাইহাক খল্লি। নোকফেৎনৈ। মসিমক্তি মমৌ ইবেম্মা উখিদে। মমীৎ অমুক পাংথোকই। মমৌবু নুংশিনা য়েংজ্রে।

অঙোম চনুনা নোৎশিন্দুনা হঙ্গংচে—"ম্লাখ্বামাসিনা থিবীদ্রবদি ফংগদবা মানদ্রে।"

মনেমসিজনা খোল কল্লপ তৌনা হায়রকই—"অঙোম চনু, অপাম্বী অহল ! নঙসু নোংমদি লৈমরেন ফমখোন কাদুনা লৈবাক্কী য়ায়েল চুপালি পায়রবা য়াবীনি, নখুজেনা নিংথৌনি। করিগী অদুক পাংদবনো ? লৈমনাইশিং কৌথংলগা মথং মথং থিজ্জোদনা।"

অঙোম চনু মী ফৈ। য়াম্না চম্মী। মতীং উংথোকপদি ওমজদে। মঙোন্দগীদি লোংজম চনু হরিমতিনা হেনা ঈচং থৌই। তৌবসু ওম্মী, ঙাংনিং শকনিংবদা দোং দোং হেক্তা হায়দোকই। মীকি-লাইকিদে। মতা চাদ্রবদি মহাক্লা লৈমরেন্বী ওইদুনা ফম্বাল তোংখিবসু য়ারিপোৎনি। মরম অসিদগী মনেমসিজনা অঙোম চনুবু মথৌ শংনিংঙি, শংনবসু হোৎনজে। মহাক্লা খোইদাজনা থিজখিবা মমৌনি। লোংজম চনুদি নিংথেমনা শবল লমথোকপা চংপদা লাই লমলানখিবনি। মদুদগী খোইদাজদুনা কোনুংদা পুখৎলকপনি।

মনেমসিজনা মথৌশংবা ওইনা অমুকসু নোৎশিন্দুনা হায়রকই—"ননাও ইবেন্মশিংগী লৈমনাইশিংসু নঙনা লোয়না কৌখৎপা ওম্মীনে, মথং মথং মচীন হংলগা শাথোনে।"

অঙোম চনুনা শোক্তকনা খুম্মী—"য়াম্না ফগনি, স্নাখ্বামাসি!"

মনেমসিজনা ঙাইহাক খল্লগা অমুক হংলকই—"কনা কনাদি চিংনৈ ?"

"হৌজিক ফাওবদি খঙজদ্রি।"

মনেমসিজনা ইংনা তপ্না অমুকসু হংলকই—"লৈমনাইশিংগী মরী মতা, মমা মন্দোল কনা কনা লাকলম্মী ?"

অঙোম চনুনা ঙাইহাক লকক তৌরগা খুম্মী—"আ... লৈরাংতোন পোৎলোয়গী মমা লাকলম্মী।"

"অদুদি...?"

মনেমসিজনা খুদক্তা ব্বারেপ অমা লৌবা ওইনা হেক্তা হায়রকই—"নঙগী পোৎলোয় লৈরাংতোন অদো লোই থাখো, আ তাংজেংদা!"

অঙোম চনুনা হঙ্গৎচৈ—"স্নাখ্বামাসি! লৈরাংতোনদি চিংনজদে, ইপামদগী লোইনরকলবী অউননাইনি।"

মনেমসিজ মলুবীনা ভুবৎ শমজিন্দুনা হায়রকই—"অদু ওইরসু, মাবু হান্না খুদক্তা লোই থাখো। পচ্ছবা য়াদে। নঙসু তম্মুনে লৈঙাকলোন!"

অঙোম চনুনা অমুক হঙ্গৎচৈ—"স্নাখ্বামাসি! য়াথং অদু হোংদোকপীয়ু, ননাই খঙনবা থিজখিগে।"

"লৈমরেন পোংলেন্বীগী ব্বারেপনি, মখা তাগনু।" মনেমসিজনা মখা শমথদুনা লাউরকই—"মপান্দা কনা কনা লৈ ? চৎলু হৌজিকমক, অঙোম চনুগী পোৎলোয় লৈরাংতোনবু মঙক লাকুনা ইনখো, তাংজেং য়ৌনবা। লোইখোমশঙ হঙবীদসু পাউ পীরুচো। থৌগল মচা লোয়নহনখো হায়রু।"

"স্নাখ্বামাসি!" অঙোম চনু ভুম্মিন লৈগ্রে। মখা তানা হঙ্গৎচবা ওমদ্রে ।

"চৎলো চৎলো... করিসু খল্লুনু।" মনেমসিজ পোংলেন্বীনা মমৌবু থেমজিনবা ওইনা হায়রকই—"মতুংদি চেকশিল্লু। মীক মাঙবদি অমা শাবা য়াইদো, লৈমকোনগী খুয়া ফমজাও মখাদা, অহিংগী লুথুব্রা চংলকলবদি লোইরেদো! চেকশিল্লুকো, হৌজিক্তি নবুংঙোসু লৈতে।"

"খঙজরে, স্নাম্নামাসি!"

অঙোম চনু মপান থোকখ্রে।

মনেমসিজ নোকফেৎ তৌই। মপূক্লিংদা খল্লি—"সোনোবী অসিদি ওছোক্লা চমখ্রেদা। ওছোক্লসু পেদংনৈ। কমদৌনা, তুংগী লৈমরেন্বী ওইদৌরিবা!"

নিংথেম পিশক্কী তাল্লোয় হঙবী, অঙোম চনু লোকেশ্বরী—মবুংঙোগী মহৎ মরেং শিন্দুনা লৈবাক রায়েল চুপলি পায়শিনবা ঙমদ্রি। পায়শিনগে হায়নসু খঙদে। চহী নৌরি। মনেমসিজ নিংথৌপোকপী লৈজরি হায়দুনা চাউথোকচে, কোমথোকচে। মতম অদুগী তংদু লৈতদবা লৈঙাকলোন্দা, নৌরিবী নিংথেমনুবী অসিনা চংশিনবসু মতিক নত্তে। মরম অসিদগী লৈঙাক রায়েল চুপলি—লৈমরেন পোংলেনখোম্বীনা পায়শিলহৌরে। মজাইবুংঙোনসু মমাসিজদা শিন্নরম্মী।

মৈতে লৈবাক্কী চংনবী অমা লৈ। নুপীনা শৃমদিল (পুন্নমক্কী অসুপ্পা) নিংথৌরেন ওইবা য়াদে। লৈবাক রায়েনবদা মকোক ওইবা য়াদে। মতম খরদংগী ওইনা নুপীনা লৈঙাক থৌদাং লৌখিবদি লৈ। লৈমরেন লিছোইঙম্বী অমদি লৈমরেন তাংজখোম্বী অনীনা, মাগী, মাগী মপুরোইবা নিংথৌ খোম্বা অমসুং খুঞাওবা অনীনা লান চংখিঙেদা লৈঙাকখি। লাম্হেংনখিবসু লৈ। লানঙম ফিরাল থেংখি। লিছোইঙম্বীবু 'পুরিংবা ফাবী', তাংজখোম্বীবু 'তাংখুল ফাবী' হায়দুনা মিংথৈনৈ। লৈমা নিংথেমনুবী—অনী অসিবু থৌনা ফবী, লানচিংবীগী থাক্তা থমনৈ।

লৈমরেন পোংলেনখোম্বীসু হম্বা নত্তে। মহাকসু 'ঙামৈ লানঙম্বী', 'খোম্মরেংবা ফাবী' অমদি 'চাশাৎ ঙম্বী' হায়রিবা মিংথোলশিং ফংলবীনি। খেন্নবা খরদংদি লৈরি—লৈমা নিংথেমনুবী অহুম! লৈমরেন পোংলেনখোম্বী অসিবুনা লৈঙাক কাঙলোন, পোরম পোমিং খঙবী অমা ওইনা শীংথানৈ। মপুরোইবা নিংথৌ চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বগী পাম্বোম ওইরম্মী। হৌজিক্লা মায়চুম্বী! চহী নৌজরিবা মজাইবুংঙো নিংথেম পিশক্কী মরমদা মচাগী তংবল ঙাকথোক্ল বা লৈঙাক রায়েল থৌদাংদা অচৌবা শরুক য়ারকলি। মাবু লৈঙাকপী নত্রগা লৈমাবী অমগী থাক্তা থমনৈ। লৈঙাকলোন হৈবী অমা ওইনসু শীংথানৈ।

মজাইবুংঙোগী সনা তংবল—অমুক হন্না খুংথাঙ লানখিবা য়াদে হায়বা অসি মাগী লেঙদ্রবা ফিরেপনি। মচা হেক চংখিবগা মাগী হান্নগী সজাইদা লৈরে। মচাগী সজাই মুমজাও ঙাক-শেল্লি। লাম্নী কয়া কোয়শেন্নহল্লি। মশূশিংগীসু খল্লি। মনাক্তা থম্মী। নুংঙাইনা মতম লেনৈ। মশূ অনীদা লৈঙাকলোন তম্বীবা হৌরে।

অঙকপনি! মাগী লৈঙাক কাঙলোন! মজাইবেম্মা চিংঙাখম ওংবী মুজাসনাবু রাজোল নিংথৌ (যুবরাজ) হাপ্পুনা মতম খরা কম কনশিন্দুনা থমলকই। মাগা লোম্নবী থাবা অহলনা পোকচবা রাজসিংহ নিংথেমজোন্দা পীখিদে। জৌবসু নিংথেমজোন রাজসিংহদি মমাসিজ থাবানা অঙাং ওইরিঙেদা পুরগা লোংখ্রবনি। থিবা ফংখিদে। কম ফংগনু হায়বদনা ওইবা তাই। কাইনখংদা রাজসিংহ মখি খোঙলকখিবনি।

হৌজিক য়াজসিংহদি কদায়দা ?

মহাক হিংলি হায়বা খঙলবসু, কৌশিন্দুনা মথং খনবা (যুবরাজ) হায়গী য়াকম লৈত্রে। সনাহল সুরচন্দ্রনা ওইখ্রে। অঙাং নত্রা ওইরি। মপাবুং নিংথৌগী মহুৎ মরেং শিনবা মতম য়াংলি। অদুবু তুংগী পোংমিং মবেনসিজ লৌশিংবীনা য়াংপা লোইখ্রে। করিসু য়ানিংঙাই ওইদে। মবেনসিজনা কৈ অমোম ওন্দুনা মশু অনী ঙাকলি। লাম্মী কয়াসুনি। নারোন্দা অতে নিংথেমচাশিং লান্দারকলবসু ঙাকথোক্লবা পাম্বে থম্মী। মাগী চেকপল ওইরিবা মেজর মঙা লৈহৌরি। মঙোন্দা অরুবা করিসু লৈতে। য়াম্না হৈথোই শিংথোই। ইংনা তপ্না পাল্লি, মনা মনিল নাইদে। মাগী খূদোম্নী, খূবী কিনৈ। মীহাৎ খুদম পীবা ঙম্মী। হৌজিক শূমদিল ওইরি। মাগী তেংবাংবী কু-পুংবাসু লৈরি।

লৈমা নিংথেমনুবীশিংগী মীৎয়েং নায়েং খোঙথাং—মহাক্না মনাইশিং থাদোক্লুনা কুপশেল্লে। নুয়াম শাফবী পুয়ানুগী য়াথোক কুম্না অতে থোকহনিংদে। অহিংগী থৌপুবা ফৈদাশিংদা য়াম্না চেকশিন্না শিন্নখ্রে। মখোয়না অহিংগী নিংথৌ শেনবা, সঙ্গাই শেনবগা লোয়নদুনা লৈমশিংগী সঙ্গাই খোঙজাওদা লৈতালনা চুম নম্মী। নুবেশঙলাকপীনা মাঙ থাদুনা চংলি। লৈমা কনাসু কারন তৌরুবা মতিক নত্তে। কোনুং মনুংগী চংন-পথাপ ওম্থোক্লা য়ানা লেনখ্রপোংনি... কোনুংদা লৈবী নিংথেমনুবী ! অযুক্তা খোঙজাও খোঙগী চুম কাইরকপা ঙাইবা তাবনি।

লৈমশিংগী সঙ্গাই—মখল অমগী কৈসুমশঙনি !



নিংথেম পিশক্কী নিংথেমনুবীশিং তুম্মিন তুম্মিন লৈজে। মনা মনিল নাইদে। লোংজম চনু হরিমতিদি মচীন মখা য়াংঙি। হায়নিংবা, ঙাংনিংবদা মনীং তম্মী। ইরাংসু খরা থাংঙি। মহাক্তি চুম নমখ্রবা কা মনুংদগী হেক হেক ফাগী তৌদুনা ফৈদাশিংবু লকনৈ।

ঙসিগী অহিংসু...

মাগী সঙ্গাই খোঙজাও মপাদা চৈশু চিংলগা চংপগী মখোল তারকই। মহাক মচীন ফাজিনবা ঙমখ্রে, লক্লরকই—"ইপা নুংফৈদা ! খোঙনাওদি চুম নমদেকো। কৌশিনবা য়াইদনা, খূথনেক মাঙ্গ অমা !"

ফৈদানা মপান্দগী অসুম্না খুম্মী—"খঙদে খঙদে লৈমা ! কোনুং চংনরোন্দা মিহুৎখোঙদি চুম নম্মু হায়দেদো।"

"অদুদি য়ারেকো, ইপা ?"

"কল্লাংদা নাকোং থেংপনিকো।"

লোংজম চনুনা অমুকসু মখা তাদুনা লকনৈ—" অদো ইপা ! ঐদি অহিংদা ইথত্তা লৈবা হৈলদে । কনানো অমতংদি মিহুৎখোঙদা থাজিল্লকউদনা...।"

ফৈদানা লক্লদুনা হায়রকই—"ঙসিনে নঙকো, মাখা মাইপাকসনা থাজিল্লকউরো...?"

লোংজম চনুনা অমুকসু নোক্তুনা হায়রকই—"য়াইয়ে, য়াইয়ে। তুয়াম খিবা নিংথেমগী নুংশি চাকখুং মতম চানা ফংম্রবী নিংথেমনুবীশিংনা অতোপ্পা পান্থে খিবসিবু য়াদ্রনে, ইপা ? ঐদিনে মঙাদা ওংবী পাঞ্জালী হায়বীদো ওইনিংবনা, তস!"

"ফৈ ফৈ খঙনি... ননেমসিজ্জদা হায়বীরুগে।"

"মাঙঙে, মাঙঙে ইপা ! ফাগী তৌবনি।"

ফৈদানা লীচৈ চৈশু চিংল-চিংলদুনা মথং মথং চৎখ্রে। লোংজম চনুনা মথক্তা মোন কোন্দুনা লৈজহৌই। মহাক্তি য়াম্নসু নুংঙাইবা হৈবীনি। ঈশেসু পাম্মী। মখোলসু নুংশি। পুয়ানুগী ঈশে অদো খোঙনাও হাংদোক্লগা থা য়েংদুনা ঙংজে—"নিংথেমনুবী! কোনুংদা লৈবী নিংথেমনুবী...!"

মাগা য়ুমথংনরিবী চোংথা নহানা অমুক ওক্তুনা খুমলকই—"পোনগী উচেকনি, ঐগী পুন্সি, খোঙদা য়োম্লিং থাংলবীনি!"

লৈমা অতৈসু ঈশে ঙংবা য়াওই।

লোংজম চনুনা মরক মরক্তা খল্লি—"নিংথৌশিংনা লৈমা মশীং ঙমজরিখে লোনবা য়াই। নিংথেমনুবীশিংনা কোনুং লুথুপ্পী ওইদুনা নুপা কয়াদি লোনবা য়াগনি ?"

নোংঙানবা ঙাইবা তাই। পান্থে লৈতে, লোংজম চনু !

নোংঙানখি। নোংমসু অমুক হৌখ্রে।

নিংথেমনুবীশিংনা নিংথেম হল্লকপা ঙাইরি। লৈমরেন পোংলেনখোম্বীনা নুংবাগী লানপাউ ঙাইরি। লানপাউ লাক্লি। চৈরক অদুদা, নুয়াম শাফবী পুয়ানুগী ব্রায়েলসু লোইশিন্নবা থৌরাং তৌরি। পাচা মীফম নৌনা কৌখ্রে। হৌরেন নুমিদাং মতম লেপখ্রে।



য়াচং মৈ চুখৎনরে।

নুমিৎকী খোঙচৎ কনাসু ঙাইরমদে।

লাইদিংকোই সজাইগী নিঙ্গোল কাদনি। নুয়াম শাফবী পুয়ানু তুম্বক অশিন্দুনা ফমলি, ফজুং মথক্তা। মখুৎ য়েংনা চুবা মেৎলি। উংজানে। মহাক চেনবগী ব্রাখল তৌদে। মনাক্তা থাগোই লৈ। মপান্দগী থারাক প্রপ প্রপ চেনশিল্লকই।

"ইচে শাফবী ! ঙসি নুমিদাং অথল্লবা পাচা মীফম ফমনি হায়নে ?"

"কনা কৈদৌবা য়াওরে ?" পুয়ানুনা হংখি।

"নঙগীনিনে, ইনমসি!" থরাক্লা খুম্মী।

"কৌনুদা ঐবু, ইনমসি!" পুয়ানুনা কয়া থওইদনা খুম্মী।

"কৌদদি কৈনো, নহাক ইনমসিনি।"

পুয়ানু নোকলে, হায়রকই—"থাগোই, থরাক! ঙসিদি অরোইবা ওইরবা য়াই। মতুংদা অমুক উন্নখিদবসু য়াইদো।"

থরাকসনানা হায়রকই—"চেনখ্রোদনা, য়াম্নুং মাইপাকসনা কৌবীগে, মাবু লোম্না খিন্দোকহনগে।"

পুয়ানুনা ঈচং থৌনা খুম্মী—"কৈফবীনা চেনবা হৌনদে। ঐবু য়াম্না লাপ্না লোই থারবা য়াই, য়াথং পুরগা চংপা য়াই। পাংদবী ওইবদি য়াদে।"

থাগোইসনানা হায়রকই—"অদো, ইনমসি! ঙসিদি ব্রারীদো লীরম্মুকো, মতমসু য়াম্না ব্রাংলি। কৌবা লাক্লগা চংলু।"

পুয়ানুনা খঙনিংনা হংঙি—"ব্রারী! করি করম্বা ব্রারী? চাশাং চীংগী ব্রারীদো?"

পুয়ানুনা চাশাং চীংদা মাগা তেনশূবগা খেংনবগী ব্রারী—থাগোই, থরাক অনীদা লীখিদ্রি। মহাক তমদা মেরা হাওচোংবা য়াওবা লাকপনি, মপা খিবা লাকপনি হায়বা অসিদি লীপ্রে। থরাকসনা খঙহনবসু য়াদ্রে। তেনশূবা, থরাকসনা লুহোংদৌরবনি। থারাকনা লৈশূল পরে পুনবীয়ু হায়খি। লুহোংবা অদু মহাক য়াওখিগনি হায়বা থাজদ্রে।

থাগোইনা হায়রকই—"নংতেবা, ইনমসি! নঙগী অঙকপা ব্রারীদো য়াম্না তানিংঙি।"

থারাকনা পুয়ানুগী মনাক্তা কমথরগা হায়রকই—"অতে লাইরি, ইনমসিজ! হৌরেনদি চমোং চমোং খোকপা য়াদেকো। য়াম্না কেনা খোকদবনি; নশম ননা ফিজেং লৈতেং শেম শবীগে। থম্বাল মচুগী ফনেক ময়েক নাইবা শেৎসি, নঙগী মরে পরেংকাদো খোনসি। হৌজিক্তি নহাক ফোঙবা য়ারেদা।"

থাগোইনা নোংশিল্লকই—"ফিজেং লৈতেং শেম্না শেম্না, লৈনুং কুম্ফাগী অঙকপা ব্রারীসু লীখোকলম্মু।"

"তানিংব্রা?" পুয়ানুনা হংলকই।

"উম!" থাগোইনা খুম্মী।

"ঐসু য়াম্না তানিংঙি।" থরাকসনানা মখা তানা হংলকই—"কমদৌনা খেংনরুই? কমদৌনা চংলুই?"

"ফরে, অদুদি তারো, নবানীমক।"

থাগোইনা তকশিল্লকই—"য়াম্না নুংঙাইদৌবা মাল্লি। মরিক চুম্না লীয়ুকো।"

পায়নুনা ব্রারী লীবা ওইনা হায়রকই—

"অবোকরেব্রীগী পাউভক মতুংইম্না, ঐহাক অঞেম চনুমী সজাইদা মতম থরা লমদনখি। মীনাইগী মপোকনি। মীনাইনুবী ওইবা অখি। অমুক নুংখিল মাগী থবক ইনথাং তৈবী। অহিং অহিংদি মাগী সজাইদা ঐহাক লেক্তে। অঞেম চনুদি মদু খঙদে। লোম্না লোম্না, ঐহাক মশান খোয়রকই। সজাই য়ুমজাও মনুংদা অমুক্তং চংগে হায়দুনা হোৎনৈ। পাম্বে লৈখিদে। অহিংগী কৈদা; সজাই শেনবা, কোনুং শেনবা কয়ানা কেইয়েং চংলি। লৈমরেন সজাইদি কয়া কুপশেন্নদে।

নোংমদি অমুক, খংনিং নীংশিংলকই—য়াইবীখোং মপানগী হৈনৌরেম্বী ! অবোকরেম্বীনা চৈতেক য়ুংদুনা মপাসু তকপ্রবনি। য়াম্বা ইবেম্মনা ঐগী শল্লাংশিং ফুমখিসু হায়। মদু হন্দোক্তুনা অমুক্তং য়েংনিংলকই। পূক্লিংদা চিংনবা অমসু লৈ। হৈশিংলবী কু-অনী অসিনা ঐঙোন্দা পাখোং ঈঙ্গিং অমা পীবগুম তৌরি হায়না খঞ্জে। অংদাংবা অমা খঙদোকনিংখি।

নুমিৎ অদো, নোংখি নোংমংঙি। থামন্না অহিংদি নত্তে। অমুবা নোংলক্তগী থাজগী মঙালনা অমুক অমুক ঙাম্থোরকই। ঐ থোরকই, অপান্বী শঙলেন মনীংগী য়াইবীখোং মপান্দা অসুম হাইথরকই ; খা পাংনা। উরক বারক্তে, লুম লুমদুনা চংলি। অকি অখং লৈতে ঐঙোন্দা। মংসং তান্দবা য়াদে, বাশক ঙাক্তবা য়াদে । মসিনা ঐগী পান্দমনি। ইশাদা হৈজ্রাং অথৌবা অমদি লোয়নৈ।”

থরাকসনানা মরক খংথং থংতুনা হংলকই—“ইনমসি ! নঙগী বাশক, মংসং তানবা হায়বসিবু... য়াদ্রুং নিংথেম শিশক হাংশৈ বারা ?”

“নত্তেবা, বারী তাখো।” পুয়ানুনা খুম্মী।

“চংথবীয়ু।” থরাক্লা হায়রকই।

পুয়ানুনা মখা শমথদুনা হায়রকই—“ঐগী খোঙচং খোঙথাং লেপখিদে। নোংপোক থংবা য়াইবীখোং মপান য়ৌরে। হৈনৌবন মনুংদা চংঙি। লৈমরেন সঙ্গাই অচৌবগী মখা খোঙজাও মপা ওইরপ্না লেপলুই। অসোম বাংমদা অবোকরেম্বীনা য়ুংলম্বা চৈতেক অদু মুন্না য়েংঙি। থাবল মঙালদা তশেং তশেংনা উই। ঐহাক তু খ্যাও চুংঙি। মপা অদু চুম্না পান্দম লাকই, লৈমরেন সঙ্গাইদা মায় খংওন ওনশিল্লি। নুংঙাইবনা লুতেন শাংখি ! মশক খঙলে হৈনৌরেম্বী ! মউ অদু নোইতকই। চহী য়াম্না নৌবা হায়বসু য়াদ্রে। য়াম্বামাসিনা লৈমরেম্বী ওইখিবসি চহী কুম্লদি হেনদ্রে খল্লি। খুদক অদুদা কুম পারুবগী খুদোংচাবা ফংখিদে। চহী চাম্মা হেল্লবা হান্নগী হৈনৌশিংগা বাংবা মান্নদ্রে। মখোঙ খিংতং চংথোক্লগা চরোং হাবুং অমা হোঁই। ঈশিং মপান ওইরপসু তৌই। ঐ ঙাইহাক্তি চম্মনৈ। হৈজ্রাংনা হৈনৌ মখোঙ অদু তৌথোকউবসু য়াবা নত্তে। ঐ ফমথৈ, বাথল তৌই। ফনা কুইনা ফমখি।

মমৈথংদা চরোং হাবুং মরক্তগী প্রৎ প্রৎ লাউবা মখোল অমা খংতা তারকই। ঐ খংদ্রেকনৈ, কিবদি নত্তে। নোং মমীংসু ফাকখি। মঙাল অদুদা হায়ফেং উহৌই, হেন্না হেন্না চিংনরকই। চশাং চীংদা থেংনখিবা থৌদোক অমা খংনীং নীংশিংলকই।”

থাগোইনা খঙনিংনা হংলকই—“নত্তেনে, ইনমসি। চরোং মরক্তগী পাইথোকখিবা অদু করিনো হায়ম্মী।”

“অদুবুরো, শেকপী !” পুয়ানুনা হায়রকই—“নোংমসু, চশাং চীংগী চীংখোঙ চীংমায়গী নপী শিংবী হৌবা মরক্তগী চেকপী অমা পাইথোরকই, ঐ ঙকখি। ঐগী ইভা খুতিংলাসু য়াওই। ঐনা চীংমায়গী নাপী অদু ফোইদংতুনা য়েংলুই, চীংনুংহংকী মথুন অমা থেংনরই। অমম্বা হৈনবা উচেক অদু মনুংদা মহম শাদুনা লৈবনি হায়বদো খঙবা ঙমখি। মদু নীংশিংলুই। লংলা লংজিল অমা খুদক্তা ফংবা ঙমখি।

ঐহাক হরাওই, মিহুন তিং তিং চোংঙি। য়াইবীথোং মনাক্কী চরোং হাবুং অদু হৈজ্রাংনা সং সং লেম্বুংলি। নুঙপাক অমা থেংনৈ। চরোং হাবুং অদু নুঙপাক্কী অকোইবদা হৌবনি। নুঙপাক মচেং অমদি কেনথ্রে। মদুদগী শেকপী অদু পাইথোরকপনি হায়বসু খঙবা ঙমলে।"

থরাকসনানা মরক খংথং থংতুনা হংলকই—"নুঙপাক অদু কয়াম পাক চাউই ?"

পুয়ানুনা খুম্মী—"মরাক ময়ুং মান্নরপ তৌই, হায়ফেংসু কোইদানৈ, খুদুপ অমা মখায়গী পাকচাউবা ওইগনি।"

থাগোইনা হায়রকই—"লানচেনফম লৈনুং কুফা অমা লৈ হায়বদু ওইরিনি।"

থরাকনা অমুক পাংশিল্লকই—"ইতোনসি নোংদ্রেনখোম্বগী লাইনীংফম লৈনুং কুফাগা শম্নরমগনি শোয়দনা।"

"নবানী অদুম ব্বারী লীনরো।" পুয়ানুনা অসি হায়রগা তুম্মিন লৈথ্রে।

"নত্তে নত্তে, ইনমসি নুংশিবী ! মখা চৎথৌ।"

পুয়ানুগী মতুংদা ফমলগা মশম হাংপীরিবী থগোইনা মনমসিবু নুংশিনা কোল্লগা হায়রকই—"লাংতক্লবনা খ্বাই লাওবদো তৌদ্রনে ?"

"উম ! অকি তুংজুংবা লৈখিদে।" পুয়ানুনা মখা শমথদুনা হায়রকই—"ঐনা য়াম্না ব্বানা নুঙপাক অদু হুগৎলি, শদৌ থোংঙি। উচিন নাচিন্না ঙমলে। ফংলে, লৈনুং কুফাগী চংফম। ইমম্মী, করিসু উবা ফংদে। নমথিবা মনম যুং ফাওগৎলকই। নাতোন মেনশিল্লি। চংশিনগদবা হঙ্গোই। ঙাইহাক খঞ্জানৈ। পুক্লিংসু নুংঙাইজে। স্নাখ্বামাসিনা পীখিবা ঈঙ্গিং, ঐগী শল্লাং থিয়ু হায়বা ওইরমদ্রে। অকি তুংজুংনিংঙাই ওইরবা কুফা অদুদা নরিল লৈরগা চংজৌ হায়বা ওইরমল্লে। চুম্মী, মদুমকনি। মহাক্না ঐবু শীংন্দুনা চাংয়েং তৌরি হায়বসু খঙলে। ঐসু শীংনদুনা চংলগে লেপখি।"



"মৈনমদি য়াওব্রা, ইনমসি ?" থাগোইনা হংলকই।

"কদাইদে মৈনমলো ?" পুয়ানুনা শমথদুনা হায়রকই—"লংত্রিক লংবা হৈজ্রাংতনি য়াওরিবা, মঙাল মচা অমদি থোকই। শিদৌ মগোকনি, চংলগে লেপখি পুক্লিংদা।"

"ইনমসি, নহাক নুপী অচংবীনি। থাগৎনিংঙি নঙগী থৌনা।" থরাকনা মখা অনা হায়রকই—"মখা চংথবীয়ু, জিং জিং লাউবী মতাং অদুনি তানিংলিবা !"

"য়াম্বুং নিংথেম শিশক্কা উল্লবা ফংখিব্রা ?" থাগোইনা ওকশিন্দুনা হংলকই অমসুং হায়রকই—"অহানবা উল্লবদো, নুংঙাইরিনি!"

"ঐহাক চংথ্রিনে, থাগোই ! অদুম লেপ্তুনা লৈরিনে।" পুয়ানুনা নোকফেং তৌরগা ইভপ তপ্পা খুম্মী।

"প্রপ প্রপ চংশিল্লুবা।" থরাক্না হায়রকই।

"হেক্তা চৎবসু য়াবা নত্তেদা।" পুয়ানুনা শমথরকই—"কনাগুম্বনা উখিগদ্রা হায়বসু খল্লি, তুং-মাঙ, নাক-য়েৎ য়েংঙি। হৌজিক্তসু তঙ্গা লাইবনি। ঐ মিহুন তিং তিং চেংঙি। মনুংদা করি লৈরমনি হায়বসু খঙপোৎ নত্তে। অমুকসু খঞ্জানে। কনা কুইনা ঙাইদুনা লৈখি। নোংথক্তা য়েংঙি।"

থাগোইনা হংলকই—"কনা ঙাইরিবা ? কনা য়েংলিবা ?"

পুয়ানুনা খুম্মী—"নোংথাঙ কুম্না!"

থারাক্না হায়রকই—"চুম্মী, ইনমসি! য়াম্না পাখৎলমগনি। শিবা চৎবগী খোঙজংনি। মখা চৎথবীয়ু।"

"ঐনা ইবুধৌ নুংজেং পাখৎবা খুরুমদুনা থৌনিজে।" পুয়ানুনা মখা শমথদুনা হায়রকই—"মিকুপ খরগী মতুংদা নোংথাঙ কুম্নী, হায়বেৎ ঙাল্লি। কোম মনুং অদু কুমথনবা কৈরাক হায়বা তারে, থাক থাক লৈরিবা অদু উহৌরে। ঐহাক কুমথরে, মার-মারগা। খুৎতা হৈন্দ্রাংদি থাদোক্তে। মথং মথং কুমথে, কিরক্নে। হৈন্দ্রাং ময়াগী অরংবা অদু খান্ন-খল্লগা অসুম চৎশিল্লি। মমিংগী য়ানি, কয়াদি ঙাল্লুনি। মপান্দা নোং খোংবা তারকই, তোয়না তোয়না নোং মমীৎ ফরুকই, মতাল চংলকই। মদুনা পাম্বে অমদি ওইখি। উচিন নাচিল্লা লৈমায় য়ৌরে। চহী কুইনা লোৎতুনা অমদি চৎনদ্রবা লম্বীনি, মনমসু নমথি, মীরাং মরী মরাং ইশাদা পল্লি। শেংকপী খোংবা তারকই। মচা মচানি, মরী মরী পাইথোকখি। হুন্ডোই খোংবা তারকই, লাগুকা লীন লৈরমগদ্র হায়বগী চিংনৈ। ইশা পুম্না হুমাং অনম্নী কাখৎলকই, নিংসা ফুইনা ফুইনা হোল্লি, চৎশিবদি লেপ্তে।"

থাগোইনা ঙাইঙদবা মতৌ উৎতুনা হংলকই—"ইনমসি! কুমা অদু কয়াম লুই, কয়াম পাকই, কয়াম শাংঙি ?"

"লেপ থুম্মী, থাগায় হেন্নপ পাকই।" পুয়ানুনা শমথরকই—"অম্বাং পাংনা অসুম চৎশিল্লি হায়না খল্লি। খুৎনা মার-মারদুনা কৈরাক কাখৎকম নত্রগা অরোইবা পনখে ফংনবা চৎশিল্লি। গম থেংঙি-অহনবা কৈরাক!"

থাগোইনা হায়রকই—"ওম্বোক্না ঙাইঙমখিদ্রে। প্রপ প্রপ চৎশিল্লু, প্রপ প্রপ কাখৎলুবা, অতবা ঐদুম মিহুন তিং তিং, হুমাং অনম্নী কারকই।"

থরাক্না হায়রকই—"ঐসুনি ইচেমসি। ইনমসিনা বারমদৌদো, খাই খাইদুম লাউই।"

পুয়ানুনা মখা শমথদুনা হায়রকই—"ঐহাক খুদি থিজিল্লি কৈরাকী থাক মখোঙদা। খুৎনা মার-মারদুনা কাখৎলি। লৈমরেন কাপী লৈমায় ওইগনি খল্লি, য়ুংলপ কৈরপ তৌনা কাখৎলি। য়াম্না বানা মথক য়ৌরে, হায়বেৎ পাকপা খোঙনেংকম অমা ফংলে। অদুগদি...।"

থাগোইনা খঙনিংমনখিদুনা পুয়নুপী বাহে মখা অকাৎত্রিত্তো খংনোৎ নোংশিন্দুনা হংলকই—"অদুগদি কৈদৌবা, ইনমসি ?"

পুয়ানুনা ইতপ হেক তঙ্গা হায়রকই—"ঐহাক লাংদা থুরে, খুৎনা লাম-লামদুনা য়েংবদা মায়কে মরি ইঙ্গুন ফুম্নে, খোকফম লৈত্রে। ঐ কপনিংলকই। কম্না য়াবদি নত্তে। খুৎনা কোইমা

মাবদি ভেক্তে। কাক লাউবা মখোল অমা থোরকই—খুৎ ওয়না মনীং থংবা মায়কে থেংলুবনি। ঐহাক লৌশিং লাকই। থোকক্ষম লৈত্রে। অচৌবা উপু অয়ুংবী অমগী মনুংদা ঐ লৈরে হায়বা খঙলে। য়াম্না চেকশিন্নি। নাক য়েংভা কোম লৈরমগদ্রা খল্লি। লোইখোমশঙগী মনীং থংবা ফক্লাংদা লৈবা উপু অয়ুংবী অদু খংনীং নীংশিংলকই। থোকক্ষম অমদি শোয়দনা লৈকম থোকই হায়দুনা খল্লি। মপান্দগী শো লোনগ্রবদি কমদৌনা থোকপা ? মদুসু খনদবা নত্তে। অমম্বা মরক অদুদা পাক্জল মুদেক্লগা নম-নমদুনা য়েংলুবসু য়াবা নত্তে, লাম্না ফংদ্রি। মখা থংবা ফক্লাংদি চেকনি। খুৎতা থেংঙি। ফমপাক নক্লসু লৈরম্মী। মায়কে অহুমদি উপাক ওইগনি খল্লি। নোংপোক ওন্দুনা থোঙ ফাংলি হায়বা খঙলে। মচেং খজিত্তং কারণ তৌহি। মঙাল খজিত্তং, সুম্রগী খজিত্তং উই। মিহুৎথোঙদগী লীংশিল্লকপা থাবল মঙাল মচেং অমতং য়ৌরকপনি। মিকুপ অমতংগী মঙালনি। খংমম অমুক মমশিনগ্রে। ঐ খঙই, অমুবা নোংলক্তা থাজ মঙাল লোৎগ্রে হায়বা। মপান্দগী চেংনা শো লোল্লি হায়বসু খঙলে। ঐহাক চম্মনে। মনীংগী ফক্লাংদা ঙাদুনা ঙাইহাক লৈরে। ওম্বোক্লা বানা চংলক্লগা নীংবাকায়দুনা হন্দোকপা তারে খল্লুবদা নুংঙাইহত্রে। লেংজুম্না থোঙপাক অদু চেনশিল্লগা য়েংথাইরগে খন্দুনা মনীং থংবা উবাক্কী ফক্লাং মনাক্তা লেপ্লগা চেনশিনগে তৌরই। খুদক অদুদা...।"

থাগোইসনানা মরক খংথং থংতুনা নোংশিল্লকই—"ইনমসি ! খুদক অদুদা নোংথাঙ মঙাল চংলকপ্রা ?"

"চংলক্তে, নোংসু থোঙখিদ্রে।" পুয়ানুনা ইতপ হেক তপ্না হায়রকই—"ঐগী খুৎ ওয়দা পায়রিবা হৈজ্রাং নাম্বুনা অথোকপ্রে, লৈমায়দগী অবাংলোমথংবা অদোমদা খরা লগুক্লে লৈনুংদা ওম্বুখিবগী মখোল অরকই। ঐহাক নুংঙাইহনা লুতোন শাংলি। লৈনুং কুম্ফগী অনীসুবা কুমথক্কম কৈরাক অমা লৈরে হায়বা খঙই। মদুদা ওম্বুরমগনি খল্লকই। ঐহাক মীৎ তাংলবা মীগা চপ মান্নগ্রে। ফমথরগা খুৎনা মার-মারদুনা মায় অবাং ওল্লগা অমুক চংশিল্লে। থাক কুমথক্কম থেংনরে। তপ তপ্না কুমথে।"

"ওম্বোক্লা কুইনা চংগ্রেদা, ইনমসি !" থরাক্লা হায়রকই।

পুয়ানুনা শমথদুনা হায়রকই—"চংদদি কৈনো, অমম্বদা পোং খিবনি। অরোনবা থোঙচং অমসুনি। মখাদো অমুক তারো, য়ৌগদৌরে পম্বুংফম !"

থাগোইনা হায়রকই—"নচল্লনা ঙপায়দগী ঙাইহরিবসে ইনমসিনা খুয়া ফমজাও মখাদা ফাওগংলগা য়াদুং নিংথেম উম্নবগী মতাং অদুনিনে, গ্রপ গ্রপ লীয়ুনে, ঐসু খঙহৌদবা য়াদে।"

পুয়ানুনা চিংনরপ হংঙি—"নঙদি কনা থেমদৌরিবা ? হা ! থাগোই।"

"ইনমসিগী বারীদো হাম্না লোইখো।" থাগোইনা খুম্মী।

"ঐহাক ইথক্তা মোমোন নোকই।" পুয়ানুনা হায়রকই—"মতদা ভেয়না ভেয়না উখিবা লৈনুং ফুল ফংলে। অমম্বা ওইয়বসু চংলিবা মায়কে অদু অম্নাংনি হায়বা খঙই। মাঙদা লৈয়ম্না মিরাং মরী মরাং থদং থদংতুনা চংশিল্লি। থোঙনা মাদুনা খিবদা হৈজ্রাংসু ফংঙি। অসুম চংশিল্লি, চংশিল্লি, কনা শাংঙি ফুল লম্না ! সদাই ফুমজাও অমসুং লৈমরেন সদাই অনীগী অপুনবা শূমাং মখাদা ফাওবনি হায়বসু খঙলে। লাংত্রন মৈঙলদৌনা ভৌবা মঙাল অমা উরকই। ঐ চপ

জেল্লী। মাখল তৌই। চংশি কদায়, হন্দোকসি কদায়, ঙাইহাক খঙ্গানে। অহমসুমা কৈয়াক কাকম মখূন্দগী নীংথবকপা মঙালনি হায়বদি শোযদ্রে। অদুবু কমদৌনা খুমা-ফমজাও মখাদা ফাওগৎলুমনি ? নুত্রা ? নুংঙাইম্না খোমজেন ভুমখুন অম্রিবা নিংথেমনা অফিং অফাই ওইনা খংবদগীবু ওইরবসু, ইঙক অসি খাঙনা কককখিবা খাই হায়দুনা খল্লি ?"

থাগোইনা হাযবকই—"চুম্মীনে, ইনমসি! নঙসে কোক লৈকো! মখা চংথৌ, কমদৌনা লৈনুং কুকাদা ফাওগৎলুই ?"

"ঐহাক তপ্না তপ্না চংশিল্লি।" পুয়ানুনা হাযবকই—"কৈয়াক অদু কাখৎলি, মথং মথং, মখূম অমা খুমলম্মী, ইনখৎতুনা যেংঙি। নূঙপাক্তি নত্তে। খূৎনা পায়বদা শিং শিং ন্নবনবা পোৎসু নত্তে, লীনা লোনবা তাবু অচৌবনি হায়বা খঙলে। মখুন অহোবা অমা লৈবম্মী। ইনবদা মচি খরা লেঙঙি। অদুবু, থাগোই...!"

পুয়ানু নিংসা হোন্দোকই, চপ লেপখি।

"কৈদৌববা, ইনমসি ?" থাগোইনা হংলকই।

"কবি তৌখ্রে মখা‍দি ?" থবাক্লা নোংশিন্নকই।




পুয়ানুনা মোমোন তৌনা হায়রকই—"লৈমা নিংথেমনুবী অমনা নযাহুংগী ফমেন ফমজাও মথক্তা নুংশি থৌগল তৌরি হায়বা খঙলে, নুংশি চিরোন মাহে মবক্তা নোক খেবা তারকই। ঐসু ঙাইহাক তাই। খোইনা কলক খম্মুবগী মাফম নত্তে। ঐগী খোঙচংতি পুয়ানু হিংলি হায়বা অদুতং খঙহনবা পামজবনি। ঐহাক নীংবা কায়বা তৌদে। অঙা ঙাইবা অবনি। লৈনুং কুফা লম্বী খঙলবনিনা মতুংদা খুদোংচাবা কয়া লৈবি হায়দুনা পেম্বোকচে। অদুবু খংশাঙ্ক হেক শাউনিংলকখি।"

"মরমদি ?" থাগোইনা হংলকই।

"নুমিৎ অদুগী নুংশি থৌগল তৌরিবী অদু অতৈ কম্না নত্তে; অঙোম চনুনি।" পুয়ানুনা মখা চংথদুনা হায়রকই—"মহাক্ন নয়ানুদা হকথলি, শ্রীযুৎ নুংতিগী ননাইনা থৌগল তৌজগনি। ইনিংথৌদি ঐতগীনি, ঐতগী! অতৈ লৈমা কৌবীরুনু। হয়েংখেদি অখাদী শঙলেন্দা লোয়া লোম্না কৌজরক্কে।"

"ইনমসিজ অঙোম চনুসু হাক্না খক্ল চাওমত্রিজ্রনা!" থমাক্ল পোইরে।

পুয়ানুনা হায়রকই—"ঐনা অঙোম চনুবু পায়া অমম্না ভরীগেদে হায়দুনা খনবি। ঐহাক কুমথরকই, তপ্না তপ্না। ঐহাক [illegible] হায়বগী [illegible]। [illegible] কাপ্লৎলি, [illegible]।"

[illegible] তৌনা হায়রকই—"[illegible], ইমাসিদা নুংশি [illegible] অদুবু [illegible] ?"

"মরম লৈ।" পুয়ানুনা নোকফেং তৌরগা হায়রকই—"কনা কুইনা ওইরে। নয়াস্বুংগী নাস্যোম্নরা খোঞ্জেলদি তাই, অঙোম চনুস্রীদি অশিরে। মহাক কুমথগ্রারে।"

"অদুদি ইনুমসি নঙ ফাওগংখ্রে, নত্রা ?" থাগোইনা নোংশিল্লকই।

"ফাওগংখ্রিদে। কৈদৌনসু ফাওগংচরনি। ঐদি খল্লল মুওবীসু নত্তনা।" পুয়ানুনা শমথরকই—"ঐহাক কৈরাক মতোন্দগী য়াম্না চেকশিন্না কুমথরকলে, খয় চংথোক্লগা খোঞ্জেল হৌরগনা লাউখৎলম্মী—হাদ নিংথৌ তুকাউবা ! কাউমন্নসু কাউইদা!"

"হৈদকো, লৈনুং নিংথেমনুবী !" থবাক্লা শোঞ্জে।

পুয়ানুনা খুম্মী—"হৈতদি কৈনো, পাম্বৈদি লৈতে। মতম কুইনা মীনিল অত্রবা অমম্বা কুফা মনুংদা খোঙ্গাং য়ৈবপ তৌখি। নয়াস্বুং শোয়দনা তাবমগনি খাল্লি। অহমলক লাউবম্মী। অদদি, ঐ লল্লবমদ্রে; চুমহ্রিং চুম্বা লম্নিনি, হাস্না শঙলবনি। সাক য়েংতা চেকী ফক্লাংনি, খোঙলে থুনা চেঙ্খোবকলে। খোঙদা মবী মরাং অমা পল্লকই। ভুশিল্লি। মখা থংবা কৈবাক কাফম ময়াদা ওইহাত্তং লমদনখি। মমৈথংদা, মৈকুল মৈরা অমা লেঙনা লেঙনা মখা পাংনা হায়ইথরকই। ঐগী খোঙচং মহে য়াল্লে খঙ্গে। অদুবু, ঐহাক্লা মৈরা পাম্নরিবা নয়াস্বুং ওইবমদ্রে। মপান থোরকলে। হৈনৌবেম্বী মশোঙগী, কুফা মখুন অদু হাল্লগুল্লা নুঙপাক থাদরে। চরোং হাবুংশিংনা খুমজিন্দুনা থমলম্মী। ওাকমী কনাসু খঙহৌদ্রে।"

থাগোইনা হংলকই—"মতুংদি কদায়দা অমুক চেল্লি ? অঙোম চনুগী শঙলেন্দা ?"

পুয়ানুনা খুমলকই—"চংতে। য়াইবীখোংদা কুমথৈ, তপ্পা ইবোইদুনা লাপ্পোবকই। লোইখোমশঙ তম্মা চেনশিল্লি। অবোকবেম্বীদা ব্রাবম পুম্বা তমলুই।"

অবোকবেম্বীনা হায়বকই—"মতুংদি লৈনুং কুফাদা চংলুবনু। ঐনা থৌবাং অমা শিনবীগনি। নহাক মতম খবা অমুক লোংতুনা লৈখোকো, শাফবী!"

ঐনা হংঙি—"কদায়দা লোংকনি, অবোকবেম্বী ?"

অবোকবেম্বীনা হায়বকই—"পাইসোলাগী মনাক্তা লৈরু। মতম খয়া প্রাওহনসি নিংথেম শিশক! ঐনা নঙবু কৌবক্কনি, মতম অদুদা লাকউ। অদুগা, অঙোম চনুবু তম্মালাই শাবগা কিহল্লু, কুম্মৈ য়েংসি।"

"ফগনি, অবোকবেম্বী!" ঐনা খুমখি।

নুয়াম শাফাবী পুয়ানুদগী ব্রাবী অরিবী সনানুবী অনীদো পুমঙক ওকুই। থবাকনা নোকফেং তৌনা হায়বকই—"ইনমসি ! হৈনা শাম্নৈদা কুম্মৈ!"

থাগোইনা নোংশিল্লকই—"নত্তেনে, ইনমসি! য়াস্বুং নিংথেম শিশক্লা নবানীদি কদায়দা, কৈদৌঙৈ অহানবা ওইনা উন্নখি ?"

পুয়ানুনা খুম্মী—"মঙাসুবা চৈরাওবগী অহিংদা... লৈনুংশঙদা হাইগংলাং থ্রাকুনা নয়াস্বুং নিংথেম্ব ঐনা থেমজখি। ঐহাক নিংথেমনুবী ওইদ্রে!"

"মতুংদি লৈনুংকুফাগী অরোনবা লম্বী ফাংলত্রা ?" থরাক্লা নোংশিল্লকই।

পুয়ানুনা খুম্মী—"মরক মরম্ভা ...।"

থাগোইনা পাংশিল্লকই—" অদদি ইনমসি, মথং মথং নঙগী নুপা কয়াদি সুরে ?

পুয়ানুনা হৈশিংনা খুম্মী—"হৌরেনগী অরোইবা বায়েল মীফমদা হেক তারো।"

লৈমনাই অমা কা অদুদা ফুং ফাওজিন্দুনা চংলকই। মচল মনিং মখোয় অহুম চঙকনৈ। বারী শাবা চপ লেপখি।



"কৈদৌরে, চিংগোংলৈ ?" থাগোইনা হংখি।

চিংগোংলৈনা হায়রকই—"য়াম্না ইবেম্মা লৈমবীনা, ইচে পুয়ানু পুরগা মজাইবেম্মা অনীসু বায়েল তারু লাও হায়রকই। মপান্দা শঙলিংবশিংসু ঙাইহরি।"

"মফমদি কদায়দা ?" থরাকনা হংখি।

"ঙসিদি অরোইবনি, সজাই য়ুমজাওগী মীতিন কাদা ফমগনি হায়নে।" চিংগোংলৈনা শমথরকই—"লেঙলসি।"

থরাকসনানা খুম্মী—"হোয় হোয়। ইচে পায়নুবু চাক চখোম অমতং পীজরকখিগে।"

"কপনি, মপান্দা ননাই ঙাইহজগে।" চিংগোংলৈনা খুম্মী।

পুয়ানুনা হায়রকই—"থাগোই, থরাক চৎসি। নিংথৌপোকপীগী য়াথংনি, পম্বা চুমদে। ঐহাক চাক চাখিরোই, বায়েল লোইহ্রি ফাওবা।"

থাগোইনা হায়রকই—"নপাদে য়াররোই ইচে! নুমিৎ নীনি সুরে চরা হেল্লিবা। হৌরেননে বায়েলশঙ মনুংদা বাম্বুরকুনা ....।"

পুয়ানুনা খুম্মী—"মদুমক থোক্লবদি লাইবক করবনি, ঐ হিংনিংদ্রে। অসুক য়াম্না বাবা পুক্সি, লোইশিনবা পামলে।"

থরাকনা ওকুনা হায়রকই—"নত্তে নত্তে, ইচে! নঙগী বায়েল অসিদিনে পাক লোইহ্রোইনে। নশা শোম্বুহলগনু, চাক চখোম অমতংদি চাখোদা।"

পুয়ানুনা হায়রকই—"চাখিরোই চৎসি। কনানা ঙম্বগে য়েংসি।"

থাগোইনা পাউমৈল্লে—"করে ইচে ! ঙসিদিনে শেংনা শেংনা হেক্তা খুম্মুকো। নঙগী মনুং কনবী খুমদবীদু ঔগনু।"

"য়েংসি।" পুয়ানুনা খুম্মী।

মখোয় অহুম ইমুংদগী মপান থোরকলে। সজাই মাজোলদা শঙলিংবা লুবাং চেলো অমদি লুখোই ঙানবা অনীনা ঙাইদুনা লৈরম্মী। পুয়ানু থোঙশাল্লকলে। নাক য়েংতা থাগোই অমদি থরাক, মতুংদা লৈমনাই অমদি শঙলিংবশিংনা ইল্লরকই। সজাই য়ুমজাও তম্না য়ানশিল্লকলে।

তুংদগী লুবাং চেলোনা চংনা চংনা হায়রকই—"খঙদেলা, পুয়ানু! লৈময়েবীনা নঙবু করি বায়েল চৈরাক পীগে খল্লিবা!"

লুখোই ঙানবনা পাংশিন্দুনা হায়রকই—"য়াম্না ইবেম্মনা অহকপা চৈয়াক্তি পীদৌ মানদেদা। মতা চারদিনে...।"

লুখোইগী বাহে মখা তাখিদ্রে। লৈতোন চিক্লপতৌনা লেপখোকখি।

থরাক্না খঙনিংনা হংলকই—"খুরা লুখোই! মতা চারদি কৈদৌবা?"

লুখোইনা হায়নিংবদি অমনি। 'পুয়ানুবু নিংথেম পিশকী লৈময়েবী হাপ্লবা য়াই' হায়গে তৌবনি। অদুবু য়াম্না হৈ শিংনা পাউখুম পীরকই—"চৈরাক অমতসু পীদবা য়াই। পীগে হায়রবসু...।"

থাগোইনা অমুক হংলকই—"কোৎচি কোংকনুবা, খুরা লুখোই! দেং দেং হায়দোকউ, পীগে হায়রবসু কৈদৌবা?"

লুখোই ঙানবনা হায়রকই—"সুম চিংনজবনিদা, মজাইবেম্মা! লোই থারবা য়াই, য়াম্না লাপ্লা, অদুগা...।"

থরাক্না নোংশিন্দুনা হংলকই—"অদুগা কৈদৌবা? খনাও মনুংদা বা লোংকনুদা, খুরা!"

"পুয়ানুগা লোয়ননা নুপা অমসু মতুং ইন্দুনা লোই থারবা য়াই।"

"কনানো অদুদি, খুরা লুখোই?" থাগোইনা হংঙি।

"হৌরেন বায়েলদা তাবীরো, মজাইবেম্মা!"

"এঃ য়াম্মুং নিংথেম পিশকসু?" থরাক্না হংঙি।

"ননাইদি মশক মমিং পঙখিদেকো।"

"খুরা লুখোই নঙসে লুপ্রেদা।" থাগোইনা হায়রকই।

"মরু খোইরিসিনি, ইচেমসি!" থরাক্না খুম্মী।

মখোয়না ঙাংনরিবা পুম্বা পুয়ানু অাই। করিসু খুমদে। মোমোন তৌই। মহাকী নুংবাখলনা খুমলকই—

("পীনিংবা বায়েল চৈরাক পীসনু! নুয়াম শাফবী পুয়ানুনা থেংনগনি, নুংশি লান! ঐ কনাসু কিবীদে, ঐসু শাফবীনি!")

লুবাং চেলোনা মথক্তা শোঙৈ—"ইনিংথৌ লৈরসু খরা ফদৌবা! ঐদি মমাসিজ লৈমাবী কিজৈ, হাৎকে তুপকে ঙম্বীনি।"

পুয়ানুনা নুংদা খুম্মী—("য়েংসিদা অদুবুদি!")

থাগোইনা শোঙৈ—"য়াম্মুং নিংথেম পুরেল লৈরসু ফদৌবা। য়াম্মুংহল্লভনা ইচে পুয়ানু কনবা ঙমগনি খল্লি।"

থারাক্না হায়রকই—"ঐসু অদুম্না খল্লি, ইচেমসি!"

তুরাং চোবোনা হংলকই—"কমদৌনা, মজাইবেম্মা ?"
থাগোইনা খুম্মী—"খুরা ! মাওদা লৈরে বায়েল শঙ্ক !"
তুরাং চোবো অমদি সুরোই ওনবা তুম্মিন লৈরে।

পুয়ানু পুশিল্লকলে।

থাগোইসনা অমদি থরাকসনা অনীনা নাক য়েংতা অখন্নবা থৌগল তৌরকই। ওসিদি, পুয়ানু অওকপা ফংনা নীংথিজরে। মায়থোং মকা লম্না উই। ফিজেৎ লৈতেংসু। মকোক খুমলপ তৌই। মৌ অনৌবী পুশিল্লকপদু মওাই। হান্নগী ফিমু শেৎপী মোইতাইবী অদু নৎত্রেং থম্নজ মচুগী ফমেক য়রেক লাইবা লেংলি, ফিদোন চিংথংলি, কুবিৎ লীংতে। লময়ৌনা কেরবদি ফুবিৎ লীংপা চৎনবমদে। সনা লীকলাং থোক্লি। পাববা, তৌববা হকচাং উবা, ইরফি ইগ্নি। পুম্নমক অসি থাগোই, থরাক মচীন মনাও অনীনা শিনববনি। পুয়ানু উবদা খ্বাই ময়াম ওকুনা য়েংনৈ। ইস ! ইস ! হাযনৈ।

নুম্মিদাংনি।

অখন্নবা নুম্মিদাংগী মীফমনি। সঙ্গাই য়ুমজাওগী মীতিনফম কাজাওদনি। মফম অসিদা নিংথৌগী বায়েল তাংবলসু লৈ। মথক্তা থাকন মাপল থক্লি। নীংথিজনা লৈতেংঙি। তাংবল ফম্পাক্কী বাংতাকপা কাওথকম—অঙাওবা ফিবাংজি থাই। ময়াই চানা মখোঙ মবি পানবা তাংবল—লীনগী শক্তমবা পাখংবগী চাউববা অমদি মথেক সুববা পফালনা ফুদেংঙি। ফম্পাক্কী নাক য়েংতা মোন্দুম মচা অনী থিলি। ফম্পাক ফিদক অদু খামেন চৎপনা ওই। ময়াইদা ফিডৌ মচা অমসু থুগুনা থাই। ফম্পাক্কী খোঙনেংফম্নদা ফিডৌ পাক্তক্লা থাই। খোঙজাও য়ৌবা ফাওবগী লম্বী ফিবাংজি থাই। লম্বী অসিগী ময়াইদা থরা নকশিন্না পুয়ানু লেপ্তুনা লৈ। কাজাও অসিগী ফক্লাং পঞ্চি মবিদা ফক্লাং থাউমৈ — ওান্না ওান্না থান্নি। য়ুময়াই মপা চপ চানা, মৈ চরোং লোংবী অমা য়াম্ভবকই। লীকলি চেমনি মনুংদা খোইক থাউমৈ থানবনি। কা অদু পুমওান ওান্নি।

সঙ্গাই য়ুমজাও মতাই খোঙজাও (মনীংথংবা ফক্লাং ময়াদা ফাংপা) হাংদোবকই। লৈমরেন পোৎলেনখোম্বী লেওথোকবকলে। তিল্লিবী নুপী ময়াম হৌগংনৈ। তাংবল কাওথক্তা কাখংল্রে। ফম্পাক্তা লাইবক কৎলগা মহাক ফমথল্রে। ময়ামসু ফমথনখি। ওসিদি পোৎলেনখোম্বীনু হান্নগী মানল্রে। শূমদিল নিংথৌরেন নত্রবদু শূমদিল লৈমাবী অমগী শক্তম লৌগদৌরি। পাচা বায়েল, নিংথৌ বায়েল অনীমক অমতা ওইনা পূর্ণশিনথওম তৌবা মীফমনি হায়রবসু য়াই। মাগী মথৃৎতা মজাইবুংতোনা শিন্নরবা থৌগাই পুরিবীনিা ভুবনা তুদরকে য়ুমীংনি। পুয়ানুবু কুনগে হায়রবসু মখৃৎতা লৈরে। কনানা মাগী ময়রোক্না লেপল্লুবা য়মগনি ? তৌবতসু মহাক বাচুম শূবীনি। অবানবা য়াদবী !

শূমদিল লৈমাবী—য়াম্না চিং লেমশ্রে। কচু তৌবীনি। মাগী ফজরা ফেংলৌ—খজিতং

সুম্নগী খজিত্তং-খুৎরপ তৌবে। মতম অমদা চেংলো হৈনবী অমা ওইবম্মী হায়রবগী মমি মাযথোং অদুদা লেঙদনা উবি। চহী ৬০ তানখৎম্রে। অদু ওইদুনসু মশা য়াম্না বিংবিং লাওরি। ইচম হেক চম্না উই। নউখোকপা মতৌ উংতে। লংহৈ কনেক মমেক নাইবা (হয়াইম্নুবী মপাল মচু) তক তকবা অমা থোম্লি। ফিদোন চিংখংলি। কুবিং লীংলি, ফিত্তৌ কুবিং। খাংচেং ল্যাকই। মক্তৌ অত্তৌবা অময়-কোকন্নুম্রদুনা ইম্নি। সনা লুপাগী লৈত্তেং থোনবা উদে। নাম্না অনীমক খুম্মী। মপুরোইবা লৈম্নিম্রবী নুপী অমগী চৎনবী, ফিজেং লাকচেং নীংথিনা ওকচে।

লৈমবেম্বীগী মাঙওইম্না, য়েংথংবা নাকলদা হিদাকফু থম্নল শাংপী অমা বাংতকপা প্রিথাই শম্মুক মথক্তা ফিদুনা থম্মী। মসি, নীংশিং খুদমনি, মৈদিংগু চিংলেন লোয়রেলথোম্বগী। লৈমনাই অমনা তোংজে পায়দুনা থৌগল তৌবি। ঈঙ্গিৎ ঙাইবি। মতুংদা, নাক য়েংতা লৈমনাই মবিথকসু লেম্লী। হমাইলরি, তপলি তপলি।

ফমনাইবীশিংগী ফমফমদি হান্নগী মওংনি। থ্না মচেং শানা কোইশিলপ তৌই। অবাং মাযকৈদা নুবেশঙলাকপী অমসুং লৈমা নিংথেমনুবী ময়াম। মখা মায়কৈদা লোইখোমশঙ হঞ্জবী অমসুং লোইনুবীশিং। মখোযগী ফমফমসু নীংথিজনা শেম শাই। বাংতকপা কৌনা ফক অথাবা থাই, ফিবাংজি থাই। মোম্ভেক মথক্তা কু-পুংবা ফম্মী। অতৈসু মাগী মাগী ফমথোনগী মতুংইম্না মোম্ভেক ফমনৈ। খবনা মোবাদা, খবনা লীফক্তা। লৈমবেম্বীগী নাক-য়েৎতা খবা চংথোক্লা ফমনাইবীশিং লেঙশিনম্রে। যেংলোমদা মাখোং হঞ্জবী, হিকশঙ হঞ্জবী, যেন্দ্রেহনবী, কৈক্রেনহনবী। ওইবোমদনা ফিকহনবী, ফৌকংহনবী, ঙাকংহনবী, থুমজাউকংবী, লৈমাবী যাওনা মথক্তা মাপল। মবাদা অনী—পুন্না ফমনাইবী তবামাথোই।

পাচা লোযশঙগী ফমনাইবীশিং অমদি কোনুং মনুংগী যোইবু যোইহৈশিং তুম্মিন তুম্মিন লৈ। লৈমবেম্বীগী যাকা ঙাইবি। অবোইবা বায়েল চৈবাক তাগদবগী যাম্না বৌবাংনা ঙাইনবি।

নুপীশিংতগী বায়েল মীফমনি। নুপা ফমনাইবা অমদি অঙম-অথৌশিং যাওহনদে। থোঙজাও শৌবোন থাই। মপান্দা শঙলিংবশিং, থোঙ-ঙাকমীশিং লেপ্তুনা লৈ। যাথং ঙাইবি। মনাকোংশিংনা ফক্লাংদা নপশিন্দুনা মনুংগী বায়েল তানবা হোৎনবি। মনুংগী থোঙজাও ময়াদা চৈতুপ পাইবী নুংকৈদা মবি লেপ্তুনা লৈবি।

মতিক ময়াই লৈববী নুপী সঙ্গু অদুগী মীৎযেংফম—পুযানুনি! কয়াদি ফজম্রবী নুপীনো? মাগী তৌববা ওকপমদা থোম্লিবা মবে পবেং—থবাকী তৌববা অমদি পাববা ফিথক্তা, মমি অদো চেংথোক্তুনা উবি!



লৈকোইবেন লৈমাবী মমীং কুপশিন্রে।

পুয়ানুনা থোম্লিব্রা সনা লীক্লং অদুদা মীৎয়েং থম্মী, মমীং শুক্তোতুনা কুপ্না য়েংঙি। মাগীসু লৈরম্মী, মবে পবেং অমা! লৈমবেম্বী খাই লাওই। তু খ্যাও খ্যাও চুলকই। অদুঙে, মহাক্লা কাছারদা লান চেন্দুনা (চহী তরেং খুম্তাকপা মনুং) লৈবিঙৈগী বা—লৈমরেন

পোংলেনখোম্বীনা খংনিং নীংশিংলকই। মরী লৈথিবা মাগী সনা লীক্লাং, নুংশি খুদোলনি। মথীংত্তা শং শং উরকই, মশাবী ইবুংঙো শামু কাবা !

"লৈমা ! সনা লীক্লাং অসে কজক্রা য়েংঙু।" মশাবী ইবুংঙো শামু কাবনা মখা অনা হায়রকই—"মমিং চংলবা সোনারী মনিকদাসনা শাবনি।"

চিংলেন নোংদ্রেখোম্বা (মহারাজ গম্ভীরসিংহ) শামু কাবা হায়রগসু খঙনে। মসিনা অহানবা মমিংনি, মমাসিজ খুম্বোংময়ুম চনু ভগ্যবতীনা থোনজবনি। পোংলেম্বীগা মিং অসিদা শকখঙনখি। নুংশিনখি। 'ইবুংসি শামু কাবা' হায়দুনা কৌজে। নুংশি মিংগৌনি।

পোংলেম্বীনা লীক্লাং অদু পায়দুনা য়েংলগা খুম্মী—"ইবুংসি শামু কাবা ! মসিনি মরৈ পরেং হায়বদো। কজে, য়াম্না কজে।"

"নঙসীদমক শাহনবনী, কুমু !" ইবুংসি শামু কাবনা নোকফেং তৌনা হায়রকই—"কদায় কদায় মিংশেল মযাঙদা লেম্মু... নুংশি খুদোল অসি থোনবীরগে।"

পোংলেম্বীনা মিংশেল মমাঙদা লেম্মী। মতুংদগী মশাবী শামু কাবনা লীক্লাং অদু মাগী ভকশমদা নুংশিনা থোনবীখি। হয়াও ভয়াম্না য়েংমিন্নজে শাকয়েং মিংশেল মনুংদা তারিবা মমি অনী !

মিকুপ খরা চোম্লরগা পোংলেম্বীনা লীক অদু মখুৎমক্লম কোংচি থোকুনা লৌথোরকই। লীকহাপ উপুমচাদা হাপচিনখি।

শামু কাবনা হায়রকই—"কৈদৌরে কুমু ? পুক্লিং খোইদবা য়াংপরা ?"

শামু কাবনা মাইন্না কুমুদিনীবু করিগুম্বদা মিংতেন ওইনা 'কুমু' কৌজে। করিগুম্বদা পোংলেম্বী কৌই। নুংশি মিংগৌনি। পোংলেম্বী হায়বা অসিসু হান্নদগী মমা মপানা কৌজরকলবনি। লৈমরেম্বী ওইরবা মতমদা পোংলেনখোম্বী হায়রগা খঙনখিবনি হায়নে।

পোংলেম্বীনা ইংনা তগ্না খুম্মী—"য়াম্না খোইদাজে। অদুবু ননাইনুবীদি সনা লুপাগী লৈতেং শিজখিরোই।"

মশাবী শামু কাবনা মখাতনা হংঙি—"করিগীনিনা, কুমু ? ঐনা অসুক নুংশিনা খুদোল ভরসিবু পামদম্রা।"

পোংলেম্বীনা হায়রকই—"ইবুংসি ! ঐখোয় মীরমদা লান চেন্নকপনি। মীথা পোল্লি। ইমা লৈবাক্তা ঔবানা পাল্লি, খুম্নাক লানসিরি। হয়েং ইরেপাক য়ৌরগা নীংতম্বা ফংলবা মতুংদা অমুক থোনবীয়ু।"

শামু কাবনা ঈকায়রগ তৌনা হায়রকই—"ইস ! চুম্মীনে, লৈমা ! নঙনা ঐবু মীং পাংহল্লে। ইরেবাক কজবা হোংনরসি, ভমগ্রিকাওবা...।"

"অকগীয়ু, ইবুংসি !" পোংলেম্বীনা হলংচৈ।

শামু কাবনা নোকফেং তৌনা নোংশিল্লকই—"নঙ ঐ নুংশি মরী লৈনখিগুমসি...?"

"য়াথং অদুমক ভাকচগনি।" পোংলেম্বীনা খুম্মী।

"কদায় কদায়, লীক অদু হন্দোকখ্রগে।"

পোংলেম্বীনা নোক্লুক্লা খুম্মী—"হন্দোকপীখ্রনু। নুংশি খুদোল ওইনা থমজগে। কোন্না অমুক খোনবীয়ু।"

"ফরে ফরে, চেকশিন্না থমজরো।" ইবুংসি শামুফাবনা পাউমৈপ্লে—"হয়েং তুংদা অমুক, নঙনা খোইদাজবী মমৌদা হেক শিন্নরম্মু, ঙাকথাঙ লান্না।"

"ফগনি, মদুমক পাউথোকচগে।" পোংলেম্বীনা মরৌ লৈনা হায়রকই—"অদুবু ইবুংসি! হৌজিক ফাওবদি ইচা নুপা ফংজখ্রিদো..।"

শামু ফাবনা নোকফেংন্দুনা হায়রকই—"হোয়নহে...! লাকওদনা অদুদি..।"

পোংলেম্বীনা হায়রকই—"য়াখিরোই, য়াখিরোই। হৌজিক্তা ব্রাশকখিবদাই ?"

"উম ! ঐ ব্রাশক ঙাক্কনি।" ইবুংসি শামু ফাবনা মখাতানা খুম্মী—"য়াম্নুং চৌরজিৎ, মারজিৎ অনীনসু মৈতৈ লৈবাক্তগী ঔব্রা তাম্বোক্লগা নিংথৌ ওইজরু তাকপীরে। মখোয়গী মচা মশূ কনাসু তুংদা নিংথৌ খুফম মুন্নবা হোৎনহল্লোয় হায়দুনা ব্রাশকখ্রবনি। য়াম্নুং চৌরজিৎকী মতিক ময়াই লৈরবা থাঙলেন ব্রজসিংসু শিন্নরবনি।"

"মনাও ইবুংঙো নরসিংহসু ইবুংসিগী তুংইনগনি হায়রে হায়বদাই ?"

"ইনাওসু য়ারে, যাত্রাপুরগী নুঙপাক্তা লেপ্পুনা ইচীন ইনাও থাঙ চিক্লুনা ব্রাশক্লরে। ইনাও ইবুংঙো দেবেন্দ্রসু ইতুং ইনগনি হায়রে।"

"ননাওসু তুংইগ্রগে।" পোংলেম্বীনা খুম্মী।

"মতম অদুদদি য়াইদনা ?" ইবুংসি শামু ফাবনা লকনৈ।

"উম !" পোংলেম্বীনা মমীৎনা নোক্লুনা খুম্মী।

"কুমু ! নঙবু নোংমদি মমাসিজ ওইহনগনিদা !"

পোংলেম্বীনা নোকফেং তৌনা খুম্মী—"শোয়দনমক ! ননাইনুপীসু ইবুংসি শামু ফাবগী মচাগী মমা ওইজগে !"

"ওইজৌ, ওইজৌ !" ইবুংসি শামু ফাবনা বর পীখি।

( ইবুংসি শামু ফাবা অমসুং পোংলেম্বী মতম কুইনা নুংশি মরী লৈনখিদে। নিংথেম পিশক অসি গম্ভীরসিংহ-নরসিংহ অনীনা ঔব্রা তাম্বোক্লুনা (চহী তরেৎ খুম্ভাকপা মতুং) লাংথবালদা পাল্লবা মতমদা পোকপনি। মচেমসিজ মুক্তা সনাগা চহী ১২ রোম খেন্নে। মসিবু 'শামু চাবোক' কৌনে। শামু ফাবনা চহী ৪৪ সুবদা মজাইবুংঙো নিংথেম পিশক পোকখিবনি।)

পোংলেম্বীনা কাছারদগী পুরকখিবা মরৈ পরেং—মশাবী শামু ফাবনা মাপী ঙকশমদা নৌহৌনা অমুক খৌনবীখি। মাগীসু মরৈ পরেং অমা লৈরম্মী হায়বা ফাওবা কাউথ্রব্রা ?

কাউদে, পোংলেম্বীনা কাউদ্রি।

ঙসি, পুয়ানুগী ঙকশমদা থোক্লিবা মরৈ পরেং অদুনা নৌহৌনা নীংশিংহল্লি, নুংশিরবা

মশাবী শামু ফাবা ! মপূক্লিং নুংশিরকই। মদুদা শাংথদুনা লৈবা য়াবা মতাংদি নত্তে। মহাক লৈমাবীনি। ব্রায়েল চুপলি পায়দুনা অরোইবা ব্রায়েল লৌগদৌরিবনি। অদুমকপু পুয়ানুগী ঙকশম লৈতেং ওইরিবা মরৈ পরেং অদুদা হেন্না কুপশিন্না য়েংলি। মাগী অদুমকনি হেক হায়রুবসু ঙমদে। পীক থন্না লৈনৈ। অদুবু, অসুম অসুম চিংনরকই। লীক অদুগী শাংলবা খোঙচৎ—মহাক্না পুমকাউ হেক কাউথোকখিবদি নত্তে।



লৈমরেনবী ঙকচানৈ। মপূক্লিংদা খল্লি—"ঐগী মরৈ পরেংদো, মানদি মানখ্রেদা ! কমদৌনা পুয়ানুগী ঙকশম য়ৌরকইবা ?"

লৈমরেন পোংলেনখোম্বীনা মমৌ ইবেম্মশিংবু লোয়না নুংশি। মাগী মরৈ পরেং অদো কনাদা পীসিগে হায়বা খঙখিদে। মজাইবুংঙো নিংথেম পিশকপু চাংয়েং তৌনিংখি। তৌবসু তৌখি।

নীংশিংলকই মহাক্না অমুকসু নীংশিংলকই ।

নোংমা, মজাইবুংঙো কৌরগা মরৈ অদো খুৎশিন্নরগা হায়খি—"ইমাগী ইবুংঙো নিংথেম পিশক ! নপাবুংনা ইমাদা শিন্নরম্বা লীক্লাংনি। খোইদাজবী ইমৌ অমদা থোনবীয়ু হায়রম্মীদো।"

"ইমাসিজ লৈমাবীনা খোইদাজবী নমৌ অমদা হেক্তা পীবিয়ু।" নিংথেম পিশকনা খুম্মী—"করিসু কায়দে, নচাদি ইয়াদ: য়াজে।"

"ইমাদি ইহুইরোই পূমমক লোয়না নুংশি, খোইদাজে।" মমাসিজনা ঙাইহাক খল্লগা হায়রকই—"পীফম খঙদ্রে, ব্রায়েনবসু য়াই, নঙ হেক পীজরুরো।"

"হোয় হোয়, ইমাসিজ!" নিংথেম পিশক্না খুম্মী।

"তৌবদিনে নিংথেম !" মমাসিজনা খূদোম্বী উৎলগা হায়খি—"কোনুং কাবদি অঙোমচনু লোকেশ্বরীনা হানবনিকো। মহাক্না লৈমরেম্বীসু ওইগদবনিকো, ইরাংথাংবী লোংজম চনুদকা পীরুনুকো।"

"খঙজরে, ইমাসিজ লৈমাবী!" নিংথেম পিশক্না মরৈ পরেং অদো মমাসিদগী লৌরগা পুখিবনি।

মমাসিজনা মচীন খুমলগা মোমোন তৌদুনা লৈজহৌই। মহাক্না লীক্লাং অদো অঙোম চনুদা খোল্লমগনি হায়না থাজখি। ময়েক্লসু থাজফম থোকই। অদুগা, পুয়ানুগী ঙকশমদা...?

মতৌ কমদৌনা ?

"পুয়ানু !"

"নুয়াম শাফবী পুয়ানু !" লৈকোইয়ে লৈমাবীনা নুংশিনা কৌরগা থৌদুনা য়েংবা

ওইনা হায়রকই—"ইস ! নঙদি য়াম্না ঙকইনা ! ঐগী ইহইরোই (ইমৌ) অহল অঙোমচনুগী ঙকশমদগী নত্রগা উপুদগী মাঙখিবা মরৈ পরেং... কমদৌনা নঙগী ঙকশমদা? নঙগী নরাল মঙা সুরেকো। মুম্না খঙজিল্লু।"

বায়েল তাদুনা ফমলিবী অঙোম চনু ইঙক ঙকই। মমীৎ মনা তথক তথকই। পুয়ানুগী ঙকশম অম্মা য়েংলকই, চেপথরপ তৌনা। বাদি ঙাংদে। 'ইস' হায়গা মথবাক য়ৈজে। তুম্মিন লৈখ্রে। মহাক্তি পুমঙক হেক্তা ঙকখ্রে ।

পুয়ানু খুমদে।

হান্নগী ফিভম অদুমকনি। খোঙবীনা লৈমায়দা তক্তুনা নুংদা ওইনজে—

("হৈবীরেদা... নখোয়গীসু নত্তনা। নখোয়দরো, মরৈ পরেং লৈবা ? ঐসু নিংথৌগী মশূনুপীনি। পুয়াম ইনাকখুনবগী মচানুপীনি। অঙোম চনুগী মরৈ পরেংদি লৈরাংতোন পোৎলোয়না হবনি হায়দাইনে ?")

লৈরাংতোনবু হুরানবী শিদুনা তাম্মোকপিখ্রে। অঙোম চনুনা মনেমসিজগী য়াথং ঙাকপা তাখি। লোই থাখ্রে লৈরাংতোন, আ তাংজেং য়ৌত্রবনি।

"নুংঙাইতেদা ! লৈবাংতোনদো, লাঙ্গুদবীনি।" লাঙজৈ ফমলিবী লৈমরেম্বীনা অসুম্না শোল্লগা হায়রকই—"অঙোম চনু ! হয়েং ইনুং হেক ঙানবগা লৈরাংতোনবু লোইদগী কৌখৎনবা মী থাখো।"

"য়াম্না ফগনি, ম্নাম্বামাসি!" অঙোম চনুনা খুম্মী।

"মখূৎশাংবীদি ইনক হেক নক্লা লৈরে।" লৈমরেম্বীনা মখা তানা হায়রকই—"নঙগী অপাম্বী সঙ্গাইদা লৈরম্মী হায়দাই, মীনাই শকতোংবী অসে।"

"অহোয়, ম্নাম্বামাসি!" অঙোম চনুনা খুম্মী।

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"বাযেল অসে নুংঙাইদৌরি। বাথোক মথং মথং... বাথোক অমসু মশা মথক্তনা হাপচিঙ্গরেদো!"

পুয়ানু নোকফেৎনৈ। মচীনদি কাংদে—

("য়েংসিদা অদুবুদি, কনানা ঙম্বগে হায়বা!")

"পুয়ানু!"

লৈমরেম্বীনা হান্নগুম নুংশিনা কৌরগা হংলকই অমসুং হায়রকই—"মরৈ পরেং অদো নঙোন্দা কনানা পীরম্মী ? অচুম্বদো শেংনা শেংনা খুম্মু।"

নুয়াম শাফবী পুয়ানু, হৌজিক্তি লময়ৌনা হৈশিংলবীনি। লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা মেৎতুনা শেমলগা থাদোরকলবীনি। লৈমরেন পোংলেমখোম্বীগা লম্বা তৌগনি খন্দুনা কোনুং বাফোংবা (বাকংপা) থোরকলবীনি। মহাক্লা উশিংপা, কিবা কনাসু লৈত্রবনি। অমুক্লা লোইনুবী, অমুকা মীনাইনুবী শাদুনা লৈরকলবনি। শায়াম থেংনরগে হায়দুনা লেপস্ত্রবীনি। লৈমরেম্বীনা হংলিবা বাহং মহাক অঈ। পাউখুম পীদে। ঙাইহাক খল্লগা য়োইবু য়োইহৈ নিংথেমনুবীশিং অমদি নিংথেম চনুশিংদা পৈরগ্না য়েংলগা মখূৎদোম্বী খিন্দুম্না অকই। মখোয়দা হংজৌ হায়বগী মওংনি।

পুয়ানুগী মপূক্লিংদা অসুম্না ঙাংজে—

("নমৌ ইবেম্মাশিং অমদি মজাইবেম্মা অনীদা হেক হংঙ্লদনা...মখোয়সু অয়াম্বনা খঙবনে, খঙবা! নতিক লৈরগা থিয়ুনে, লীকলম খোঙচৎ, খঙব্রা য়েংগে। নবেম্মা ঐদি শিৎ-শিৎনা খঙইদো। তকখৎলু, তকখৎলু, য়োইবু য়োইহৈ নিংথেমনুবীশিং!")

লৈমরেন পোংলেনখোম্বী মোমোম্নে। লৈকোইরেনগী ইবেম্মশিং ফমলিবা মায়কৈ অদোমদা মীৎয়েং থম্মী। মমীৎ শৃক্তোক্তুনা মথং মথং য়েংলকই। ঙাইহাক লৈরগা মমৌ ইবেম্মা অরেৎতা নমহং নমহং হংলকই—পাউখুম ঙাইবা তৌখিদে, খুম্নবগী তাঞ্জাসু পীখিদে।

"অঙোম চনু, লোকেশ্বরী! কমদৌনা লীক মাঙখি?"

"চোংথা অহল, লোকেশ্বরী! নঙসু খঙদ্রা?"

"চোংথা নহা, কৌসেশ্বরী! নঙসু খুম্মুনে?"

"লোংজম চনু, হরিমতি! নঙদি খঙফম থোকই।"

"ওইনাম চনু ভীমেশ্বরী! কনা কনা লীক ৱাইনৈ?"

"হাওবম চনু রূপবতী! নঙদি?"

"কোংখাম চনু চন্দ্রাবলী! নঙসু খঙদে?"

ইবেম্মশিং মরু লুকথনৈ। মঙক হাইজে।

মাখোং হঞ্জবীনা হায়রকই—"লৈকোইরেন লৈমাবী! ৱায়েলসিবু নাক্কল অমরোমদা ফৈদোকখ্রবা খঞ্জে।"

লৈমরেম্বীনা খুম্মী—"ফৈদোকওইদা হঞ্জবী! লীকলম খোঙচৎ অসে য়াম্না মরু ওইরিবনি। খিৎসু হাকমনখ্রে, নিংথেমনুবী অরিবী অনৌবী ময়ামগী ৱাকৎ ৱাথোক!"

"নিংথেমনুবী মপাল অমদি উচিন নাচিন্না থাদোকখ্রে। খরমখৈদি শাফরে।" য়েন্দ্রেহনবীনা পাংশিন্দুনা হায়রকই—"অদুবু হেন্না হেন্না কোক শাদৌরি, মতম চানা খরদি খুৎথিনবা তৌবসু চুমলবনিদা, লৈমাবী!"

লৈমাবীনা মঙক নোমলপ তৌনা নুবেশঙলাকপী কৌরগা হংলকই অমসুং হায়রকই—"অবোকহনবী! তারেদনা য়েন্দ্রনহনবীগী ৱাসে। হৌজিক হৌজিক লৈকোইরেন অসিদা নিংথেমনুবী অনৌবী, অরিবী পুম্না কয়া লৈরি? শেংনা অমুক্তা খুম্বীয়ু।"

নুবেশঙলাকপীনা তুবৎ খুম্মী—"১২৭ লৈরিদো, লৈমাবী! কু-অহুমদি মশীং থাজদে। মকোক্তা লৈবীনি।"

লৈকোইরেন লৈমবীনা লোইখোমশঙ হঞ্জবীদা ওনশিন্দুনা নোংশিন্নকই—"লোইনুবী, লৈমনাইদি কয়ানো, অবোকরেম্বী? মশীং চুম্না হায়বীরকউকো।"

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা ফাগী ওইনা হংজিন্নকই—"নিলাম লাউথোকসি হায়বরা, মমাসিজ লৈমবী?"

"ফাগী নত্তে, অবোকবেম্বী!" লৈমাবীনা শাউরগ তৌনা শমথরকই—"শেংনা অমুক্তং হায়বীবকউ, নমৌ থবক অমা তৌজগে।"

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা মমৌ লৈমাবী শাউবে হায়বা খঙলে। থৌগল্লোনগা লোযনদুনা হায়বকই—"ইবেম্মশিংগী সঙ্গাইদা চাযনা চাযনা লৈবিবা পোৎলোয়শিং থাবগা ৩০ লৈ। নুযাম শাফবীদি থাজদেকো।"

নুবেশঙলাকপীনা তাপ অমুক ওক্তুনা খুম্মী—"ঐসু নুয়াম শাফবীবু নিংথেমনুবী মবক্তসু মশীং থাজদেকো, লৈমাবী!"

"এঃ নুযাম শাফবী পুযানুবু অনীমক্তা মশীং থাদ্রবা!" হিকশঙ হঞ্জবীনা অ... পোক্তুনা হায়বকই—"মাবুদি কদাযদা থম্বীগদৌবিবা? তাম্মোকখো হায়বিব্রা?"

"মবক্তা থমখিবা তাবি।" নুবেশঙলাকপীনা হৈশিংনা খুম্মী—"মহাক নুবেশ... লাক্তে, লোইখোমশঙদগীসু থাদোকপ্রে, লৈমাবীগী মনাক্তা লৈখিবনিনা খৃৎতা পু... তাবে খঞ্জে, চুমদব্রনে, কুবেম্বী?"

লোম্নবী মনাও কুবেম্বীনা খুদক্তা খুম্মী—"ঈচেমহনবী! চুম্মী, চুম্মী! লৈমাবীনা নুযাম শাফবী পুযানুবু তিনশিনবীনিংবা মাযকৈদা তিন্নশিনবীবো। অদুগা ব্রাযেল অদুম লোইশি... যাবগনি।"

মনেম কু-পুংবা, লৌখাম চনু কুমুদিনী অমদি খুবাইজম চনু কুমুদিনীগী হৈশি... পাউখুম—মমৌ ইবেম্মা মাইস্না কুমুদিনী চঙকনৈ। নোকনিংবসু পোকই। মখু...না মচীন ... বাঙই। নুযাম শাফবী পুযানুগী লাইবক, মাগী খৃৎতা শিন্নবে হাযবসু ...। মহাক ... খল্লি। পাক হেক্তা তবাইনা পাউখুম পীবসু যাদ্রি। খবদি তকখৎখিগে খল্লি।

"ফবে ফবে, নুযাম শাফবী পুযানুগী লাইবক! ঐনা ঙসিমক শোয়দনা লেপ্লাব ...' লৈমাবীনা মখা তানা কোৎচি অমা খংকোৎ কোৎশিল্লকই—"অদুবু, নিংথেমনুবী অর্বিবী অনৌবী কয়াবু মতিক থোকপা থিজ্বখিনি।"

থুমজাউকৎবী ফমনাইবীনা মবক থৎতুনা হঙ্গৎচৈ—"লৈকোইবেন লৈমাবী! ... অসিবু কনখৎপদি তৌবীগনুকো। মরানগী মতিক থোকপা চৈবাক পীসি।"

"পীসি, পীসি চৈরাক পীসি!" ফমনাইবীশিংনা যৌ য়ৌ লাংশিল্লকই।

কু-পুংবাদি লাউবা য়াওদে। খা-ব্রাং মমীং খংনৈ।

পুয়ানু তাই। কবিসু থৌশাদে। মথন্তা লাঙ্গেংনগনি খন্দুনা পীংনরিবীনি। মঙো... ম্রে, ইশিং নুংশিং চংদে।

মপৃক্লিংদদি অসুম্না খুমজে—

("ফমনাইবীশিং! নখোয়না ঐবু চৈবাক পীবা ঙমগদ্রনে? ঐগীসু উকল লৈ...নে, কু-অহুম! অহুম অসিনা ঐবু হংলাই ওইহনখি। তঙাইফদবগী তৌবা ব্রাযেলনিনে। ঐদি খুমখিরোইকো, নখোয় য়েংনখো।")

অঙোম চনুনা নুয়াম শাফবী পুয়ানবু য়েক্লবা ওইনা খল্লি, মাঙহনবা কয়া হোৎনখি। অদুবু ঙমখিদে। য়াম্না থুনা চৈরাক পীহননিংঙি। মতম লেন্দুনা শান্নরিবা মনেমগী মতৌ পেঙ্দে। অদুনা ফুক হৌগৎলগা মনেমদা হঙ্খলি—"লৈকোইরেন লৈমাবী! নুয়াম শাফবীগী মরাল মঙা সুগ্রে, মরাল কয়া সুবা ফাওবা ঙাকপীখিগনি ?"

"চুম্মী চুম্মী, অঙোম চনুগী ৱাহং।" নুবেশঙলাকপীনা অমুক নিংথেমনুবীগী মীচং চংদুনা শৌগৎলকই—"মরালবু লৈরবদি লৈকোইরেন লৈমাবীনা কনাবুসু মমাঙঙৈদা খক ঙাকপীখিদে।"

"মদুমা য়াজনিংদে, ইচেমহনবী!" লোইখোমশঙ হঙ্গবীনা হায়রকই—"রাজসিংহ নিংথেমতোনবুদি অনীরক ফাওবা ঙাকপীখি!"

অঙোম চনুনা খোল কল্লপ হায়রকই—"অবোকরেম্বী! নুয়াম শাফবীগী মরাল মঙারক সুরে, খরদি হাকমল্লবনি। মঙক লাক্তুনা চাশাৎ চীং য়ৌনবা ইনবীগ্রো!"

লৈকোইরেন লৈমাবী তিং লাওই। মহাকপু মমৌনা শীংনরে হায়বা খঙলে। খোল হৌরপনা লাউরকই—"অঙোম চনু লোকেশ্বরী! ফমখৌ। নঙদুম লৈনুংশঙ য়ৌনিকো!"

অঙোম চনু ফমথখি।

ঙসিদি লৈমরেম্বী মশা নীকলে।

মহাক য়াম্নসু শাউনিংলে, পেন্দ্রে। মহাক্না মাগী মমৌ ইবেম্মশিংবু য়াম্না লুনা তৌজবনি। মচানুপীদৌনা লোয়নজে। মহাক মনেম ফত্তবী অমা হায়বদু খক ওইজনিংখিদে। ওইবসু ওইখিদে। মাগী মচানুপী অমা লৈরম্না অদুসু মীগী ময়ুমদা মৌ ওইখিকো হায়বা মহাক্না খক কাউখিদে। মীগী মচানুপী কয়াসু মাগী ময়ুমদা মৌ ওইদুনা লাকলী, নিঙোল মৌ অমতনি হায়বসি খল্লি। য়ুম অমগী নিঙোলনা য়ুম অতোপ্পা অমদা মৌ ওইরবনি। মৌ অদুসু য়ুম অমগীদি নিঙোলনি হায়বা অসি মনেম অয়াম্বনা খন্দোকপা ঙমনদে। মচানুপীতবু নিঙোল ওইনা খন্নে। মৌবুনা মীতোপ তৌনা খন্নে। মসি পোৎলেম্বীদি য়াখিদে। চপ মান্নবা মীৎয়েংনা য়েংঙি। মমৌশিংদা অচন মীরাই নাইবদি তৌদে। হেন্দোক হেঞ্জিন খরবুদি করিগী লৈরোইদগে ? মদু কৈদৌঙৈদসু উৎথোকখিদে। মচানবু হেক কোনুংদা পুখৎলকলিমখে তরাম তরাম তৌজে। নোংমতসু, মমৌশিংবু মমিং পন্দুনা কৌখিদে হায়বা য়াই। মাগী মাগী য়ুম্নাকী মতুংইন্না কৌজবনি। করিগুম্বদা কোনুং মিংগৌরোনগী মতুংইন্না কৌবসু য়াওখি। অপাম্বী অহল, অপাম্বী নহা, লৈমখুবী, লৈমখুবী নহা অসুম হায়নসু কৌজে। ঙসিদি মাগী মাগী মাগী য়ুম্নাকা কোননদুনা মমিং পন্দুনা কৌরকলে।

মমৌশিংসু মসি খঙলে। বা ঙাংগনগ্রবী লোংজম চনু উচি মখুন চংগ্রে।

ঙাইহাক্তি বায়েলশঙ মনুং অদু পুমচিক চিকগ্রে। অদু ওইদুনসু মাইন্না কুমুদিনী হনগদবী

নুপী নত্তে। মহাক, অমুকসু নুংঙাইহৈ, পেদংনবী অঙোম চনুগী মতী ং—মহাক ঙক্কই। অঙোম চনু মরাল অমা লৈরে হায়বা মাগী মীৎনুংহৎনা উরে।

"ফৈ খঙগনি ! ঙসিদি খ্বাইদগী মতিক চবী লৈমা অমদি নিংথেম পিশক্কী লৈমরেন্বী ফম থিদোকপীবমলগে।" লৈমরেন্বীনা খোপ্পেল হৌরপনা হায়রকই—"অদুগা ঐ লাইনীংবা চৎপ্রগেকো। নখোয় অমুক পালহৌরো।"

লোংজম চনুনা নাসোম্নদুনা পোখৈ—"শোয়দ্রেদনা , ঐনা চিংনবা অদুমক !"

নুবশেঙলাকপীনা হংলকই—"কনাবুনোনে, লোংজান্বী ?"

"ওইফম থোকপীনা !" লোংজম চনুনা হৈ শিংনা খুম্মী।

"হায়বদি পুয়ানু ?" নুবেশঙলাকপীনা হংঙি।

"য়েংঙুদনা, অবোকহনবী !" লোংজম চনুনা হান্নদগী হেন্না শোনম্ছাংন্দুনা মবোক্কী মনাকোং মযাদা ব্রাহৈবী শান্নশল্লি—"ইচে পুয়ানুগী মরাল মঙা সুরফাওবা স্নাখ্বা মাসিনা অদুম ঙাকপীরি। কনখৎলি।"

"এ ঃ নঙদি তোকএ।" নুবেশঙলাকপীনা লোংজম চনুদা ওকশিন্দুনা হংঙি।

"ঐগী মীদি লৈসু লৈতনা।" লোংজম চনুনা খুম্মী।

"ঐ হায়বীগে ঙাইখো।" নুবেশঙলাকপীনা মশুনুপী লোংজান্বীদা চীবোন্নৈ—"চহী অনী, অনী ওইনবগী ব্রাফমদো পুখৎপীগে।"

"হুম ! হায়রুনু হায়রুনু।"

মশু মবেনগী নাপ্পদা ব্রাহৈবী শান্নবা মতৌ লৈমাবীনা কাঙথক্তগী ইঙান ঙান্না উরে। মাখোং হঞ্জবীদা মঙক ইন্দুনা ব্রায়েল চৎথনবা ঈঙ্গিৎ পীরকই।

মখোং হঞ্জবীনা লাউরকই—"হৈ লোংজান্বী ! নঙগী হৌনবী হৌরব্রা ?"

লোংজান্বীনা হায়রকই—"হৌজদে হৌজদে। চৎথবীয়ু অবোক হঞ্জবী !"

নুবেশঙলাকপী অমদি লোংজম চনু তুম্মিন লৈশ্রে।

"নখোয়নে, ঐবু ফত্তে হায়জনুকো।" লৈমরেন্বীনা মশক মমিংদি পনবা তৌদনা লাউরকই—"পুন্নপ্না কোনুং মীহাৎকী চৈরাক পীজনিকো! হৌজিক্তি ঐনা চাউই। নিংথৌগী থৌদাংসু পুরিবনি। ঐগী য়াখংনা অরোইবা ব্রারেপনি। নখোয়বু য়োম্ছোকপসু ঙম্মী, হাৎপসু ঙম্মই। কনা কনানো অখঙবশিং চুম্না চুম্না খুম্মুকো। চমলবী পুয়ানুদা, কনা কনানা লৌনম লাংথাক তৌবীরিবনো ?"

"ঐ অমা সুকম্নাও হেক য়াওজদেকো, লৈমবী!" নুবেশঙলাকপীনা মশাবু হেন্না কম্ছোকপা ওইনা খুম্মী।

নিংথেমনুবী অমদি অতৈ অতৈ মজাইবেম্মা অমদি লৈমনাই চাম্মা হেন্নপ তিন্নিবা মীকম অদু তুম্মিন তুম্মিন লৈনৈ, মর লুকথনে।

"থোঙঙাকপী !" লৈমরেন্বীনা ঙাইহাক লৈরগা খংলাউ লাউরকই—"মপান্দা লুব্রাং

চেনো লৈবনি, ঙবোংখাউ খরা খৌরাং তৌরগা থম্মু হায়য়ু, খৌদু নুঙদুম অচৌবসু!"

"য়াম্না ফগনি, লৈকোইরেন লৈমাবী!" মনুং থোঙঙাকপীনা মখা অনা হঙ্গৎচে—"মশীং কয়ামুক হায়জৌগে?"

"কুনমুক হায়য়ু।" লৈমরেম্বীনা অমুক নোংশিল্লকই—"অবোক কু-পুংবাগীদি খরা চাড়বা খাউ অমদা পূনশিল্লবসু য়ানিদা...!"

"এ ঃ ঐবুদি কৈদৌবে, ঙকচরেদা!" নুবেশঙলাকপীনা শোঙ্গে।

খোঙঙাকপী মপান থোকখি।



পুয়ানু হায়ফেৎ নুংঙাইজে। মহাক্না য়ায়েল ঙমদৌমাল্লকই। পোংলেম্বী অমসুং পুয়ানু, মতম খরা মমা মচাদৌনা নত্রগা মনি-মমৌদৌনা লোয়নজরম্মী। হৌজিক্না থাঙ শৎনরে হায়বা তাই। অদুবু, মনুংদদি লৈমরেম্বীনা পুয়ানুবু কঞ্জনিংঙি। মীচং চংলপ তৌরি। মরাল লৈবী নিংথেমনুবী অতৈসু থিল্লুগে খলিমাল্লে। মসিদা পুয়ানু খরমখৈ পেঙ্গে।

মহাক্না কোনুং ইবেম্মশিংবু পৈরপ য়েংলগা অসুম্না চৈশিরা খল্লি—

("তস! কুমদোই, খংনুবীশা! মখে লাংখোদনা? ঐবু হাংনবা হোংনবদো, নখোইদুম ঙবোংখাউ নমদৌরিদো! খুবাক খুরগা য়েংগেদো!")

"অঙোম চনু!"

লৈকোইরেন লৈমরেম্বীনা খঙহৌদনা নোংশিন্দুনা হংলকই—"ননাও ইবেম্মা কনা কনানা নঙোন্দগী লীক য়াইখি? নীংশিংনবা হোংনৌ। লীকলম খোঙচং অসিনা হেন্না অচৌবা য়াথোক ওইদৌরিকো।"

"কনাসু য়াইখিদে, ম্লাম্বামাসি!" অঙোম চনুনা খুম্মী।

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"ঙসিদি নুয়াম শাফবী পুয়ানু থিল্লুরগে। নখোয় ময়াম নমীং থিংনা য়েংজুকো।"

ময়াম পাখৎনৈ।

পুয়ানুদি করিসু পাখৎপীদে। নোকফেৎনৈ। মপুক্রিংদা খুমনিংবা পাউখুম, মপান থোক্নে খুমদোকপদি ঙমজদে। মাগী অশোনবা খরা লৈরি। হংলকপা য়াহং খুদিংমক মাগী নুংয়াখলদি অদুম খুমজে—

("লৈকোই লৈমাবী! নতিক লৈরগা য়েথৌনে, ঙন্না য়েংগে।")

"পুয়ানু।"

লৈমরেম্বীনা ইংথনা কৌরগা নে-তনা হয়রকই—"মরৈ পরেং অদো নঙগী নত্তে হায়বদি খঙই। নঙনা লাকপা মতমদা শিরকপা উখিদে। অমগীবু ওইরবসু, লৌজরো। মপু থোরজুনা

ৱাকৎলরবসু ঐ থেংনরগে। মমল পীখিগে, অমা শাবীখিগে। অদুবু, কনাদগী কমদৌনা ওকথাও লাল্দুনা নঙগী ওকশম য়ৌরকখিবনো ? অদুত্তংদি খুম্মু। নিংথেমতোল্লা পীরম্লা ? নত্ৰগা নখূৎমক্লা অঙোম চনুগী উপুদগী হুরুল্লা ? শেংনা অমুত্তং খুম্মু, নঙগী ৱায়েল লোয়শিল্লগে।"

মখোং হঞ্জবীনা মরক থৎতুনা খঙহৌদনা ঙাংলকই—"নিংথেম মরিগী মনুংদগী অমদি শোয়দনা ওইগনিদা!"

"নিংথেম কনা, কনানিনা, হঞ্জবী ?" লৈমরেম্বীনা খুদক্ত ওক্তুনা হংঙি।

মাখোং হঞ্জবীনা লকক তৌনা নমফুদা হেক্তা হায়রকই—"নিংথেম মাইপাকসনানে, নিংথেম পুরেলনে...।"

মখোঙ হঞ্জবীগী ৱাহে মখা অফাংত্ৰিঙৈদা লৈমরেম্বীনা মরক থংথৎ অমুক থৎতুনা নোংশিল্লকই—"ইচা নিংথেম পুরেল ধৰ্ম্মসেতু নপাশিনগনু, হঞ্জবী!"

মাখোং হঞ্জবীনা ঙাইহাক লককতৌরগা শমথরকই—"ধৰ্ম্মরাজসু, পাণ্ডলীগী ফজবা উবদা, য়াম্না মতৌ মান্দনা, মনাওনুপীবু মাগীসু ওইশিনবা য়ান্নবা শরৌ য়াৱা পাউমেন অমা মমাইবেম্মা কুপ্তিদা 'বস্ত্ৰ অমতং পুজরকই' হায়দুনা পাউতমখি। ৱারী অসি তাজেদো । অদুনা নিংথেম পুরেলসু ...।"

"নত্তে নত্তে , মাখোং হঞ্জবী!" লৈমরেম্বীনা শাউরপ তৌনা খুম্মী—"শেংব্ৰবা ইচা নিংথেম পুরেলবু মহাভারতকী ৱারী পুশিন্দুনা পাউথোকপীগনু। হোয়, মহাক্লা পুয়ানুদা পীরম্বা লীক য়াই খল্লসি... অদুদা, অঙোম চনুগী সঙ্গাইদগী কনানা হুখিবনো হায়বদু থিবদি চুমদ্ৰব্ৰনে ? নিংথেম পুরেলনা হুবদি ওইরোই ।"

নবেশঙলাকপীনা মরক থৎলকই—"চুম্মী চুম্মী, মদু হান্না থিগদবনি। মরুদি লীকলম খোঙচৎ অদুনি।"

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা ইতপ হেক তপ্না ওকশিল্লকই—"অঙোম চনু তকখৎসিদা।"

অঙোম চনু লুতোন শাংলি।

লৈমরেম্বীনা খংথু হেক্তা থুনা হংলকই—"অঙোম চনু ! নঙগী মরৈ পরেং অদো, নবুংঙো নিংথেম পিশক্লা মোইথেম তৌদুনাকাদি ৱাইখিদেকো ?"

অঙোম চনুনা য়াম্না কিজনা, মখোল নীক্লপ তৌনা খুম্মী—"লৌখিদে, ম্নাম্বামাসি!"

"ইস ! লুদৌরিদা!" লৈমরেম্বীনা অসুম শোল্লগা থোঙজাওরোমদা ওন্দুনা খংলাউ লাউরকই—"লুৱাং চোলো ! কৈদৌরি হৌজিক ফাওবা ?"

মপান থোকখিবী থোঙঙাকপী অদু লুৱাং চোলোগা লোয়নদুনা চংলকই। ঙবোংখাউ চবুল অমা চোলোনা কোকথোংনদুনা পুশিল্লকই।

"চোলো, মশীং কয়া সুরে ?"

"ম্নাম্বা ইবেম্মা ! কুম্লা খক লৈরম্মী।" চোলোন্না খুম্মী।

"খরসু লাংঙু, কুপ্পদু থোঙজিন ময়াদা থম্মু।" লৈমরেম্বীনা অসি হায়রগা মখা শমথদুনা ঙাংলকই—"পু-থাংবা ঙমগোং নত্তে ; য়াথোক লাম্বোক। নিংথেম পিশক লাক্লিঙেদা মরাল লৈবীশিং লোইশিল্লগে। অদুগনে চোলো, শাফবা শঙলিংবশিং মপান্দা লৈহল্লু, ঙবোংখাউ থাংদোক্লবা।"

"ফগনি, স্নাখ্বা ইবেম্মা!"

চোলোনা ঙবোংখাউ মপৈ অদু থোঙ ময়াদা পৈদুনা থমলম্মী, মপান থোকপ্রে।

নিংথেমনুবী খরদি কোনুং মীহাৎকী চৈরাক ফংবা শোয়দ্রে হায়না ময়াম্না খল্লে। পাখৎনৈ। লৈমরেম্বীনা তৌগে খনবদা থিংবীনবা কনাসু লৈত্তে। ঙমম্রবী নুপীনি। মহাক মশাদি তাহনদনা কনাগুম্বনা মাবু 'মাইস্না হিংচবী' কৌনৈ। কিবসু অঙকপা ফংনা কিনৈ। মহাক্না খুদক খুদক্তা তাল্লকপা পোৎলম, ল্যাংদবসু য়াপোৎ নত্তে। অতৈ পোৎলম কয়াসু তাল্লকখিবা য়ারি।

"য়োইবু য়োইহৈশিং!" লৈমরেম্বীনা খোল হৌরগ্না ময়াম্বু কৌরগা হায়রকই—"নখোয় কনাসু খঙদ্রেকো। ফৈ ফৈ! পুয়ানু কনবা ঙম্লা য়েংঙুকো। অঙোম চনু! নহাক অশেংনা লীকলম খোঙচৎ খঙদ্রেকো ?"

"লীকলম খোঙচৎ !" অঙোম চনুনা মপূক্লিংদা অসুম্না শোল্লগা মচীন থোক্লা খুম্মী—"খঙজদ্রে, স্নাখ্বামাসি ! ননাইনা হেক মাঙপ্রে খঙবগা পাউ পীজখি।"

তিল্লিবী নুপী ময়াম মিহুন তিং তিং চোংনৈ। পুয়ানু অম্না য়েংলকই। মাগী পাউখুম তানি ময়াম্না ঙাইহিরিবা। থোইদোক্লা অঙোম চনুসু মমায় মকশিল্লকই। মশা নীক্লপ তৌই। থরক হুনগৎলি। মিহুন চেন্সুম চেঙ্গানৈ। নুংদা অচৌবা নমথাক অমা—মহাক্লা লোৎতুনা থমলি। অশেং অশেং হায়দোকনিংলে। অমুকসু কিজে। হুরানবা নকোক্লা নাপী পাকপা তারনি খল্লে। মনীং মমাঙ চপশিনপ্রে। মহাক হায়দোকনিংবনা মরেং মরেং চৎলে। অমুক কিরে। খংকি কিরে। মহাক মচা পীকলি। শিবা য়াদ্রি। লোই কুস্না কিজে। মমৌ অথোইবী ব্রাঙ্গোল নিংথৌ পোকপী ওইনা, ওইনা শুগুনু য়ৌবা য়াই নত্রগা ঙবোংখাউ! অদু ওইদুনসু, মচীন হোংলরোই লেপপ্রে। অদুবু, নীংশিংলকই। মমীৎ ঙাইহাক উইশিন্দুনা খাঙই। উগনু হায়বা য়াদ্রে। মাগী নুংমীৎতা শং শং উরকলে...

নুমিৎ অদো...।



নুমিদাংনি, য়াচংবা মতম।

অঙোম চনুগী সঙ্গাই কাজাওদনি। নিংসা থবেৎ থবেৎ হোল্লদুনা চেনশিল্লকই, অঙোম অংগোতোন ! মচেমসিজগী মমাঙদা চপ লেপলে।

"কদায় কদায়, ইচেমসি!" অংগোতোন্না মনীং মমাঙ শম্নদনা হায়রকই—"লুপা চাম্মদং পীয়ু, য়াম্না থুরে, ঙাইনহৌরি।"

অঙোম চনুনা ঙক্লুনা হংঙি—"কৈদৌনবনো, অংগো ?"

"শীদা শীয়ু... হৌরেন মথোই হাপ্লীগে।"

"লৈতে লৈতে।" অঙোম চনুনা শিখাং খাংঙি।

"কোনুংগী মহারাণীনবো ?"

"হৌজিক্তি ওইখ্রিদনা।"

"অদু ওইরসু... শীদবা যাদেকো।"

"লৈতে হায়রেদনা, চৎখ্রো চৎলু।"

"ঐ ঙসি চোঙ্গা য়াদেনে, ইচেমসি!"

"মফম অসি কোনুংনি, চৎগ্রো হায়রেদনা।"

"অদু ওইরসু, ইবাইনা নিংথৌনি, সেমী।"

"সুকপী পীরোই, জুরারগী শেন তানফম নত্তে।"

"ফৈ ফৈ... য়েংসিদো।"

অংগোতোন্না মচেমগী ফমুং, মোম্পাক মখা খুয়া লুখুম কোইফাক ফাকই। ফংদ্রে। উপু অয়ুংবী অমা শো পান্দুনা লৈরিবদু উরকই। খুৎলৈ থুনা সৎ হেক্তা হাংদোকখি। ফিরোল চিংথৈ, কোইফাক ফাকই। মচে পাখৎচৈ ! হৌনা লাউবা, চৈবা য়াবা মফমসু নত্তে।

অংগোতোন্না লীকহাপ উপুমচা থেংনদ্রে। খুদক্তা হাংদোকই। মচেমগী মরৈ পরেং অদো তাপ পায়রগা ফিরৈদা য়েপশিনল্লগা চেন্থোকখ্রে। অঙোম চনু প্রপ প্রপ তান্নে। লাগ্না তান্নরুবসু য়াবা নত্তে। কোনুংনি। মীনা কনা কনানি খনদৌরিবনি। অরোননাই কয়ানি। মাবু নুংশিদবসু কোঙ্গায়নি। পেহৌ পেহৌ মকোক পায়রগা ফমুংদা ফমদুনা লৈহৌই।

নুমিৎ অদুগী থৌদোক নীংশিং নীংশিং—অঙোম চনু সৌরিং সৌরিং লাওরকই। রায়েলশঙদগী হৌগৎতুনা চেননিংলকই। চেনলুবসু য়াবা নত্তে। রানা খাঙই। মচীন্দা মরুম মরুম শোল্লি—"অমত্রা পোকপা ইচেমগী অংগোতোন ! নঙনা তৌরিসিবু করিনোনে ? নচেমগী লীক অদু... মত্তৌ করম্না নুয়াম শাফবী পুয়ানুগী ভকশমদা ? ইস ! ঐগী থৌরাং পুন্না অয়োন্নখ্রবা!"

অঙোম চনু তু খ্যাও চুংখি !

"পুয়ানু ! নঙবু অমুক্তংদি খুম্মুহে।"

হৈশিংলবী লৈমরেম্বীনা অসি হায়রগা মখা তানা খংনোৎ নোৎশিল্লকই—"পেম্রৌরেন ইবুংঙো অংগোতোন খঙইদনা ? নঙগা মাগা করি অরোনবা মরী লৈনৈ ?"

অঙোম চনু কোকচাওবী ফুং কাই! থরক মিহুন তিং তিং চোংঙি। মমীৎ মনা তথক তথকই। তিল চোৎথৈ। মিহুন ফথনবা হোৎনৈ। স্বাই স্বাই লাওই। পুয়ানু অম্না য়েংলকই। পুয়ানুগী পাউখুম্না মাগীসু (অঙোম চনু) লাইবক লেপকদৌরিবনি খঙৈ। অংগোতোন্না পুয়ানুদা লোন্না খুদোল তৌথোকখিবা ওইরিনি হায়দুনা থাজরকলে।

পুয়ানু খুমদে। মঙক হাইজে।

মহাক্না নুয়াম শাফবী ওইনা অঙোম চনুগী সঙ্গাইদা লৈরিঙেো অংগোতোন থেংনখ্রবনি। মচেমসিজনা উন্নজক হায়দুনা থাজিল্লকখি। মদু পুয়ানু নীংশিংলকই। মহাক্না অংগোতোনবু ফজনা শান্নদুনা পংথহনখি। নোংমসু ...

"ইচে শাফবী ! নশানা য়ারেকো ?" অংগোতোন্না অসুম ব্রাহৌরগা শাফবীগী মমাঙদা লেপলে। নোকখি নোকখি।

শাফবীনা নোকফেৎ তৌরগা খুম্মী—"ইচেগী অংগো নুংশিবা ! য়াইদা, য়াইদা শেল্লৌরেন ! তৌবদি ... ?"

"তাকপীয়ু, ইচে ! নঙনা হায়রিবে ইঙ্গগে। নৌপা ঐসে ইচেগী মাঙ্গসু ওইদৌরিবনি। পীরোবা ঙসিমক !"

"য়াম্না পামলব্রা ?" শাফবীনা হংঙি।

"ঙাইঙমদ্রে, ইচে !" অংগোনা খুম্মী।

"সে, অদুদি লৌরোসে ..!"

নুয়াম শাফবীনা ফিনুংদগী থৌরবা হৈজ্রাং শংতোকলগা উংলি।

"হি ! হিংচাবী ! খঙনি নঙ ! লাকখিনি নোংমসু।"

অংগোতোন শাফবীগী মনাক্তগী চেম্থোকখি।

লৈমরেম্বীনা হংলিবা ব্রাহং, পুয়ানুনা মথন্তা খুমজে—

("খঙইনা, মশেল ইবুংঙো ! মাসু ঐবু থেমলম্মী। ঐনা মচেগী উপুদগী লীক হুক হায়দুনদি ইনশিনখিদে। নোংমসু ঐনা মখজাইদা খুপাক্না থাখিবনি, মতুংদি ইনাক্তা মোংলখিদ্রে। থিয়ু থিয়ু লীকলম খোঙচৎ !")

পুয়ানুনা অংগোতোনগী মরমদা করিসু হায়খিদ্রে।

অঙোম চনু খরা শাফরে। পুয়ানুনা মাবু কনবীগ্রে। অদুবু মখোইদৌ থিংনা শাউনিংলকই। মচিন কাংবদি য়াদে। মপুক্লিংদা তকশি শোঙ্গে—"ওম্থোকইকো, ইচেমগী অংগো ! তৌবদি, ঐসু নুয়াম শাফবী, অসি চপাং চীংগী পুয়ানুনি খঙলুদে ? কৈদৌবে, মরে পরেং পীথোকলুরিবা। ঙকইদা, অংগোতোন !"



অঙোম চনুগী মৌপা অঙোম অংগোতোন—মনুং য়ৌনা খঙদবা য়াদে। মকু ইবুংঙো অঙৌপানবগী ভোনবা মচানি। নুপী ময়াম মরক্তা মথক্তা য়াওই। ময়ামগী অংগোনি। অংগোতোন থোনখি। মমিং চংপা পাখঙনি। লম সুই—নুপী, জুবার, লগাও, খুনু তুনবা, থাকা শান্নবা। লোম্না লোম্না গজা, কানি, য়ু থকই। শেন ভানশিনবা লৈতে। মাঙহনবা হৈবদা মমিং চংলি। মপা মপুনা থারম্বা কৈরাক—মাগী মতমদা খজিক খজিক কিহুরকলে। মহাক মপা য়াম্না নাপ্লি।

অহাওবা ওজাও চাগল্লি। মপৃংগী লৌ, ইংখোল, লন-থুম ফনা য়াম্না তুমশিনখ্রে। করি অমুক হায়রকনি... মচেম্মগী মনাক য়ৌশিল্লকলে। কোনুংগী চংনরোল থুগাইরকলে।

মচেম্মসিজনা মাবু কোনুং সনখোঙদা থিংজ্ঞ, চংহনগনু হায়দুনা খোঙজকপা খুদিংদা হায়গ্রবনি। মহাক্না ওমদুনা হেক্তা চংলকই। থিংবা ওমদবগী মরমসু লৈ। সুরু সুরু হেক্তা নৈরগনি। নোংমসু, সনখোঙদা লেপলে—

"মশেল ইবুংঙো!" খোঙ-ওাকমী শিংনা মহাক লাকপদা হঙ্গংচে—"নচেম্মসিজনা চংহন্নকনু হায়নে, বারৌবীবা য়াদে, লেঙবীখিবনা করনিদা।"

"কুইরোই, সং হেক্তা খোয়রক্কে। ইচেম্মসিজ উম্নরোই।" অংগোতোন্না সং লৈথরগা খুম্মী—"মমাসিজ নিংথৌপোকপীনা কৌবনি। ইবাই নিংথৌনসু কৌই, থাজদ্রগা হংজুচে।"

অংগোতোন কোনুংগী য়াম্না নক্লবা ওাইশেননি। ওাকমীশিংনা থিংনবা পাম্বে লৈতে। থেমলগা হেক্তা থাজিল্লকই—"শোম্লৌরেন! কুইনদি লৈবীরক্কনু নচেম্মসিজ উরদি বাখোক্কনি।"

মহাকপু মী অয়াম্বনা মশেল ইবুংঙো নত্রগা শোম্লৌরেন কৌনে। ঈকায় খুমনৈ। মহাক্না মদুদা নাপল তৌজে। মহাক অসি ত্নিবদি য়াম্না নুংঙাইবা মীতানি।

নুমিৎ অদুসু উং-পাং অমা তৌবগা চংলকপনি। মহাকপু হোজংদা থিংবা ওমদবগী মরম অমসু লৈ। মমাসিজ নিংথৌপোকপীনা অংগোতোনবু য়াম্না লুনা তৌই। মহাকসু তৌশিন্নবা য়াম্না হৈ। মমাসিজ হেক উবদা মখোঙ শোক্তুনা খুরুম্মী। লাইবক কংলি। কৈ হনুবী অসি অংগোতোন্না খরা খরা হম্বা ওম্মী। লোনদিন্নে, চন্নজে। মরক মরক্তা মমাসিজদা নাক্ক-থেংলৈ (শেন-নিবা)। মমাসিজনসু অদুম খরা খর পীরগা থাদোকখি। মশু মবেনগী বারীসু নুংঙাই নুংঙাইবা শান্নে।

নোংমা অমসু....

"আজ্ঞাসি! কুইনা পুম্বিখোকো।"

"করিগীনিনা, অংগো?" মমাসিজনা হংঙি।

অংগোতোনা খুমলকই—"ঐখোয়গী ওইনজফম, চংজফম লৈতে। ইচেমনেনা তৌরিসিনা ঐবু চংহনগনুদা হায়, আজ্ঞাসি লৈত্রদিনে, সৈত্য! কোনুংদা খোঙ্গুল অজরোই।"

মমাসিজনা থেমজিন্দুনা হায়জে—"শাউরুনু, শাউরুনু। নঙনদি ওাওইদো অদুদা নচেম্মসিজনা ফহনিংদুনা তৌরিবনি!"

"অদো, আজ্ঞাসি! ঐসুনে ফম মচা অমদি পীবা য়াবনিকো...!"

"অংগোতোন!" মমাসিজনা মাবু মপুক্লিং থৌগংগা ওইনা থেমখি—"পীনিদা, পীনিদা। নীংথিনা হৈনা চংলু। কায়ন মপান খোকনু। শাগে জাং ফরসুনে, লমচং শাজং য়েংজিদো।"

"আজ্ঞাসি! নশু লোয়না থাদোকচরে। য়েংবীয়ুদো... চন্দোল চবা, উরিক লুগুন, গৌরিয়া..!" অংগোতোন্না হরাওবা উংজুনা তকশিল্লে—"য়ারদি হৌজিক হেক্তা ওইরগেবা।"

মমাসিজনা থেমজিল্লি—"অইখো অইখো... খরা নহা ওইরি। মকু ইবুংঙো অঙৌপানবা পাজি শঙলাকপনা হেক নোজাখিবগা ইশুবু অঙোমথৌ হাপকনিদা।"

"আজাসি ! পাবুংগী ৰ্কম যৌথোক্লসিবা।"

"হে ! অঙাওবা, হৌনদেনে।"

"অদুগনে, অ-তেনশূবদা পীবদি য়ারোইকো।"

"পীরোই পীরোই।" মমাসিজনা খুম্মী।

মসিনি মশূ মবেনগী চান্নজবা য়ারী।

মমাসিজ পোংলেম্নীনা মাবু অঙোমথৌ হাপতৌরি হান্নবা পাউনিংথোল—মহাকা কোয়সন শন্দোকই। অদুনা থোঙঙাকমী কনানা মাবু থিংলুবা ঙমগনি ? মমাসিজনা কৌবনি, মহক্লা মপাবুংগী মহুৎ শিন্দুনা অঙোমথৌ ওইদৌরে হেক্তা হায়জিলম্মী। মনুংবু চংগ্রবা, মাবু থিংবীনবা মী লৈতে। চংনিবা, চংনিংবা মফমদা হেক্তা য়ৌশিনখি। চাউথ্রপোৎনি অঙোম শেম্লৌরেন ইবুংঙো !

কোনুং মনুংগী চংথোক চংশিন-চংন পাথাপ অমা লৈ। মনাও ইবেম্মশিংগী মমা মপা, মকুং মৌপুব্রা কয়ানা মচানি, মচেমনি হায়দুনা লৈমা নিংথেমনুবীবু সঙ্গাইদা হেক্তা চুমথ্রিং চংশিন্দুনা উন্নহনদে। লৈমনা মনুংদা, উন্নবা লাকপনা মপান্দা। মশক উন্নহল্লমদে। লৈমগী মনাক্তা চৈতুপ পাইবা ফৈন্দা শঙই।

অদুবু, কোনুংগা য়ান্না নকশিন্নবা মীওই খরদি থাজবগী মতুংইন্না অহিং নুংথিল নাইদনা লৈমশিংগী লৈফমদসু চংবা য়াই। পংচং হেক চংশিনবসু য়াদে। তঙাইফদবা মতাংদনি। লৈমনাই, নিংথৌনাইশিং য়াই। অহল ওইরবী নিংথেমনুবীশিং য়াই। নিংথেম পিশক্কী ঙাকমী অনী, তেনশূবা অমদি লুবাংতোন চংবা য়াই, মফম মতমগী মতুংইন্না। অতৈদি য়াদে। অয়াবা লৌবা তাই। ফৈন্দা লোয়নদবা য়াদে।

ময়াম অসিগী মনুংদা অঙোম অংগোতেন মনীংতম্মী। নুমিদাংসু ফুৎ হেক্তা ফাওজিল্লকই। মাতদি মচেমগী মনাক্তা চংবা য়াই। হুৎ-হায়দোকস্লগা মবাই নিংথৌগী মনাক্তা চংশিন্দুনা চিরোন কামশিল্লি। হাকচাংগী থৌগল তৌই, হুমাই হেক্তা হুমলুই। মাগী চিরোন নিংথেম পিশক্ল কয়াদি লৌদে।

অসিগুম্বা অঙোম চনুগী ঙকলবা মৌপুব্রা অসিনা পুখিবা মচেমগী মরৈ পরেং অদুম হুন্নকখিদে। মহাকসু কোনুং চংলকখিদ্রে। মচেমনা খাইদগী থাজরবা তেনশূবা থাদুনা লোন্না লীকলম খোঙচং খিহল্লি। কনাগী খুনু তুনফম, জুবার শান্নফম, লগাও খাউফম সুরবনি। তেনশূবনা ফংখিদ্রে হায়দুনা পাউ পুরকখি। অঙোম চনুনা থাজে। পাউ অসি নিংথেম পিশক য়ৌথ্রি। মাঙখিবদি কুইরবনি। নমশিন্দুনা থমলকপনি। কোন্না খঙনরক্লদ্র কিজবদগী অঙোম চনুনা নহালতা পাউ পীরুবনি। ফগাদ্রা খন্নুবনি। হেন্নদুম শাখিরবা য়াথোক অমা ওইরকলে। অঙোম চনুনা তেনশূবা অমুক চিংনরকলে। মহাক্লা তরেৎ শেঙ্গা তিংদুনা পুরকলগা পুয়ানুদা পীবনি হায়দুনা খৎচিং চিংনরকলে। মহাক ফন্না কিজরে। মমায় হুমাং তৈথোকই। মশাগী অশোয়বা শেমজিল্লি। পুয়ানু তম্না অদুম য়েংলকই। মশা পুন্না চেংখৈন্না নীকই।

চিংনবগী চিংনবমতুনি। অঙোম চনুনা তেনশূবা, পুয়ানু চিংনে। মবানীগী মরক্তা অরোনবা

মরী অমা লৈরে হায়দুনা খল্লে। লৈমরেম্বীনা অংগোতোন চিংলৈ। মহাক্না মচেগী উপূদগী হন্নগা পুয়ানুদা খুদোল তৌবনি হায়দুনা খল্লি। মহাক থাজবসু ঙমদে। অঙকপসু লোকই। হন্নানথোঙ লৈরবদি সগুন থোঙ লৈবা হৌনশানি! লৈমরেম্বীনা থোঙ অনীমক থিরগে খল্লে। পুয়ানুবু য়েংনা য়েংনা মঙক নোম্মী।

মপূক্লিংদা ব্রাখল কয়া শাগৎলি।



“হে লোইনুবী ! হাওনুবী !”

লৈমরেম্বীনা মতীং শোক্লা লাউরগা খুদোম্বী থিন্দুনা চৈরগা হায়রকই—“ননাদো তাদ্রো? নচীনদো লৈতেংগী পানবা নত্তেনে, খুম্মুনে, কদায়দগী কমদৌনা লীক ফংঙি ?”

লৈমরেম্বী হায়নি হায়রোই খঙলক্তে। শাউরবদি এক্লাং অথাবগুম্বনি। মাগী মরাহে, অশীনবা হৈগুম মহাও তংনিংদবনি। খোঞ্জেল শিংজা য়ৈদুনা নাকোং শাবা রা ঙাক্তা ঙাঙবনি। মহাক প্রোক প্রোক চাকলে। মহাক্না লাউরকপা রাহে খোনফম—ময়াম অদু খংগ্রেক খংলৈ।

পুয়ানুদি খংদে। মহাক তাই। তাই, তশেং তশেংনা তাই। মপূক্লিং নুংশিজে। খুমদোকপদি ঙমজদে, নুংরাখলনা মথক্তা পাউখুম পীজে—

(“হোয়, ঐহাক লোইনুবীনি! ঐহাক হাওনুবীনি! হৌরকফম শাংফম শেংদবীনি। অদুনবু নখোয় ময়াম্না খোঙ্গোইনরিবনি। খঙনিদো, ঙাইহাক্তং ঙাইরে...!”)

ফৌরুংহনবী ফমনাইবীনা মরক থংতুনা হায়রকই—“লৈকোইরেন লৈমাবী ! পুয়ানুবু কিহনবা, মচীন মেনবা খোয়ুম অমা লৈগদ্র নীংজে... রা ঙাংগদবা মানদ্রেদা।”

ঙারুংহনবী ফমনাইবীনা পাংশিল্লকই—“শোয়দনা লৈগনি।”

পুয়ানুনা নুংদা মথক্তা ঙাংজে—

(“লৈনে, লাইনিংথৌ অমা ! খুমখিরোইয়ে ! খুমগনু হায়রম্মী।”)

(মৈদিংঙু নিংথেম পিশক্লা নুংবা লান চংলমদাইদা, চিরবা য়াম্না চিরবা মিকুপ অমদা উন্নখি—নিংথেম পুয়ানু! তৌবসু মমাসিজ মীরম্বীনা মজাইবুংঙোদা ‘লোইদিংকোইদা ফৈজিল্লুনু’ হায়দুনা পাহে ঈঙ্গিৎ পীখি। মদুগী খুদোংচাবা অদু নিংথেমনা মাঙহনবা পম্মুজখি। মমাসিজগী অয়াবা ফংলবনি হায়দুনা খল্লখি। মনাই শেনাক খনবা লোম্না থাদুনা মচল অনীদা পাউ পীহনখি। মমাসিজ খঙহৌদে। লানগী মীফম মীতিন চংথহৌরিঙেদনি। মচল ইবেম্মা হৈশিংবী অনীনা লৈ চায়থরুসি হায়দুনা পুয়ানু পুথোরকখি। সজাই য়ুমজাওগী মচি মরুম অমদা উন্নহনখি! নিংথেম পুয়ানু! মিকুপ অদু পুয়ানুনা নীংশিংলকই—

“ইশানৌ পুয়া ! ঙাইখো মতম খরদং !”

“কয়া কুইনা ?” পুয়ানুনা হংজে।

“ঐহাক লান চংলুখিগে।”

"ওইজরমগে, ইশাবী !"

"করে, অদুদি, ঐ চৎলেকো।"

"অদো, করিগুম্বা ?"

"নাকোং অনী সুনা তাহনগনু।"

"য়াইফবা ওইবীরকউ!"

"ঐ শোয়দনা হল্লকখিনি।"

"নুমিৎ অদুদা কোণ্ডবীয়ুকো।"

"শোয়দনা কোণ্ডলগনি।"

"লেণ্ডবীরোকো, ইশাবী!"

"নীংথিনা লৈরম্মুকো, ইশানৌ!"

মৈদিংগু নিংথেম শিশক — মনাক্তগী চৎথোকখি।

পুয়ানুনা চিংনা চিংনা য়েংজহৌই। মখোণ্ড শোক্লা খুরুমজখি। পুয়ানুগী মশাবীনা মচীন মেনশিন্দুনা থম্বীরমলে। মহাক হৌজিক করি পাম্বে লৈরি... ?

কৌরংহনবীনা ভারংহনবীগী বাফম্বু শৌগৎতুনা পাংশিল্লকই—"বা ভাংদবীগী বায়েলদি কমদৌনা লোইশিনবা য়াগনি ?"

লৈমরেম্বীনা য়াম্না মতীং লৈনা খুম্মী—"ঐনা লোইশিনগনি। লোইশিনবা নাইদবা বায়েলদি ওইহল্লোই, ঐ শোংলেনখোম্বীনি, মাইস্না কুমুদিনী!"

পুয়ানুগী পূক্নিংদা ওক্তুনা খুমজৈ—

("অদুগা, ঐসু কৈকফাবীনি! পুয়াম চনু পুয়ানু।")

"ওসি অহিংদি শোয়দনা লোইশিনবা তাই।" মাখোং হঞ্জবীনা লৈমরেম্বীবু শৌগৎপা ওইনা হায়রকই—"নুপী মচা অনীখক তকখৎকদবা বাৎলি।"

লৈমরেম্বীনা অয়াবা পীবা ওইনা হায়রকই—"মখা চৎথৌ, হঞ্জবী! খণ্ডলম্বা য়াইনে, সনানুবী অনীদো।"

"থাগোইসনা, থরাকসানা!" মাখোং হঞ্জবীনা মজাইবেম্মা অনীবু লেপকৌ কৌরগা তকথরকই—"নবানীদি পুয়ানুগী অচেৎ অকোয়, অরোন অথুপ খণ্ডকম থোকই, কা পুন্না লৈমিন্নবনি, ওইহাক লৈতনসু চিকথনবদাই... খুম্মু, খুম্মু, অণ্ডোম চনুগী মীক, পুয়ানুগী ওকশমদা কমদৌনা লাকই ?"

থাগোই, থরাক মণ্ডক হায়রকই। থোইদোক্লা থাগোইদি লৈতাফম খণ্ডদ্রে। মহাক ফম্না য়ারক্তে। পখৎলপ তৌই। মমায় হুমাং অনম্নী কারকলে। মতম য়ৌরকলে। চেম্লোকনিংলে।

মাগী মতৌ অদু মমাসিজ অচৌবীনা উরে। খুদক্তা হংলকই—"কৈদৌরে থাগোই ? হা! কৈদৌরে মরেং মরেং চৎলিদি ?"

"আ, আ, মনুং অচৌবা চৎনিংলে।" থাগোইনা খুম্মী।

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"চৎলো চৎলো, অমুক লাকউ। লোইশঙ মচা লোয়নখো। তম্না অমুক লাকউ, অরোইবা রায়েল লাউথোকপা তারখো, নঙগীসু রারেপ অমা লৌরবা য়াই। অদুগনে থাগোই, নঙগী নতুংদা মন্ত্রি হনুবনা শান্নরম্বা তম্নলাই অদো মমি ওইনা ইন্নে হায়না তাইকো, চেকশিল্লু।"

থাগোইসনা তু খ্যাও চুহণ্ডি! খুদক্তা, ইশাই খোঙহাম তৌগে তৌই, । মক্লাক নীকই। করিসু ... খুমলমখ্রে। হোৎতুনা চেম্মোকখি। ঙাইহাক লৈরগা লাপুক্লা শগোল খোঙথাং অমা তারকই। লৈমরেম্বীনা মনা থাংগৎতুনা তাই—"অবীব্রা ময়ামসু ?"

"ননাই ঐখোয়সু তাজে। শাগোল খোঙথাং!" মাখোং হঞ্জবীনা হায়রকই।

"লানপাউ লাকপা ওইরিব্রা ?" লৈমরেম্বীনা মথন্তা হায়জে—"হুম ! চেম্মোকখিবা শগোল খোঙথাংনি। মপান্দা কনা কনা লৈ... চেল্লু তান্নৌ, ঙাকমীশিংদা পাউ পীখো, থাগোই চেনখ্রে, ফারগা পুরকউ হায়য়ু... থিল্লে।"

মাখোং হঞ্জবীনা হঙ্গৎলি—"লৈকোইরেন লৈমাবী ! ঙাইহাক রায়েল লেপখিগদ্রা ?"

ঙশাই মখৈ রাখল সুকতৌ তৌরন্দবা রাফম অমা, লৈমরেম্বীগী মকোক্তা ফুং লাওনা ফাওরকলে। মহাক ফনা কুইনা হোরৎলুরে। মহাক নোকফেংনৈ। খৃৎকাম্পী ক্তেক লাউনা কাম্পী। মপুক্লিংদা খল্লি—"তস ! ফংলেদনা।" মদুমক্তি ফোঙদোক্লি। মাখোং হঞ্জবীদা রাহং চৎথহনখিসিরা খল্লি।

মাখোং হঞ্জবীসু মকোক শাই, তৌফম খঙদে। পুয়ানুগী মরুমদা হংলাই মরী চিংথো চিংশিং শান্নরিবী লোইখোমশঙ হঞ্জবী তম্না য়েংলকই—"অবোকরেম্বী ! করি খনবীরি ? পুয়ানুগী মচীন অসে শীংজিৎ শিৎলগে।"

লৈকোইরেন লৈমাবীনা হায়রকই—"হোয়নহৈ, হঞ্জবী ! কনানো অমা, মচীন থৌরবা শিংজিৎ পুরকউ, রা ঙাংদবী অসিগী মচীন অসে ঈহিং নাহিং শানা শিৎলগা য়েংসি। চেল্লু চেল্লু, কনা, কনানো ?"

লৈমনাই অমা প্রপ প্রপ মপান থোকখি। লৈমরেম্বীনা পাম্বা পোৎ খুদক্তা পুরক্তবা য়াদে। পোৎ মদু শিজিন্নবা, শিজিন্নদবা অদুনা তোঙানবনি। মহাক্লা নীংলক নীংলকপা থুংহন্দবা য়াদে। ওম্মোক্লা লোয়নবা রাম্ববী নুপীনি। মচা মনাইদা মতৌ মালহল্লগা কিহনবসু য়াম্না হৈ।

পুয়ানুদি শিংজিৎ কিদে। মহাক হৌজিক কনা অমতা কিদে। মহাক পাউখুম পীগে হায়নসু খনদ্রি।

লৈমরেম্বীনা অপাম্বা পোৎলম অমসু লৈরিমাল্লে... থোঙজাও রোমদা য়েংলগা লাউরকই—"থোঙশঙবী ! চৎলু কনানো অমা, ফিজং লৌরুচো। চাবোক মাইবী অনী কৌরকউ, থাঙ কাতি পুরকউ হায়য়ু। লমহেনবী অসে মতিক থোকপা লাক্লরগে...।"

"ননাই কৌজরুগে।" থোঙশঙবী অমনা নোল্লুক্লা হঙ্গৎলি।

থোঙগী পৌরোন সৎলগা থোঙশঙবী অমা মপান থোকখি। থোঙশংবী অমনা থোঙগী পৌরোন থাজিল্লি।

লৈমরেম্বীনা করি চাংয়েং তৌগদৌরিবা! ময়াম পূন্নমক ঙকনৈ। লোইখোমশঙ হঞ্জবীদি ঙক্তে। নোকফেৎ তৌই। মহাক নীংশিংলকই, মীহাৎ খোঙচংকী অহিংদা লৈমাবীগা মবানী ভাংনখিবা ব্রাকম। ব্রা ভাংখিরোই খল্লি, তাঞ্জা ভাইদুনা লৈরে।

য়েল্রেহনবীনা মোংহাদনা হঙ্গৎলি—"ইংথবীখোদা লৈমরেম্বী! ব্রাথোক চাউথোক্লমসিদা।"

পুয়ানু ব্রাথোক—কোনুং মনুংগীনি। ফম্নাং মপান লানদ্রি। পানা মরি শনদ্রি। লৈমরেন পোংলেনখোম্বীনা শোং শেক লাউদনা লোইশিনবা পামলিব্রা?

য়েংসি, মাগী অরোইবা ব্রায়েল তাঙ্কক!



"অঙোম চনু!"

লৈমরেম্বীনা হৌজিকব্রাইদা ফাওরকখিবা ব্রাখল অদু খংনীং নীংশিংলগা মমৌবু কৌই, হংলকই—"নঙগী মরৈ পরেং অদুবু নবুংঙো নিংখেম পিশক্লা নঙোন্দা থোনবীখিবা অদুরা, নৎত্রগা করম্বনো?"

অঙোম চনু ইঙক ঙকই। খজিক খরাক নত্তে। পুমঙক হেক্তা ঙকখ্রে। মঙোন্দদি নিংথেম পিশক্লা কৈদৌঙৈদসু মরৈ পরেং অমতা নুংশি খুদোল ওইনা থোনখিবা লৈখিদে। মাগী মরৈ পরেংদি ময়ুমদগী অউনপোৎ ওইনা মমা মপানা পীরকপা অদুনি।

লৈমরেম্বীনা অমুকসু নোৎশিল্লকই—"শেংনা খুম্মুনে, অপাম্বী অহল! নিংথেম পিশক্লী খুদোল অদুরনে...?"

"স্নাম্বামাসি! ননাইদি মঙদৌনা থোকলে।" অঙোম চনুনা ফুক হৌগৎলগা মমীৎ লংখৎতুনা খুমলকই—"শ্রীযুৎনা ননাইদা মরৈ পরেংদি লাইরদগা উরিক পরেং অমা ফাওবা থৌনবীখিবা লৈজদে।"

"শেংলব্রা? শোয়দ্রব্রা?" লৈমরেম্বীনা অমুকসু নোৎশিল্লকই।

অঙোম চনুনা য়াম্না মতীং লৈনা খুম্মী—"ইবুধৌ পুরিৎলাইনা খঙসনু! ননাইগী মাঙখিবা অদুদি অউন লীক্লাংনি!"

"হা! নঙগী অউন লীক্লাং!" লৈকোইরেন লৈমাবীনা মখুৎ ওয়না মরাইবক পায়দুনা হায়রকই—"অদুদি, অদুদি... ঐগী মরৈ পরেংদি কদায়দা? পুয়ানুগী ঙকশমদা! ইস! লোইরেদনা! ঐদি মহাম অরেদনা!"

অঙোম চনু মথবাক য়ৈজে। অমুকসু নুংঙাইজে। মাগী মৌপ্পা মখুৎ শাংববু কল্লে। মহাকসু চৈরাক ফংনিংঙাই ওইদ্রে খঙে। মপুক্লিংদা খরদি ব্রারৌজে। মনেমসিজনা মাগী মরৈ পরেংবু মজাইবুংঙোদা লোন্না পীথোকলগা পুয়ানুদা লোন্না অমুক খুদোল তামহনবনি হায়দুনা চিংনজে। চিংনফমসু থোকই। পুয়ানুগী মরুমদা মনেমসিজ লৈ। খঙনা খঙনা খঙশিন্নদবনি হায়বা অসি পূন্নমক্কী চিংনফম ওইরকলে।

"অঙোম চনু ! ঐবু লান্না খনগনু।" লৈমরেম্বীনা শেংদোকপা ওইনা হায়রকই—"নকু ইবুংঙো নিংথৌনা ইনেমদা পীরম্বা সনা পীক্লাং অদো নঙোন্দা পীফম থোকই, পীরুচো হায়দুনা ইনেমনা শিন্নখিবনি। ঐদি মাঙখিবা মরে পরেং অদু, ঐগীদু ওইরবোই খল্লুই ; নুংশিব্রবা পীক্লাংনি, অদুনা মতম লৌরিবনি। হৌজিক্তি পীকলম খোঙচৎ খঙলে, পুয়ানুগী মরাল তরুক সুরেকো। নঙগী মাঙখিবদুদি মাঙব্রসনু, অমা হেক শাদোকসু ঙাই।"

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"মরাল লৈবদি পুয়ানু নত্তেনে, কুমু! নুংশি ফিরোল নাইবা মজাইবুংঙো নিংথেম অচৌবনিনে, নিংথেম অচৌবা !"

লৈমরেম্বীনা খুম্মী—"মহাক লাকখিসনু! মৈহুম অচাকপনা মনমদা অহুমলক কল্লগা চৈরাক পীয়ু, মাখোং হঞ্জবী!"

মাখোং হঞ্জবীনা হায়রকই—"ফগনি, ননাই য়েজগে! য়েনিংদুনা লৈবসু কুইরবনি। অদুঙৈ মৈদিংঙু পামহৈবসু নুংথিল চাইবী মহাকথং, পাচা ব্রায়েনবীশিংনা চৈরাক অদুমক পীখি। হায়না তাক্তে ।"

লৈমরেম্বীনা নোংশিল্লকই—"ঙাইখোনে, মাখোং হঞ্জবী! নঙনা ইচা নিংথেম অচৌববু য়েনিংদুনা লৈবা কুইরবনি হায়রিদুবু ... করি নুংঙাইতবা লৈবগে ?"

মাখোং হঞ্জবীনা হায়রকই—"ঙাকপীগনি ! ইচা ইবুংঙো নিংথৌ অচৌবগী মনমদা নচ্চদে। অপাম নুংশি পনখৈ নাইদবা নিংথেমশিংগী মনমদা য়েজগে হঙ্গৎচবনি!"

নুবেশঙলাকপীনা শৌগৎতুনা খুম্মী—"চুম্মী, চুম্মী য়েগদবনি ! খিৎসু হাকমল্লি, পনখৈ নাইদবা তুখিরোন!"

য়েম্রেহনবীনা হায়রকই—"লৈকোইরেন লৈমাবী ! নুয়াম শাফবী পুয়ানুবু হৌজিক করি চৈরাক পীবা তাবগে ?"

লৈমাবীনা হায়রকই—"ব্রায়েল লোয়দ্রি, য়াম্না ব্রাংলি। তরুকসুবা মরালগী লংলা লংজিল পুথোক্ত্রি। তরেৎসুবা মরাল অমসু লৈরম্বা য়ারি।"

"অশেং অশেংবদু হায়য়ুদনা, ইবেনগী পুয়ানু!" নুবেশঙলাকপীনা পুয়ানুবু য়েংলগা হায়রকই—"হৌজিক্তি, লোৎলুরনু, ইফোং ফোংলে। পীক অদু মফম কদায়দা, কৈদৌঙৈ নিংথেম অচৌবা মশামক্লা নঙগী ঙকশমদা থোনখিবনো ?"

পুয়ানু খমদে। হামু হামুনি। নুংখন্নে—

("নত্তেবা, অবোকহনবী! চিংনরিবা অদু অমতা নত্তে। কৈদৌঙৈদসু শ্রীযুৎ নিংথেম অরোইবা ঐগী ঙকশমদা মরে পরেং থোনখিদে। মসিদি ঐগী মরে পরেংনি হায়বসু য়াই, নত্তে হায়বসু য়াই, শিন্নব্রগে মপু অশেংবীদা...!")

নুয়াম শাফবী পুয়ানুনা মঙক্তগী মরে পরেং অদু কোৎচি হন্দোক্তুনা লৌথোকলে। ময়াম্না মঙোন্দা য়েংনৈ। ইঙক ঙকনৈ। পুয়ানুনা তপ্না তপ্না নুবেশঙলাকপীগী মনাক্তা চংশিনব্রে। লেপ্তুনা লৈরিবী অঙোম চনুগী ঙকশমদা মরে পরেং অদু নীংখিজনা শিজিনবীরে। তপ্না তপ্না

অমুক হন্দোরকই। মাগী হান্নগী মফমদা লেপলরে। মহাক নোকফেং তৌই ; মোমোনতং। মমীং ইরাকা চেনবীদে।

অঙোম চনুদি তু চুংঙি! মমীংতা পিগী ইরা চেল্লি, নুংশিনা হায়রকই—"ইচে, নুয়াম শাফবী পুয়ানু! খম্বলচাওবী, পঙজবী ননাওবু ঙাকপীয়ুকো ! নঙদি অথোইবীনি!"

পুয়ানু মঙক নোম্মী। ঙাকপীরে হায়বনি। লৈমরেম্বীনা থোনগদবা লীক্লাং অদু মহাক্না অঙোম চনুদা শিন্নরিবা অদু নুংলোন য়াম্না লৈ। 'নঙবু ঐনা লৈমরেম্বী হাপলবনি' হায়বগী মওংনি। মসি, মমাসিজদি মুন্না খঙই। মঙক নোম্মী।



লৈমরেন পোংলেনখোম্বী মমীং কুপখিদ্রে। পুমঙক হেক্তা ঙকপ্রে। নুংনৌবী মাগী থম্মোয় থুক লাওই। খঙহৌদনা লাউরকই—"অবোকরেম্বী ...!"

"ঙাকপীগনি ! লৈমাবী!" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা য়াম্না ইংনা তপ্না লেপখৎলগা হায়রকই—"পুয়ানুগী ব্রায়েংশী অমা ওইনা মরিক চুমলবা ব্রাফম খরদং তমজগে।"

"চংথবীয়ু, অয়াবা পীজরি।"

"নুয়াম শাফবী পুয়ানুনা অঙোম চনুগী মরৈ পরেং হুরানখিদে।" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা মখা শমথদুনা হায়রকই—"মমাসিজনা মজাইবুংঙোদা শিন্নখিবা মরৈ পরেং— নিংথেমনা ফনা কুইনা লোংতুনা থমখি হায়না তাজে। কনাদা পীসিগে হায়বদো খনফম খঙলমদবা য়াই। তৌবদি পুয়ানুদা পীগে খনখিমাল্লে নীংজে। তাঞ্জা ফংঙমদবা য়াই। লোংপদগী কাউখিবনিসু হায়নে। সঙ্গাই য়ুমজাওগী ফমেন ফমজাও মখাগী তাবু মনুংদা থমলমগনি। তাবুগী কুফা মখূম ওইরিবা মবুক অদু শোয়দনা হোরমলগনি, হৌরেন অমুক্তং মীৎয়েং তবীয়ু। মখুন অহোবা অদুদগী নাম্বুরক্তুনা লৈখাদা তারক্তুনা লৈরমগনি। উচিনা নত্রগা শবীনা অমুক চেপ্পোকপা ওইরমল্লে... মমৈথংদা লীক পরেং অদু নুয়াম শাফবী পুয়ানুগী মখোঙদা পল্লকপনি, খুদুনা পুরকপনি হায়না তাজে। হৌজিক্তি পুয়ানুগী মখুমক্লা অঙোম চনুনা থোনবীরেদনা। মাগী মরাল লৈত্রে, নহালখে মগু খঙদ্রি হায়দুনা থম্বীবনি, পুয়ানুগী মরাল লৈতে। পুয়ানুনা উৎলিবা থৌওং অসে পুম্নমক থাদোকলে অমসুং কৎথোকলে হায়বগী ঈঙ্গিৎনি!"

"চং সি চং!" লৈমরেম্বীনা মখূৎ থেক্তুনা অসুম্না মথন্তা শোঙ্গে অদুগা হায়রকই—"নক্তেনে, অবোকরেম্বী ! পুয়ানুদি লৈনুং কুফা মনুংদা কমদৌনা থেংনরই, কৈদৌবৈ চংলুরিবা ? কনাগী অয়াবা য়াওই?"

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা চিংলেম্না খুম্মী—"মমাসিজ লৈমাবীনা লম্বী তাকপীখিবা ওইরমাল্লে নীংজে।"

"ঐনা ? ঐবু অঙাওবীরো ?" মমাসিজনা ঙক্তুনা হংঙি।

লাইখোমশঙ হঞ্জবীনা হান্নগুম ইংনা তপ্না হায়রকই—"হৈনৌরেম্বী মখোঙদা পুয়ানুগী শম্লাং কুমখি, খিজরু তাকপীখিবরা ?"

"হোয়নে, অদুবুদি ঐনা হায়খিনে, অবোকরেম্বী !"

"পুয়ানুনা মাগী শন্নাং খিবা চংপদা লৈনুং কুফা মখুল ফংবনি হায়দুনা তম্মী।" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা শমথরকই—"আ য়ৌনা চংলূরগা অমুক চেহ্ন্নোরকপনি। নিংথেমগা উন্নজখিদে, চুম্লতা চংজরুবনি।"

"ইস ! অঙক অঙকপা কুম্মৈ ঙাক্তে !" নুবেশঙলাকপীনা অসুম শোল্লগা মখুং থেকুনা হায়রকই—"চং, সি, চং, চং, সি, চং ! পুয়ানুগী মরাল অমসু হাপচিনখিগদ্রা ? নত্রগা মরাল অমা কোকপীগদ্রা ?"

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"মরাল কোকপগী ৱাফম লৈতে। হেক্কংখিগদবনি। মীক অদু মাগী নত্তে খঙলবদি ফোঙনা পুথোরকলগা লৈমা অমগী খুৎথাঙদা শিন্নরকপা য়াইনা। মদু তৌখিদে। মরাল তরুক অদুম লৈখিনি।"

"অদুদি চং তাইকো !" নুবেশঙলাকপীনা পুয়ানুগী মীচং চংলপ তৌনা খুম্মী।

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"তরেৎশূবা মরাল অমা মশা মথন্তনা শেমজরকই। চং, সি, চং, সি, চং...সি অমুক তারে, অবোকহনবী !"

নুবেশঙলাকপীনা পুয়ানুগী মীচংদা শৌগৎতুনা হায়রকই—"নুপা ৭ লোল্লি হায়বনিনা, মরাল নিপাল সুহল্লসি, অদু ওইরবদি চং অমুক তারেদনা । মাপল সুহনসি হায়রগনা সি !"

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা য়াম্না মতীং শোক্না লাউরকই—"নত্তে নত্তে ইচেমহনবী ! নুয়াম শাফবী পুয়ানু, পুমশেং শেংলিবীনি...!"

ময়াম পুম্নমক তুম্মিন লৈনখি।



মিকুপ অদুদা...

গদক, গদক, গদক...! শগোল থৌজিল্লকপগী মখোল অমা খংতা তারকই। নুপী ময়াম অদো মনা থাংগৎতুনা তানৈ। থোইদোক্না লৈমরেন পোংলেনখোম্বীদি শগোল খোঙথাংদা ঙাওজবা লৈ। অদুগুম্বা, কামোঙদা মশাবী শামু ফাবনা মহাক উন্নবা লাকপদা শগোল তোংলগা হেক হেক লাকই। মবুংঙোনা তোংলম্বা 'শগোল শনাবী'গী খোঙথাংসু মহাক খঙই। অদুনা, মপান্দা তারিবা শগোল খোঙথাং অদু তারুরগা মোমোন তৌই। হেক্ত মশক খঙই। কুপথাং, লনথাং—শগোল অমগা অমগা মান্নদে। মসি মহাক মুন্না খঙই। মাগা য়াম্না নকশিন্নবা অরোননাই খরগী শগোল খোঙথাংসু খঙই। লৈমরেম্বী মোমোন তৌই, হায়রকই—"অবোকরেম্বী ! পুয়ানুবু ঙাইহাক ফমহল্লু, ৱায়েল ঙাইহাক লেপখিসি। নুংবাগী লানপাউসু লাকএ, লমহেনবা লমহেনবী অনীসু ফাদুনা পুরকলমাল্লে।"

ঙশায়দগী লেপলিবী পুয়ানু অসুমক লেপখিগে খল্লি। মবোকরেম্বীনসু কৌশিনদে।

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"কুমু ! নঙগী ননা অসে খত্তখ্রেদকো ! সিননিকো নঙবু লাক্লবা ঙমদ্রিবা !"

পুয়ানু তাই। মহাক্না মপূক্লিংদা শীংদুনা করেমনে—

("ভাইহাত্তং ভাইরে খণ্ডগদবা ! লানগুম ফিরাল থেৎতুনা লাকলগনি... ঐগী শগোল তোংবা সেনাসু, তেলহৈবা তেনশুবসু, তাহৈবা লুরাংতোনসু, থাঙহৈবা লাইনিংথৌসু! অদু ফাওবদংদি ভাইখোকো, লৈমবী!")

য়েম্রেহনবীনা হংলকই—"লৈকোইরেন লৈমবী! লমহেনবা, লমহৈবী অনী হায়বদুবু কনা কনানো ?"

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"সনাগা সনাগা লৌন-লৈনবা য়াদে। ফনমক থাগোইসনাগী য়ুম্লাক খুমুকচম ওইল্লবসু। ঙসিনা লোইরে মন্ত্রিময়ুম মাইপাকসনা ! লমখাংদগী ফাদুনা পুরকলগনি। ঐহাক খঙবা কুইরে। মাইপাক্কী মরাল মপুং ফারে, খৃজিল মনুংদা চংবা তুম শৎলগনি। রাজনীতিগী অচৌবা কিশি অমা থোকলগনি। নিংথেম পিশক লাক্লিভেদা লোইশিনবা তাই। মহাক হেক লাকপদা ঐগী শক্তি লৈররোই।"

থুমজাউরংবীনা নোংশিল্লকই—"অদুগা নুয়াম শাফবী পুয়ানুদি ? নিংথেম হল্লকপা ভায়খিগদ্রা ?"

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"য়াহং অদু থম্বীখো ফমনাইবী ! তু, মাঙদা য়েংবীয়ু চংলকলে খুমন কেংবা, চেংলৈ লুকোকসু। পুরকলে লানপাউসু...।"

খুমন কেংবা চেনশিল্লকই। মবেম্মা খুরুম্মী। লুকোকসু খুরুম্মী।

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"কেংবা ! খুমন কেংবা ! নুংবাগী লানপাউ হান্না তম্মু।"

"মায়পাকলে, মৈদিংঙু নিংথেম অচৌবনা য়াইফরে!" খুমন কেংবনা শমথদুনা হায়রকই—"ম্নাম্বা ইবেম্মাগী মোইথেম লানলোংসু মায় পাকলে। ময়া মরি চিকানা সুমহৎপ্রবা মনাও ইবুংঙো নুংলেনখোম্বা... নিংথেম পুরেললা হিংনা ফারে, নাথুপ নারুম লাম্নী ময়াম্না তেঙ্গোল তাকখাইগ্রে, চীংথক চীংখা মৈগী তেন কাপনৈ, য়ুম, উমং কয়া তাঙ্গোয় ওনখি, কোনুং লাম্নীদি খরা অশোক অপন য়াওরবসু, অশিবদি য়াওখিদে। মনাও ইবুংঙোগীদি পাকতম্ল হাৎপ্রে। হিংহৌবা খরা মনীং তেকথোক্লুনা মায়কৈ সলায় খণ্ডদনা চেন্নপ্রে। মেজর মরিগী লাম্নীনসু তান্না-তান্নদুনা ফনা য়াম্না হাৎপ্রে।

মৈদিংঙু নিংথেম অচৌবনা থৌগল্লোয় কায়দনা মতোনসি খুরুম্মী, মন্দোনসিজশিং কংলি। মতোনসিনা মজাইবুঙোবু নুংশিনা কোল্লগা কন্নী, মকোক নোম্না ধাকা থাঙলেন শিন্নরম্মী, অমুক লাকলরোই, থাদোকপীরো ধাকাদা খুন্দাদুনা লৈপ্রগে হায়জে। মজাইবুংঙোনা ময়াম্নুং লানচিং পুরেলদা হঙ্গৎচৈ। ময়াম্নুংনা পুকফবা মনাওগী ঈঙ্গিং খণ্ডদুনা মতোনসি থাদোকপ্রে। ইস ! কয়া নুংশিপ্রে ! নিংথেম মপা মচা অহুম থৌগল্লোন ভাকনৈ। পুল্লপ কোন্নদুনা কপমিন্নৈ। মতোনসি মনীংওন্দুনা মন্দোনসি মপাল পুরগা খোঙশানপ্রে। অচা অথক, ভাকমী থাখি। মজাইবুংঙোনা মতোসিবু 'ম্নাম্বা ধাকা তাবা'গী মিংলেন মুথৎপ্রে হায়দুনা খনবা য়ারে, মমাসিজ ! লানগুম ফিরাল থেৎলবা লাম্নীশিং হংচিংতি থৌরকলগনি।"

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"নুংঙাইদা কেংবা ! ইচা নিংথেম অচৌবগী অহান লান মায়পাকলবা ! লৌশিংনা শামু ফাই হায়বদো অসিনিদো। ঈমু নাইমু তাবসে পামদ্রবনিনে।"

"অচুম্বনি, স্নাখ্বা ইবেম্মা!" কেংবনা খুম্মী।

"কেংবা! নঙনা ঙসি ফাওবদা তৌরকপা থবক অসি থাগৎনিংঙাইহনি। মনা কয়াসু পীখ্রে।" লৈমরেম্বীনা মখা তানা হায়রকই—"অরোইবা ওইনা মনা অমসু পীগে খল্লি, নঙ লৈখোকো। মীৎনা উহৌবা হকথেংমী (সাখী) ওইনা ব্রাফম অমতংদি পীখিবা তাইদো।"

"ফগনি, স্নাখ্বা ইবেম্মা!" কেংবনা হরাওনা খুম্মী।

লৈমরেম্বীনা চেংলৈ লুকোক্তা ওনশিন্দুনা হংঙি—"চেংলৈ লুকোক! নঙগী পাউ অমুক তম্মু।"

চোংলৈ লুকোক্না তম্মী—"লৈকোইরেনগী লীলহাখোং মনাক্তগী ফাদুনা পুজরকলে। শগোল তোংলগা চেলম্মী।"

পুয়ানুনা মরক থৎতুনা খুমনিংঙি—

("ঐদি নহাললনা খঙইনা! ঐবুসু হৌরম্বনি, স্নাখ্বা মাইপাক্না। ঐনা থাগোইদা ঐগী পুন্সিগুম মওং চারোই, য়েক মশেন নুংশিনরুন্নু হায়বীবনি। য়াদে, লমহেনবী অদো। করি থোকএ। ঐগী ইহুৎ শিন্দুনা লৈনুংশঙদা থাগোই থম্মু, লুব্রাংতোন হেক লাকপগা লুহোংবীয়ু। অদু, স্নাখ্বা মাইপাক! ঐনা কয়ারক হায়বীদ্রা? কাঙখাদা চংবা লীনদি হাৎপা তাবনিদো। নৎত্রগা আদা... শোয়ব্রা য়েংঙুদো!")

চেংলৈ লুকোক্না অমুক হঙ্গৎচৈ—"স্নাখ্বা ইবেম্মা! লমহেনবা লমহেনবীদো পুশিল্লরকউ হায়ব্রা?"

লৈমরেম্বীনা খুদক্তা য়াথং পীরকই—"পুশিল্লকনু মশক য়েংনিংদে। চৎলু, নখোয় মঙা তরুক। মাইপাকপু মরু কোকউ, মখূৎ তুংবুংনরগা চেলহল্লু। শগোলনা তান্নৌ—শুগুনু য়ৌহনখো। লুব্রাংবীদা থাগোই শিন্নখো... নুয়াম শাফবী পুয়ানু লৈরম্বা লৈনুংশঙগী মফম অদুদা নমশিন্দুনা থম্মু, হায়য়ু। লুব্রাংতোন লাকপগা লুহোংগনি। চৎলো চৎলো, নঙদি য়ারে। অদুগা, লুকোক!"

"স্নাখ্বা ইবেম্মা!" লুকোক্না লুরুক্না হঙ্গৎচৈ।

"নারং কোঞ্জিলদা শাবল লৌ পরি মঙা লৈবনি, নহাক্কী মনা ওইজরো!"

"ইকোক থোংনা য়াজরে, স্নাখ্বা ইবেম্মা!"

লুকোক থোকখ্রে। কেংবদি লেপহৌরি।



"স্নাখ্বা ইবেম্মা! ননাই ঐখোয় লাকচরে।"

ব্রাংকোন শঙগী চাবোকপী মাইবী অপাবী অমদি মায়য়োক্নবী অমুবী—লৈমরেম্বীগী মমাঙদা নোল্লুক্না লেপলৈ। লৈমনাই অমনা ফিয়োম অচৌবা অমা পায়রকই। মনাক্তা চপ লেপ্পী। য়াথং ঙাইজে।

শিংজিং লৌবা চংখিবী লৈমনাইসু চংশিল্লকলে,নোম্লুক্লা হায়রকই—"স্নাখ্বা ইবেম্মা ! শিংজিং পুজরকলে।"

"থম্মু থম্মু, মকম চানা।" লৈমরেম্বীনা মখা শমথরকই—"পুয়ানু ফজবীগী অকুং অত্তোং নাইরবা হকচাংদা শিংজিংনা শিংলগা বা ভাংদবরা য়েংসিদো।"

"ননাই ঐখোয়বু করি তৌজৌ হায়বনো ?" মাইবী অপাবীনা অমুকসু হঙ্গংলি।

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"থাণ্ড কাত্তি, লাই কাণ্ডখল অচৌবা সুনা পুরকইকো ?"

"অহোয়, স্নাখ্বা ইবেম্মা!" অপাবীনা খুম্মী।

"কাণ্ডখল অত্তৌবা অপাবা, মপান্দা হকচাং উবদুনিকো?" লৈমরেম্বীনা হংলকই।

"অহোয়, স্নাখ্বা ইবেম্মা!" অমুবীনা খুম্মী।

"ফম্মু, ইমা মাইবী! মতাং ৱাংলি, ঐ হায়রক্কে। লৈমরেম্বীনা শমথরকই—"কেংবগী মচীন হান্না হংখিগে, মনাসু অচৌবা অমা পীখিগে।"

খুমন কেংবা ইণ্ডক ণ্ডকই। মক্লাক নীকই। মশা পুম্বসু নীকই । মীপাইরকই। মখূৎ লোন্নদুনা হঙ্গংচৈ— "স্নাখ্বা ইবেম্মা ননাইবু...।"

পুয়ানুদি করিসু থৌশাদে। কেংবা অমদি মাইবী অনীবু চেপথরপ তৌনা য়েংণ্ডি। অসুমা হায়সিরা খল্লি—

("হে কেংবা ! ণ্ডসিদি নহাক কমলবা য়াইদো! অদুগা, মাইবী অখৎপী অনী ! ণ্ডাইয়ু ণ্ডাইয়ু, লৈমাবীগী য়াথং, ঐসু ণ্ডাইরিবনি, অরোইবা তাক্কক ! ণ্ডাইমিন্নসিকো!")

য়েন্দ্রেহনবীনা হৌদোরকই—"লৈকোইরেন লৈমাবী ! মরক থৎনা করিগুম্বা অমতং হঙ্গৎচগে হায়ববু।"

"তাকপীয়ু, ইচেবেম্মা!" লৈমরেম্বীনা খুম্মী।

য়েন্দ্রেহনবীনা কোথদুনা হায়রকই—"পুয়ানুগী মরাল তরেং হায়বসিবু করি করিনো ? অমুক্তং লাউখোকপীহৌবনা ফগদ্রা ?"

"চুম্মী চুম্মী, হয়েং তুংদা মীৎ নাকোং ওইহৌনবা, মীপুম তিংনা খণ্ডহনবসু চুম্মী।" লৈমরেম্বীনা অসি হায়রগা মাখোং হঞ্জবীদা ঈঙ্গিৎ পীরকই—"মাখোং হঞ্জবী !"

"ঐ হায়জগে পুয়ানুগী মরাল!" মাখোং হঞ্জবীনা খোল হৌরপ লাউখোরকই—"নুয়াম শাফবী পুয়ানুগী অহানবা মরালদি, মহাক য়েক মচা ওইবা অসিনি। মহাক্লা নমথাক তৌদুনা উং চাইখি, লৈমরেম্বী ওইনবা হোংনরম্মী। মসিনা অনিসুবা মরালনি। অহুমসুবা মরালনা অত্তোম চনুদা হৈক্লাং উংতুনা তেমশীংনখি। মরিসুবা মরালনা নিংথেম শিশক্পু পাউখোক্তুনা অহিং মীহুৎশিনবী ওইদুনা থৌগল চংণ্ডি হায়বগী তোকণ্ডা শন্দোকখি।"

"মঙাসুবা মরালদি ঐ হায়গে।" লৈমরেম্বীনা মাখোং হঞ্জবীগী ৱাণ্ডাং চীনবাল মুনবা ওইনা হায়রকই—"রাজসিংহ নিংথেমতোন, পুয়ানুনা থাদোকখি। লৈখোম লৈনাংনা,

নাপীশিংবীনা নিংথেমঅেন শারগা ওবোংখাউদা হাপচিল্লগা তুরেলদা থাদখি। পওইদা, তেনশূবা! পুয়ানুগী খুঙ্গিল্ল থৌরাংদা থাজবা মাওহল্লবা ! যুগ পুরবী মাইস্না পোংলেম্বীবু নমথাক তৌগনি খঙ্গবা শারিবা! হা কেংবা ! হা পুয়ানু ! রাজসিংহ হিংলি। লুবাং চোলোনা ইরপুনা রাজসিংগী মহুৎ শিনখিবা ওবোংখাউ খুজংতুনা পুরকলে... ওবোংখাউ অদুম্মকী মনুংদা মহুৎশিনবা তাই... খুমন কেংবা অমসুং নুয়াম শাকবী পুয়ানু!"

কেংবা অমসুং পুয়ানু মমীং কুপ্পুনা য়েংনৈ। কেংবদি চেংথৈনা নীকল্লে। পুয়ানুদি করিসু থৌশাদে। মহাক শিরবসু পেঙ্গরে খল্লি। মতৈমাগী নুংশিবা মশক খঙঙ্গবা অমদি মৈদিংঙু চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বগী তাংলবা মপারি অমা মতম চানা মথবায় কনবীদুনা হিংহনখিবগা লোয়ননা অচুম্বা মায়কৈদা খুদা লৈতাহনগ্রে হায়বগী নুংঙাইজে। মতৈমা হাৎপ্রবা মতুংদা মনাও ইবুংঙো রাজসিংহ তুম্মিন্না লৈরোই হায়বসু পুয়ানু খঙই। লৈমরেম্বীনা তোঙানবা অরোন নাই অমুক থাদুনা ঈনুংদগী ওবোংখাউ খিহনগনি হায়বসু পুয়ানু হান্না খঙই। তেনশূবদি পুয়ানুনা সুমহৎখি, অদুক হাক্লা কুপশিনখিদে। হৌজিক্তি, করি থোকএ, ফারেদনা !

খুমন কেংবা চেনশিল্লকুনা লৈমরেম্বীগী মমাঙ খূরু খূদক কুপ্দুনা হয়রকই—"শ্নাখা ইবেম্মা ননাই খুমন কেংববু ঙাকপীয়ু। চহী কুন্থা হেন্না অরোন-নাই ওইজরকলবনি। নোংমতসু লৌনম নমথাক তৌজখিগ্রি।"

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"কেংবা ! খুমন কেংবা ! ঐ নঙবু থাজে, থাজদুনা লাকখিবনি। মীহাৎ খোঙচংকী বারী, সরক হোবা লৈ হায়বা ঐ খঙই । তেনশূবা পুয়ানুগী লোল্লা, লোনথুম, লৌঅংশঙদা লমদনবগী থৌদোক বারী... নঙগী পাউদা য়াওদে, লৈখোম লৈনাং, থৌদু নুঙনা রাজসিংহগী অশিবা হকচাং শাখিবা নহাক উহৌদবরা ? অহিং অদুদা ঐনা মীতোপ অমসু থাইদো, মশক মমিংদি তাকলরোই।"

"ননাই লোয়না উজহৌই, খঙজহৌই।" খুমন কেংবনা অমুকসু হঙ্গংচৈ—"ননাইবু হাংকনি, ঈ চুপকনি হায়দুনা কিহনখি।"

লৈমরেম্বীনা হংলকই—"কনানা ? কনানা নঙবু কিহল্লিবা ?"

"অহিং অদুগী নোংথাঙলৈমা, শরূচাবীনি হায়দুনা মশক তাকচখি।" খুমন কেংবনা খুশ্মী—"মদুদা ননাইদি কিখিবনা... থৌদোক বারী খরা লোৎচগ্রে, মতুংদা অমুক তৌজররোই, থবায়দদি কনবীয়ু!"

পুয়ানুনা কেংবগী মতৌ অদুদা নোকনিংলকই। মহাক্লা করিগুম্বা মতা চাবদগী লৈমরেন কৈফাবী ওইরকলবদি কেংববু চৈরোক পীবগী বারেপ, মাগী নুংবাখলনা লেপ্পুনা থমজখি। বাখল বারেপ য়াংবদি মনেমসিজদগী মহাক্লা য়াম্না হেল্লি।

লৈমরেন পোংলেনখোম্বী মঙক হাইরকই। ওইহাক খল্লগা হায়রকই—"মীরৈহৎ অমুক্তং ওইগ্রবদি... কোনুং মনুংগী অরোন অথুম, লৈঙাক লানলোং, মুন্না খঙলবা নিংথৌনাইশিংনা মথৈদা য়েক্লবগী মীচং অমুক চংখিবা হায়বা অসি শোয়দ্রবনি ! পীবা তাই, রাজদন্দি ! মসি অবাংবা থাকী রাজনীতিনি !"

খুমন কেংবা হেন্না হেন্না মশা নীক্ল হঙ্গৎচে—"ম্নাখা ইবেম্মা...! ন-নাইবু অমুত্তংদি কনবীয়ু! অমুত্তংদি কনবীয়ু...!"

লৈমরেনবীনা কাওথত্তগী লাউথরকই—"লুখোই ওানবা! লাও চংলকউ, শাফবা, থেম্বুং, শকখিসু!"

লুখোই ওানবনা লুচিংদুনা মশা মউ ফরবা শওলিংবা মরি খুদক্তা চেনশিল্লকই। লৈমরেম্বীগী মমাওদা লুরক্লা য়াথং ওাইদুনা লেপলে।

লৈমরেম্বীনা খুদোম্বী থিন্দোক্তুনা হায়রকই—"মীরৈহং অসে ওাকপীবা য়াদ্রে! নিংথেমতোন রাজসিংহগী মহৎ শিন্দুনা ওবোংখাউদা মখোও মখূৎ পুল্লগা হাপচিল্লু, নুওদুম অচৌবসু। কোনুং মীহাৎকী চৈরাক পীরবনি, ওসিমক হৌজিকমক নম্বুল ঈরেলদা! অদুগা নখোয়সু খওঙু চৈরাক অসে!"

"ফগনি, ম্নাখা ইবেম্মা!" লুখোইনা খুম্মী।

খুমন কেংবা লাউখোংদুনা কল্লী। পাম্বৈ লৈতে। লুখোই ওানবনা মচীন মেনম্রে, ফিবুল নমম্রে। মখোও মখূৎ পুনশিনম্রে। লুবাং চোলোনা নুংদুম অচৌবা অমা পুশিল্লকই। ওবোংখাউ মনুংদা খুমন কেংববু নুংওদুম অচৌবা অদু কোলহন্দুনা হাপচিনম্রে। খাউমাই পুনশিনম্রে। শাফবনা মরেংবান্দা ওাবোংখাউ অদু থোংগৎলগা পুথোকম্রে—খুমন কেংবা! ময়ামসু মপান থোকম্রে।

ব্রায়েলশও মনুংগী নুপীশিং কিবনা চেক মোক লাউখিদ্রে।

অদুগা পুয়ানুদি ?

মচীনদা মখোল থোক্লা হায়জবদি ওমদে। মাদি অকি তুংজুংবা পোক্তে। অহোইনদুম করেম্নদুনা কায়না পাউমেনজে, নুংগী খোম্থোক্লা—

("নুংশিদা! চংলোকো খুরা কেংবা! নচাদি ওাইহাক লৈহৌখিগে, ইশাবী ইবুং তেনশূবা ওাইজখিগে। থায়নগী নুংশি পুংবানি। ওবোংখাউ অমদা পুন্না হেক্তা লাকমিন্নজরগে। নম্বুল ঈরেল মনুংদা অমুক উন্নরসিকো!")

"মসিনিদো, পুয়ানু! কোনুং মীহাৎ!" মাখোং হঙ্গবীনা পুয়ানুদা ওনশিল্লগা নোকফেং তৌনা লাউরকই—"নওগীদি ওবোংখাউ অমদা, অনী পুল্লবা য়াই!"

মফম ইখও খওহৌদনা পুয়ানুনা মচীন লেওদুনা ব্রা ওাংলকই—"খৌরাংনা ওাইজরি, কোনুং মীহাৎ! নুংশি লানগী অরোইবা ব্রায়েল! য়েংসিদো, মাখোং হঙ্গবী! ঐহাকসু লৈমরেন কৈফাবীনি। নওবুসু লোই থাবীরমগে। হিদং খোইবগা লোয়ননা থাজাদা নুংওাইনা লৈজক, ওা ফাদুনা, ঈল চিংদুনা। অদুগা থুমজাওরংবী! নওসু দুহোন য়াইমগা লোয়ননা চংলুকো, কুম্বীদা! নুংশি পুংবা হাৎপদি হৌনদে, ঐগী ব্রায়েলদি, তোওানবনি। নিংথেমশিংনা হন্দোপীরমলবী নিংথেমনুবীশিংগী অনৌবা লাইবক শেম্বীরমগনি। থুংনজসনু! অনীসুবা পম্বুং। চংথরকউ হঙ্গবী! ঐগী তরুকসুবা ইরাল!"

মাখোং হঞবী অমসুং থুমজাওরংগী থোক থোক মরু লুকথখি।

"ইস ! নুপীসিদি কৈনিনে।" লৈমরেন্বী পোংলেনখান্নী মথবাক য়ৈজে। ম্বাহে মখাতাবা ওমখিদ্রে।



"পুয়ানু ব্বা ঙাংলে, ব্বা ঙাংলে !"

লৈমা নিংথেমনুবী ময়াম্না খোঞ্জেল অমতা ওইনা লাউরকই—"নুংঙাইদৌরে, অরোইবা তাক্কক !"

"কৈফবীনা ওন্না, পোংলেন্বীনা ওন্না, য়েংনবা তাইদনা।" লৈমরেন পোংলেনখোন্বীনা অসুম্না অমুক ব্বাহৌরগা মখা তানা শমথদুনা ঙাংলকই—"নশানা মোংলুরে, নরাল লৈরে খঙজরবী ফমনাইবী নিংথেমনুবী অনী, শেংলবা কাওথক্তগী কুমথগ্রো, হয়েং ইনুং হেক ঙানবগা 'নঙ, নঙগী' কোনুং লুথুম্না পুরগা লোই কুমগ্রো—কৈফবী পুয়ানুনা পীত্রিবা ব্বায়েল, লৈমবেন্বী অমনা পীবনি হায়দুনা খল্লু। নখোয়গী থৌদোক, মহাক্না হকথেংমীনি।"

"ইচে, নুয়াম শাফবী পুয়ানুবু ম্নাম্বামাসিনা অদুম য়ারিনে, মনুংদদি।" লোংজম চনুনা মচেম হঞবী অঙোম চনুনা তান্নবা হায়রকই—"অরোইবদনে, শূমদিল লৈমরেন্বী পীখিদৌ মানগ্রেদকো, সৈতা !"

"অঙোম চনুনা নাসোন তপ্না খুপ্মী—"হোয়নে, লোংজান্বী ! ঐসু অদুম খল্লিনে। হোয়দা, লৌজগ্রসনু, ব্বাজরকলবীনি, ঐনা মাদৌনা তৌরব্বা ওমপোং নত্তে। ঙসিদি মাবু য়াম্না নুংশিরকই। মাবু লাল্লা খল্লুবা চুমগ্রে। য়েংঙুদনা, মনাওনুপী অমনি হায়দুনা মমাসিজ লৈমরেন্বীগী লীক্লাং ঐঙোন্দা থোনবীরিসে। য়াম্না নুংলোন লৈনে।"

লোংজম চনুনা হায়রকই—"অচুম্বনি ইচেমসি ! মহাক অরানবা চুমথোকপা লাকপীনি। কংথোকপা, থাদোকপা হালেংদবীনি !"

অঙোম চনুনা অমুক হৌদোরকই—"লীক অসে ইচে পুয়ানুদা অমুক পীগ্রসিরা ?"

"কয়াদা নুংশিগ্রবা মতৌনো ? মাগী ওইফম থোকই।"

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"পীরুনু, পীরুনু, অঙোম চনু ! য়েংথোকো মাগী অরোইবা কুপ্মে। মরম লৈনা নর্ঙোন্দা পীরিবনি। কৈনো অমা তৌদৌরি, নঙোন্দা পীরমদৌরিকো।"

"করিবো ?" অঙোম চনুনা খঙনিংনা হংঙি।

লোংজম চনুনা পাংশিল্লকই—"য়ুরম্বা য়াই তিংখংনা, শিরবা মতুংদা। নংত্রগা লৈমরেন্বীগী ফম !"

নুবেশঙলাকপীনা ব্বাতেম্মী—"ঙাইখোদা ইশূপা ! ননেমগী ব্বায়েল তাখিসি। কুইররোই, লোইরগনি, ঙাইহাক্ত ঙাইরে।"

মাখোং হঞবী অমসুং থুমজাওরংবী ফমনাইবী অনী মরু লুক্না কাওথক্তগী কুমথরকলে। মমায় ঈচপ মুক ঙাংঙি। থোঙজাও তম্না চংলি।

"ফমনাইবী অনী! অবোকহনবীগী মনাক্তা ফমখো।" লৈমরেম্বীনা লাউথবকই—"নুয়াম শাফবী পুয়ানুগী অরোইবা ব্রায়েল লোইবা ফাওবদি অখোদনা।"

নুবেশঙলাকপীনা ফরক ফুদুনা হায়রকই—"য়ারগা পুয়ানুসু য়াওনা নখোয় অহুম পুন্না হেক চংমিন্নখো।"

লৈমরেম্বীনা অমুকসু নোংশিল্লকই—"ফমনাইবী অনী! নশা নশাগী অরোনবা নরাল য়াজরেকো?"

মখোয় অনী মমায় ওনশিল্লকই। বা ঙাংদে। মঙক নোম্মী। কাকচেং টিম্দুম্বীগুমা থৌরম্বী মাখোং হঞ্জবী মমু শংতোকপীগ্রে। থুমজাউরংবীগী মতিক ময়াইসু ময়াই চমগ্রে। মখোয় অনী ঈকায় ঈকায়না নুবেশঙলাকপীগী মায়কৈরোমদা চংশিন্দুনা ফমগ্রে। মমায় হায়গংখিদ্রে। পুয়ানু অসিতগা লোই থারবদি ফনিদা হায়দুনা মবানীনা খল্লি।

"ব্রায়েল মখা চংথবা ওইনা চাংয়েংসু হৌরসিকো, অবোকরেম্বী!" লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"পুযানুগী মরালশিংসু অমুক্তং হায়জরকখিগে।"

"চংথবীয়ু লৈকোইরেন লৈমাবী!" অবোকবেম্বীনা খুম্মী।

লৈমরেম্বীনা হায়বকই—"পুয়ানুগী তরুকসুবা মরালনা লীক হুবানবা!"

"মদুমা ইনেমদি য়াজনিংদে, লৈমাবী!" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা ব্রায়েং থাংগৎতুনা হায়রকই—"পুয়ানু মখূৎ শাংবী নত্তে, পুকচেল শেংবদা চন্দ্রনদীগী ঈশিংদগী হেন্না তরু তরুই! মহাক্রা লীক খুল্লকপগী ব্রাফম ঐঙোন্দা তমলৈ, হন্দোকপীখো হাযদুনা ইনেমদা খূৎশিন্নে। ঐনা লীক অদু পুরগা নিংথেম পিশক্তা পীরুই। নিংথেমনা নুয়াম শাফবীগী ওইজরো, মপু অশেংবদি মহাক ওইবা তারে হায়দুনা পীথোরকপনি। নুয়াম শাফবীনা মমীৎতা পি শিঙ্গুরগা মমাসিজগী মগুন লৈরবা মরৈ পবেং লাইবক কংলগা শিজখিবনি। মঙাসুবা মরাল ককথৎচরেকো!"

"ফজেনে! ঐগী ইশু নিংথেম পিশকসু!" নুবেশঙলাকপীনা মায়খোং মকা লাম্না নোকফেং তৌরগা হায়রকই—"মপাই মচা, ঙগী ঙহেনি, লীক খুগী চুম্মী। পুয়ানুগী ঙকশমদা সনা খূৎনা হেক থোনবীরম্মদিকো!"

লৈমরেম্বীনা মচীন খুমলপ তৌরগা হায়রকই—"ফরক হৌরকখিনু, অবোকহনবী!"

অঙোম চনু ঈকাইজরকই। মঙক্তগী মরৈ পরেং অদু লৌথোক্লগা পুয়ানুদা অমুক পীথোকখিগে খল্লি। মতৌ অদু পুয়ানু ঙই। মঙক হায়রকই। নোকফেং তৌরগা মখূৎনা অদুম শিয়ু হায়দুনা ঈঙ্গিং তৌরকই। অঙোম চনু পেঞ্জে।

মনাও ইবেম্মা অতৈসু মমীৎ ইরা চেন্নে।



"ইমা মাইবী!"

লৈমরেন গোংলেনখোম্বীনা খোল হৌরগ্না হায়রকই—"লাই কাঙথল খনগৎলু। লৈমনাই মরিবু চুথেক থৌরী পায়রগা লেপহল্লু। পুয়ানুবু মনুংদা থম্মু।"

ময়াম পুম্নমক খংগ্রেক খংনৈ।

পুয়ানু পার্খংপীদে। নুংখন্না খুমজে—

("লাইকাওখল মনুংদা লৈবদি য়াম্না নুংঙাই হায়বদাই ? কাওসু চিকলরোই। ময়ামগী মীয়েংফমসু ওইররোই। ঈকায়বা ফরনি। থাকন ৭ চিংখৎলনে। ঐসে থাকন মখাদা লৈবা য়াবা লৈমনিনে, লৈমা!")

"ইস ! ইচে পুয়াবু লৈমরেম্বী হাপখিদৌরেদো।" লোংজম চনুনা শোম্বাংনা হায়জে।

"হাপত্রসনু ফরেদা!" অঙোম চনুনা খুম্মী।

চোংথা অহলনা পাংশিল্লকই—"ঐখোয়দগী হেন্দোকপ্রবী নুপীনি। য়েংঙুদনা, পোংলেম্বীগা লম্না তৌরি।"

"লৈমরেম্বী হাপ্পসি অসুম তৌবোইরে।" হাওবম চনুনা শোজে।

"উম ! শিংজিংনসু শিংলি হায়নৈ।" চোংথা নহানা খুম্মী।

"ইস ! শিংজিংনা হাকচাংদা ?" কোংখাম চনুনা ওক্নুনা হংজে।

"ঐদদি লৈমরেম্বী ওইজরোইকো!" ওইনাম চনুনা হায়জে।

নুবেশঙলাকপীনা বাতেম্মী—"ঙাইখোদা ইশ্শা ! ঐদি তুদুম চুংঙি। মাইবী অসে থাঙ কাতিসু পায়রিনে, মরু অমুক কোপীদনকো!"

লৈমরেম্বীনা হায়বা অদুমক মাইবী, মায়য়োক্লবী অমদি লৈমানাইশিংনা তৌরে। চুথেক খৌরী পায়বী মরিদি মমীৎ উইশিল্লি। পুয়ানু লাইকাওখল মনুংদা লৈব্রে। ময়ামগী মীৎয়েংফমদি হেন্নবু ওইরি। মপান্দা মাইবী অমদি মায়য়োক্লবী লেপ্পুনা লৈ। য়াথং ঙাইরি।

পারবা, য়াম্না পারবা লাই কাওখল মনুংদা পুয়ানু অদুমক লেপলি, মচি লেঙদে। মপান্দগী মশক মশা, মমি সামি ওইনা উই। মৈঙাল ফংঙি মথক্তগী। লময়ৌনা ফজরবী নুপী অমা কাওখল মনুংদা লেম্না অদু কয়াদি ফজপ্রবা!

য়োইবু য়োইহৈশিং অমদি ফমনাইবীশিং অসিগুম্না থৌওং অমুক্তসু উম্রি। লৈমরেম্বীগী বাখল পোৎমিৎ—খঙবা ঙমদে কনাসু। মতীং লৈবী অসে লৈমরেম্বী হাপ্না নত্রগা শিংজিংনা মতীং য়েংবা অমদি তৌদৌরিব্রা ?

অদুঙে, সোরারেন ওংবী কোম্বৌজম চনু তম্ফাবু নোংথক্তগী লাইয়াম উদনবা লাই থাকন নত্রগা লাই কাওখল খল্লগা মপামগী কালে, চকলেন পীজখি। থৌদোক বারী অদু য়োইবু য়োইহে নিংথেমনুবী অরিবী, অনৌবী ময়াম নীংশিংনৈ।

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"ইমা মাইবী ! কাওখল মনুংদা লেঙশিল্লু, মাইবা কাঙলোন থাদুনা মিহুন কাঙলোনসু য়েংঙু, হায়নখিবা লৈ, অবোকরেম্বীগা ঐগা।"

"হায়নখি, হায়নখি, মীহাৎ খোঙচৎকী অহিংদা!" অবোকরেম্বী লোইখোমশঙ হঙবীনা শমথদুনা হায়রকই—"অমাইবী ! মুন্না য়েংঙু, মুন্না য়েংঙু... নুয়াম শাফবী পুয়ানুদি পুমশেং শেংলবীনি!"

লৈমরেনবীনা নমহং হংলকই—"পুয়ানু! নুয়াম শাবনী পুয়ানু! অহিংদা লাইবার চংলুরবী, লানথেন্নী! করিগুম্বা ... খুদম কংলবদি ঐনা পীবা চৈরাক নহাক য়াজবা ডাইদে। নঙগী য়ায়েংগী অবোকরেন্বীনা হায়রিসে চুমদি চুমনিকো ? হা! নঙবু শেংলিবীরনে ?"

পুয়ানু খুমদে। মঙক নোম্মী। নুংথয়ে—

("ঐমুক পুমশেং শেংলবীবু কনায়দা লৈরিবগে ? ঐদি শ্রীমতী রাসেশ্বরীনি! ঐগী ইবুংঙো শ্রীগোবিন্দ লাইনিংথৌগী মথমদা থবায় হুকচাং কংথোকপ্রবনি। হে! মাইবী অখংগী! থাজদ্রগা য়েংজৌসে...ঐদি করিসু ঙিকাইবীদে। নোংমসু, কুয়োম খোকপ্রবী কেতুকী লৈরাংগী পাংথকুম লেপচখি... !")

মাইবী অমসুং মায়য়োক্রবী—লাইকাওখল মনুংদা চংগ্রে। মাইবীনা পুয়ানুগী মমাঙদা লেপুনা লুমশিল্লি। মনীংদা মায়য়োক্রবী লেপুনা লুমশিল্লি। খা-ৱাং নাকচেক্তা হায়কেংতনি উরিবা, মমি সামি। ৱায়েল অরিবী লৈমশিং তুজুংনৈ। থক্রনা মমীং উইশিন্নে।

কাওখল মনুংদা মাইবী অমদি মায়য়োকয়া বী—ৱাহং পাউহংনৈ। মপান্দদি তাবা নস্তে।

মাইবী অপাবীনা হংলকই—"অমুবী! তুংয়ান মওং কমদৌরি ? ফিভম কাইব্রা ?"

"ইমাবী! (ইমা মাইবী) পুন্নুমনৈ।"

মাইবীনা হায়রক্ই—"নৌরিদনা। সোমদা লেপ্পুলাও অমুবী, ঐ থাখোং য়েংগে। হৈরাংখোই য়েংগে।"

"ফক্নি ইমাবী!"

মায়য়োক্রবীনা পুয়ানুগী মমাঙদা লেপলে। মহাক্না পুয়ানুগী থজিন নাচেংতগী, ফনেক ফিজিল লৈথখি... চরৈ নমথাং থাদখি, মালেম লৈমা মতম্পাক্তা! মায়য়োক্রবীনা লুমশিল্লগা লেপলিবী মাইবীনা, পুয়ানুগী মায়খোংদগী, হৈরাংগোই চীন্দুন্নী ফাওবা য়েংথরকই, নাসোন তপ্না শোঙ্গে—"খুংশাই মমি অপ্রেনা, খোইমিং কারে হৈরাংগোই!"

পুয়ানুনা মতৌ য়েংগে খন্দুনা নোকফেং তৌনা খুম্মী—"উম্ম! ইমাবী! মোন্দুম কোন্দুনা তুমজখি। মহে য়াম্না লুপ্না উপালদি মরু লুকইদো!"

"হে চীম্বিবী! নুপা কয়া সুই ?"

"তরেৎ!" পুয়ানুনা খুম্মী।

"কনা, কনানো ?" মাইবীনা হংঙি।

"লংমাইজিং, নিংথৌকাবা, লৈবাকপোকপা, ইমশকৈশ, শগোলসেন, ইরাই, থাংজ।" পুয়াননা করেম্মদুনা খুম্মী।

"নঙ! নঙ! লেম্বুংলুরা ?"

"ইমাবী! নুমিৎ ৭নি লৈমিন্নরক্ই হায়বনি।"

"ও! ৱাঙাং হৈদা। কনাগনো ?"

"চীংনুসনা লোকনুংদা কোলোয় মিংলেন ইক্না য়েংঙুদনা ?"

"মসিদি, অরাইবী ওইরোইসে।"

"অদুনবু, য়ায়েলশঙ য়ৌরকপনি।"

"শাবাকনৌ!"

পুয়ানু করিসু চিংনবা লৈতে। মাইবীগী পাউত্তক ইল্লি। মাইবী কুম্থি। মায়য়োক্লবীনা খনবনি। কনাসু করিমত্তা উহনদে। উহনবসু য়াদে। অয়াংথাক্কী কোনুংলোন চাংয়েংনি। থৌগল্লোন কায়বা য়াদে। মাঙদা শৃমদিল লৈমরেম্বী লেঙশিল্লি। ওংলৌ কয়াৎ ফোঙনা উহনবসু য়াদে। মাইবীনা য়াম্না চেকশিন্না হোৎনজে। য়াম্না কুপ্না য়েংঙি। খুদাং মিহুন য়েংঙি। খোইজিখাগী মিহুনসু য়েংঙি। পুকনোংত্তা মাদুনা কাঙলোন খোঙকাপ মিহুন য়েংঙি।

মাইবীনা হংলকই—"কনাগীনো?"

পুয়ানু খুমদে। খুদোম্বীনা কাঙখল মথক্তা থিনগৎলি।

মাইবীনা নাসোন তপ্না চৈরকই—"হাই, হম্বোইবী!"

মায়য়োক্লবীনা হংলকই—"ইমাবী! মাইসিবু করি খুদমনো? করি হায়রিনো?"

"খঙদে খঙদে, ঙাওশিন্নবিনি।" মাইবীনা খুম্মী।

"লোইরবনা, ইমাবী!" পুয়ানুনা হংঙি।

"লোইরে, নফি নরোল চিংখৎচৌ।"

"চিংখৎলকউদনা, নখোয়না চিংথখিবনি।"

"কয়াদা মরৈ মরা হৈত্রবীনো?"

"হেক হায়দোকপদনে, ঈ চুপকনি!" পুয়ানুনা কিহল্লি।

"হা! ঈ চুপ্না?" মাইবীনা কিতক হংঙি।

মাইবী অমসুং মায়য়োক্লবী খংকি কিশিল্লকই। মখোয়সু নুয়াম শাফবীগী মতিক থৌনা, মমিং তাপ্রবনি। কেংববু ঙবোংখাউদা নমলগা পুথোকখিবসু উহৌরিবনি। নুয়াম শাফবীগী লাংথাক কুম্মেদা কেংবা কমখিবনি হায়বসু খঙহৌরবনি। মখোয় অনী মকোক চিকলে। মায়য়োক্লবীনা পুয়ানুগী চরৈ ফিজেৎ হান্নগুম নীংথিজনা শেৎচিনবীম্রে। মাইবী মশান থোকম্রে। লৈমরেম্বীগী মমাঙদা লুরক্লা লেপ্তুনা লৈরে। মাইয়োক্লবীসু থোরকলে।

পুয়ানুদি লাই কাঙখল মনুংদা লৈরি।



"ইমা মাইবী! লোইরব্রা?"

লৈমরেম্বীনা নমহং হংলকই—"কোংবা লৈথোক ফাংপদি করি খুদম ফংবনো, তাকপীয়ুদো, লৌথুপ লৌকোই য়াওদনা।"

মাইবীনা খুম্মী—"কগনি, য়াম্বা ইবেম্মা! মথং মথং পাউদমজগে, চিংন-পায়ে থাংবীনু। থাকন হায়গংগা য়ারগনি।"

মমীৎ উইশিন্দুনা লৈরুবা লৈমা নিংথেমনুবীশিং অমদি লোইনুবীশিং মথং মথং মমীৎ পাংথোক্লরকলে। মাইবী লাইবাও অগদবগী ভাইদুনা লৈনগ্রে।

"লৈমনাইশিং! লাই কাওখল লৌথোকলো।" লৈমরেম্বীনা লাউথোরকই—"নক্নম নক্নমদা কম্মো। অমাইবীগী চাংয়েং, পাউখুম অরসি। হায়বীয়ু, ইমা মাইবী!"

মাইবী অপাবী ওবোংখাউ মীহাৎ কিজে। লৈমাবীনা মাবু কনবীবা ওমগনি খল্লি। ওইদবা ভাংনিংদ্রে। পুয়ানুবু পৈরশ য়েংলগা থয়াইন্না হায়রকই—"নুয়াম শাফবী পয়ানু মশানা হায়জে, তৌবতবু...।"

ইমা মাইবী অদো ব্রাহে মখা তবা ভমদ্রে। চপ লেপথোকখি। খ্বাই ময়ামদি মিহুন তিং তিং চোংনে। লোইখোমশঙ হঞ্জবীদি মচীন খুমদুনা লৈ।

লৈমরেম্বীসু মিহুন চোংভি। ভাইভমদে। মাইবীগী থয়াইনবা পাউখুম শেম্দে। খোল য়াকলপ তৌনা হংলকই—"কৈদৌবা, ইমা মাইবী ? নচীন খৈনুকো। নরৈ ককচনি। তৌবতবু কৈদৌবা ? শেংনা খুম্বীয়ু।"

মাইবীনা লৈমাবীবু অমুক হেন্না কিশিল্লকই। পুয়ানুবু চৈরাক ফংহল্লগে খল্লে। অদু ওইরবদি শরুচাবী কিনিংভাই ওইদ্রে, হায়নসু নীংজে। নিংসা মাপী শাংনা হোন্দোকলগা খুম্মী—"নুয়াম শাফবীনা মাগী লোয়ুম্বা ৭ সুই হায়জে। মমিংনা...।"

মাইবীগী ব্রাভাং লোইদ্রিভৈদা লৈকোইরেন লৈমাবীনা খংথৎ থৎতুনা হায়রকই—"খঙঙে খঙঙে ইমা মাইবী ! মমিং পল্লকখিনু। মহাক মোংলবীনি হায়বসি চুমলব্রা অদুং মরিক চুম্না হায়য়ু।"

মাইবীনা অমুক য়াম্না হৈশিংনা খুমলকই—"নুয়াম শাফবী পুয়ানুগী চিংনুং সনা লোকনুংদা লৈনুং লোয়ুম্বা নত্রগা উরা কেকু চংখিবগী খুদম ফংজরে, সনা হৈতুপ পুনুখী, খোইমিং ফানা হৈজিং ফারে, হৈরাংগোইনিদো, চীন্দম্বা য়াদৌরে। শকউদবা খোইয়ুমনি হায়রিদো, ওয়গী লমদাংনুবীনা।"

লৈমরেম্বীনা চৈহংলি—"ঐ কোক ভাওইনে, ইমা মাইবী ! খঙদেনে নখোয়গী মাইবীলোন, পাম্বে পাউরৌ।"

"কুরেম্বীনা মাগী উরা কেকু থাজিনবা ওইরিনি।" নুবেশঙলাকপীনা অসুম্না লাউরপ হায়রগা মখা শমথদুনা ভাংলকই—"চুমদব্রনে, লোইখোমশঙ হঞ্জবী ?"

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা হায়রকই—"ইচেমহনবী ! ননাওদা থংজিনবীগনু। মাইবী অসে য়েং ওয় শান্নদুনা ফৌমায় চারেকো। মরৈ থৎতবা য়ারোইদৌরি।"

"অবোক কু-পুংবা ! অমুক্তং তুম্মিন লৈবীয়ুবা।" লৈমরেম্বীনা মনেম অনী খামলগা শমথদুনা হায়রকই—"নুয়াম শাফবী পুয়ানু অহিং শাথোকপীনি, কাঙথক অরেম্না লৈতবীনি হায়বা অসিদি মাইবীগী য়াব্রা মতুংইন্না চুমলবনি। মহাক লৈরবদি নিংথেম মচীন মনাও

অমদি মরূপ মপাংশিং, মমৈথংদা হাৎনরকপা য়াই হায়নসু খঞ্জে, নমৌনা। পুয়ানুদি মৈদি, ঈশিংনি, নুংশিংনি!"

য়েম্রেহ্নবীনা খুদোংচাবা নৌদুনা মরক থংলগা হায়রকই—"লৈকোইরেন লৈমাবী! পাচা বায়েল চৈয়াকী নীংজোলদা শীংগায়বাক য়েৎনদি কায়ররোই... য়ায়া লাগ্রা লৈবাকী বাংমদা লোই থাখিবনা কপগ্রা খঞ্জে।"

ফিরুকহনবীনা হৈশিংনা হংলকই—"অতৈ কমনাইবীশিংগী বারেপসু পীবিয়ু।"

কমনাইবী অতৈসু অমতা ওইনা য়েম্রেহ্নবীগী বারেপ শৌগৎতুনা 'লোই থাখিসি, লোই থাখিসি' হায়নরকলে।

পুয়ানুগী বায়েল হৌরকপদগী মচিন্দা কবোক পোতুনা য়াওরম্বী মাখোং হঞ্জবী অমদি থুমজাওরংবী অনীগী মায়কৈ তম্না লৈমরেম্বীনা য়েংলগা হংলকই—"কমনাইবী অনী! নরালগী মতুংইন্না কম তাপ্রবসু অচৌবা থৌদাং লৌরম্বীনিনা বারেপ অমমমদি পীরম্বা য়ারি।"

মখোয় অনীনা নীংজখিবা অদুমক থুংদৌরে হায়দুনা হুরাওজে। মমীৎ খৎনৈ। মখোং হঞ্জবীনা খুম্মী—"ইচেম য়েম্রেহ্নবীগী বাফমদা শৌগৎচে। লোই থাসিসি।"

"ননাইসু শৌগৎচে।" থুমজাওরংবীনা খুম্মী।

"য়ারে য়ারে।" লৈমরেম্বীনা নোকফেং তৌনা হায়রকই—"ময়ামগী অপাম্বা অমদি বারেপতো ঐনসু য়েংথংপা তমজদে। তৌবতসু অবোক কু-পুংবাগী ফিরেপসু হংজখিগে, পুয়ানুগী মরাল খরদংসু লৈরি, ইমা মাইবীগী লাইবাওসু খজিত্তং লোনথুপনৈ, বাহং পাউখুম চংথজখিগে।"

"চংথবীয়ু লৈমাবী।" য়েম্রেহ্নবীনা হায়রকই।

"পুয়ানু!"

"নুয়াম শাক্বী পুয়ানু!" লৈমরেম্বীনা নৌহৌনা বায়েল হৌগংপা ওইনা খোঞ্জেল য়াক্রা কৌরগা হংলকই—"ননেমসিজ মাখোং হঞ্জবীবু নওনা চৈরাক পীগ্রে, ঐসু য়ারে। ননেমসিজ অসিনা বায়েল হেক হৌরকপদা শরূ হুমদাং পুশিল্লকও হায়দুনা লাউখিবদো নীংশিংলমগনি। অদুনা, হৌজিক্তি হায়রো—পালহৈবীগী শরূ হুমদাং কদায়দা লোংখি অদুগা পালহৈবীবু মঙক থংতুনা কনানা ঈ চুপখি?"

"শরূ চবীনা!" নুবেপওলাকপীনা পুয়ানুদগী ওাইবা তৌদনা সং হেক্তা খুমদোরকই।

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"ইহে! অবোকহনবী! কদোমগী মীচংনো, মেন অমতা অগ্রে। কৌমায় চবীদি অদোমনিনে।"

"ঐ খণ্ডদেকো, পালহৈবী শিবগী মরম।" লোইখোমপও হঞ্জবীনা খুম্মী।

"করে, মদুগী মরালসু পুয়ানুনা য়াবা তারে।" লৈমরেম্বীনা পুয়ানুদা অমুক নোংশিল্লকই—"য়ারেকে পুয়ানু, নিপালসুবা নরাল!"

পুয়ানু খুমদে। মঙক নোম্মী। মৈদিংঙু নিংথেম শিশক্রা 'ব্রজসিং'বু খোইমুম কপ্তবী

অদুগী ঈনৌ শীথকথিবা অদু পুয়ানুনা হায়দোকনিংঙ্গে। লৈমরেম্বীদি মচা মীচা য়েংদে। মরাল লৈরবদি মশাবুং লোইথাবা ঙমলিবী নুশীনি। মসি পুয়ানু খঙই। মচা থায়া তাংলবা চিংলেন নোংদ্রেনখোম্বগী অমতা ঙাইরবা মবুংঙো নিংথৌবু অন্নাবা চৈরাক ফংহনজনিংদে। তৌবুদি মশা ঙাকথোক্লবা হোৎনবদা পালহৈবীগী মঙক কেনখিবনি। মরাল লৈতে। অদুবু, ব্রাফম অসি পুয়ানুনা ফোঙদোকনিংঙ্গে। মাগী লায়ে-লাথুপ অমুক চিংখোরকপা য়াই।

লৈমরেম্বীনা অদুম শমথরকই—"পালহৈবী ফত্তবী মীহাৎপীনি! মহাকপু খুৎনেক ওইনা অঙাওবী শারগা ঐগী ইচা নিংথেম পিশক হাৎনবা থাজিল্লকপনি। অমনবু ওইরবসু মরালগী চৈবাক ফংজগ্রে, খন্ননিংঙাই ওইদ্রে। অতৈদি করি ব্রাৎলি, অবোকহনবী ?"

নুবেশঙলাকপীনা হায়রকই—"মাইবী মরোল চুমফাৎত্রি।"

"ননাওসু অদুম খল্লে।" লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা খুম্মী।

খা-ব্রাং মায়কৈ ঙাকলিবী কুহনবী অমদি কুরেম্বী লোন্না মমীৎ খৎনৈ।

"ইমা মাইবী !" লৈমবেম্বীনা য়াম্না নুংশিনা কৌবগা হায়বকই—"অবোক কু-পুংবানা লাইবাওদো খবা য়ানিংফাৎত্রি মাল্লে, শেংনা শেংনা হায়বীযু, নুয়াম শাফবী পুযানুদা করি করি খুদম ফংঙি ?"

মাইবী অপাবী মক্লাক নীকই। খোল নীকলপ তৌনা খুম্মী—"ম্রাখ্রা ইবেম্মা ! ননাইবু ঙাকপীয়ু ! শেংনা শেংনা হঙ্গৎচগে।"

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"হায়যু হায়যু, চিংনগনু। ইমা মাইবীগী অচুম্বা লাইবাওনা অরোইবা ব্রাবেপ ওইদৌরিবনি।"

মাইবী অপাবীনা খুম্মী—"নুয়াম শাফবী পুযানুগী খোইজিখাদা তাওজিং হৈরাং মমি অমলে, মশা লুমলে!"

"ইস ! হুইনাও মচা চাউনবা য়োকলগা লৈতোন লেকলবা !" লৈমরেম্বীনা মথবাক য়ৈদুনা হায়রকই—" হে ! তেনশৃবা ! অঙোম তেনশৃবা ! ইমানা নঙোন্দা ইচানুপী থরাকসু থাজখোকপ্রে... অদুগা নঙদি মীরৈহৎ ওন্দুনা থাজবা পুম্নমক মাঙহল্লবা! কৈ, নহাক লাকখিনিদনা। নঙগীসু খাকলি, ঙবোংখাউ!"

তিল্লিবা নুপী পুম্নমক ইঙক ঙকনৈ। খৎপ্রেকনৈ। মচিন্দা 'ইস ইস' হায়দুনা শোম্নৈ, মথবাক য়ৈনৈ। থারাকসনাদি মক খোক লুকথখি।

পুয়ানুদি খৎপ্রেক খৎদে। লুকল্ল লৈরম্বা মায়খোং খংহাই হাইগংলকই। লৈমরেম্বী অম্না য়েংলকই। মমীৎ কুপ্তে। মমীৎ মরি খানা য়েংনৈ। নোকমি নোকমিসু তৌনৈ। মঙক মঙক নোমনৈ। খুদোম্বী শিংনৈ। খুদম্না অব্রায়-অথুম তৌনরি হায়বা তাই।

য়েদ্রেহনবীনা নোকফেৎ নোকফেৎ হায়রকই—"ব্রায়েল লোইরেদনা । লৈমবীনা চৈরাক লাউখোকপীবা য়ারেদো।"

"লুব্রাং চোলো !"

লৈমরেম্বীনা খোঙজাও তাম্না লাউথরকই—"শগুলিংবা কনা কনা লৈ ? নঙসু চংলকউ, চোলো ! লুবাং চোলো !"

কৈদাশিংনা সঙ্গাই খোঙজাও হাংদোকই—লুবাং চোলো অমদি শগুলিংবা অহুম চংশিল্লকই। মখোয় লোয়ননা লুরক্লা লেপলে।

লুবাং চোলোনা ময়ামগী মহুৎশিন্দুনা হঙ্গৎচে—"য়াম্বা ইবেন্মা ! য়াথং ঙাইহজরি।"

"নুযাম শাফবী পুয়ানু মরালগী মতুংইন্না মশা পুম্না শিংজিংনা ঈহিং নাহিং শানা শিংতংলু। অদুগা...।" লৈমরেম্বী মখা অদনা তুম্মিন লৈখি।

লুবাং চোলো খুৎ থাবা ঙমদে। চঙকনৈ। কোংচি অমা য়াওরি। মমীৎ কুপ্তুনা মমাসিজ য়েংঙি, মিহুন চোংঙি, কোংচি হন্দোরকপা ঙাইহরি।

নিংথেমনুবীশিং অমদি লোইনুবীশিং মিহুন তিং তিং... নিংসা থিংগৎনৈ, খরনা তিল চোংথরগা খাঙই। মখোয়সু লৈমাবীগী কোংচি থোকপা ঙাইহদুনা লৈম্রে। লোয়নমক মমীৎ মনা তথক তথকনৈ। কু-পুংবাসু য়েংনদুনা লৈম্রে—ঙাইহরি, অরোইবা ব্রারেপ !

লুবাং চোলোনা য়াম্না ইংনা তপ্না হঙ্গৎচৈ—"য়াম্বা ইবেন্মা ! অদুগা... ননাইবু করি চৈবাক পীজৌ হায়বনো ?"

"নুয়াম শাফবী পুযানুবু লৈনুংদা হিংনা ফুম্মু!"

লৈমরেন পোংলেনখোম্বীনা ঙাইহাক লৈরগা মখা তানা হাযবকই—"মহাকপু কোনুং মীহাংকী চৈরাক পীববনি ! মসিনা শূমদিজ লৈমরেনগী অরোইবা ব্রাবেপনি। ঙসিমক হৌজিমক, নুয়াম শাফবী পুয়ানু লৈনুং কুম্ফাদা ফুমগদবনি। খুয়া ফমজাও লোযুম্বীদি খুয়া ফমজাও মখাদা ফুমগদবনি !"

"ইস ! ইস ! ইস !"

ময়ামগী অব্রা-খোম্বোক্রা পুমনীল নীল্লি।

নুযাম শাফবী পুয়ানু নোকই, নোকফেংতং। মচীনবাল ফজবী অনী অদো তপ্না তপ্না কাখোরকই। মহাক কনাসু, করি অমত্তা কিবীদে। মহাক্রা থৌরাংনা ঙাইহরিবা ব্রায়েল চৈরাক ফংজরে হায়দুনা নুংঙাইজে। মহাক মীনম সৌরিবনা থল্লবা মফম অসিদা হিংজনিংগ্রবনি।

পুয়ানুনা য়াম্না মতীং লৈনা হায়রকই—"লৈকোইরেন লৈমাবী ! নুয়াম শাফবী পুয়ানুনা য়াথং অদুমক ইকোক থোংনা য়াজরি, তৌবত্তু !"

হৈ শিংলবী পুয়ানুসু কোংচি অমা খংকোং কোংশিল্লকই। হেম্ভিনবা য়াদে । নঙনা কৈদা ঐনা কৈদা খন্নরিবী অনীনি।

লৈমরেম্বীনা মাগী কোংচিং হন্দোকপা ঙাইবা হৌদনা লাউরকই—"শগুলিংবশিং কৈদৌরি হৌজিক ফাওবা ! লমহেনবী অসে সোয়ো সোয়ো চিংদুনা পুথোকস্রো।"

লৈনুং শগুলিংবা অনীনা পুয়ানুগী মখুৎ নাম্মা নাম্মা পায়দুনা চিংবা হৌরকলে। পুয়ানুনা খাঙই। অদুবু চেপলপ তুম্রে, লৈমায়দা। শগুলিংবশিংনা চিংঙি। মহাক্রা মমায় পৈরপ লৈখোরক্লগা

লাউরকই—"নৈকোইরেন লৈমাবী ! ইবুং ভেনপুবদি মী অথোইবনি। শেংলবা নুপানি। মহাকপু পাউথোকপীশনু । ওসিমক হৌজিকমক ঐবু নৈনুং মুকনা হিংনা থম্বীয়ু। ঐ পিল্লিভেলো ঐবু শক থঙবীয়ু। ঐগী কিন্দা পিবীয়ু। তৌবত্রু...।"

"তৌবত্রু করি হায়বা পুয়ানু ?" লৈমরেম্বীনা পাখংনা হংখি।

শঙলিংবশিংনা পুয়ানুবু চিংদুনা অদুম পুই। মহাক্না কপ্পা কপ্পা লাউরকই—"ননাইহনুবীনা স্নাম্বা ইবেম্মগী য়াথং ওাকচখি ! ঐগী ইরাল নত্তে।"

"করম্বা য়াথং ?" লৈমাবীনা ঙক্নুনা হংখি।

পুয়ানুনা অমুকসু লাউরকই—"স্নাম্বা ইবেম্মনা নোংমা তাকপীখি, শ্রীগোবিন্দ লাইনিংথৌগী মফমদা থবায় হকচাং কৎথোকচৈ হায়না...।"

লৈমরেম্বীনা খুম্মী—"উম ! নীংশিংঙি ! নুংজেং পাখংবগী চিংখোঙদা ঐনা হায়রম্মী।"

"ননাই শ্রীমতী রাসেশ্বরী ঐগী শ্রীগোবিন্দ লাইনিংথৌদি...।" পুয়ানুনা ওইহাক লেপ্লগা লাউরকই—"মৈদিংগু নিংথেম পিশকনি ! মৈদিংগু নিংথেম পিশক ! কৎথোকচখি থবায় হাকচাং ! শেংদোকপীখি লোইহনুবীবু । ফংজগে চৈরাক মশূংলাংগী ! তৌবত্রু ! লৈমরেন পোৎলেনথোম্বী। নঙসু মমানি ! নুয়াম শাফবী পুয়ানুগী পীবুকনুংদা লৈরিবা সনা ঈশেং অসিমতংদি কনবীয়ু, অসিমতংদি কনবীয়ু... মসিনা ঐগী অরোইবা য়াকংনি, অরোইবা য়াকং !"

মিকুপ অদুদা পুয়ানুনা চাপাং চিংদা কৈ অমোম শারোম্নবী মমা মচা, মাগী তেঙ্গেনা হাংখিবদু খংনিং নীংশিংলকই । মাগী পীবুকনুংগী মরাল লৈজম্রবা ঈ মতুম অদু থবায় কঞ্জনিংই। অদুনা অমুকসু হঙ্গৎচে—"স্নাম্বা ইবেম্মনা ! ঐবু হাংলবসু মরাল লৈজম্রবা সনা ঈশেং অসিমতংদি কনবীয়ু ...!

"করি হায়বা পুয়া... ? সনা ঈশেং হায়বা ?"

লৈমরেম্বী খংপ্রেকনে, মশা থক থক নীকই। অফিং অফাই ওইনা ফুক হৌগংলকই, খোঙকম চাহৌদ্রে ; ফমশিংনা তুশিল্লি। মনাইহনুবীশিং চেনশিল্লকই। মহাকপু হৌগংনবা হোৎনজে। মহাক্না চংথোকখো হায়দুনা ঈজিং তৌরকই। মহাক্না মঙে নীকলপ তৌনা লাউরকই—"হৈ, কোনুং লুখুম্বী ! নঙদি খক্লুবনা অমা, ওইরকপনা অমা ! মাঙলে মাঙলে, য়াথংসু পীথোকত্রে !"

"লৈমরেন পোৎলেনথোম্বীদি মরে অনী লোংদে, পুয়ানু !" লোইহথোমশঙ হজবীনা থায়নগী অহানবা বায়েল নীংশিংলুরগা মজাং চানা নোৎশিল্লকই।

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"অবোকরেম্বী ! ঐ মায়খীরে। ঐবু ওম্বী নুপী অমা লাকলে। ঐগী যুগ লোয়রে। ঐগী যুগ লোইরে। মীয়েন নিংথেমনুবী মায়খীরে... নৈনুং নিংথেমনুবী লৈমরেন কৈফবীনা নুংশি লানঙম কিরাল থেংদ্রে !"

নুকেশঙলোকপীনা ফমক অমুক ফুমকই—"ফুমু ! হৌজিকসু নৈ অনী লোংবা য়ারি। কৈসু কাযদে। নঙসু মমানি। মজাগী নুংশিবদো পুয়ানুদসু নৈকম থোকই !"

লৈমরেম্বীনা হায়রকই—"নত্তে, নত্তে, অবোকরেম্বী! নমৌ মায়বীরে।" অসি হায়রগা মহৌ হঞ্জবী কৌরকই—"অঙোম চনু! লৈমরেন নোংমাইনু! লাও কাখৎলকউ! ইনেমগী মতম লোইরে। নবুংঙোগী তাংবলদা কমলুলাও। নবুংঙোগী মহুৎশিন্দুনা বায়েলরো! ঙসিদগী নঙবু লৈমরেম্বী হাপলবনি। লাওনে, খোঙলে থুরকউ, শিন্নরগে বায়েল চুপলিসু।"

য়েন্দ্রেহনবীনা হায়রকই—"অঙকপনি! পোংলেম্বীগী ফিরেপ! অচুম্বা বায়েলনি। মতিক থৌনা লৈদুনসু, হৌকম শাংকম খঙদবী নুপীদি কৈদৌঙেদসু মৈতে লৈবাক্কী শূমদিল লৈমরেম্বী ওইবা য়াদে। ওন্থোকইদা, নুংশিদা, নুয়াম শাফবী পুয়ানু!"

নুবেশঙলাকপী অমদি লোইখোমশঙ হঞ্জবী অনীনা অঙোম চনুবু নাকয়েং চপ্পুনা পুশিল্লকই। মতুংদা মনাও ইবেম্মা তরুক ইল্লকই। লৈমনাই কয়াসু।

মসি লৈমরেম্বী উই। যোমোনতং তৌই—'চীংদা শাংপী পুয়ালে! ইনেমবু বারৌগনু! ইনেমবু ঙাকপীযুকো! ঐসু মমানি, চুম্মী। ইচাগী হাকনদা, তাংবলগী লান্দা, ঐনা মী কয়াবু কোনুং মীহাৎকী চৈরাক পীখি। মমানা মচা নুংশিবদি খঙই। তাংবলনা মীহাৎপী ওইহনবনি!"

"অদুদি, বায়েল হোংদোকউদনা লৈমাবী।" নুবেশঙলাকপীনা নোংশিল্লকই।

লৈমাবীনা হনবা লৈতনা হায়রকই—"পোংলেম্বীদি মরৈ অনী লোংদে। ঐগী যুগ লোয়রে। লৈমরেন নোংমাইনুদা বায়েল খুৎথাও য়ৈগ্রসনু!"

লোইখোমশঙ হঞ্জবীনা পিরোইন্না লাউরকই—"ইবেনগী পুয়া! নুয়াম শাফবী পুয়ানু! নোংমদি নঙবু খিরকখিনি, তুংগী মীরোলনা। মতম অমদা নঙগী শরু হুমদাং হিঙ্গৎপা ওইজৌকো! লাইবক ফবী পুয়ানু!"

অঙোম চনু লোকেশ্বরী শূমদিল লৈমরেম্বীগী ফম্পাক্তা ফমগ্রে। মদুদা হেক ফমখিবগা মতীং থৌনা লাকখি। মখুৎদোম্বী খিন্দুনা লাউরকই—"শঙলিংবশিং! লৈমরেন পোংলেনখোম্বীদি মরৈ অনী লোংদে। পীরম্বা য়াথং অদুমক ঙাকউ। ঙসিমক, হৌজিমক, নিংথেমনুবী নুয়াম শাফবী পুয়ানুবু লৈনুং কুম্ফাদা হিংনা ফুমগদবনি! তৌবতদি, মরাল লৈজদ্রবা ইচে পুয়ানুগী পীবুকনুংদা লৈরিবা থবায় অদুতদি হিংহল্লু। থবায় অদুতদি হিংহল্লু! ঐসু মমানি! ইচা নুংশিবা খঙই! মসিনা লৈমরেন নোংমাইনুগী অরোইবা য়াথংনি। য়াথং অসিসু ঙাকউ!"

লুবাং চোলোনা অনৌবা লৈমরেনগী য়াথং মুম্না তাই। মহাক চঙকনে। চপ লেপ্পী। লুরন্না অঙোম চনুদা হঙ্গৎচে—"লৈকোইরেন লৈমাবী, নোংমাইনু! ননাই লুবাং চোলোনা খুরমজরি! বাকম অমতং হঙ্গৎচনিংঙি।"

"হায়বু তাসি, ইপু!" অঙোম চনুনা খুম্মী।

লুবাং চোলোনা হায়রকই—"লৈনুং নিংথেমনুবী পুয়ানুসু ঙসিমক লৈনুং কুম্ফাদা হিংনা ফুম্মুসু হায়বীরি। পীবুকনুংগী থবায় ই মতুমসু হিংহল্লু হায়বীরি, ননাইদি নুংলোন খঙজদ্রে।"

লৈমরেন নোংমাইনুনা য়াম্না চিংলেম্না অমুকসু হায়রকই—"ইপু চোলো! লৈমরেন পোংলেনখোম্বীগী য়াথংসু ঙাকদবনি, লৈমরেন নোংমাইনুগী 'কিশিরোন য়াথংসু ঙাকদবনি!"

"তস! অদুনিদনা! ইনেম শেল্লে!"

লৈমরেন পোংলেনখোম্বীনা অসি হায়রগা কাওথক্তগী তুরোই ভারোই কুমথখি। অমুক তুশিনগে তৌই। মনেম কু-পুংবা মথক্তগী কুমথরকই। মমৌ কুতোম্বীবু ভাকচৈ। মনি-মমৌ, কু-অহুম যুংনাক নুংদুম শাদুনা কোয়্নে, কপমিন্নে।

লুবাং চেলো চংখ্রি। অমুকসু হক্কংলি—"লৈকোইরেন লৈমাবী, নোংমাইনু! কিশিরোন অদো ননাইদা শন্দোক্লা তাকপীয়ু।"

নুবেশঙলাকপীনা খংলাউ লাউরকই—"হে অপঙবো ! লৈনুং কুফদা ফুম্মু হায়বদি পুয়ানুবু ফমেন খুয়া ফমজাও মখাগী লৈনুংহৎতা লোংতুনা থম্মু হায়বনিনে। মীরোনবী মমা হাৎপা য়াদেনে । পীবুকনুংগী থবায় হিংহল্লু হায়বদি... অইবং ফাওদ্রি ফাওবা মমা মচা হিংহল্লু হায়বনিনে, চেলো!"

"কয়াদা হৈন্নবা কৈনৌ ঝায়েলনো! ননাই খঙজয়ে, অবোকহনবী!" লুবাং চেলোনা অসি হায়রগা প্রপ প্রপ চেম্থোকখ্রে।

পুয়ানুগী অরোইবা ঝাকং—অরোইবা পাউখুম ফংখ্রে। কোনুং মীহাৎকী অরোইবা ঝারেপ! নুংশি লানগী অরোইবা ঝাকংনা ভমথ্রবা!

পুয়ানু মপান্দা পুথোকখ্রে। মহাক খোইরুম মোমোন তৌজখি। শঙলিংবশিংনা মহাকপু লৈমরেন সঙ্গাই অচৌবগী লৈনুং কুফা মনুংদা পুশিনখ্রে ।

অসুম্না, ইতিহাসকী লৈরোম্নুংদা লংজিল মাঙখ্রবী নিংথেমনুবী পুয়ানু— হিংনা হিংনা শরেন চনখ্রবোই !

"খুয়া ফমজাও মখাদা
নিংথেমনুবী অমা লোৎখি হায়য়ে,
খিজৌ হায়য়ে, খিজৌ হায়য়ে...!"

—








(মাইস্নাম ব্রজমনি)

| | | |
|---|---|---|
| পেন নেম | ঃ | বী. এম. মাইস্নাম্বা |
| পোকপা | ঃ | দিসেম্বর ৬, ইবাই নুমিৎ ১৯৪৬ |
| পোকফম | ঃ | ইম্ফাল তুবেল মপান, লোক্লাউবুং |
| লৈফম | ঃ | ব্রাংখে যোংলান লৈবক, ইম্ফাল |
| অপোকপা | ঃ | মাইস্নাম তোম্বী (ওজা তোম্বী) |
| অপোকপী | ঃ | কাবাম নিঙোল উমাবতী |
| লোযনবী | ঃ | লাইপুবম নিঙোল মেমচা |
| মচা | ঃ | নুপা অনী |
| মচীন-মনাউ | ঃ | নুপা ৬কী যাইমনি, মচল অনীনি |
| মহৈগী থাক | ঃ | বি. কম. |
| শিনফম | ঃ | হীসাব শূবা |
| হোবী | ঃ | ইবা অমসুং পাবা |
| অতৈ-অতৈ | ঃ | 'মতম'গী জোইন্ট ইদিটব, 'ইবৈপাক'কী ইদিটব ওইবম্মী আকাশবাণী ইম্ফালগী শৈবেংবা ওইবি। |
| যাওবকপা লুপশিং | ঃ | ওল মণিপুর প্রোগ্রেসিভ রাইটরস এন্দ কলচরেল এসোসিয়েসন মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, ইম্ফাল (লাইফ মেম্বর) জেনরেল সেক্রেটরী ওইবম্মী-(২০০১-২০০৩) |
| মনা মথুম | ঃ | ডাক্তর কমল নীংশিং মনা (সাহিত্য) ২০০৬ |

## ফোঙলবা লাইরিকশিং

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১) | অতিথি অমগী অহিং | (নোভেল) | ১৯৭৮ |
| ২) | ইপাম খাম্বী মৈহৌবে | (শৈবেং) | ১৯৭৯ |
| ৩) | সোবাবেনবী মচানুপী | (নোভেল) | ১৯৮০ |
| ৪) | লৈকাংলাগী অচাকপা মৈরী | (শৈবেং) | ১৯৮১ |
| ৫) | অহিংগী নুপী | (নোভেল) | ১৯৮৯ |
| ৬) | কংলা দায়রী | (নোভেল) | ১৯৯১ |
| ৭) | ইম্ফাল তুবেল মপানগী রাজকুমারী | (নোভেল) | ১৯৯৫ |
| ৮) | মসিনা ঐগী অরোইবা ঈশৈনি | (ঈশৈ শৈবেং) | ২০০২ |
| ৯) | ইমাসি নুবারী | (নোভেল) | ২০০৪ |
| ১০) | নিংথেমনুবী ঃ পোনগী উচেক | (ট্রিলোজি নোভেল) | ২০০৬ |
| ১১) | নিংথেমনুবী ঃ অহিংগী লাইবাব | (ট্রিলোজি নোভেল) | ২০০৬ |
| ১২) | নিংথেমনুবী ঃ কোনুং মীহাৎ | (ট্রিলোজি নোভেল) | ২০০৬ |

*Cover Image: From a painting by RKCS.*

*Layout : Kh. Nabachandra*